# কংলৈপাক-পু

## মণিপুর কৌরগুমসি




আই, এস, অকোইজম

# ꯀꯪꯂꯩꯄꯥꯛꯄꯨ ꯃꯅꯤꯄꯨꯔ ꯀꯧꯔꯒꯨꯝꯁꯤ

# কংলৈপাকপু মণিপুর কৌরগুমসি

আইঃ এসঃ অকোইজমগী

# কংলৈপাকপু মণিপুর কৌরগুমসি



মণিপুর সাহিত্য সমিতি



অমসুং

সিরোই পব্লিকেসন্স

**Kangleipakpu Manipur Kouragumshi**

*Written by : I.S. Akoijam*
*Published by : Manipur Sahitya Samiti*
*Thoubal - 795138, Manipur, in 2009 and valued at Rs. 90.00 per copy.*





অহানবা ফোঙবা ঃ জনুৱারি ১৬, ২০০৯

কোপী মশীং ঃ ১০০০

মমল ঃ লুপা ৯০/-

ফোঙবা ঃ মণিপুর সাহিত্য সমিতি
থৌবাল, মণিপুর।

লাইবিক ফংফম ঃ (১) মণিপুর সাহিত্য সমিতি
থৌবাল, মণিপুর।

(২) সিরোই পব্লিকেসন্স
থৌবাল, মণিপুর।

(৩) অইবা

ISBN: 978-81-907418-5-9

নম্ফম ঃ সিরোই ওফসেট প্রিন্টর্স, থৌবাল - ৭৯৫১৩৮, মণিপুর।

# অইবদগী

**শেংলবা** কংলৈপাক্কী মিংবু নিংথৌ পামহৈবগী হাক্তক্তা মণিপুর হায়না ওন্থোক্লগা কৌখি। মদুগীসু মথক্তা কংলৈচাশিংবু আর্য্যগী মচা-মশুশিংনি হায়জিনখি, ঈপা-ঈপুগী লাইশিংগী মশক মমিংশিংসু হোংদোকখি অদুগা মহাভারতপু ঐখোয়গী মীহৌরোল ওইনা লান্না শীজিন্নহনখি। কংলৈপাক অসিদা মমাঙঙৈদা পানখিবা নিংথৌ পূন্নমক মীতৈলোন্দা মমিংশিং থোনখিবা ঙাক্তনি। ইং কুমজা ১৭০৯ দা নিংথৌ চরাইরোংবনা লৈখিদবা মতম অদু ফাওবদা কংলৈপাক্কী নিংথৌ অমতবু সংস্কৃতনা মমিং থোনখিবা য়াওখিদে। অদুবু ইং শোক ১৭১৭, মেরাগী মঙানি পানবা ইরাই নুমিৎতা পামহৈবা নিংথৌবু গোপালদাসনা গুরু ওইদুনা লাইমিং লৌরগা গোপাল সিংহ হায়না অনৌবা মিং অমা থোনখিবা মতুংদগীদি কংলৈপাক্তা ওইরকখিবা নিংথৌশিংগী মমিংশিংসু মীতৈলোন্দা থোনখিদ্রে।

বৃটিশনা ঐখোয়গী কংলৈপাকপু লোইলম ওইনা লৌশিনখ্রবা মতুংদদি ঐখোয়গী হৌরকফম অসি আর্য্যশিংগা মরী লৈনদে হায়বা খঙনরকখি। ঐখোয়গী শেংলবা কংলৈপাক্তা মণিপুর হায়বা লম্লানবা মচু অমা থাজিন্দুনা থম্বা ওইরমখি। মহাভারতকী মণিপুর অদুদি আর্য্যশিংগী নিংথৌশিংনা পানখিবা লৈবাক্কী ঙমখৈ মনুংদা লৈবা কলিঙ্গগী সমুদ্র মপান্দা লৈবনি। অদুগা কংলৈপাক হায়বা মিং অসিনা পুয়াদা য়ুম্ফম ওইবা অশেঙবা মিংনি। য়েক-সলাই তরেৎকী কংলৈপাক অসিদা ত্রিপুরা, অসাম, নাগালেণ্ড লাল্লগা কলিঙ্গগী মণিপুর পুশিল্লকপা হায়বা অসিদি মথোং হুক্তবগী ৱানি। কংলৈপাক্তা চীংমী-তম্মী হৌরকখিবগা য়াম্না মরী লৈনবনি। মরম অদুনা মণিপুর হায়বা লম্লানবা মচু অসিবু তৈথোক্লগা ঐখোয়গী হান্নগী অচুম্বা মমিং কংলৈপাকপু তশেং-তশেংনা মালেম পূম্বদা উহন্নীংই। অদু ওইরবদি অনম-অহা চুদুনা লৈরিবা কংলৈচাশিং অসি হৌগৎলক্কনি।

কংলৈপাকপু পূন্না য়েংবা মতমদা মীতৈ বামোনশিং অসি থাদোকপা শুকয়া-য়াদে। মখোয়না মীতৈ নিঙ্ঙোলশিং লৌরগা য়ুম-কৈ লিংদুনা অমদি চারোল-শুরোল কয়া তাদুনা মরা তানা লৈখিবা কুইরে। মখোয়না মীতৈগী য়ুম্লাকসু লৌখ্রে, মীতৈলোলসু মখোয়গী মমালোল ওইরে, অদুগা লৈবাক অসিগী চৎনবী, ফিজেৎ-চাকচানচিংবদসু মান্ননা লৈরে। হৌজিক্তি ঐখোয় অমতা ওইনা লৈমিন্নববনিনা ঐখোযগী কংলৈপাক্কী অপূনবা শক্তম্মু কায়খিদনবা হোৎনমিন্নরসি।

মীতৈ পাংঙলশিংসু অদুমঙাই। য়েলহৌঙৈদগী হৌনা ঐখোয় পূন্না কংলৈপাক অসিদা লৈমিন্নরকপা নৎত্রগসু হৌজিক্তি মখোয়নসু মীতৈ নিঙ্ঙোলশিং লৌদুনা চারোল-শুরোল য়াম্না লৈখ্রে, অদুগা মীতৈলোন্দা মমিং থোনবা য়ুম্লাক ৮০ রোম লৈরগা কংলৈপাক্কী মফম অয়াম্বদা খুল ৮০ রোম লিংদুনা খুন্দা লৈতাখ্রে। মীতৈ পাংঙলশিংনা লৈবাক অসিগী অৱা-নুংঙাই থৌদোক কয়াদা শরুক য়ারাক্লি। ঐখোয় পূন্নমক অমতা ওইনা কংলৈপাক অসিদা লৈমিন্নরি। ঐখোয় পূন্নমক্কী থম্মোয়দা অমতা ওইবগী ৱাখল চেলহনসি। ঐখোয় নুংশিনসি। ধর্মগী অখূবা মীৎয়েং থাদোক্লসি। ঐখোয়গী অপূনবা শক্তমদা চৈথেং কন্না পীরকপা মতমদা ঐখোয় পূন্না থেংনমিন্নসি। মদু নৎত্রবদি ঐখোয পূন্না মাঙমিন্নগনি।

অদুগা চীংমী-তম্মী মচিন্মনাও ওইবগী নুংশিনবা মরী অদুসু তম্মীনা হিন্দু ধর্ম অদুগা চীংমীনা খৃষ্টিয়ান ধর্ম লৌখিবদগী তৎপা হৌরকখি। মমাঙঙৈদদি তম্মীবু 'মীতৈ' অদুগা চীংমীবু 'হাও' হায়না কৌনরগা মতম শাংনা চারৌ-মৌরৌনদুনা নুংশি চান্ননা লৈমিন্নরম্মী, অরৈ-লৈত য়েন্নদুনা চামিন্নরম্মী। হিন্দু ধর্মবু মীতৈশিংদা নম্ফুদা লৌহনখিবদগী হাওবু মাংই, চাওখত্তে অমসুং হম্বা কাঙলূপনি হায়দুনা ইপ্তোকপাখি। মদুদা চীংমীশিংনা ঈকাই-নুংশি য়ান্ননা 'হাও' হায়রগা নুংঙাইজরম্বদগী শাউবকাখি। চীংমীশিংনা মীতৈ পূন্নমকপুদি শাউফম থোক্তে, মরমদি মতম অদুগী মীতৈ কযাসু নিংথৌগী মীওৎ-মীনৈ খাঙবা ঙমদদুনা মীতৈ ওইখিদবা কয়া য়াওখি। মুন্না হেকমক খম্বরুরবদি অমাং-অশেং খায়দুনা চীংমী-তম্মী নুংশিনদনবা কন্না শীল্লমখিবা নিংথৌ পামহৈবা হায়বা অদু হাও নিঙ্ঙোল নুংথিলচাইবীগী মচানুপানি। চীংমীশিংবু হিন্দু লাইনীংনা হম্বনা য়েংবীখিবদগী তঙাইফদনা চীংমীশিংনা খৃষ্টিয়ান ধর্ম লৌবা তাখি। অদুম্না চীংমীনা খৃষ্টিয়ান অদুগা তম্মীনা হিন্দু ওইখ্রবদা চীং-তম অনীগী মরক্তা লৈরমখিবা নুংশিনবগী মরী অদু কোমথোক্লকখি।

নোংচুপলোমগী ধর্মশিংনা লান্দারক্লিঙৈগী মমাঙদা কংলৈচাশিংনা লাইনিংথৌ

শিদবা, লৈমরেল শিদবী, সনামহী, অপোকপনচিংবা নীংনরম্মী। চীং অমসুং তমদা মীরানচাশিংনা মখোয়গী ধর্মশিং শন্দোক্লকখিবদগীদি ঐখোয়গী ঈপা-ঈপুগী লাইশিংবু মীরাইরকখি। হৌজিক্তি কংলৈপাক অসিদা মীতৈ ধর্ম, হিন্দু ধর্ম, খৃষ্টিয়ান ধর্ম অমসুং ইসলাম ধর্ম হায়দুনা মরুওইবা ধর্ম মরি লৈরে। অতোপ্পা ধর্মশিংসু লৈ। মীতৈ ধর্মদি চহী লিশিং কয়া কংলৈপাক অসিদা লৈরক্লবনি। লৈবাক অসিদা হিন্দু ধর্ম পুশিন্নবা হোৎনখিবা মতমদা ধর্মনা য়াদবা মীওৎ-মীনৈ কয়া অমা তৌখি অদুগা কাহেন্না অমাং-অশেং খায়দুনা কংলৈচাশিংবু তোখায়-তোখায় তাহনখি। অদুগা মীতৈশিংবু হিন্দু ধর্ম নমদুনা লৌহনখিবদগী মীতৈগী লাইনীং শিথরকখি। ধর্ম অমনা ধর্ম অমবু নমথরগা মথক থোংবা তান্নখিবগী চৈথেং অদু কংলৈপাক্কী অপূনবা শক্তমদা কন্না য়ৈখি।

ফরে, হৌজিক্তি কংলৈপাক অসিদা ধর্ম মরি/মঙাদগী হেন্না লৈরে। লৈজসনু। লৈকোল অমদা মচু মখল ময়াম অমগী লৈরাংশিং শাৎচসনু। মদুনা লৈকোল অদুবু হেন্নদুম ফজহনগনি, অদুগা ঈশ্বরগী মতীক-মগুণবু হেন্না ফজবা মওঙ অমদা ফোঙদোকপদুম ওইগনি। ঈশ্বরদি মখল মথেল ময়াম অমা পাম্বদগী মলেম অসিদা মখল মখলগী মীশিং, পোংশিং, ধর্মশিং, অসিনচিংবা, লৈহনবনি, ধর্ম পূম্নমক্কী পম্বুংদি অমতনি। ধর্ম পূম্নমক্না তান্নরিবদি ঈশ্বরবুনি. ঈশ্বর ফংলগা লোইরে। মীশিংনা ঈশ্বর ফংনবা লম্বী তোঙান-তোঙান চংচবগী ৱাদনি। মীতৈ ধর্ম চংপা মীশিংগীনা ঈশ্বর অমা, হিন্দু ধর্ম চংপা মীশিংগীনা ঈশ্বর অমা. খৃষ্টিয়ান ধর্ম চংপা মীশিংগীনা ঈশ্বর অমা অদুগা ইসলাম ধর্ম চংপা মীশিংগীনা ঈশ্বর অমা হায়দুনা ঈশ্বর ময়াম অমা লৈবা হৌনদে। ঈশ্বরদি অমতনি, মমিং তোঙান-তোঙান্না লৈজখিবগী ৱাদনি। ইবুংঙো মহাক্না ঐখোয় পূম্নমক্না নুংশিনৌ হায়রি। মরম অদুনা ধর্মগী অখূবা মীৎয়েং থাদোক্লরগা ঐখোয় পূম্নমক নুংশিনসি, অদুগা ঐখোয়গী লমদম কংলৈপাক অসিগী চাওখৎনবা হোৎনমিন্নরসি। মদুনি ঈশ্বরনা ঐখোয়দগী পাম্লিবসি।

হৌজিক হৌজিক কংলৈপাক্কী ফীভম অসি য়াম্না অরুবা তাঙ্কক অমদা লাকখ্রে। ইং শোক ২০০১ গী মীকোক থীবদা কংলৈপাক অসিদা পূন্না লৈমিন্নরিবা মীশীং অসি ২২, ৯৩,৮৯৬ নি। মদুদা মীতৈগী মীশীংনা ৭,৫১,৪২২ ওইবা মতমদা মীতোপ মীয়ানচাশিংগী মীশীংনা ৭,০৪,৪৮৮ য়ৌখি। খ্বাইদগী য়াম্বা মীতৈগী মীশীংগা মীতোপ-মীয়ানচাশিংগী মীশীংগা য়েংনবদা ইখেন-খেন্নদ্রে। হৌজিক্তি মখোয়গী মীশীং অসি মীতৈগীগা মান্নগদৌরম্লগনি। মীতৈগী মীশীং হেনগৎপগী চাংদি নেম্মী অদুগা মখোয়গীদি ঈশিং-ঈচাউগুম হেনগৎলক্লি। হৌজিক কংলৈপাক অসিদা মীতৈলোল

খণ্ডদবা মীতোপ ময়াম অমা লৈ। অদুগা হৌজিক জিরিগী মীশীংগী ১০০ গী মনুংদা ৬০ রোমদি মীতোপ ওইখ্রে। জিরি হায়বা লম অসি ইরমদমনি হায়বা মমিংতা মঙাইরে, মীতোপকী খৃত্তা তারে হায়বা য়াবে।

অদুগা হৌজিক হৌজিকমকসু ম্যান্মারগী অরাকান্দগী মুসলমান কয়ামুক মোরেদা চঙশিল্লক্লুনা খুন্দাখ্রে। চ্যেকশিলহৌবা চুম্মি। ত্রিপুরাগী য়েলহৌ মীশিংগী অৱাবা ফীভম অদু ঐখোয়গী কংলৈপাক অসিদা তারক্লোই হায়বা লৈতে। ত্রিপুরাদা ইং শোক ২০০১ গী মীকোক থীবদা য়েলহৌ মীনা লাখ তরেৎরোম ওইবা মতমদা মপান লমদগী লাক্লগা লমদম অদুদা খুন্দাখিবা মীগী মীশীংনা লাখ কুনমঙারোম ওইখিবদুনা লমদম অদুগী লৈঙাক, শেন্মীৎলোল খুদীংমক মপান্দগী চঙলকখিবা মীওইশিং অদুগী মখৃত্তা তাখি। মরম অদুনা কংলৈপাক্কী য়েলহৌ মীশিংবু মীতোপশিংগী খয়াত্তগী কন্নবা কংলৈপাক্তা ইন্নর লাইন পার্মিট সিষ্টম চৎনহনবা মথৌ তাই। ঙসি ঙসিমক লোন্না চঙলক্লুনা খুন্দাশিল্লকপা মীতোপশিং অসি মরমদমদা হলহনখিনবা সরকাবনা খুদক্কী ওইবা থবক লৌখৎফম থোকই, নৎত্রবদি ঐখোয়গী লমদম অসিগী নাৎ, ফুরূপশিং মাঙখিবা য়াবগী অকিবা লৈ।

মহাক্না, ঈপা-ঈপুশিংনা থম্বীরম্বা কংলৈপাক অদু য়াম্না চাউবম্মী, অদুবু মতমগী ঈচেলগী মতুংইন্না অসুম অসুম পীকশিল্লকখি। কবো তম্পাক্লাচিংবা চৎখি। হৌজিকসু নাগালেণ্ডনা ঐখোয়গী জুকো তম্পাক্তা লম্বী শেমজিল্লক্লি অদুগা চান্দেল জিলাগী মোলচামনচিংবা মফমশিংদা ম্যান্মারনা লম খোপচিল্লক্লি। লম মচেৎ অমতা ঙাইহৌরবা কংলৈপাকপু অমুকসু মচেৎ মচা-মচা থোক্লা কায়হল্লকখিবা য়ানা লৈরি। অদু ওইরবদি ঐখোয়গী কংলৈপাক অসি মৃৎখিবা য়াই। মরম অদুনা কংলৈপাক অসিদা লৈরিবা কংলৈচাশিংনা অমনা অমদা লানখিবা অমদি শোয়খিবা পূন্নমক অদু ঙাক্লরগা অমদি কাউথোক্লবগা কংলৈপাকপু কনহৌনবা অমুক্তা লাক্লসি।

কংলৈপাক অসিদা লৈবীরিবা চীংমী, মীতৈ, মীতৈ পাংঙল, মীতৈ বামোন অমসুং অতৈ অতোপ্পা কাঙলূপ/ফুরূপ মচাশিংনা ঐহাকপু ওন্ন-তৈনবা ৱাখল অমদা পুবীগনু। ঐহাক্লা কংলৈপাকপু নুংশিমনবদগী ইখিবদা অরান-অহুই, হেন্দোক-হেঞ্জিন অমদি অৱাৎপা কয়া য়াওরম্বা য়াই, মদুগীদমক্তা ঐহাকপু ঙাকপীয়ু। করিগুম্বদা কনাগুম্বনা চুমথোকপীরক্লবদি ঐহাক্লা য়াম্না হরাওজগনি।

মণিপুর সাহিত্য সমতি, থৌবালনা লাইরিক অসিবু ফোঙদোকপীবগীদমক্তা অদুগা সিরোই ওফসেট প্রিন্টর্স, থৌবালনা মসিবু নম্বীখিবগীদমক্তা ঐহাক্লা মখোয়গী

মফমদা তৌবীমল খঙবা উচ্চরি। ঈশ্বরনা মখোয়দা থৌজাল পীনবীবা ওইরসনু।

থৌবাল, কংলৈপাক
তাং ০১/০১/২০০৯ ইং

কংলৈপাক্কী সেবাদা,
আইঃ এসঃ অকোইজম

# য়াওরিবশিং

## কংলৈপাকপু মণিপুর কৌরগুমসি

**সনা** লৈবাক কংলৈপাক অসিদি চীংলোল মাপলনা কোয়শিনবা ময়ায়দনা তম্পাক্লা লৈবা ফজগ্রবা লৈবাক অমনি। মফম অসি তাইবঙ মপু অমসুং খোইয়ুম লাই ময়ামগী খোঙদাফমনি, শান্নফমনি। কৌব্রু, থাংজিং, মার্জিংনচিংবা চীংশিংদা লৈরিবা লাইফমশিং অসি খোইয়ুম লাইশিংগী খুভমশিংনি। অঈং-অশা খায়বা লৈবাক অসি অথৌবা অথৌবী কয়াগীসু খোঙফম তাফমনি।

কংলৈপাক্কী চীং অমসুং তম অনী অসি চহী মিলিয়ন য়াঙ্খ্রোমগী মমাঙ অদুরাইদা ঈরোল্লুংদগী ফাওগৎলকখিবনি। চীংদনা হান্না ঈশিং কংখিবা মরম্না চীংদনা হান্না লৈবাক শেন্না লোইখি হায়বগীদমক্তা চীংবু লোইবী চীং হায়না কৌখি অদুগা কংদুনা লৈখ্রে হায়বগীদমক ঐখোয়গী লৈবাকপু কংলৈপাক হায়না কৌখি। কংলৈচাশিংনা খুম্হোক্কুনা খুল ময়াম অমা শেমখিবগী রারী কয়ামুক লৈ। কংলৈপাক হায়বা মিং অসিদি চীংমী-তম্মী অনীনা হৌরকপগী রাফমগা মরী য়াম্না লৈনৈ।

চীংমী-তম্মীনা (কংলৈচাশিংনা) হৌরকফম ওইনা কৌব্রু চীংশাং নাপোমদা খুম্হোক্কুনা খুন্দামিন্নরম্মী হায়বসে চুম্লে হায়না ঐখোয় অয়াম্বনা থাজনরে। অরাংবা কৌব্রু চীং অসি মীগা লাইগা শম্নরিঙৈ মতমদগী খুন্দারকখিবা মফমনি। মতম অদুদা চীংমী-তম্মী হায়বগী রাফম অমতা লৈরমখিদে। মফম অসিবু লাইনা লৈবা মফমনি হায়বগীদমক্তা লাইফমনি হায়না লৌনরি। অরাংবা চীং অসিদা ঈপা-ঈপুনা খুন্দারম্বগী অচৌবা শঙ্গায়-য়ুম্ফম, অপীকপা শঙ্গায় য়ুম্ফম, নূংশুম্বল, নূংয়াংকোক, নূং-শুক, শম্হোং-ঈকোন, পাম্হোইবী ঈকোন,লাইহরাওবা ইহান-হান্না হৌদোকখিবা হরাওথেলনচিংবা খুভম ময়াম অমা লৈরি।

কংলৈপাক্কী চীং খরদি সমুদ্র ঈমায়দগী ফুট লিশিং তরাদগী তরানীথোই খরা হেনবা ফাওবা রাংই। তম্পাক্লা সমুদ্রগী ঈমায়দগী ফুট ২,৬০০ রোম রাংই। তম্পাক

অসিদা ঈশিং লৈরিঙৈ মতমদদি কংলৈচাশিংনা চীংদা পূন্না লৈমিন্নরম্মী। অৱাং কৌব্রুদা কংলৈচাশিংনা চহী কয়া লৈরক্লবফাওবদা তম্পাক অসিদা লৈরমখিবা ঈশিং অদু কংলমখিদে। কংলৈপাক অসি ঈশিং থুমদুনা লৈরম্মী হায়বগী মতীকচাবা প্রমাণদি ইং শোক ১৯৫২-৫৩ দা সমুদ্রদা লৈবা কটল-ফিশ হায়না কৌবা ঙা মখল অমগী শরূ-পোলাং কংলৈপাক্কী অৱাংথংবা মায়কৈদা ফংখি। তমেংলোং লম্বী ককপদা কৌব্রু চীংগী ফুট ৬০০ রোম ৱাংবা মফমদা ফংখিবা ফোসিল (লৈনুংদা লৈবা শরূ-শয়াং) অদুদগীসু খুদম অতোপ্পা অমা ফংখি। ডাঃ হোরানা ফোসিল অদু চহী লাখ ৪০০ রোম শুরবা সমুদ্রগী ঙাগী শরূনি হায়খি। অসুম্না সমুদ্রগী ঙাগী শরূনা চীংথক্তা লৈরম্লিবা অসিনা তাকপদি চহী লাখ ৪০০ গী মমাঙদদি কংলৈপাক অসি ঈশিংনা থুম্লম্মী হায়বা তাকই। চীংনা হান্না ঈশিং কংখি। লাইনিংথৌনা হুত্তংঙা ওইনা খোইয়ুম লাংওন তৌরগা চীংবু হুত্তোক্লুনা তম্পাক্তা লৈরমখিবা ঈশিং ঈপাকপু চীংনুংহুত্তা চিংথোকখি।

তম্পাক্তগী ঈশিং চিংথোক্ত্রিঙৈগী মমাঙদদি কংলৈচাশিংনা চীংদা লৈরম্মী হায়দুনা আর্কিওলোজিষ্টশিংনা য়াম্না মরীক চুম্না প্রমাণগা লোয়ননা তাকই। কংলৈচাশিংনা লৈরমখিবা মফমশিং অদুদি চান্দেলগী শুংবুং-শুরুং, উখ্রুলগী খাংখুই-শুরুং, হৌজিক্কী মরিংশিংনা লৈরিবা মচি খুল, তমেংলোংগী থারোন-শুরুংনচিংবশিং অসিনি। শুরুংশিং অদুদগী ফংখিবা অরিবা পোৎশিং অদু হৌজিক হৌজিক ঐখোয়গী আর্কিওলোজি লোইশঙদা থম্লি। পোৎশিং অদু খৃষ্টনা পোক্ত্রিঙৈগী চহী ৪০,০০০ রোমগী মমাঙগী ওইবা ঙাক্তনি। ৱাকোকলোল থিলেল সলাই অমাইলোল পুকোক পুয়াগী মতুংইন্না চীংলোল মাপলনা কোয়শিন্দুনা লৈবা তম্পাক্তা থুমজিন্দুনা লৈরমখিবা ঈশিং অদুবু চিংথোকখ্রবা মতুংদা তম্পাক্কী ঈশিং কংখি, অদুগা ইহান-হান্না কংখিবা তম্পাক্কী মফম অদুবু 'কংলা' হায়না থোনখি। কংলাদা লাইনিংথৌ শিদবা, লৈমরেল শিদবী অমসুং সরোই অতোনবীগী ইম্ফম থিরকপদা অকংবা থেনপুং অমা থেংনখি। মদুগী কংলা য়াইকোন্নুং অদুদা লাইনিংথৌ অমদি লৈমরেল লাইরেম্বী অনীমক্লা লৈরবা মতুংদা ঈপুধৌ পাখঙবা পোকখি। ঈপুধৌ পাখঙবগী (১) মঙাং,(২) লুৱাং,(৩) খুমন,(৪) অঙোম,(৫) মোইরাং,(৬) খা-ঙানবা অমসুং (৭) চেংলৈ (সরাংলৈশাংথেম) হায়বা মপারি তরেৎ পোকখি। মপারি তরেৎ অদুবু কংলা মেন তোংহল্লগা মঙাংনা ইম্ফাল কংলৈ কংলাদা, লুৱাংনা লুৱাংশঙফম মকুইবী চীং কংলাদা, খুমন্না ফেন্তা লৈকোয়বুং থৌবাল কংলাদা, অঙোম্না নোংমাইচীং কংলাদা (কোংবা তুরেলগী ঈৱাংমদা), মোইরাংনা লৈকোয়পুং কংলাদা, খা-ঙানবনা সঙ্গাই ইম্ফম (ৱাংজিং) কংলাদা, অদুগা

সরাংলৈশাংথেমনা লৈশাংখোং (ৱাঙ্গোই) কংলাদা নিংথৌশিং ওইনা কংলৈ তরেৎ থোক্লা খায়দোক্লুনা পালহনখি। মখোয় তরেৎকী মচা-মশুশিং য়ামখৎলক্লবা মতমদা মপারি অহল-অহলনা চীংশিংদা কাখিদুনা চীংলোল মাপল থুংনা খুন্দাখি। মখোয় তরেৎ অদুনা সলাই তরেৎ ওইখি। মরম অদুনা য়েক-সলাই তরেৎ অসি অরিবা নিংথৌশিংগী শাগৈ ওাক্তনি। তম্মীশিংদা য়েক-সলাই তরেৎ লৈবগুম চীংমীশিংগীসু লৈ। কংলৈপাক অসিদা লৈরিবা চীংমী-তম্মী অনীমক্কী ওইনা য়েক-তিন্নবা লৌন-লৈনবা য়াদে হায়বসি হৌজিকফাওবা চৎনরি।

কংলৈপাক্কী চীংমী-তম্মী অনী অসি য়ুম্লে-কৈরৈ, ফিজেৎ-চাকচা, মশক-মতৌ, লোল-লি, শাজৎ-নুংচৎনচিংবদা য়াম্না মান্নে, অমতনি। কংলৈচাশিং অসি অতোপ্পা মালেমগী মফমশিংদা লৈবা মীশিংগদি মান্নদে। মমাঙৈদা কংলৈপাক্তা মী কাঙলুপ মাপল লৈরম্মী। মখোয় অদুদিঃ (১) সরাং-লৈশং, (২) হাওরোক-কোম্থৌ, (৩) উরোক-উশাই, (৪) থাঙঙা-কম্বোং, (৫) নিংজল-লাইতোল, (৬) খুনফক-জিংজেং, (৭) লেরা- খোংনাং, (৮) লোকখা-হাওখা অমসুং (৯) হৈরোম-খুনজান। কাঙলূপ মাপল অসিগী মথক্তা ফুরূপ মচা মচা খরদি লৈখি। মতম অদুদা আর্য্যশিংগী খোঙগুল কংলৈপাক্তা তাখিদে।

মথংদা কংলৈপাক অসিদা ধর্ম শন্দোকপা, লল্লোন-ঈতিক তৌবা অমদি লৈবাক শন্দোকপা কাঙবুশিংগী পনফমদি ওইখি। অদুবু মমৈথংদদি অনৌ-অনৌবা মীতোপশিং লাক্লুনা মীতৈ নৎত্রগা হাও ওনখিবা কয়া অমদি য়াওখি। ইং শোক ১৪৬৭ হায়বদি কদাম্বা নিংথৌগী হাক্তক্তা ময়াং সুভিন নরায়নদা য়ুম্নাক পীদুনা কংলৈপাক্তা খুন্দাহনখি। নোংইনফাবগী মতমদসু (১৫২২) ময়াং অনীদা য়ুম্নাক পীরগা কংলৈপাক্তা লৈহনখি। ইং শোক ১৭০৯ দগী ইং শোক ১৭৫২ ফাওবদা লাকখিবা ময়াং সপানন্দনচিংবা মীতোপশিংদা মীতৈ নিঙ্ঙোলশিং পীরগা য়ুম্নাক পীদুনা কংলৈপাক্তা লৈহনখি। অদুগা রামদাসনচিংবদা হাও নিঙ্ঙোলশিং পীদুনা লৈহনখি।

মথং মথং মপান্দগী ময়াংশিংনা লাক্লগা য়ুম্নাকশিং লৌ- লৌদুনা কংলৈপাক অসিদা লৈখি। মফম অসিদা লাকখিবা মীতোপশিংনা জাতি-বিজাতি খণ্ডনা মীতৈ নৎত্রগা হাও ওনখিবা অদু খন্দোকপদা য়াম্না ৱানা থোক্লগনি। অদুবু ময়াংশিং নৎত্রবা মীতোপশিংনা মীতৈ নৎত্রগা হাওগা চারৌ-মৌরৌনদুনা মতম কুইনা হিংমিন্নরক্লবসু কংলৈচাশিংবু আর্য্যশিংগী মচা-মশুশিংনি হায়বদি য়ারোই, মদুগী খুদম করিমতা ফংদে। পুয়াগী মতুংইন্না ঐখোয়গী চীংমী- তম্মী অনীসিদি অহানবা ওইনা অমদি হৌরকফম

তিন্নরা চীংদা খুম্থোক্তুনা খুন্দামিন্নরম্বনি।

চীংমী-তম্মী মচিম্নরাওনি। চীংমীনা অহলনি, অদুগা তম্মীনা মনাওনি। মচিম্নাও কায়নখিবগী নুংশিরবা ৱারীশিংবু তারগা ঐখোয়গী পুক্নিংদা নুংশিবা ফাওনরি। অদুবু য়েলহৌগৈদগী হৌদুনা কংলৈপাক অসিদা লৈমিন্নরক্লবা ঐখোয়বু ঙরাংদা লাকখিবা আর্য্যশিংগী মচা-মশুশিংনি হায়না করম্না হায়গদৌরিবনো? মতম, ধর্ম অমসুং ফীভমদি হোংখিবা য়াই, ঐখোয়গী কাঙলূপ, জাতি অমসুং ফুরূপকী হৌরকফমদি কৈদৌগৈদসু হোংবা য়ারোই। হৌজিক হৌজিক ঐখোয়না ফংলিবা পুয়াশিং,অরিবা লাইরিকশিং অমসুং ফুঙ্গা ৱারীশিং অসিবু নৈনরুরবদি তম্মীশিং অসি কনাসু নত্তে, কংলৈপাক্কী চীংমীশিংগী চাদা নাউদা ঙাক্তনি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই।

অৱাং-ভারত পূম্বনা সমুদ্রগী ঈরোন্নুংদা লূপ্তুনা লৈরিগৈদা ঐখোয়গী ঈপা-ঈপুশিংনা লাইশিংগা লোয়ননা শগোল কাংজৈ শান্নদুনা খম-থেংনা নুংঙাই-য়াইফবগী থাক য়ৌরম্লবা কংলৈচাশিংবু ঙরাংতা লাকখিবা আর্য্যশিংগী মচা-মশুশিংনি হায়না হায়জিনখিবদু অরানবনি, থাজবীরুনু। কৌব্রু চীংলোলবু ঙরাংতা ফুজিল্লকখিবা মপানগী শাফুনা কৌমার-পর্ববত হায়দুনা আর্য্যগী মচু তৈশিনখিদুনা মমিং হোংদোকখিবা মতাংসু য়াওখি। মদু য়ুম্ফম করিমতা য়াওদবনি, অরানবনি।

কংলৈপাকপু মণিপুর হায়না মিং থোনখিবা অসিদি খাঙডুথক্কীনি। শেংলবা কংলৈপাক্তা মণিপুর হায়বা লম্লানবা মচু-অমা তৈশিনখিবসি লাইবকথীবনি। ঐখোয়গী নুংশিরবা লমদম কংলৈপাক অসিবু মণিপুর হায়না থোনখিবগী শাজিনবা ৱারী অহুম/মরি লৈফম থোক্তে। ৱারী অমনা য়ারক্তদুনা অমমুক শেম্বা, অদুগা মদুনা অমুক য়ারক্লগা অতোপ্পা ৱারী অমমুক শেমজিন-শাজিনখিবনি। মহাদেবনা মহাক্কী ত্রিশূলনা ঈশিং চিংথোকখ্রগা অনন্তনা নিংথৌ ওইবদগী কৌরকপা মণিপুর, অর্জ্জুননা চিত্রাঙ্গদা লৌদুনা বব্রুবাহন পোকখিবা অদুগা বব্রুবাহন্না নিংথৌ ওইখিবা মহাভারতকী মণিপুর, অদুগা শান্তিদাসনা ঈপুধৌ পাখঙবগী চীরোল-চীরোংবু উবদা অনন্ত লিলনি, মতোক্তা মণিথোনবনি হায়দুনা থোল্লমখিবা মণিপুর— মণিপুর অহুম অসি ঐখোয়গী কংলৈপাক্তা পুশিনখিবসিদা ঙক্তবা ঙমদে।

মহাদেবগী মণিপুরগী মতাঙদদি মহাদেবনা দক্ষপ্রজাপতিগী মচানুপী সতীবু লৌখি। সতীবু মপাবুংনা চাক্কৌবদা লাক্তবদগী শাউদুনা ৱারকপদগী শোয়খিদুনা শিখি। মহাদেবনা সতীগী অশিবা হকচাঙ অদু পুরগা কোয়চোং- চোংদুনা চৎলম্মী। মহাদেবগী মতৌ অদু উবদা লাইশিংনা মাঙবা তারে হায়দুনা সতীগী অশিবা হকচাঙ অদু মকক

মকক ককথংখি। ফনেক (মেখলা) য়াওবা সতীগী খ্বাংগী শরুক অদুনা হিয়াংথাং চীংথক্তা তাখি হায়। সতীগী মেখলা তাখিবা মফম অদুবু মেখলী দেশ হায়না কৌখি। দেশ অসিদা রাস লীলা শান্নখি হায়জিল্লি। অনন্ত লিলনা রাস লীলা অদু য়েংখিবদা নুংঙাইমনখিদুনা মকোক্তগী মণি ময়াম অমা পুথোক্নুনা চায়খি হায়নসু হায়জিল্লি। অদুদগীদি মহাদেবগী রাস লীলা লোইরবা মতুংদা অনন্ত লিল অদুনা নিংথৌ ওইরগা মহাক্কী কোনুংদা মণিনা লৈতেংখিবদগী লৈবাক অসিবু মণিপুর হায়না কৌখিবনি হায়রি। মসিগী ৱারী অসি অরানবনি, মরী-মখোঙ নৎত্রগা য়ুম্ফম য়াওদবনি। ঐখোয়গী কংলৈপাক্কা মরী শুক্লে লৈনদে। রাস লীলা হায়বদুদি ইনিংথৌ চীংথংখোম্বগী হাক্তক্তা হৌদোকখিবনি। বৈষ্ণব ধর্ম য়ৌরকখিবা মতুংদতা ঐখোয়গী লমদম অসিদা রাস লীলাবু মশক খণ্ডনরকখিবনি। মদুগী মথক্তসু ঐখোয়গী লাইহরাওবা অসিবু রাস লীলা অদুদগী হৌদোকখিবনি হায়না হায়জিল্লি। লাইহরাওবা অসিদি ঐখোয়গী কংলৈপাক অসিদা লাইগা মীগা শম্নরিঙেদা হৌদোকখিবনি। লাই হাক্তক্তগী লৈরক্লবা ঐখোয়গী লাইহরাওববু রাস লীলা তৌখিবা অদুদগী হৌদোকখিবনি হায়বসিদি নাতে হুক্তে। শেমজিন-শাজিনববু কয়াম কুইখিবগে ?

কংলৈপাক্তা কংলা লৈরি, কংলৈচাশিং লৈরি, কংলৈলোল লৈরি, কংলৈ ঈয়েক লৈরি, কৌব্রু, থাংজিং, নোংমাইচীং, খেবু,লাইমতোননচিংবা চীংশিং লৈরি, চকপী, টুয়াং, ইম্ফাল, থৌবাল তুরেলনচিংবা লৈরি, অদুগা লোকতাক পাৎসু লৈরি। ঐখোয়গা লৈমিন্নরকপা শা-উচেকশিংসু লোইনমক লৈমিন্নরি।

ঐখোয়গী কংলৈপাক অসিবু নিংথৌ পামহৈবগী হাক্তক্তা (১৭০৯-১৭৪৮) মণিপুর হায়না ওস্থোক্লগা কৌখি। ইং শোক ১৭১৭, মেরাগী মঙানি পানবা ইরাই নুমিৎতা পামহৈবা (গরিবনিবাজ) নিংথৌবু গোপালদাসনা গুরু ওইদুনা লাইমিং লৌখি। পামহৈবগী মমাঙদদি মণিপুর হায়বা মিং অসি লৈরমখিদে। নিংথৌ পামহৈবগা শান্তিদাসকা অনীনা রামান্দি লাইনীংবু নম-নমদুনা কংলৈচাশিংদা শন্দোকখি। পামহৈববু গরিবনিৱাজ হায়না ওস্থোকখিবদা য়াম্না মায়পাকপা হায়বদু ওইখি। মীতৈ নিংথৌ পামহৈবনা লম্বোইবা চেঙ-চঙবা শান্তিদাসকী মৱা লৌরগা তৌনীংবতা তৌখি।

সনা কোনুংদা অশেম্বা পুয়া কয়া শাখি। শান্তিদাসনা মীতৈ মাইচৌশিংগী মহুৎ শিনখি, অদুগা মীতৈগী মীহৌরোল পুয়াশিংবু মমৈ-মকোক খণ্ডহনখিদে। কংলৈ-ঈয়েক্কী মহুত্তা বঙ্গালী ময়েক ওইনা চৎনহনখি। হি-য়াই চেল্লবা পুয়া ১২০ রোমবু কংলা উত্ত্রা মমাঙদা ইং শোক ১৭২৯ গী ৱাকচিংগী ২৩নি পানবা শগোলশেল নুমিৎতা অশিবা মী পোৎলোইবগুম শীংখন তরেৎ খন্দুনা মৈ থাদোকখি। অদুবু হন্দক

## ৬/কংলৈপাকপু মণিপুর কৌরগুমসি

তাং ০৯/১০/২০০৮ ইংগী পুং ১০.৩০ তাবা মতমদা অকোম লূপনা শীন্দুনা ইম্ফালগী কংলা হোলদা পাঙথোকখিবা খন্ন-নৈনবগী মীফম অমনা পুয়া মৈ থাখিবগী থৌদোক অদু ইং১৭৩২গী মেরাগী ১৭ নি পানবা, নোংমাইজিং নুমিত্তা কংলা উত্ত্রা মমাঙদা থোকখিবনি হায়না য়ানখি। নুমিৎ অসিবু ছুটি লাউথোকপীনবসু সরকারদা তকশিনবা হায়নসু ৱারেপ লৌখি। অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু পুয়া কয়া মৈ থারুবগী শান্তিদাসগী মশাদা লাইথুং মরাং-মরাংনা পকখি। কংলৈপাক্কী মাইচৌ খোংনাথাবদা মহাক্লা চঙজরুবদগী পুরুক শৌবী ঈকোনগী ঈরোন্নুংদা ঈরুপ্পগা মহাক্কী নমথীরবা লাইথুং অদু কোকচখি। পূকচেল চাউরবা মাইচৌ খোংনাংথাবনা তাকপীরমদ্রবদি মহাক্কী লাইথুং অদু কোকপগী খুদোংচাবা অদু ফংলম্লোইদবনি।

শান্তিদাসকী মীচঙদা পামহৈবা নিংথৌনা চপ-চানা লৈখিবা মরমনা মহাক্কী নাপল অদু অমুক কারকখি। পুরুক শৌবী ঈরোনুংদগী ফাওগৎলকখিবা ঈপুধৌ পাখঙবগী শক্তম অদুবু উরুবদা মহাক্লা হিন্দুগী অনন্ত লিলনি হায়দুনা অমুক হায়জিল্লকখি। অনন্ত হায়বা লিল অদুগী মকোক্তা মণি য়াওই। মদুদগী ঐখোয়গী লৈবাক অসি মণি লৈবা লৈবাক্লি হায়দুনা শান্তিদাসনা মণিপুর থোনখিসু হায়নৈ।

কংলৈপাক্কী মিংবু মণিপুর হায়না ওন্থোকখিবা, যেলহৌভেদগী লৈয়ক্কবা খুভম কয়াবু মথং মথং মুখৎপা হৌরকখিবা অমসুং হি-য়াই চেল্লবা পুয়া কয়াবু মৈ থাবর্কাখবা মতম অদুদা তুং-মাং উবা ঙমখিবা মাইচৌ চীংউ খোংনাংথাবনা হায়বীখিবা মখাগী চেকশিন-ৱা অসি নীংশিংদবা ঙমদেঃ

*ঈপাম মৈ হৌরে*
*লাংচীং মৈ চাক্লে*
*হা ঈদু নিংথৌ লৈতবরা*
*খাম্বী মৈ কল্লো।*

উপায় লৈখিদে। ঐখোয়গী কংলৈপাক অসিবু মহাভারতকী মণিপুর অদুনি হায়জিন্দুনা ঈপুধৌ পাখঙবা, কাংবা নিংথৌনচিংবগী মীহৌরোলগী ৱারীশিংবু অরেম্বদা তাহন্নবা লাক্লখি। কংলৈচাশিংবু আর্য্যগী মচা-মশুশিংনি হায়বফাওবা হায়জিনখি। ঈপুধৌ পাখঙববু অনন্তনি অদুগা মাইচৌ খোনাংথাববু হিন্দুগী চানকা মুনিনি হায়জিনখিবা অদু কংলৈচাশিংনদি থাজখিদে। বৈষ্ণব লাইনীং চৎপা কংলৈপাক্কী মীওই খরনা মহাভারতকী মণিপুর অদুবু ঐখোয়গী কংলৈপাকসিনি হায়দুনা ঐখোয়গী মীহৌরোলগী ইতিহাসপু মতম খরগী ওইনা ঈচেল থৈদোকখি। মখোয়শিং অদুগী মনুংদগী পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু

শম্মগী মমিং পনবা য়াই। মহাক্কী *মণিপুর ইতিহাস, মণিপুর পুরাবৃত্তম, মৈতৈ মেহৌরোল* হায়বনচিংবা লাইরিকশিং অদুনা ঐখোয়গী মীহৌরোলগী ইতিহাস থৈদোকখিবদা মতেঙ য়াম্না পাংখি। শ্রী হিজম বীজয়গী *মৈত্রবাক্কী ৱারী*, শ্রী মুতুম ঝুলোনগী *বীজয় পঞ্চালী* হায়বা লাইরিকশিং অদুনসু ঐখোয়গী ইতিহাস থৈদোকপগী ঈচেল অদুবু কলহনখি। মহাভারত হন্দোকপা অখণ্ড-অহে কয়ানসু ঐখোয়গী কংলৈপাক অসিবু মহাভারতকী মণিপুরনি হায়না নৈনরক্তুনা ঈচেল অদুদা ঈনোৎ অমুক হাপচিনখি।

কংলৈপাক্তা মহাভারতকী মণিপুর থাংজিন্নবা হোৎনবদা কংলৈপাক্কী লাইফমনচিংবা কয়া মমিং হোংদোকখি। নোংমাইচীং লাইফমবু নীলকন্থ গিরি, কোংবা তুরেলবু গয়বীগঙ্গা, চীংগোয় চুরেল লাইফমবু উত্তব বাহিনী গঙ্গা, কৌব্রু লাইফমবু কৌমার পর্ববত, লাইমতোন ফৌরুংববু বরুনদ্বজ গিরি, হৈপোক চীংগী লাইফম্বু ভগ্নেস্বর গিরি, নুংশেং ঈকোন হায়বা ঈপুধৌ পাখওবগী লাইফম অচৌববু বিন্দু সরোবর, চীংমৈরোংবু পরসুরাম কুন্দ, লাংজিং অচৌববু হরিদ্বার, শীংজমৈবু নিলচোন ক্ষেত্র, থাঙ্গাবু দ্বারকা, ফুমলৌবু ভুলোক, ফুঙ্গা লাইরুবু ভর্গদেব হাযনা সংস্কৃতকী মমিংশিং ওস্লোক্লগা কংলৈপাক্কী অশেঙবা মমিংশিংবু মুখৎনবা লাক্করকখি।

ঐখোয়গী কংলৈপাক অসিবু মহাভারতকী মণিপুর, অদুগা কংলৈচাশিংবুনা আর্যাগী মচা-মশুশিংনি হায়দুনা মহৈ-তম্ফমশিংগী লাইরিকশিংদফাওবা হাপচিন্দুনা অঙাংশিংদা লান্না লমজিংখি। চিত্রাঙ্গাদাবু কংলৈ চনুশিংগী মরক্তা চলহন্দুনা *সতী খোংনাং* হায়বা পিঃ ইউঃ সিঃদা তম্মখিবা ৱারেং অদুদা লান্না ইশিনবীখি। অঙাংশিংগী লাইরিকশিংদসু বব্রুবাহন্না নিংথৌ ওইনা পানখিবা মণিপুর অদু ঐখোয়গী কংলৈপাক অসিনি হায়না লান্না ইশিন্দুনা অঙাংশিংদা লান্না খণ্ডহনখি। ফুরূপ অমগী মীহৌরোলবু অতোপ্পা ফুরূপ অমগী মীহৌরোলদা পুন্না ফুক্তুনা থাংজিল্লকপা য়াবা হৌনদে। ঐখোয় কংলৈচাশিংগী অশেঙবা পুয়াবু শেমদোক-শেমজিন তৌদুনা মাঙহনখি। মঙাং, লুৱাং, খুমন, অঙোম, মোইরাং, খা-ঙানবা অমসুং সরাং লৈশাংথেম হায়দুনা লৈরিবা য়েক-সলাই তরেৎ অদুবুসু সান্দিল্য, কাস্যপ, মধুগল্য / মৌদল্য, কৌশিক, অত্রেয়, ভরদ্বাজ অমসুং গৌতম গোত্রনচিংবদা ওস্লোকখি। মথংদা গোত্র মাপল শুননবা য়েক-সলাইসু মাপল থোকহনখি। খা-ঙানববু খাবা অমসুং ঙানবা হায়দুনা অনী থোক্লা খায়দোকখি। সরাং লৈশাংথেম্বুনা লৈশাংথেম অমসুং চেংলৈ হায়দুনা অনী থোক্লা খায়দোকখি। অসুম্না য়েক-সলাই মাপল শুহল্লগা গোত্রসু অঙ্গিরস অমসুং বসিষ্ঠ হাপচিল্লগা মাপল লৈহনখি।

মদুগীসু মথক্তা ঐখোয় কংলৈচাশিংগী লাইশিংগী মশক-মমিংসু হোংদোকখি। সলাইলেন শিদববু ইন্দ্রদেবনি হায়না খঙহনখি। নোংপোক নিংথৌবু শিব মহাদেব, লাইনিংথৌ ব্রাংব্রেলবু বরুন, পান্থোইবীবু দুর্গা, সনামহীবু গরুড় হায়না ওস্থোকখি। অসুম্না কংলৈচাশিংগী লাইয়াম অমবু হিন্দুগী লাইশিং ওইহনখি। মদুদি তৌবা ঙম্মি হায়দুনা অচুম্বা শকখিবগী ৱানি, অদুবু অচুম্বা অদুদি মাঙখিবা য়াদবনিনা থোরকপা হৌরক্লে।

অর্জ্জুনবু চহী তরানীথোই লোই থাখিবা অদুদা মহাক্না তীর্থ চৎলগা নোংপোকলোমদা উৎপলিনী, নন্দা, কৌশীবী, মহানদী, গয়া, গঙ্গানচিংবদা লাকখি। অদুম্না লাকপদা মহাক্না অঙ্গ (হৌজিক্কী বিহার), বঙ্গ (বেঙ্গল) অমসুং কলিঙ্গ (হৌজিক্কী ওরিষ্যা) হায়বা লমশিং অদুগী লাইফমশিংদা লাকখি। মহাক্না নোংপোকলোমদা লৈবা ঐখোয়গী কংলৈপাক অসিদা লাকখিদে। মখাগী মহাভারতকী শ্লোক অসিনা তাকপদি ঐখোয়গী কংলৈপাক অসিদা অর্জ্জুন্না লাক্লমদনা অসুম অসুম নোংচুপলোমদা চৎকি হায়বনিঃ

*মহন্দ্রেপর্ব্বতং দৃষ্টা তাপসৈরুপ শোভিতম।*
*সমুদ্রতীরেন শনৈঃ মণিপুরং জগামহ।।*

খা-ভারতলোমদা মহেন্দ্র চীংজাউগী চীংমৈ হাইথরকপদা লৈবা সমুদ্র মপানগী লম্বীদা অর্জ্জুননা চৎলগা মহাভারতকী মণিপুর অদুদা থুংখিবনি। মহেন্দ্র পর্ববতসু লৈতবা, সমুদ্র মপান্দসু লৈতবা কংলৈপাক অসিবু মহাভারতকী মণিপুরনি হায়বদি লানগনি। মদুগী মথক্তসু কংলৈপাক অসিদি মতম অদুদা ভারতকী শরূক অমসু ওইবমখিদে। অর্জ্জুননা চৎলমখিবা লোইগী খোঙচৎ অদুদি আর্য্যগী ভারতকী মনুংখক্তদা ওইখিবনি।

অর্জ্জুননা ওরিষ্যাগী মণিপুরদা লাক্লগা চিত্রাঙ্গদাবু লৌরগা বব্রুবাহন কৌবা মচানুপা অমা পোকখি। মফম অদুদা অর্জ্জুননা চহী অহুম লৈরমখি। অদুদগীদি মহাক্না ওরিষ্যাগী মণিপুর থাদোক্লম্লগা মখারোমগী সমুদ্র মপান্দা তীর্থ মঙা চৎখি। বব্রুবাহন্না পানখিবা মফম অদুদা হান্না লৈরমখিবা মীশিং অদুনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু থব্রায় য়াওনা নীংনরম্মী, অদুগা কংলৈপাক্তা ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু নীংখিবদি ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌগী হাক্তক্তদা ওইখি। মদুগী মমাঙদদি কংলৈচাশিংনা সনামহী লাৎনরম্মী। মহাভারতকী মতমদা কংলৈচাশিংনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু নীংলম্মী হায়বসিদি অঙকপা ফংনা লানগনি। মরম অদুনা অর্জ্জুননা চৎখিবা মহাভারতকী মণিপুর অদু ঐখোয়গী কংলৈপাক অসি নত্তে। পাখঙববু অনন্তনি হায়জিন্দুনা অনন্তগী মণিদগী মণিপুর থোনখিবা, অদুগা অমুক

য়ারক্তদুনা মহাভারতকী মণিপুর অদুবু কংলৈপাক্তা থাংজিল্লকখিবা অসি য়ুম্ফম য়াওদে।

মহাভারতকী মণিপুরগা কংলৈপাক্কা খেন্নৈ। মহাভারতকী মণিপুর অদুগী অকোয়বদা *পুর* তাবা লম ময়াম অমা লৈ। মখোয় অদুদি ঃ মণিরামপুর, জলিয়ানপুর, খানপুর, ফাড়িপুর, মহেসপুর, ফতৈহপুর, কামদেবপুর, রাজপুর, মকুন্দপুর, গৌরিপুর, জয়পুর, রঘুনাথপুর, রামপুর, গীতাপুর, নরসিংহপুরনচিংবনি। *পুর* তাবা লম পূম্নমক অসি ওরিষ্যাগী মণিপুরগী অকোয়বদা লৈবনি। মহাভারতকী মণিপুর অদু *পুর* তাবা লমশিং অদুগী মরক্তা লৈবগী লৈবা অদুম লৈজসনু। ঐখোয়গী কংলৈপাক অসিগী মনুং অমসুং অকোয়বদা লৈবা লমশিংদা *পুর* তাবা লম অমতসু লৈরমখিদে। ঐখোয়গী কংলৈপাক অসি মহাভারতকী মণিপুরনি হায়বা য়াদে, য়ুম্ফম য়াওদবা ৱাফমনি।

হিন্দুগী অচৌবা পণ্ডিত কয়ানা অর্জ্জুননা লৌখিবা চিত্রাঙ্গদা অদু লুখ্রাবীনি হায়। মহাক্লা গন্ধর্ববদা ওংলুরগা লুখ্রাবী ওইদুনা লৈরিঙৈদা অর্জ্জুনগা লুহোংখিবা ওইখিবনা লুখ্রাবী খুৎহোংদা বিধবা বিবহ তৌখিবনি হায়। অদু ওইরবদি চিত্রাঙ্গদাদি অর্জ্জুনগী তুমন তারে। কংলৈপাক্কী ঈপানাৎ ঈপুনাৎকী চৎনবীদদি তুমন্না (লুখ্রাবীনা) পোকপা মচানুপানা কংলাগী নিংথৌ ওইবদি তৌহৈদে। মরম অদুনা চিত্রাঙ্গদাগী মচানুপা বব্রুবাহন্না ঐখোয়গী কংলৈবাক অসিদা নিংথৌ ওইখি হায়বা ৱাবীসি শজিনবা ৱারীনি. অদুগা মহাভারতকী মণিপুর অদু ঐখোয়গী কংলৈপাক অসি ওইবা য়ারোই। কংলৈপাক্লা ঐখোযগী লৈবাক্কী মমিংনি, অদুগা মণিপুরনা ওবিষ্যাগীনি। হিন্দুগী মমিং চৎলবা পণ্ডিত নগেন্দ্রনাথ বাসুনা মহাক্কী *জন্মভূমি* কৌবা পত্রিকা অদুদা মহাভারতকী মণিপুর অদুদি ওবিষ্যাগী থায়নগী রাজধানীনি হায়রি। পণ্ডিত অসিগী অরেপ্পা মীৎয়েংদদি মহাভারতকী মণিপুর অদুনা ওরিষ্যাদগী হেন্দোকনীংঙাই লৈতে হায়বসিনি। মরম অদুনা ওরিষ্যাদা লৈবা মহাভারতকী মণিপুর অদুবু ত্রিপুরা অমসুং নাগালেণ্ডগী মথক্তা লান্না খাংলক্তুনা কংলৈপাক তান্না পুরকপা য়াবোই।

ঐখোয়গী কংলৈপাক অসিদা য়াম্না তোয়না লাকখিবা আর্য্যশিংগী খুন্দারোল ইবদা য়াম্না ফাওখিবা পণ্ডিত এসঃ কেঃ চেত্তরজী অমসুং ইতিহাস লেংবা আরঃ সিঃ মজুমদার অনীনা ঐখোয়গী কংলৈপাক অসি মহাভারতকী মণিপুর নত্তে হায়বদু খঙখি। কংলৈচাশিং অসিবু আর্য্য ওইহন্নীংদুনা ঐখোয়গী মীহৌরোলগী ইতিহাস শেমজিনখিবনি হায়বা খঙলদুনা কংলৈচাশিংবু আর্য্যগী মচা-মশুশিংনি হায়বা য়ারোই হায়না ডাঃ এসঃ কেঃ চেত্তরজীনা হায়খি।

বৃটিশ ওফিসার আরঃ ব্রউন, এফঃ আরঃ সিঃ এসঃ ইঃ নসু মশাগী মীহৌরোল

মাগুহঞ্জরবা কংলৈচাশিং অসি মশানা মশাবু হিন্দুনি হায়জনবা হোৎনবদা মহাভারতপু মখোয়গী মীহৌরোল ওইনা লান্না শীজিন্নে হায়খি। কেপটেন পেম্বরটননসু কংলৈচাশিং অসি আর্য্যগী মচা-মগুশিংনি হায়বা ব্রাফম অদু নাতৈ-হুক্তবনি হায়না চৈরম্মী। মতৌ অসুম তৌদুনা বৃটিশশিংনা ঐখোয়গী কংলৈপাকপু লৌশিনখ্রবা মতুংদদি ঐখোয়গী হৌরকফম অদু আর্য্যশিংগা শম্নদবা অমা ওইরকখি। ধর্মদি ওনবা য়াই, জাতিদি ওনবা য়াদে।

ঐখোয়গী কংলৈপাক অসিদা পানখিবা মীহৌরোলগী নিংথৌ পূম্নমক কংলৈ-লোন্দা মমিংশিং থোনখিবা গুাক্তনি। ইং শোক ১৭০৯ দা ইনিংথৌ চরাইরোংবনা লৈখিদবা অদুফাওবদি কংলৈপাক্কী নিংথৌ অমতবু সংস্কৃতনা মমিং থোনখিবা য়াওখিদে। পামহৈবা নিংথৌনা লাইমিং হেক লৌখিবদগীদি কংলৈপাক্তা পানখিবা নিংথৌশিংগী মমিংশিংবুসু কংলৈ-লোল নত্তবদা থোনখি। পুয়া মৈ থাখ্রবা মতুংদা ঐখোয়গী মীহৌরোলগী লাইরিক *চৈথারোল কুম্বাবা* হায়বা মরুওইবা লাইরিক অদুবুসু অমুক হন্না ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌগী হাক্তক্তা সংস্কৃত ব্রাহৈ কয়া হাপচিন্দুনা শেমদোক- শেমজিন তৌরগা ইথোকখি। মদুদা মখাগী অসুম্না ইরিঃ

*শ্রীনরায়ণনা ব্রহ্ম পোকত্র*
*ব্রহ্মনা মোরিচি পোকত্র*
*মোরিচিনা কাইসোপ পোকত্র ॥*
*কাইসোপনা সুর্য্য পোকত্র ॥*
*সুর্য্যনা বুদ্ধদেব পোকত্র ॥*
*বুদ্বদেবনা সুর্য্যবংশ খায়খিত্র ॥*
*সুর্য্যনা সাবন্য মনু পোকএ ॥*
*সাবন্য মনুনা ইন্দু পোকত্র ॥*
*ইন্দুদগী চন্দ্রবংশ খায়খিত্র ॥*
*ইন্দুনা চিত্রকেতু পোকত্র ॥*
*চিত্রকেতুদগী গন্ধর্ব খায়খিত্র ॥*
*চিত্রসব্যনা চিত্ররবা পোকত্র ॥*
*চিত্ররবানা চিত্রংগা পোকত্র ॥*
*চিত্রংগানা চিত্রঙ্গতা পোকত্র ॥*
*চিত্রঙ্গতাবু অর্জ্জুননা লৌদুনা*

*বব্রুবাহু পোকত্র॥*
*বব্রুবাহুদা নিংথৌ পীখিয়ে॥*
*বব্রুবাহুনা নিংথৌ ওইরবদা*
*মন্দ্রে নগর কৌবদগী মণিপুর কৌখি।*

অসুম্না কংলৈপাক্কী মীহৌরোলদা মীতোপ-মীয়ান ময়াম অমা হৌনদুনা লাক্লগা মরোল থোক্তবা চেদতা পূল্লপ লৈহনখি।

ঐখোয়গী কংলৈপাকপু মহাভারতকী মণিপুর ওইহন্নবা কন্না লাক্লখি অমসুং ওইহনখি। অদুবু হৌজিক্তি অর্জ্জুনগী খোঙগুল লীবদা ফংলে মদুদি চীংলোল কয়ানা কোয়শিল্লিবা ভারতকী লম ওইরমদবা, সমুদ্র মপান্দগী য়াম্না লাপ্না লৈবা, মহেন্দ্র পর্ব্বত উদবা, কলিঙ্গদেশকা (ওরিষ্যাগা) য়াম্না লাপ্নবা কংলৈপাক অসিদি অর্জ্জুনগী লোই চৎপগী লমথুংফম নত্তে। মদুদি কলিঙ্গ দেশকী মণিপুর অদুনি।

অজ্জুননা ওরিষ্যাগী (কলিঙ্গদেশ) মণিপুর থাদোক্লগা মখারোমগী সমুদ্র মপানলোমদা চৎখি, অদুগা *অগস্ত্যাতীর্থ, শৌভদ্র তীর্থ, পৌলোম তীর্থ, কারন্ধম তীর্থ* অমসুং *ভরদ্বাজ তীর্থ* কৌবা তীর্থ মঙা অদুদা চৎখি। মহাক্না কুম্ভীরশিং ওন্দুনা লৈরম্বী স্বর্গগী জগোইশাবী অপ্সরা মঙাবু লানবীখি। মদুগী মতুংদা চিত্রাঙ্গদা উননবগী মহাক্না ওরিষ্যাগী মণিপুবদা অমুক লাকখি. মথক্তা পনখ্রিবা তীর্থ মঙা অদুদি খা-নোংপোক লৈবাকশিংদদি লৈতে। খারোমদা চৎলগা সমুদ্র মপান্দা তীর্থশিং লৈবদি ওরিষ্যাগী মণিপুরদা নত্তনা অতৈ মফমদা খক ওইরোই। *History of Assam* হায়বা লাইবিক অদুবু ইবা এডৱার্ড গোইৎনা মহাভারততা য়াওবা মণিপুর অদু পাখঙবনা পানখিবা কংলৈপাক অদু নত্তে হায়খি। মহাক্না হায়রম্মী, *"The Manipur mentioned in the Mahabharata was the capital of Babhruvahana, king of Kalinga. It must, therefore, have been situated somewhere in the south Orrissa or north of Madras".*

মহাভারতকী মণিপুব হায়বা লম অদুগী উচেকশিংগী মমিংশিংবু পন্নবকপদা উচেকশিংগী নিংথৌ কোকিলবু মরুওইনা লৌনৈ। কংলৈপাক অসিদদি ঈশিং-নুংশিৎকা চান্নদবা মরম্না কোকিল লৈরমখিদে অমদি লৈতে। মরম অদুনা কোকিল লৈবা মফম মহাভারতকী মণিপুর অদু ঐখোয়গী কংলৈপাক অসি নত্তে, গোত্রগী লমসু নত্তে। মফম অসিদি মঙাং, লুৱাং, খুমন, অঙোম, মোইরাং, খা-ঙানবা অমসুং সরাং- লৈশাংথেম হায়বা সলাই তরেৎ অদুগী লমনি।

কংলৈচাশিংগী পুকোক অদুগা লাইশিংগীদি মমৈ ঈপুধৌ পাখঙবনা মপারি তরেৎ অদুবু ঈগা ঈগা মৌনরে হায়দুনা মখোয় খুদীংগী য়েক অমমম লৈহনখি। য়েক-সলাই তরেৎ অসি ঐখোয়গী অরিবা নিংথৌশিংগী শাগে ঙাক্তনি। য়েক-সলাই লৈতবা বব্রুবাহন নিংথৌগী মণিপুর অদু ঐখোয়গী কংলৈপাক অসি নত্তে।

ভারতকী মমিং চৎলবা পণ্ডিত শ্রীনগেন্দনাথ বসুনা মহাক্কী বিশ্বকোষ ণবম ভাগ (শাল১৩০৫), Book No. 51888, Reference Section, G. University Library দা যেকথোক্লুনা তাকপা মহাভারতকী মণিপুর য়াওবা ভারতকী অরিবা ম্যেপ মখাদা পীজরিঃ

**"প্রাচীন দাক্ষিনাত্য"**

(বিশ্বকোষের জন্য শ্রীনগেন্দ্রনাথ বসু সঙ্কলিত।।)




শাল ১৩০৫।। বিশ্বকোষ, ণবম ভাগ— Book. No. 51888, Reference Section, G, University Library.

মথক্তা পীজরিবা ম্যেপ অসিদা মহাভারতকী মণিপুর অদু কলিঙ্গদেশকী (ওরিষ্যাগী) মনুংদা লৈ হায়বা উৎলি।

ইং শোক ১৯০৮ দা Bengal Technical Institute, Calcutta দা নমথোকখিবা মহাভারতকী মণিপুর য়াওবা ম্যেপ অদুমসু মখাদা পীজরি ঃ

"পৌরানিক ভারতবর্ষ"

(সরল কৃত্তিবাস ও সরল কাশীরামদাসের জন্য সঙ্কলিত)




Printed at the Bengal Technical Institute - Calcutta - 1908.
Retraced by - Sukha Deva on 29/10/1961.

মথক্কী ম্যেপ অসিদা ঐখোয়গী কংলৈপাক অসি ভারতকী মনুং চল্লমখিদে হায়বা তাকই। মমাঙঙৈদা আর্য্যশিংগী নিংথৌশিংনা পাল্লমখিবা লৈবাকশিংগী ঙমখৈ মনুংদা লৈবা মণিপুর অদু কলিঙ্গদেশকী মনুংদনি হায়বদুসু ম্যেপ অসিনা তাকই।

মখাগী ম্যেপ অসিনা ইং শোক ১৯৩২ দা অনীশুবা খূৎনম ওইনা ফোঁওখিবা Oxford Pictorial Dictionary of Indian History, page 5 তা য়াওবনি। মসিদা মহাভারতকী মণিপুর অদুদি কলিঙ্গদেশকী রাজধানীনি হায়না উৎলি ঃ

## খৃস্তগী মমাং চহী ৬০০ কী ভারতকী অরীবা মেপ




Oxford Pictorial Dictionary of Indian History 1932 : Second Edition, Page - 5

নারদ মুণিগী ৱায়েল থুগায়রুবদগী অর্জ্জুননা চহী তরানীথোই লোই চৎখিবনি। মহাক্কী লোইখোঙচৎকা মরী লৈনবা মখাগী ম্যোপ No. 2498 HD: 70-1000-500 72-1500 '74 অসি Survey of India না অমুক হন্না পুথোক্কুনা মীয়ামদা খঙহল্লি ঃ




মথক্কী ম্যোপ অসিনা অর্জ্জুনগী লোইখোঙচৎ অদুগী লম্বী অদু তশেং-তশেংনা উৎলি, অদুগা মহাভারতকী মণিপুরগী লৈফমদুসু মযেক শেংনা তাক্লি।

হৌজিক্তি মহাভারতকী মণিপুর অদু ঐখোয়গী কংলৈপাক নত্রে হায়বা ঐখোয়না তশেংনা খঙলে। ঐখোয়গী কংলৈপাক্তা লম্লানবা মচু অমা থাজিন্দুনা থম্বা ওইরম্লে। লম্লানবা মচু অসিবু তৈথোক্লগা ঈমা লৈবাক্কী হান্নগী অশেঙবা মমিং কংলৈপাক অদুবু করম্বা মতমদা উবা ফংলগদগে? মীগী মমালৈবাকশিংগী হান্ন-হান্নগী অশেঙবা মমিংশিংদি মথঙ-মথঙ অসুম চোংথোরক্কুনা মালেমগী মীয়াম্না খঙনরক্লি। অদুবু ঐখোয়গী ঈমা লৈবাক্কী অশেঙবা মমিং কংলৈপাক্তি হৌজিফাওবা মীয়াম্না খঙনবা চোংথোক্লক্ত্রি। মদুগী মরম অদুদগীনি ঐখোয় কংলৈচাশিংনা অনম-অহা চুদুনা লৈরিবসে। কংলৈপাকপু মণিপুর অসুম কৌখিগদ্রা? কংলৈপাক্তি কংলৈপাক্লি, মণিপুর নত্তে। কংলৈপাকপু মণিপুর কৌরগুমসি।

## কংলৈপাক্তা বামোন

**কংলৈপাক** অসিদা বামোন হায়না লৈরিবা মীওইশিং অসি য়েলহৌমীশিং নত্তে। মখোয়গী মপা-মপুদি কংলৈপাক্কী মপান্দগী লাকখিবনি। মখোয়দি ঐখোয় চীংমী-তম্মীগা পারি-পুরি তিন্নবা নত্তে, হৌরকফম অমদগী থোরকখিবা নত্তে। অদুবু ঙসিদি মখোয়না কংলৈপাক অসিদা খুন্দা-লৈতাদুনা লৈখ্রে। মখোয়না লমদম অসিদা খুন্দা-লৈতাদুনা লৈবদা কংলৈচাশিংনসু অয়াবা পীখিদুনা চীংমী-তম্মীগী নিঙওোলশিং পীশিন্দুনা চাদা-নাউদা শন্দোক্লগা ঙসিফাওবা ঐখোয়গা লৈমিন্নরিবসিনি। হৌজিক্তি ঐখোয় পূন্না অহা-নুংঙাই শরূক য়ামিন্নরে। কংলৈপাক অসিদা লৈবা বামোনবু মীতৈ বামোন হায়না খঙনখ্রে।

অহানবদা বামোন্না কংলৈপাক্তা লাকখিবা অমসুং মীতৈ বামোন ওইখিবগী মরমদা থেংনজরকপা খরদং থমজগে। সংস্কৃতকী ব্রাহ্মণ শব্দগী থৈথরক্লুনা বামোন হায়রগা খঙনখিবনি। ব্রাহ্মণদি ব্রহ্মত্ত্ব খঙবনি, ধর্ম লৈবনি, লীচৎ-শাজৎ চুম্বনি, চাওখৎনা হিংবগী মহিংবু য়োকখৎপনি, মশা মশাগী অশেঙবা মতৌবু খঙহনবা ঙম্বনি, আনন্দ তানবদা তেংবাংবনি, সত্ত্ব গুণ ৱাত্তনা চেনবনি, অমসুং পুক্নিংগী অশেঙবা পম্বুংবু তশেংনা তাকপীবা ঙম্বনি। অদুবু মীতৈ বামোন অয়াম্বদি ব্রাহ্মণগী থাক য়ৌবা ৱাংলি।

লম্বী-থোং খুদোংচাদ্রিবঁ মতমদা মখোয়না কংলৈপাক অসিদা লাকখি। মখোয় অয়াম্বনা মোগলগী মতমগী তাঙ্কক অমদা মফম অসিদা য়ৌরকখিবনি। মুসলমানশিংনা ভারতপু খুদুম চনথ্রবদা মখোয়গী অকনবা শক্তিনা ব্রাহ্মণবু হিন্দু ওইনা লৈরগা হিন্দুগী দেব-কর্ম অমসুং অতোপ্পা ধর্মগী ওইবা থৌরমশিং পাঙথোকহন্দবা অদুদা খাঙবা ঙম্লক্তবদগী মখোয়না মোগলগী শক্তি য়ৌদবা লৈবাকশিং থিরকখিবনি। খর অমনা মফম অসিদা মরাইবক থিবা লাকখিবনি। মখোয়না মরুওইনা তখেল, ওরিষ্যা, শিলেট, কলিকতা, প্রয়াগ, মথুরা, বৃন্দবন, গুজরাটনচিংবদগী লাকখি। মখোয় অয়াম্বনা লমদম

47755



অসিগী নুপী লৌদুনা চারোল-শুরোল শন্দোক্কুনা খুন্দা লৈতাখিবনি।

ওল্লিবৈঙে মতমদদি মীতৈ বামোনশিং অসি তরক তরক লৈরমখি। অদুবু নিংথৌ পামহৈবা হাক্তক্তা ঐখোয়গী খুন্নাই অসিদা হিন্দু ধর্ম শন্দোকখিবদগীদি দেব-কর্ম, উৎসব-মেলাদা বামোনগী মথৌ য়াম্না লৈরকখি। লৈকাই খুদীংমক্তা লৌ-ইশ্লোল পীদুনা বামোন থম্নখি। ধর্মগী থৌরমশিংদা অখন্নবা ফিদা পীদুনা মখোয়বু থোইদোক হেন্দোক্লা ঈকাইখুম্নবা হৌখি। লৈকাই লৈকাইদা লাইশঙশিং শাবা হৌখি অদুগা লাইশঙশিং অদুদা হিন্দুগী লাইশিং লাৎনরকখি।

কংলৈপাক অসিদা বামোন খুন্নাইগী ইতিহাস খঙগে হায়রবদি *বামোন খুম্বোক্লোল* য়েংবা তারকই। লাইরিক অসিগী মতুংইন্নদি মৈদিংঙু কিয়াম্বগী মতমদা (ইং শোক ১৪৬৭-১৫০৮) লমদম অসিদা য়ৌরকখিবা সুভি নারায়ন নৎত্রগা ভানুনারায়ন হায়বা লংহিং থাংবা নুপা অদুনা লমদম অসিগী বামোন খুন্নাইগী পুকোকনি হায়নরি। মহাক্না তখেলদগী (ত্রিপুরাদগী) লাকখি অদুগা হাওকৈ চনু থোইনু লৌখি। অহানবদা মহাকপু ব্রাহ্মণনি হায়বা কনা অমতনা খঙনরমখিদে। মৈদিংঙু কিয়াম্বনা পোং নিংথৌ চৌফা খেখোম্বদগী পুরকখিবা বিষ্ণুগী নূং-মূর্তি অদুবু ঈড়াৎনবা ব্রাহ্মণ থিরকপদা খুরাইগী তুবেল অচৌবদা কুমদুনা নোংঙাল্লমদাইদা ঈশ্বরগী মিংখৈ শোন্দুনা লৈরমখিবা লংহিং থাংবা নুপা অদু থেংনদুনা ফারগা পুরক্লগা লমাংদোংদা ফুড়া লাইশঙ শাদুনা বিষ্ণু পূজা তৌহনখি। লমাংদোংদা বিষ্ণু লাৎখিবা অহানবা বামোন অদু মহাক্নি। ফুড়াদা লাই লাৎলি হায়দুনা মহাক্কী শাগৈবু ফুরাইলাৎপম কৌখি। লমাংদোংবুনা বিষ্ণুপুর হায়না কৌখি। মসিনা কংলৈপাক্কী হিন্দু লাই লাৎপা অহানবনি। মীয়াম্না খুরুম্নরমখিবা লাইনি। শ্রীচন্দ্র সিংহ, পণ্ডিত অচৌবনদি অহানবা লাই অদু বিষ্ণু কৌরমখিদে, *শেম্বীলাই* হায়না কৌরম্মী হায়।

মৈদিংঙু কিয়াম্বগী হক্তক্তা মথং মথং লাকখিবা বামোন মশীং অদু য়াম্না য়ামখি। তখেলদগী লকখিবনা য়ামখি। কানপুর, সিলেট, নেপাল অমসুং গুজরাটতকী বামোন কয়া অমসু লাকখি। তখেলদগী লাকখিবা মিশ্রিপিতম্বরনা ঙাপ্রম হাওচনু হোংঙবী লৌদুনা মাগী চরোল-শুরোল শন্দোকখি। মখোয়গী শগৈনা পিতম্বরথাবময়ুম ওইখি। মিশ্রিপাণ্ডানা নাচৌ নিঙঙোল অমগা কুম্বী নিঙঙোল অমগা অনীমক লৌদুনা পাণ্ডাময়ুম শাগৈ শন্দোকখি। গঙ্গারামনা শেক্তা চনু মাইবুবী পান্নদুনা শিজগুরুময়ুম শাগৈ শন্দোকখি। গনেশগিরিনা তৌবুল চনু হাওবী লৌদুনা মাগী ধারা-নালানা লৈহাওথাবম শাগৈ শন্দোকখি। তখেলদগী লাকখিবা ঘনরাম অমসুং সিলেটতগী লাকখিবা

পরমানন্দগী ধারা-নালাদগী ককচিংতাবম শাগৈ শন্দোকখি। ধর্মগী থৌরমশিংদা অধিকারী ওইরম্মী হায়বগীদমক্তা অধিকারীময়ুম শাগৈ ওইখিবসু য়াওই। শাগৈ অসিগী পুকোক্তি রাঙচিরননি, তেখাওদগী লাকখিবনি। মহাক্না হাওকৈ চনু তিংবী পান্নদুনা শাগৈ অসি শন্দোকখি। কানপুরদগী লাকখিবা দামুদরগী কাঙবুনা লৈহাওথাবম শাগৈ ওইখি। গুজরাটতগী লাকখিবা শ্রীরায়ধর হায়বদুদি মতু হেরাইনী পুদুনা মনাও অমগা লাকমিন্নখিবনি। মহাক্কী চারোল-শুরোলশিংগী শাগৈদি শ্রীময়ুমনি।

মৈদিংঙু নোংইনফাবগী হাক্তক্তা লাকখিবা গোনোক মণিরামদি অরাম্বমদা চঙখি। চন্দ্রশ্যামময়ুম অমদি খুরাইদা তাবা কনৌজিময়ুম হায়বা শাগৈ অনীমক মৈদিংঙু চলাম্বগী মতমদা (১৫৪৫-১৫৬২) থুংলখিবা ঙাক্তনি। লৌবুক্তাবম কাঙবুনা মৈদিংঙু মুংয়াম্বগী মতমদা(১৫৬২-১৫৯৭) লাকখিবনি। নিংথৌ খাগেম্বগী হাক্তক্তা (১৫৯৭-১৬৫২) থোরকখিবা বামোনশিংনা কোংব্রাইলাৎপম, শমুলাইলাৎপম, বিষ্ণুলাৎপম, ব্রহ্মাপুরদা লৈবা অরিবম তম্পাক লাইলাৎপম অমসুং অরিবম শগোল্লাইলাৎপম হায়বা শাগৈশিং অসিসু শন্দোকখি। শমুলাইলাৎপমগী পুকোক্তি শ্রীনাথনি। মহাক কলিকতাদগী লাকখিবনি। মহাক্না য়াইরিপোক নিঙ্ঙোল লৌখি।

বিষ্ণুলাইলাৎপমগী ব্রজনন্দ হায়বা অদুসু কলিকতাদগী লাকখিবনি। মহাক্না চরাংপাৎ নিঙ্ঙোল লৌখি। পাইখোম্বা নিংথৌগী হাক্তক্তা প্রয়াগতগী লাকখিবা বিষ্ণুধামদি হৈবোক নিঙ্ঙোল লৌখি, মহাক্কী শাগৈদি ব্রহ্মচারিময়ুম ওইখি। বাস্পাতিময়ুম, হৈককময়ুম, ব্রহ্মাপুর তাবা অঙোম লাইলাৎপা গুরুময়ুম - মখোয়শিং অদুসু পাইখোম্বা নিংথৌগী হাক্তক্তা থুংলখিবনি। লাইপুবম, হুঙোইবম, মনোহরময়ুম, গুরুঅরিবময়ুম, লাইময়ুম, চৌদ্রিময়ুমনচিংবা অদুনা চরাইরোংবা নিংথৌগী হাক্তক্তা লাকখিবনি।

পামহৈবা নিংথৌগী হাক্তক্তা লাকখিবা সুর্পানন্দনা সলাম নিঙ্ঙোল লৌদুনা হঞ্জবময়ুম ওইখি। শান্তিদাসকা লোয়নরকপা মালোমদাসনা কৈশু হাও নিঙ্ঙোল লৌদুনা শঞ্জুকিময়ুম ওইখি। নখাকোনসু মরিং নিঙ্ঙোল লৌদুনা তিনখাকময়ুম ওইখি। প্রেমানন্দনা তখেল চনু লৌদুনা হঞ্জবময়ুম ওইখি। পাণ্ডি অনিদ্রামনা হয়েল চনু লৌদুনা হাজারিময়ুম ওইখি। শেখারানন্দনা উরিপোক তাবা অনৌবম ওইখি। বাবাহঞ্জবময়ুম অমসুং ব্রারীলীবময়ুম অনীমক ভাগ্যচন্দ্রগী হাক্তক্তা লাকখি। গম্ভীরসিংহ মহারাজগী হাক্তক্তা গোস্বামীময়ুম, আচার্য্যময়ুম, থাংমৈবন্দ পনখা তাবা অনৌবা কাঙবুশিং লাকখি। চন্দ্রকৃত্তি মহারাজগী মতমদনা য়েলাংবম লৈকাই তাবা ব্রজবাসীময়ুম, উরিপোক তাবা রাধাকুণ্ডবাসীময়ুম থোরকখি। গোষাইময়ুমগী কাঙবুদি নরসিংহ মহারাজগী মতমদা ওইখি।

চুরাচান্দ মতম (খৃ: ১৮৯১-১৯৮১) ফাওবদা মপান্দগী বামোন চঙলকপা লেপখিদে। মখোয় অয়াম্বনা হান্নগী বামোন শাগৈশিংদা চঙনখি। দেশব্রালি রামনাথনা শোরোকখাইবম নিঙ্‌ঙোল তোম্বী লৌরগা অধিকারিময়ুমদা তিনখি। কলিকতাদগী লাকখিবা ক্ষেব্রানা লাইরিকয়েংবম নিঙ্‌ঙোল অমা লৌরগা ঐজ্ঞা লালজি পোকখি, অদুগা অধিকারিময়ুমদা তিনখি। কলিকতাদগী লাকখিবা ভোগোনবাবুনসু ঐজ্ঞা গোপাল পোক্লগা চৌদ্রিময়ুম শাগৈদা তিনখি। কাশিদগী লাকখিবা বামোন তোনাননসু বাচস্পাতিময়ুম শাগৈদা তিনখি। মখোয় অদুগী খর ঙনখৎনা লাকখিবা বামোনশিংগী শাগৈশিংবু মখোয়গী হৌরকফমশিং লৌরগা থোন্নখি। খুদম ওইনা হায়রবদা মথুরাবাসীময়ুম, ব্রজবাসীময়ুম, রাধাকুণ্ডবাসীময়ুম অমসুং কনৌজিময়ুম হায়বশিং অসিনা মখোয় মখোয়গী হৌরকফমশিং তাকচৈ। গুরুময়ুম অমসুং বাচস্পতিময়ুম হায়বা শাগৈ অনীমকসে নিংথৌগী গুরুশিং ওইরমখি। চরাইরোংবা মহারাজগী গুরুশিং ওইখিবা বামোন শগৈবু গুরুঅরিবম হায়না খঙনখি।

অদুম্না বামোনশিং অদুনা লৈবাক অসিগী নিঙ্‌ঙোলশিং লৌরগা য়ুম-কৈ খুল্লিংদুনা মীতৈগী ওইবা য়ুম্নাক লৌখিবনি। অদুননি মখোয়বু মীতৈ বামোন হায়না খঙনরিবসে। মখোয়গা ঐখোয়গা মতম কুইনা লৈমিন্নরক্লে। মীতৈলোলবু তঙাইফদনা মখোয়গীসু মমালোল ওইনা শীজিন্নখ্রে। মখোয়গী মচা-মশুশিংসু মীতৈলোলবু মমালোল ওইনা তম্লরে, অদুগা হিন্দি ফারসি, সংস্কৃতনচিংবা লোলশিং অদুবুদি তম্মুদ্রে। অমুক্কসু লৈবাক অসিগী চৎনবী, মওঙ-মতৌ, লমচৎ-ব্যবহার, ফিজেৎ-চাকচা খুদীংমক মান্নবা লৈরক্লি। হৌজিক্তি ঐখোয় অমতা ওইরে। কাহেন্না অমাং-অশেং অমদি অনেম-অৱাং খায়নদনা নুংশি-চান্ননা লৈমিন্নরগা ঐখোয়গী অপূনবা শক্তম্বু কায়দনবা হোৎনমিন্নরসি।

## কংলৈপাক্কী লৈঙাকলোন্দা

**মমাঙঙৈদদি** ঐখোয়গী লৈবাক কংলৈপাক্কী লৈঙাকলোলগী থাক য়াম্না ৱাংনা লৈরম্মী। লৈবাক অসিদা পানখিবা নিংথৌশিংনা লৈবাক্কী মাঙনবা নৎত্রগা কায়নবা ফত্তবা থবক অমতা তৌখিদে। মখোয়না ফত্তবা থবক অমফাওবা তৌগে হায়না খনখিদে, লৈবাক্কী নুংঙাই-য়াইফবা পুরক্লবা খনবা, ৱা-ঙাঙবা অমসুং থবক তৌবা অফবা নিংথৌ ঙাক্তা ওইরমখি। মরম অদুনা মতম অদুগী নিংথৌশিংবু লাইগুম্না লূনা অমদি কিনা খন্নরম্মী। নিংথৌনসু লৈবাক মীয়াম্বু লুনা খল্লম্মী অমসুং মপৃক্লিং নাহল্লমখিদে। মীয়াম্না নিংথৌবু লৈবাক্কী মপী-মপামক্নি খন্দুনা য়াম্না লুনা নীংলম্মী। ওন্নোকপনি! অদুগুম্বা নুংঙাই-য়াইফবা লৈবাক্কী নিংথৌশিংগী লৈঙাকলোলগী শক্তম্বু পামহৈবা নিংথৌগী হাক্তক্তগী কায়থরকপা হৌরকখি। মহাক্কী মতমদগী নিংথৌনা অকায়বা তৌবা হৌরকখি। মহাক্না তৌহৈদবা থবক কয়া অমা তৌখি। কংলৈপাক্কী নিংথৌশিংনা তুমন লৌবা অদুগা মশানা য়াদবী নুপীবু নমদুনা লৌবা চৎনরমখিদে। অদুবু পামহৈবদি (গরিবনিৱাজদি ) অঙকপনি তুমন মঙা লৌখিদো! মখোয়গী মপুরোইবশিংবুসু হাৎপীখি হায়না লাইরিক্তা থেংনৈ। অসুম্না মহাক্না লৈবাক্কী চৎনলোল থুগায়দুনা তৌনীংবমখে অফ-ফত্ত য়েংদনা তৌরম্মী।

মহাক্না হিন্দু ধর্ম শন্দোকপা লাকখিবা শান্তিদাসনচিংবা লম্নোইবশিংগা অমতা ওইরগা কংলৈপাকপু মথোঙ খঙহনখিদে। মহাক্কী অনীংবগী মায়োক্তা কনামতনা লেপ্পা ঙমখিদে, মহাক্কী য়াম্না শাথীরম্মী। য়েক-সলাই তরেৎকী লৈজরম্বা চৎনলোল, লাইনীং লীচৎ ময়েক্লচিংবগী শক্তম থুগায়খি। হিন্দুগী লাইনীং-লীচৎ শন্দোকপদা কংলৈচাশিংগী খুন্নাইবু থক-খা ওন্থোক্তুনা লৈহনখি। ময়াংগী চৎনলোলবু ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা পুশিল্লক্তুনা কংলৈচাশিংবু ময়াংগী মখা থাহনখি। নিংথৌগী চৈৱাক কিবদগী লৈবাক মীয়াম তুমিন্না লৈনখি। শম্না হায়রবদা নিংথৌনা লৈবাক্কী লৈঙাকলোল ফহনবগী মহুত্তা

হিন্দু ধর্ম শন্দোকপদনা হেন্না লুনা লৌখি। চীংথংখোম্বসু লৈঙাকলোলগী ৱাখল নীংথিনা তৌখিদে, হিন্দুগী লাইশঙ অমসুং লাইশিংগী মূর্তি শাবদা পূক্রিং লূপখি।

লোইলম শন্দোকপা লাকখিবা বৃটিশশিংনা হিন্দু ধর্মদা লূপখ্রবা লৈবাক নিংথৌগী লৈঙাক- ৱায়েললোল শোনবগী মতৌ অদু উরম্মী, অদুগা মখোয়না অশোনবা অদুগী খুদোংচাবা লৌদুনা মরূপ ওইবগী লৌনমলাং থাকখি। নিংথৌনদি মদু খঙজখিদে। নিংথৌনা নিংথৌ অমা ওইবগী হৈশিংবা উৎনা লৈবাক্কী ৱয়েল-চুপ্পী পায়দুনা থৌদাবা ঙমখিদে। বৃটিশশিংনা মরূপ অমা ওইবগী মতৌদি উৎখি। গম্ভীর সিংহ মহারাজনা বৃটিশকী মতেঙ লৌরগা চহী তরেৎ খুন্তাক্লমখিবা লৈবাক অসিবু অৱাগী মখূত্তগী হন্দোকপা ঙমহৌখি। গম্ভীর সিংহদা নোংমৈ, বোমনচিংবা বৃটিশনা মতেঙ কয়ামুক পীরকখিবদগী মহাক্না অৱা তাম্বোকপা ঙমখি। মহাক্না অৱা লাম্মী মশীং খঙদনা হাৎপদা ঈতনা সনা খুৎশাশিং ফাজিনখিদুনা লৌথোক্লবা হোৎনখিবদা লমাংদোং মায়কৈদা লৈবা থাংজম লোক্কী ঈশিংদা ঈতিংদুনা চামথোকখিবা মফম অদুবু থাংজম লোক হায়না খঙনরি। পেব্যা মাইচৌনা অফবা পূংফম অমা য়েংলগা গম্ভীর সিংহনা নিংথৌ অদুগা নরসিংহনা সেনাপতি ওইখি, অদুগা চহী তরেৎ খুন্তাকপগী মীওৎ-মীনৈ কয়া অদুবু মরু ফুক্তোক্লুনা পার্নখি। গম্ভীর সিংহগী হাক্তক্তগী হৌদুনা ঐখোয়গী লৈবাক্কী লৈঙাক-পথাপলোন্দা চয়েৎনবা অমা লাকখি।

বৃটিশনা নিংথৌগী মহুত্তা নিংথৌগী থৌদাং লৌদুনা অৱা লৈবাক্তা য়ানচে ইনখি। অৱাগা তৌনখিবা য়ানচে অদুদা লৈবাক অসিগী মতাঙ পনবদি করিগুম্বা গম্ভীর সিংহনা মরৈপাক্তা হল্লকপা পাল্লবদি মহাকপু অৱাগী নিংথৌনা নিংথৌনি হায়না লৌগনি। কবো তম্পাক পীথোকখিবগী মতাঙদা গম্ভীর সিংহ য়াওহনখিদবা অমদি বৃটিশকা অৱাগা তৌনখিবা ইং শোক ১৮৩২ গী জুলাই ৫ গী য়ানচে অদুনা ঐখোয়গী লৈঙাকলোলগী থাক হম্বহনবগুম থোকখি। লৈবাক্কী ঙমখৈগী মতাঙদা লৈবাক্কী নিংথৌগা ৱা খন্নখিদবা অমসুং লৈবাক্কী অশেঙবা পুৱারী খঙলমখিদবনা মরম ওইদুনা কবো তম্পাকপু অৱাগীনি হায়না য়েৎনরকপদা ইচঙ থৌবা ঙমখিদে। শেমজিল্লবা পুৱারীদা য়ুম্ফম ওইদুনা য়েংপা হেনখিবদগী অৱানা কবো তম্পাক ফংবা ঙমখিবগী খুদোংচাবা অদু লৌখি।

গম্ভীর সিংহনা লৈখিদ্রবা মতুংদা অঙাং ওইরিবা চন্দ্রকৃত্তিনা নিংথৌ ওইখি। নিংথৌগী খুভমদি মঙোন্দা পীরগসু অঙাং ওইবনিনা লৈবাক ঙাকপগী থবক্তি নরসিংহনা তৌরম্মী। মমা ইবেম্মা কুমুদিনীনা নরসিংহবু হাৎনবা থৌরাং তৌখি, অদুবু মায়দি পাকখিদে। মদুনা মরম ওইরগা পুকচেল পীকপী মহারানীনা পীক্লিবা মচাইবুংঙো পুদুনা

চহী তরেৎ ময়াং লৈবাক্তা চেন্দুনা লৈখি। ইং শোক ১৮৫০ দা চন্দ্রকৃত্তি নিংথৌনা নোঙ্গাখ্রবা মতুংদা মচাইবুংঙো সুরচন্দ্রনা ইং শোক ১৮৮৬ তা নিংথৌ ওইখি।

নাকল অমদনা মমা তিন্নদবা পাকাসনা, থঙ্গৌসনা, গোপালসনা অদুগা অতোপ্পা নাকল অমদনা কুল্লচন্দ্র, টিকেন্দ্রজিৎ, অঙৌসনা অমসুং জিলাঙম্বা-মখোয় নাপাক নাপাক তানদুনা য়েংথীনরকখি। ইং শোক ১৮৯০ গী সেপ্তেম্বর তাং ২১ গী অহিংদা অঙৌসনা অমসুং জিলাঙম্বনা লুচিংদুনা মহারাজ সুরচন্দ্রগী মফমদা নোংমৈ কাপশিন্দুনা লান্দারকখি। মহারাজ সুরচন্দ্রনা মনাওশিংগা লোয়ননা বৃটিশকী মফমদা চঙজদুনা লাল পাঙবীয়ু হায়জরুখি। মদুদা মিষ্টর গ্রিমউদনা য়াবমখিদে। উপায় লৈত্রদুনা সুরচন্দ্রনা বৃন্দাবন চৎকনি হায়বগা মথং মথং চত্তুনা মমৈথংদা ভারতকী গভর্নর জেনেরেলদা নিংথৌ খুভম হজ্জিনবীহন্নবা ব্লাকৎখি। মরৌ লৈরবা বৃটিশনা লোইলম শন্দোকহৌরগে মতাগুম কুল্লচন্দ্রবু নিংথৌনি হায়না লৌরগা টিকেন্দ্রজিৎপু কংলৈপাক্তগী লোই থাখিনবা ব্ররেপ লৌখি। মদুগীদমক অসামগী চীফ-কমিশনার মিষ্টর কুইন্টন ইম্ফালদা ইং শোক ১৮৯১ গী মার্চ তাং ২২ গী অয়ুক পুং ১০ রোম তাবা মতমদা থুংলখি। মহারাজ কুল্লচন্দ্র অমসুং অঙম-অথৌশিংনা মহাকপু ওকখি। মহাক্না থুংলখিবা নুমিৎ অদুগী নুংথিলদা দরবার কৌখি। দরবারদুগীদমক্তা মহারাজ কুল্লচন্দ্র, টিকেন্দ্রজিৎ, অঙৌসনা, জিলাঙম্বা, থাঙ্গাল জেনেরেল, কর্ণেল সম্মু, লুব্রাং নিংথৌ, অঙোম নিংথৌ, গীরিধারিনচিংবা মীওইশিংনা লাক্লম্মী। মখোয়বু মতম শাংনা বৃটিশকী দরবারগী থোঙ্গালদা ঙাইহনখি। মদুদা শাউদুনা টিকেন্দ্রজিৎ দরবার য়াওররোই হায়দুনা হনখি। বৃটিশনা তৌখিবা থৌরাংদি কা মনুংদা কোম তৌরগা উপাক্তা ফোব হাজিন্দুনা মথক্তা ফি কুপ্পগা থম্বা অদুগা টিকেন্দ্রজিৎপু উপাক শত্তোক্লগা কোমদুগী মনুংদা তাহন্দুনা ফাগে তৌখিবনি। টিকেন্দ্রজিৎ চৎপ্রে খঙবদগী দরবাব য়ৈথোকখি। মথংগী নুমিৎ অমদা দরবার ফমগনি হায়না তৌখিবদসু টিকেন্দ্রজিৎ মশা ঙমদ্রে হায়দুনা চৎখিদবগী দরবার অমুকসু য়ৈথোকখি। ইং শোক ১৮৯১ গী মার্চ থাগী তাং ২৩ গী অহিংদা ৪৪ শুবা গুরখা রাইফলসগী লেপটেনেন্ট ব্রেকেনবুরি অমদি ৪২ শুবা গুরখা রাইফলসগী কেপটেন বুটচার অনীদা যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎপু ফানবা মিষ্টর কুইন্টননা হুকুম তৌখি। অদুবু মখোয়না টিকেন্দ্রজিৎ ফাবা ঙমখিদে। *কংলা শা মমাঙদা অঙৌবা মকোক তাগনি* হায়বা ব্লাফম অদুবু চুমহনবা ওইনা তাং ১৪/০৩/১৮৯১ ইং লৈপাকপোকপা নুমিৎতা সাহেবশিং হাৎখি।

ঐখোয়গী লৈবাক কংলৈপাক অমসুং নিংথৌদি বৃটিশকী মখা পোল্লবনি হায়বদু

ফোঙনা খঙহনখিবসু লৈখিদে। ইং শোক ১৮৯১ ফাওবদা পানখিবা নিংথৌশিংনা মখোয়গী লৈবাক অসি বৃটিশকী মখা পোন্না লোইলম ওইনা লৈরম্বগী ৱা অমতা খন্নরমখিদে। লৈবাক অসি বৃটিশকী মখা পোনবা লৈবাক্নি হায়দুনা লাউথোকখিবসু লৈখিদে। বৃটিশকী মায়কৈদগী য়েংলগদি মখোয়গী ৱাখলদা ঐখোয়গী লৈবাক অসি মখোয়গী মখা পোনবা লৈবাক্নি হায়বসিনি, অদুগা ঐখোয়গী মায়কৈদা য়েংলগনা নীংতম্বা মাঙবগী অমসুং বৃটিশকী মখা পোন্না লৈরম্বগী ৱাখল লৈখিদে। বৃটিশকী মতেঙ লৌরগা কংলৈপাক অৱাদগী হনজিনবা ঙমখিবা অদুনা বৃটিশনা হায়বা ৱা খর ইনবা তাখিবগী ৱাদনি। নীংতম্বগী হক বৃটিশনা মুনখিবগী ৱাদি নত্তে।

কংলৈ নিংথৌনা খঙখিবদি লৈবাক্কী শেমগৎ-শাগৎপদা, লম্বী- থোং শেম্বদা, য়ানচে ইনবদা অমসুং লৈবাক অতৈগা মরী থম্নবদা মরূপ ওইবা বৃটিশগী মতেঙ ফংখি হায়বদুনি। য়ানবা অমগী মতুংইন্না মতেঙ লৌনখিবনি। নীংতম্বা মাঙলবা কংলৈপাক ওইরম্লবদি কৈদৌঙৈদসু মপু ওইবা লৈপাকপু মখা থাবা লৈবাক্না ৱয়েল পীবা ঙমলম্লোইদবনি। ঐখোয়গী লৈবাকপু তপ্না তপ্না লোইলম ওইনা লৌশিন্নবা হোৎনখিবা অদু বৃটিশশিংগী অপাম্বা ওইরমখি। পোলিটিকেল এজেন্ট থমদুনা ঐখোয়গী লৈবাক্কী লৈঙাকলোন্দা খূৎ-থিংজিনবা হৌখ্রবসু কংলৈ নিংথৌশিংনা খঙখিদে, চুমনগী মরূপ ওইবগী ৱাখল অমদা লৈখি। পুকচেল চাউবগী খুদম অমনি হায়না লৌবদি য়াই, অদুবু লৈঙাকলোন্দদি পুকচেল চাউবগী মথৌ অদুক য়াম্না তাদে, হৈশিংবগী অমসুং লৌ-খঙবগী মথৌ তাই।

মরূপ ওইনা খন্নরম্বদগী ইখঙ-খঙহৌদনা অরানবা খোঙথাং লৌখৎলকপা উরকখিদুনা টিকেন্দ্রজিৎনা বৃটিশকী লমহূই তাৎ অদু লায়না খঙলকখি। মহাক্না বৃটিশপু ঐখোয়গী লৈবাক্কী মপু নত্তে হায়না উৎখি। বৃটিশনা মহাকপু লোইশিনবা পামখি, অদুবু বৃটিশকী নাপলগী ময়াই অদু টিকেন্দ্রজিৎনা মাঙহনখি। মতম অদুদা ঐখোয়গী লৈবাক্কী নীংতম্বা মাঙখিদ্রি হায়বগী খুদমশিং লৈরম্মী। নিংথৌগী ৱায়েল মীফম ফম্লিঙৈদা বৃটিশকী অঙম্বশিংনা নিংথৌ উনগে হায়দুনা লাকখিবদা অয়াবা পীখিদে। ৱায়েল মীফম অদু লোইরগা বৃটিশকী অচৌবা ফম্নাইবশিংনা চঙলকখিবদা নিংথৌগী অঙম-অথৌশিংগী মমাঙদা মকোক নোম্দুনা অমদি খূকউ লৈতানা নিংথৌগী য়াথং ঙাইদুনা লৈখি। নীংতম্বা লৈবাক্কী নিংথৌগী মাঙদা চৎনবী থৌগল্লোল কায়হনখিদে।

অহিং তাংলৌ অথেঙবদা লাল তাদুনা নুপী অঙাং, মীচম কয়ামুক শিঙম-নাঙমদনা শিখিবগী, যূম-কৈ মৈনা থাখিবগী, সিফাইশিংগী মনুংদগী পুখ্রম্নম

তনফা, খুম্বোং সুবিদার, লৈশং জমান্দার, অথোকপম দেৱান্নচিংবা অথৌবা কয়ামুক শিখিবগী, অশোক-অপন অমসুং অমাঙ-অতা কয়া থোকহনখিবগী মরালগী চৈরাক নিংথৌনা পীবা ওমখি। মপু নত্তনা মপু শাবগী শরৌলাং থাক্লম্বগীদমক্তা বৃটিশকী ফম্নাইবা মঙাবু ৱায়েল তৌদুনা শিবগী চৈরাক পীখি।

কংলৈপাক্কী অথৌবশিংবু শীংনদুনা সনা কোনুংদা অসামগী চীফ কমিস্নর মিষ্টর ক্লিন্টনগা কর্ণেল স্কিন, পোলিটিকেল এজেন্ট গ্রিমউদ, লেফটনেন্ট সিম্পসন অমসুং মিষ্টর কোস্নিকা গুর্খা বেংগুল খোংবা অমগা চঙশিল্লকখি। নিংথেমগী য়াথংতবু ঙাইদুনা খূৎ-শা ফাজিন্দুনা লৈজরিবা মীতৈ পাথৌশিং অদু খাঙবা য়ারক্তদুনা খূদক্তা সাহেব মঙা অদু হাৎননবা হোৎচিল্লকখি। অহানবা ওইনা পুখ্রম্বম ফিঙাং কাজাউনা গ্রিমউদপু তানা থিন্দুনা হাৎখি। লেফটনেন্ট সিম্পসনবুনা থাঙশাংনা য়ান্দুনা লৈমায়দা তাখি। অদুম্না মখোয় মঙা অদু গুর্খা বেংগুল খোংবসু য়াওনা য়াইবী লৌখি। চীংঙু লৌরেম্বা খোংনাংথাবনা হায়রম্বা "*কংলা শা মমাঙদা অঙৌবা মকোক তারনি*" হায়বদু নুমিৎ অদুদা অচুম্বা ওইনা থোকখি। অঙৌবা মকোক কেনখিবদগীদি ইংলেণ্ডনা কংলৈপাক্তা ৱার দিক্লার তৌরকখি।

বৃটিশকী ফম্নাইবশিংনা শিবগী ৱায়েল ফংখ্রবা মতুংদা ঐখোয়গী লৈবাক্তা বৃটিশকা লাল থেংনবা তাখি। কংলৈপাকপু খুদুম চন্নবগীদমক্তা মায়কৈ অহুমদগী বৃটিশকী লান্মী তেঙ্গোল চঙশিল্লকখি।

ইং শোক ১৮৯১ গী এপ্রিল ২১ দা থিবোমৈ (কোহিমা) রোমদগী মেজর জেনেরেল কোলেটনা লুচিংদুনা লান্দরকখি। খুরাইলাকপা সনাখ্বানা লুচিংদুনা লাইশ্রম জম্ভুবান, মেজর মাব্য, অমু সুবিদার, হৈক্রুজাম্বা পোইলা অসিনচিংবা মীতৈ লান্মী ১০০০ গা থিবোমৈগী লান্দা থৌনাফনা চোংথোকখি। কংলাতোংবীদা থিংজিন্দুনা লান্মী ৮০০ খক্তনা লানবন শাদুনা সাহেবশিংগী মঙক ককখি।

এপ্রিল তাং ২১ অসিমক্তদা কছাড়রোমদগী তোংজৈ মরীলদা বৃটিশনা লান্দারকখি। লাল অদু সনখ্বা কালাম্না হঞ্জবনা লুচিংখি। মহাক্তা কংলৈপাক্কী লান্মী ১০০০ পুদুনা ঙানবা লৌরুং পুরেল, য়েনখোইবা পোইলা, লোংজম পোইলানচিংবা অথৌবশিং অদুগা লোয়ননা লাইমতোন চীংথক্তা বৃটিশপু থিংখি।

মায়কৈ অহুমদুগী মনুংদগী খোংজোমগী লালনা অকনবা ওইখি। মৈপাকসনা, ৱাংখৈরাকপা, য়েংখোইবা মেজরনা লুচিংদুনা সিফাই চাতরেৎকা লোয়ননা লাম্থেংনখি। লাল কনশিল্লক্লবদা লান্মী ৪০০ অমগসু কৈশুমশঙদগী পাউনা ব্রজবাসি অমসুং

চোংথামিয়া অনীবু মেজর ফম হাপ্তুনা থাখি। থৌবাল অথোকপমদা শোক্লখিবা লাল অদুদা য়াইস্কুল লাকপনা য়েক্লবা কয়ামুক হাংখি; অদুবু খূৎলায়না শোক্লবা সিফাই অমনা চণ্ডজরকপা শ্যাদুনা শগোল তোংবা ঙম্বোই-ঙমদবোই তৌদুনা চণ্ডশিল্লক্লগা থৌনা ফরবা য়াইস্কুল লাকপবু হাংখি। খোংজোম লাম্ফমদদি বোম, তোপ, নোংমৈতা নত্তনা খূৎকা খূৎকা হকথেংননা য়ান্নখি। মদুদা মীতৈ অমসুং চীংমী অথৌবা কয়া শিখি। পাউনা ব্রজবাসিসু ঈমা লৈবাক্কীদমথক্তা য়েক্লবা কয়া হাংলল্লগা নোক্লা নোক্লা মথৱায় কখোকখি।

ইং শোক ১৮৯১ গী অচৌবা লাল অদুনা তাকখিবদি ঐখোয়গী লৈবাক কংলৈপাক্কী নীংতম্বা অদু লান্দুগী মমাঙমক্তদা মাঙখিবা লৈতে হায়বসিনি। বৃটিশপু কিদুনা কংলৈচাশিংনা বৃটিশতা চণ্ডজখিদে। নীংতম্বা কন্নবগীদমক্তা থৱায়না পোম্থা ওইখিবতনি। ঐখোয়গী লৈবাক্লা অরানবা হৌখিবা নত্তে, বৃটিশনা ঐখোয়গী লৈবাক্কী মপু ওইগে হায়দুনা খূৎ-থিংজিল্লকখিবনি। নীংতম্বগী হক য়োম্হোকখিবা নত্তে, নীংতম্বা ঙাক্লবগীদমক্তা বৃটিশকী মায়োক্তা থৌনা ফনা লাল থেংনখিবনি। মতম অমদা লৈবাক অসিদা নিংথৌ শেম্বগী কল্লক- য়েংথীনবা কযা লৈরম্লবসু লৈবাক্কী নীংতম্বা ঙাকপগী ঈহৌ লাক্লবা মতমদদি পাউনা অমসুং মহাক্কী খোঙলোয়শিংনা লৈবাক্কীদমক্তা থৌনা ফনা চোংথোক্লরকখি। মহাক্লা মশাগী ওইজবা থাদোক্লুনা লৈবাক্কী অপূনবা নীংতম্বা কন্নবগীদমক্তা অমতা ওইনা তিন্নখিবা অদু অৱাংবা থাক্কী মগুণনি। মহাক্লা মহাক্কী কাঙলূপকী ওইজবা থিদুনা চিরবা মতম অদুদা য়েক-সলাই মশেল হাত্তোক্লরমখিবা তারবদি মহাকপু অমদি মহাক্কী কাঙবুবু ৱাংনা থাঙ্গত্তুনা ঙাঙনরম্লোই।

মীয়ামগী নীংতম্বগী হক মাঙদনবগীদমক্তা মথৱায় কখোকখিবা অদুনা মরম ওইরগা পাউনাবু শিবা নাইদ্রবা মিংচৎকী উরোং অমা খীনবা ঙমহনখি। অশেঙবা নীংতম্বা নুংশিবগী পারা অমা পাউনানা তম্বীরম্মী। মহাক্কী ফিদম তমজনঙাইনি। লালহৌবা, নিংথৌশেম্বা অমা ওইরম্লবসু লৈবাক্কী অচৌবা অৱাবা লাকখিবদা য়েক-সলাই মশেল হাক্তোক্লবগী নৎত্রগা য়েংথীনবগী ৱাখল অদু তুংদা থম্লগা লৈবাক্কীদমক্তা শিবা কিবা লৈতনা বৃটিশপু থেংনখিবা লানফমদা থৱায় থাখিবা পাউনা ব্রজবাসি ঈমা লৈবাক্কী তাঙলবা মপারিনি। মহাক্লা থৱায় থাখিবগা লোয়ননা লৈবাক্কী নীংতম্বসু মাঙখি।

ইং শোক ১৮৯১ গী এপ্রিল তাং ২৭ শজিবুগী ১৮ নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎকী অয়ুক্তা বৃটিশনা কংলৈ কোনুং লৌশিনখিদুনা পাখঙবা য়েকপা ফিরাল চিংথখিদুনা বৃটিশকী ফিরাল পাইহনখি। মে তাং ২৫ দা পুখ্রম্বা ফিঙাং কাজাউবু ফাঁসি তৌদুনা হাংখি অদুগা টিকেন্দ্রজিৎ অমসুং থাঙ্গাল জেনেরেলবুনা মপাল কাংজৈবুংদা মীয়াম মমাঙদা

পুথোক্লগা ফাঁসি তৌদুনা হাৎখি। ময়াংখাং খুলগী চিরাই থাঙ্গলবুসু হাৎখি, অদুগা মহারাজ কুল্লচন্দ্র, অঙৌসনা, লোকেন্দ্র, লুব্রাং নিংথৌ, ব্রাংখৈরাকপম নিলমনি, চোংথামমিয়া মেজর, য়েংখোইবা, লাইশ্রম খম্বসিং, খোমদ্রাম ধনসিং, ত্রিলোকসিংনচিংবা অথৌবশিং অদুবুনা আন্দমান ঈথৎতা মপূক্সি চুপ্পা লোই থাখি। মচিম্মনাও নিংথৌ খুভম মুন্নবগী কাং- খোং চায়বা লান্দা বৃটিশনা খুদোংচাবা লৌখিদুনা ইং শোক ১৮৯১ দা মনীংতম্না পাল্লমখিবা কংলৈপাক মীখা পোনখি। খাবৈ-খারা শাবগী লৈঙাকলোল য়ানীংদবদগী খোয়শাউনরবা মীতৈ নুপীশিংনা ইং শোক ১৯০৪ গী অহানবা নুপীলাল অমসুং ১৯৩৯-১৯৪০(৪১) গী অনীশুবা নুপীলাল কন্না চৎখি।

বৃটিশকী ফিরাল চিংখৎখিবা নুমিৎতগী হৌরদুনা লৈবাক অসিগী লৈঙাক-চুপ্পী বৃটিশনা পায়শিনখি। বৃটিশনা ময়াম্ভুং মরি লৈবা অঙাং ওইরিবা চুরাচান্দবু নিংথৌ হাপখি। মদুগী মবম অমা শোয়দনা লৈরমগনি। নীংতম্বগী লাল অদুবু লালহৌবনি হায়জিন্দুনা মরাল থঙজিল্লগা মরাল লৈজদবা মীওই কয়াবু থৌরী য়ান্দুনা হাৎখিবনি, অদুগা খরা অমনা লোই থাখিবনি। মদুবু বৃটিশকী খ্বাইদগী চাওখত্তবা লোলচৎনি হায়না লৌবা য়াই। অদুগুম্বা লোলচৎ অদুবু ইংলেণ্ডগী মহারানীনদি য়াররাখিদে। অদুবু মতম অদুগী বৃটিশ ফম্নাইর্বাশিংনা মদু তঙাইফন্দবনি হায়না লৌখি, অদুগা থৌগল্লোল খঙদবগী লোলচৎ চৎখি। টিকেন্দ্রজিৎ, থাঙ্গাল অমসুং অতৈ অথৌবশিংগী মরাল লৈতবগী মওঙ অমসুং চৈরাক ফংহন্দনবগী ব্রাফম খঙহল্লকখিবা অদুবু বৃটিশকী লৈঙাক-চুপ্পী পায়বশিং অদুনা থৌশাখিদে। মখোয়গী অনীংবা অদু চুম্মি লাল্লি খঙদবমখৈ পাঙথোকখিবা অদুমক্রা মখোয় মশেনগী মরক্তসু য়াম্না চাউনা খেন্নবা লৈরম্মী হায়বদু তাকই।

ইং শোক ১৮৯১ দগী হৌদুনা কংলৈপাক অসি বৃটিশকী মখা থাবা লৈবাক অমা ওইরকখি। লৈবাক নিংথৌনা মনীং তৌজবা ঙম্লকখিদে। বৃটিশনসু লৈবাক মীয়ামগী অয়াবা লৌদুনা মীয়ামগীদমক য়েংদুনা লৈবাক ঙাকপগী থবক লৌখৎলম্বগী মহুত্তা নিংথৌ, মাগী নুপী- অঙাং অমসুং ইমুং-মনুং, মরী-মতাশিংগীদমক্তা য়েংদুনা শেমখিবা লৈঙাক-পথাপলোল চৎনখি। নিংথৌনা তৌবা খুদীংমক্তা বৃটিশনা য়ারিবমখৈ অয়েৎপা পীখিদে। অদুম্না কংলৈপাক অসি বৃটিশকী মখা থাবা লৈবাক অমগী থাক্তা ইং শোক ১৯৪৭ ফাওবা লৈরকখি।

চুরাচন্দ মহারজনা ইং শোক ১৯৪১ দা নোঙ্গাপ্রবা মতুংদা ইং শোক ১৯৪২ দগী ১৯৪৪ ফাওবদা অনীশুবা লাঞ্জাউ লোইশিনখি। মহারাজ বোধচন্দ্রনা নিংথৌ ওইবা মতম ইং শোক ১৯৪৭ তা বৃটিশনা কংলৈপাকপু থাদোক্লমদুনা নীংতম্বা অমুক হঞ্জিনখি।

কংলৈপাক্কা ভারত্তগী হান্না তাং ১৪/০৮/১৯৪৭ ইংদা নীংতম্বা ফংখি। নীংতম্বা ফংখিবগা ইং শোক ১৯৪৭ দুমক্তদা অনৌবা কনষ্টিট্যুশন শেম্নবগী ইম্ফাল ইষ্টতা (১ ) ডাক্তর নিংথৌজম লৈরেন, (২) ইম্ফাল ব্রেষ্টতনা শিন্নাম কৃষ্ণমোহন, (৩) ময়াং ইম্ফালদনা য়ুম্নাম খোইমচা অদুগা (৪) থৌবাল/ ককচিংদনা লাইশ্রম যুগেশ্বর থল্লমখি। ড্রাপট কনষ্টিট্যুশন শেম্বগী মকোক্কা মহারাজনা ওইরম্মী। মহারাজনা তাং ১৪/০৮/১৯৪৭ ইংদা মহারাজ কুমার প্রিয়োবর্ত্তবু অহানবা মীতৈ চীফ-মিনিষ্টর ওইনা হাপখি। চীংগী মন্ত্রী অনী, অদুগা তমদগী মন্ত্রী মরি হাপ্পুনা ইন্টরিম কাউন্সিল অমা শেমখি। কনষ্টিট্যুশন মেকিং কমিটি অমুক্কা মপৃংফানা শেম্নবা মহারাজনা (১) শৌগাইজম সমরেন্দ্র, (২) দ্বিজমনি, (৩) লাইশ্রম যুগেশ্বর অমসুং (৪) মিষ্টর দাইহোবু কংলৈপাক্তা চৎনগদবা চৎন-পথাপ মপৃংফানা শেম্নবা শীন্নখি। অয়াম্বা কংগ্রেসগী মীওই ঙাক্তা ওইনা তৌখি। ফম ফংহৌদবা মীওইশিংনা কংলৈপাকপু ভরত্তা তিনখিনবা হোৎনরকখি।

হৌজিক্কী এন এস সি এন (আই এম) গী মুইভা কাঙবুনা নাগা তাবা লম খুদীংমক পূনশিল্লগা গ্রেটর নাগালেণ্ড (নাগালিম) শেমগদবনি হায়বগী মঙ মঙলিবা অসিগুম্না মীতৈশিংনসু কংলৈপাক, ত্রিপুরা, কাছাড় অমদি লুশাইনচিংবদা খুন্দাদুনা লৈরিবা মীতৈশিং অদু পূনশিন্দুনা অপূনবা লৈঙাক শাসন অমগী মখাদা থমগদবনি হায়দুনা মীতিন্নচিংবা কয়ামুকসু তৌখি। মসিগী মতাঙদা কংগ্রেস মশেল পুকচেল মান্নখিদে। ইং শোক ১৯৪৭ কী আগষ্ট তাং ১৫ মক্তদা রাজকুমার সুরেন্দ্রনচিংবনা লুচিংদুনা মহৈরোই খব খোমজিল্লগা কোনুংদা লাকখিবা অদু কংলৈপাক্কা ভারত্তা তিন্নবগী খূমাঙ য়াম্না চাওশিনবা খোঙথাংনি। নুমিৎ অদুদা গান্ধী টুপিগা উপ্পুনা খাদিগী ফিজোল শেত্তুনা, কংলৈপাক্কা ভারত্তসু তিনদ্রিঙৈদা ভারতকী মচু অহুমগী ফিরাল হাইদুনা কোনুংদা শ্রীশ্রী গোবিন্দবু খুরুমগনি হায়দুনা নোক-খেরগা লাকখি।

বৃটিশনা ভারত থাদোক্তুনা চৎখ্রবা মতমদা ভারতকী লৈঙাক চুপ্পী পায়বশিংনা মখোয়গী অপূনবগী মীৎয়েং অমগী মখাদা ঐখোয়গী লৈবাক কংলৈপাকপু লৌশিনবা পামখি। মীপান তাংদুনা মীগী মরুম থূপ্লগা হিংবগী হৈনবী অমা কুইনা লৈরকপগী চৎনবী পামখিবা কাঙবুসু থোরকখি। লৈঙাকলোল লুপ-লুপ কয়াগী খেন্নবা ব্রাখল্লোলশিংদা অমগা অমগা হুন্নবা অমদি য়েৎনবা থোকহনখিদুনা নীংতম্না লৈরমখিবা য়াবগী তাঞ্জা অদু মাঙহনখি। জননেতা হিজম ইরাবতনদি মশাগী অচুম্বা ফিরেপ অমা লৌরমখি মদুদি কবো তম্পাক লৌশিন্নবা হোৎনবা অদুগা অমুকসু লৈবাক অসিনা ভারত্তা নৎত্রগা বর্মাদা তিনশিন্নবগী ব্রারেপ লৌবা তারবসু মীয়াম্না লেপচসনু হায়না মহাক্কা ফোঙদোকখি।

কংগ্রেশনা কংলৈপাকপু ভারত্তা তিন্নবা কন্না হোৎনখি; সোসিয়েলিস্টনা অসামদা তিশিন্নবা ঙাঙখি। “মণিপুর প্রজা শক্তি” কৌবা লূপ অদুনদি নীংতম্না মশাগী চৎনলোল ঙাক্তুনা কনাগসু তিশিন্নদনা লৈনবগী অকনবা ফিরেপ লৌখি। অদুম্না লৈবাক্কী নৌনা ফংলক্কবা নীংতম্বগী মমল অদু মশক খঙদনা মাগী মাগী খুদোংচাবা, কান্নবা অমসুং ওইজবা থিনবগী লৈঙাকলোল চত্থরিঙৈদা ভারতনা অশিংবা মানবা ময়াম অদু থাদোক্লম্লগা নিংথৌ বোধচন্দ্রবু থেমদুনা ভারত্তা কংলৈপাক তিনশিন্নবগী অচেংবা ঙাইদুনা লৈরকখি। নিংথৌ পানবা লৈবাক অমা কংলৈপাক্লা ওইজরবসু মণিপুর কনষ্টিট্যুসন এক্ট ১৯৪৭ কী মতুংইন্না মীয়াম্না খঞ্জবা মীয়ামগী মীহুৎনা ঙাকপা লৈঙাক-পথাপ অমা লৈখিবা অদুবু কনবা ঙমহৌখিদবা অদু খ্বাইদগী শোনখিবগী খুদমনি।

মীয়াম্না ভারত্তা তিনবা য়ারোইদবগী মতৌ অদু উবদগী অসামগী গভর্ণর অমসুং অতৈ ফম্নাইবশিংনা বোধচন্দ্র মহারাজবু থেমখি। হৈশিংবা ৱাৎপা মরম্না তাঙনা ফংখিবা নীংতম্বগী মমলদু হোঙনা য়োম্থোকপা তাখি। ভারতনা অসুম অসুম লাকশিনখিদুনা ইং শোক ১৯৪৯ গী সেপটেম্বর তাং ২১ গী নুংথিল পুং মঙারোম তাবা মতমদা ঐখোয়গী লৈবাক কংলৈপাকপু ভারত্তা তিনবগী য়ানচেদা মহারাজ বেধচন্দ্রগী মিং ইদুনা অয়াবা পীখি। ভারত সরকারগী মায়কৈদগী ষ্টেট মিনিষ্টরগী সেক্রেটরি নৎত্রগা এডভাইজর য়াওফম থোকখিবনি, অদুবু কনামতা য়াওখিদে। গভর্ণর শ্রী প্রকাসনা সাক্ষী ওইনা সোই তৌখি। ৱাফম অদু প্রেসনচিংবদা খঙহন্দনা ওক্টোবর তাং ১৫ ফাওবা অরোনবা অমা ওইনা থমখি। য়ানচে অদু ইং শোক ১৯৪৯ গী ওক্টোবর তাং ১৫ দগী থবক্তা ওম্থোক্তুনা চৎনবা হৌখি। কংলৈপাক্লা ভারত্তা তিনখিবা অদু নিংথৌ মশামক্কী, মাগী মচাশিং অমসুং মহাক্কী মরী-মতাশিংগী মায়কৈদগী তৌনখিবা য়ানচে অদুগী মতুংইন্ননি। মীয়ামগী অপাম্বা অমসুং অনীংবা ফোঙদোকহৌবগী খুদোংচাবা নৎত্রগা হক মত্তুনা নমফুদা ভারত্তা তিনহনখিবনি। মদু ঐখোয়গীদমক লাইবকথীবনি।

অদুগা অমুকসু ভারতনা কংলৈপাকপু লৌশিনবা মতমদা কবো তম্পাক্কী ৱাফম হৌদোক্করম্লবদি য়াম্না হেন্না কান্নবা ফংলমখিবা য়াই। মমাঙদা ইনখিবা য়ানচে পূম্নমক তাং ১৪/০৮/১৯৪৭ কী অহিং নোংয়াইদগী চৎনখিদ্রবনি। নীংশিংবা য়াবা অমদি ইং শোক ১৮৩৪ গী য়ানচে অদুগী মতুংইন্না বৃটিশনা কবো তম্পাক পীথোকখিবগী পীরমখিবা শেনফম অদুদি বৃটিশনা থাদোক্তুনা চৎখ্রবসু ভারতনা ১৯৪৭ তগী ১৯৪৯ ফাওবা হুল্লমখি। ইং শোক ১৯৪৯ গী ওক্টোবর ১৫ দগী শেনফম অদু ভারতনা হুনবা লেপখি। অদুম্না ঐখোয়গী কবো তম্পাক ঐখোয়দগী চৎখি। মদুনা মীয়ামগী পেন্দবগী

মথক্তা পেন্দবা ঙাক্তা ওইখি।

কংলৈপাক্কা ভারত্তা তিনদ্রিঙৈগী মমাঙগী চহীদা লৈবাক অসিগী ওইবা লৈঙাকলোল লৈজরম্মী। মীয়ামগী মীহুৎনা ঙাকচবা লৈঙাকলোল অমা হৌদোকখ্রবনি। মীয়ামগী ওইবা লৈঙাকলোল অদু চৎনবা হৌগৎলকপদা ঙাইরিঙৈদা ভারতকী অনৌবা অপূনবা শক্তম অমা শেমগৎপগী ব্রাখল্লোল অদু নোংলৈ-নুংশিৎ অমগুম হৌরকখি। লৈবাক মীয়ামগী অপাম্বা অমসুং অয়াবা শুকয়াও য়াওদনা মতম অদুগী নিংথৌ বোধচন্দ্রনা ভারত্তা কংলৈপাক তিনখিবদা অয়াবা পীখিবদু মীয়ামগী মায়োক্তনি। চুমদবা য়ানচে অমা ইনখিবা অদুদা মীয়াম্না পেন্নখিদে। হৌজিক্তি কংলৈপাক ভারতকী লম অমা ওইখ্রে। অদুগা কংলৈপাক্কী অপূনবা শক্তমদা অকায়বা অমদি অমাঙবা কয়া থোকহনবগী চৈফু অদুদি তত্তনা অদুম পীরি।

মর্জর এগ্রিমেন্টতা য়াওরিবা য়ানবগী মরোল অদুদা জাতিগী ওইবা অৱাংবা থাক্তা লৈবা থবক ফংহন্নবা তৌগনি হায়বদুসু ঙসিফাওবা গভর্ণরনচিংবা ওইবা য়াবদগী ওইহন্দ্রি। অসামী মচা, বাঙ্গালী, নাগালেণ্ড মচানচিংবা কয়াদা অৱাংবা থবকশিং অদুম পীরি। মসিদি ভারতকা কংলৈপাক্কা য়ানখিবা অদুগী ওন্ন-তৈনবনি। অদুগা ঐখোয়গী নাৎকী ওইবা লাইনীং, চৎনবীনচিংবা মৎখিবগী মমিসু তাই। হান্না লৈজরমখিবা চৎনরোলবু মাঙহল্লগা হিন্দুনচিংবগী চৎনরোল হৌদোকখি। মসিনা ঐখোয়গী অশেঙবা অপূনবা শক্তমবু মাঙহন্নবা চত্থরকখিবা থৌওঙ ওইরমই। কংলৈ লোল অমসুং ময়েক য়োকখৎপীখিদে, চাওখৎনবা হোৎনবীখিদে। ঐখোয়গী লম মাঙখিবা হঞ্জিন্নবা উপায়সু থিবীখিদে। মদুগীসু মথক্তা জুকো তম্পাক্তো নাগালেণ্ডনা লম্বী শেমজিল্লকপা, চান্দেলগী মোলচামনচিংবা লমশিংদা ম্যানমারনা লম খোপচিল্লকপদা নাচুংবীদে।

ময়াংশিংদা পার্মনেন্ট সেতলমেন্ট পীথোকই, শেঞ্জাউ পায়বা ময়াংশিংনা লমদম অসিগী চাওখৎ-খোঙথাংগীদমক শেল থাদদে। মখোয় মখোয়গী ময়ুমখক্কীদমক্তা শীজিন্নে। মখোয় মশা মশাগী ওইজবা থিনবগীদমক্তা মখোয়না লমদম অসিদা লৈবনি। লমদম অসিগী চুম-শো মখোয় খরনা পায়শিন্দুনা হাংদোক্লীংবা মতমদা হাংদোকপা অদুগা থিংজিন্নীংবা মতমদা থিংজিনবা তৌদুনা লৈ। মখোয়না ঐখোয়গী খুন্নাইবু লায়রহল্লি।

ঐখোয়না ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা লৈঙাকলোলগী থাক কয়া থেংনখি। থাকশিং অসিনা ঐখোয়গী মহৌশাগী শক্তম অদুবু মাঙহল্লকপগুম তৌরক্লি। মসিনা ঐখোয়গী লৈঙাকলোল অমসুং চাওখৎলোলগী অরুবা হীরম অমা ওইরকই। অসিগুম্বা

অরুবা ফীভম অসিদা মতমগী য়াওলশিং লাকখি। *"ইশাগী শরুবু ময়াংলমগী তুরেন্দা থাদরবদি ময়াংগী মখা পোনগনি"* হায়না চীংউ খোংনাংথাবনা তাকপীখি। অদুগা অমুকসু *" মীতৈগী শরুশিং নিংথি তুরেন্দা থাদরবদি অয়াগী মখা পোল্লগনি"* হায়খিবা মাইচৌ খোংনাংথাবগী পাউতাক অদুদি শোয়খিদে, কংলৈপাক অসি চহী তরেৎ খুন্তাকখি। মরম অদুনা চীংঙু খোংনাংথাবগী পাউতাকশিংবু থৌওইদবা চুমদে। ঐখোয়গী অশেঙবা শক্তম ঙাক্না হিংনবা হোৎনসি। মদুগীদমক লৈঙাকলোলগী চূনবা থাক অমা লৈবা তাই।

## কংলৈপাকসে অমুক্তা কনমিন্নহৌসি

**তাইবঙ** মপুরেল শিদবনা তোঙান-তোঙানবা জীবশিং পুথোক্তুনা মালেমগী তোঙান-তোঙানবা মফমশিংদা তাইবঙপান শেম্নবা লাইয়ামশিংদা থৌদাখি। হয়িচক (সত্যযুগ) হৌরকপদা লাইনিংথৌ হৈয়ুম শিদবনা থা-থৱান্মিচাকনচিংবা শেম্বা লোইরগা মালেম লৈশেম্লকপা মতমদা ঐখোয়গী লৈবাক অসিদি ঈশিংনা পূমথুম থুন্লম্মী অদুগা মতুংদা লৈশা ফাওগৎলকখি। মসিগা মরী লৈনবদা পুয়ানা হায়বা ৱারোল পুন্নমকপু চুম্মি হায়দুনা আর্কিলোজিষ্টশিংনা অরেপ্পা খুদম-প্রমাণগা লোয়নননা তাক্লি। জিওলজিষ্টশিংনা হায়বা মতুংইন্নদি কংলৈপাক, কাছাড়, তখেল (ত্রিপুরা), গারো চীংশাং অমদি বেঙ্গলনচিংবশিং অসি ঈশিংগী মখাদা লূপ্তুনা লৈরম্মী হায়। মতম অদুদা সমুদ্রগী ঈখৈদা অচৌবা লৈপাক লৈরম্মী। অচৌবা লৈপাক অদুগী লৈরোল হোংলকপগী থৌদোকশিংদগী সমুদ্রদা লৈরমখিবা লৈপাক অদুনা ঈশিংগী আঃ মখাদা লুপথখি, অদুগা কংলৈপাক, কাছাড়, তখেল, গারো চীংশাং অমদি বেঙ্গলগী লমশিংনা ঈশিংগী মথক্তা ফাওগৎলকখি। মদুগী অহোংবা অদু চহী মিলিয়ন চামাগী মমাঙদা ওইখিবনি। অতৈ অতৈ চীংশিংগী চীংগোইলোম্দা হান্না লৈরমদবা চীংশিং কোন্না ঈশিংদগী ফাওগৎলকখিবগী ৱারী কয়া লৈ।

লাইয়াম খুন্দা অহানবা অৱাং কৌব্রুদা কংলৈচাশিংনা চহী কয়া খুন্দাদুনা লৈরক্লফাওবদা তম্পাক অসিদি ঈশিং কংবা কৌবা লৈখিদে। তম্পাক্তগী ঈশিং চিংথোক্লিঙৈগী মমাঙদদি কাংলৈচাশিংনা চীংদদা লৈরম্মী। পুয়াগী মতুংইন্না কংলৈচাশিংনা অহানবদা কৌব্রু চীংদা পূন্না খুন্দামিন্নরম্মী। কৌব্রু চীংশাং অসি মীগা লাইগা শম্নরিঙৈ মতমদগী কংলৈচাশিংনা অহানবা খুন্দারকপা মফমনি। মফম অসিবু লাইগী মফমনি হায়বগীদমক লাইফমনি হায়না লৌনরি।

চীংনা হান্না ঈশিং কংখ্রবা মতুংদা চীংগী নাপোমশিংদি মখোঙ মখোঙদা ঈশিংনা

থুমদুনা অদুম লৈরম্মী। মমৈথংদদি অথোৎপা লৈরোল লৈবা চীংলোলশিংগী শরূক ওইবা চীংনুংহুত্তা অতৎ-অথম লৈতনা ঈরৈনা ফুদুনা হোরগা লেপ্লা লৈতনা তম্পাক্তা তুংলম্বা ঈশিং ঈপাক অদু চেনথোকখি। মসিবু পুয়ানা হায়রি মদুদি লাইনিংথৌনা হুত্তংগা ওইনা খোইয়ুম লাংওন তৌরগা চীংবু হুত্তোক্লনা তম্পাক্তা লৈরমখিবা ঈশিং-ঈপাকপু চিংথোকখি। ঈশিং চিংথোকফম অদুবু চীংনুংহুৎ হায়না গুসি ফাওবা খঙনরি।

অসুম্না চীংনুংহুত্তা ঈশিং চিংথোকখিবনা অমসুং নুংশাগী মৈশানা য়ৈখিবনা মবম ওইরগা ঈশিংনা থুল্লম্বা তম্পাক অদু কংলকখি। অসুম অসুম কংথরকপদা তম্পাক্কী অনেম্বা মরোলদা খ্বাইদগী হান্না কংখিবা মফম অদুবু কংবা হাল্লে হায়দুনা *কংলা* হায়না থোনখি। কংবা হানখিবা মফম অদুদা ঐখোয়গী লাইওইশ্রুলা অহল লমনশিংনা ঈম-কৈ শাখি। ঈম (য়ুম) কৈ শাখিবা মফম অদুবু *ঈমফম* হায়না খঙনখি। ঈমফমদগী মমৈথংদা *ইম্ফাল* হায়না খঙনখিবনি।

তম্পাক্তা লৈরম্বা ঈশিংনা অসুম অসুম কংথরকপগা লোয়ননা অকংবা লমগী শরূকসু অসুম অসুম পাকথোরকখি। অদুদগীদি লৈরোল-নোংলোল কায়াং তবামরিগী লাইফমশিং শেম্লকখি। অদুম্না শেমখিবা লমদম অসিবু কংলৈপাক হায়না থোনখি। তম্পাক্কী অকংবা লমগা হান্না কংদুনা লৈপ্তবা চিংগী লমগা শম্নখিদুনা হেন্না পাক্লা কোনশিনখিবা লমবু *কংলৈপাক* হায়না কৌখিবগী মরীকচুম্বা ৱারী লৈ (ৱাঃ থিঃ সঃ অঃ পুকোক ঃ লাঃ ২৭)। কংলৈপাক অসিগী কংলা য়াইকোন্নুংদা লাইনিংথৌ শিদবা অমদি লৈমরেল শিদবী অনীমক্লা লৈরবা মতুংদা ঈপুধৌ পাখঙবা পোকখি। পাখঙবনা লাইনিংথৌগী থম্মোয়দগী তাদুনা পুথোকখিবা লাইরেম্বী তরেৎকা পান্নদুনা মপারি তরেৎ পোকখি। মপারি তরেৎ অদুগী মমিং তরেৎ অদুনা য়েক-সলাই তরেৎকী মমিংশিং ওইখি।

কংলৈপাক কৌখিবগী ৱারী অসি মঙাং নিংথৌনা ইহান হান্না মঙাং ঈগী ঙাসাপা নিংথৌদা লীবিখি, অদুগা মতুংদা ঙাসাপা নিংথৌনা মদুবু মথং মথং লীরকখি। ঙাসাপা নিংথৌনা পাল্লমখিবা মতম অদু খৃঃ ১৯৭৯ দা চাউরাক্লা চহী ৩৬৩৮ রোম শুখ্রে। ৱারী অসিবু মুংয়াম্বা নিংথৌনা (খৃঃ ১৫৬২-১৫৯৭) পাল্লমখিবা মতমদসু চীংউ মাইচৌ অপোইননা লীদুনা হান্না লৈরম্লবা চেজলবু অমুক হন্না নৌনা ইথোকহন্দুনা থম্লম্মী। অসুম্না ৱারী অসিবু মথং মথং মীরোল মথাং মথাং য়ৈনা য়ৌহল্লকখি। ঙাসাপা নিংথৌনা পাল্লমখিবা মতম অদুদগী হৌদুনা ঈপুধৌশিংনা লীরম্বা ৱারীশিংদা ঐখোয়গী লমদম অসিবু কংলৈপাক কৌখিবগী ৱারী নীংথিনা লৈ। খৃঃ ১৯৫৮,১৯৬৯,১৯৭২,১৯৭৬ অমদি ১৯৭৮-৭৯ দা তৌখিবা লৈপাক্কী থাক্তা

ময়েক লেপ্নবা পাঙথোকখিবা সরকারগী অমদি ওরগেনাইজেসনশিংগী কনফরেন্সশিংদা পুথোকখিবা পুয়াশিংদা কংলৈপাক কৌবা মিংগী ৱারীশিং অদু শেংনা য়াওখি।

পোইরৈতোন খুম্ভোকপা মতমদগী পামহৈবগী হাক্তক্তফাওবদা ওইরম্বা কংলৈপাক্কী কোনুং কংলাগী ম্যেপ অদুদা লৈবাক অসিগী মমিং *কংলৈপাক* হায়না অদুম কৌরম্মী। ম্যেপ (ফাফল) অদুদা *কংলৈ পাফল* হায়না থারি। লৈবাক অসিগী পাফল য়েকপদা *কংলৈপাক* হায়রম্বা অসিমক্লা লৈবাক অসিগী য়েলহৌঙৈগী মমিং অদু *কংলৈপাক* কৌই হায়না তাকই।

কংলৈপাক হায়বা মিং অসি ঐখোয়গী লৈবাক অসিগী অশেঙবা মমিংনি। মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা পানবা মতমদসু লমদম অসিবু কংলৈপাক হায়না অদুম খঙনরম্মী। অতোপ্পা মমিং কয়া অমা থাংজিল্লক্লবফাওবদা কংলৈপাক কৌবা মিং অসিদি অদুম লৈরকখি। হৌজিক্তি কংলৈপাক হায়বা মিং অসি তোয়না শীজিন্নরক্লে। খৃঃ ১৭৬০ গী হিয়াঙ্গৈ থাগী তরানীথোইনি পানবা শগোলশেল নুমিৎতা নিংথৌ চীংথংখোম্বনে, ভাগ্যবতি থাকুরনে অমসুং খুনপোংচা মনিরাম সিদানন্দনে মখোয় অহুম তান্নদুনা কংলৈপাক্কী কুমশীং পাবা হৌদোকখি (*চৈথরোল কুমম্বাবাঃ লাঃ ১১০*)। চৈথারোল কুম্বাবা অসিগী লাতমমক্তদা চহীরোল অমা হৌদোক্লিবা অসিবু কংলৈপাক্কী শক হায়দুনা মমিং থোল্লি। মসিনসু ঐখোয়গী লৈবাক অসি কংলৈপাক কৌই হায়বা তশেংনা তাকই।

ঐখোয়গী ইরমদম কংলৈপাক অসিগী মতীক-মগুণ শিংথাবদা শীজিন্নবা মমিংশিংদি য়াম্মি। খুদম ওইনা খর হায়রবদা *সাকোক লমলেন* পুয়াদা কংলৈপাকপু *ময়ায় সুমতোংপান* হায়নসু শিংথারম্মী , *হান্না শেম্বা কোন্না লোইবা* হায়নসু কৌরম্মী। হৌজিক্তি কংলৈপাকপু শিংথাবদা *সনা লৈবাক, পোইরৈ, মৈত্রবাক, কংলৈ* হায়বনচিংবা তোঙান- তোঙানবা ৱাহৈশিংসে শীজিন্নবা য়াওই। ৱাহৈশিং অসিদি মতম মতমগী ওইনা কংলৈপাকপু শিংথাবদা শীজিন্নবনি। ভারতপু হিন্দু য়াম্না লৈবা মরমনা *হিন্দুস্থান* হায়না শিংথাবগুম্বনি।

কংলৈপাক হায়বা মিং অসিদি পুয়াদা য়ুম্ফম ওইবা অশেঙবা মিংনি। কংলৈপাক্কী মহুত্তা মণিপুর হায়না কৌখিবা অসিদি য়ুম্ফম য়াওদবনি, অরানবনি। মহাভারতকী মণিপুর অদুদি আর্য্যশিংগী নিংথৌশিংনা পানখিবা লৈবাকশিংগী ঙমখৈ মনুংদা লৈবা কলিঙ্গগী সমুদ্র মপান্দা লৈবনি। মদুবু য়েক-সলাই তরেৎকী কংলৈপাক অসিদা পুশিল্লকপা হায়বসি মথোং-হুক্তবগী থবক্লি। কংলৈপাকপু মণিপুরনা নমশিন্দুনা থম্বা অসি মতম কুইরে, কংলৈচাশিং অনম-অহা চুরে।

কংলৈপাক হায়বা মিং অসিগা চীংমী-তম্মীনা হৌরকপগী ৱাফমগা মারী য়াম্না লৈনৈ। কংলৈচাশিংগী হৌরকফম ৱারী-লীকখুন থিরুরবদি অমগা অমগগী মরক্তা তৎনবা য়াদবা মরী অমা অদুম লৈ। য়েলহৌঙেদগী লৈমিন্নরক্লবা কংলৈচাশিংসিগী হৌরকফম অমতা ওই। পারি-পুরি অমতগী মচা-মশুশিং ওইবা মরম্না কংলৈচাশিং অসি ঈ অমতগী ওইবনি। "*অৱাং কৌপলু অসুপপা, লৈমলাই খুন্দা অহানবা, নোংথৌ মউ লিংবা, চালিক মপাল থাবা*" হায়না পুয়ানা পীরিবা ৱাফম্না তাক্লিবদি অহানবদা কংলৈচাশিংনা কৌব্রু চীংদা খুন্দাখি হায়বনি।

কংলৈপাক অসিদা লাইগা মীগা চারৌ-মৌরৌনদুনা নুংঙাইনা কুইনা লৈমিন্নরম্মী। অদুবু তাইবঙ মীনদি মীশীং অসুম অসুম হেনগৎলকখি, অদুগা লাইদি মশীং হেনগৎখিদে। তাইবঙ মীশিংনা মীশীং হেনগৎলকপগা লোয়ননা ওইদবা ঙাঙবা, হুরান-লান্না তৌবা, মশাগী ওইজবা থিবনচিংবা তোয়না তৌনরকপদগী লাইয়ামশিংনা হৈনরক্রুদুনা তুমিন্না শাথূপখি।

ইং শোক ৩৩ দা ঈপুধৌ নোংদা লাইরেল পাখঙবনা কংলাদা পুম্নমক্কী অসূপ্পা নিংথৌরেল অমা ওইনা পানখি। ইবুংঙো মহাক্না লাইশিংগীদি মমৈনি অদুগা তাইবঙ মীগীনা পুকোক্লি। মহাক্না নিংথৌরেল ওইনা পানখিবা মতম অদুদা ঈপা-ঈপুগী হৌরকফম ওইরিবা অৱাং কৌব্রুদা চৎখি। ঈপুধৌ পাখঙবনা তাংখুল সরম পাখঙবা, চোথে থৱায় পাখঙবনচিংবা ওইনসু শাইওন তৌখি। ঈপুধৌ পাখঙবগী মমাঙদা হয়িচক, হয়াচক অমসুং খুনুচক হায়বা চক অহুম লৈখ্রবনি।

কংলৈচাশিংনা খুম্হোক্লবা মতুংদা লম্বী নৎত্রগা তুরেল নৎত্রগা চীংনা লৈকাই নৎত্রগা খুঙ্গং খায়দোক্লরকপদগী লৈকাই লৈকাই নৎত্রগা খুঙ্গং খুঙ্গং নাইরকখি। মতমগী মতুংইন্না মখোয়না হেন্না খুদোংচাবা থিবা তারকখি। তমদা খুন্দাখিবা কাঙলূপ অদুনা তম্মী (মীতৈ) অদুগা চীংদা লৈহৌখিবা নৎত্রগা লৈখিবা কাঙবুনা চীংমী (হাও) হায়না খঙনখি। চীংমীশিংনা চীংশাংশিংদা মথং মথং লাপথোক্লখ্রগা মতমগী মতুংইন্না লোল খেন্নরকখি। কাঙলূপ মশেল অহেনবা তান্নরকপদগী খেন্নরক্লুনা কাঙলূপ কয়া থোক্লা লৈরকখি। অদুম অদুম ওইনমক হোংবা য়াদবা মান্নবা কয়া অমদি ঙসি ফাওবা কাঙলুপশিংগী মরক্তা অদুম লৈরি। চীংমীশিংনা চীংদগী তমদা কুম্লক্লুনা য়ুম্লাক-শাগৈ নাইদুনা তম্মী ওইখিবা কয়ানি, অদুগা অমরোমদনা অমুক তম্মীনা চীংদা লৈখিবদগী চীংমী ওইখিবসু কয়ানি। চীং-তম অনীগী মরক্তা য়েংনরবদি তমদনা খুদোংচাবা হেল্লি। মরম অদুনা চীংমীশিংনা তমদা কুম্লক্লুনা য়ুম-কৈ শারগা লৈররি। তমগী খুদোংচাবা অদু

চীংমী-তম্মীগীনি, তম্মীখক্কীদা নত্তে।

য়েলহৌঙৌদগী কংলৈপাক অসিদা চীংমী তম্মী মচিম্মনাও অনীনা অমগা অমগা মতেঙ পাঙনদুনা লৈমিন্নরকই। মচিম্মনাওগী মরক্তা মীতোপ অমগুম উনরকপা তারবদি চীংমী-তম্মীনা থেংনরিবা খুদোংচাদবশিং অসিবু কনানা লাক্তুনা কোকহল্লগদগে? ঐখোয়গী অপূনবা লীপূন্না ঐখোয়বু মালেমদা মশক তাক্কদবনি।

চীংমী-তম্মী মচিম্মনাও অনীগী মরক্তগী অহলনা চীংথক্তা অদুগা অতোনবনা তম্পাক্তা লৈনখিবা মরমনা চথোক-চৎশিন তৌনবদা য়াম্না খুদোংচানরমখিদে। মরম অদুদগী মনাওনা তম্পাক্তা মেরাগী থাউমৈ থাল্লগা অদুগা ময়াম্বনা অৱাংবা চীংথক্তা লম্মৈ থারগা মচিম্মনাও অনীমক শিদ্রি অমসুং নুংঙাইনা লৈরি হায়বগী খুদমশিং থম্মরম্মী। মমৈথংদদি মী য়াম্না য়াম্মরকখিবদগী মেরা-হৌ (হাও)-চোংবা হায়বা কুম্মৈ অসি হৌদোকখি। মৈদিঙু নোংদা লাইরেল পাখঙবগী হাক্তক্তগী চীংবুরোই তম্মুরোই পূন্না য়াম্মসু ঈংদবা য়াম্মসু শাদবা মেরা থাগী তরানী পানবদগী তরামঙানী পানবা ফাওবদা চীং-তম অনীগী মরুওইবা কুম্মৈ অমা ওইনা মসিবু পাঙথোক্লবা হৌখি।

মৈদিঙু নোংদা লাইরেল পাখঙবা মতমদগী কুম্মৈ অসি হৌরক্লগা মৈদিঙু ইরেঙবা সনা হাক্তক্তা অমুক্তা হেন্না মপূং-মরৈ ফাহনখি। অহল্লুপ পানা, লাইফম পানা,নাহারুপ পানা অমসুং খাবম পানা মরিগী তা-খৌছাবগী থৌরম পাঙথোকখি। নূং-লংবা, শূক-লংবা, লমজেল তান্নবা, মুক্না শান্নবা, অরুম্বা থাঙ্গৎনবা, হরাও-তয়াম্না চা-থকপা, জগোইশাবনচিংবা কয়ানা থৌরম অদুবু মপুং ফাহল্লম্মী। চীং অমসুং তম অনীমক্তগী লাকপা মী পূম্নমক্না নিংথৌদা মাগী মাগী লৈজবা খুদোলপোৎ কৎলি অদুগা নিংথৌনসু মখোয়দা মাগী মাগী মতীকচাবা পোৎশিং পীরি। মসিগী কুম্মৈ অসিদি চীংবুরোই তম্মুরোই কয়া তিল্লগা অমতা ওইবগী, পু-তিন্নবগী, মচিম্মনাও ওইবগী অমসুং নুংশি-চান্নবগী খুদম অমনি। মীতৈ নিংথৌশিংনা পূম্নমক্কী হৈন-হৈনবা চীঙ্গাকশিং পীদুনা চীংমী-তম্মী অনীমকপু য়াম্না হরাওনা চামিন-থকমিন্নহল্লম্মী। মীতৈ নিংথৌনা নূংগোইবীদা শন্দং কৎলি অদুগা থুংলবা মীশিংদা অচৌবা চাকলেন অমা পীজে। মেরা থাদা শন্দং তুরগা অচৌবা চাকলেন পীজৈ হায়দুনা *মেরা শনদুবা* হায়বা ৱাহৈ অদু লাকখি। *শন* হায়বদি শন্দংগী অশম্বা ৱাহৈনি, অদুগা *দুবা* হায়বনা তুকপী লোম্মৈনি। কুম্মৈ অসি চীং-তমগী অঙম্বশিং অমসুং প্রজাশিংনা লৈবাক্কী নিংথৌগা লোয়ননা জাতিগী থাক্তা চহীগী ওইনা তৌবনি।

অথেঙবা মতমদদি মপানগী ঈথিল ফুজিল্লকখিবদগী মেরা-হৌ (হাও)

চোংবগী কুম্মো-থৌরম অসি তপ্না তপ্না মমি শান্নকখি। ওকেন্দ্রজিৎ মহারাজগী মতমদা অমুক হিঙ্গৎলকখি। মৈদিংগু লৈশেম্বা সনাজাওবা মতমদগী কুম্মো অসি মপূং-মরে ফাবা হৌরকখি। হৌজিক থৌরম অসি চীংলেম্মা পাঙথোকপা ঙম্লক্লে। মসিনা চীং-তমগী অপূনবা শক্তম অমা পুরকপদা মতেঙ অমা ওইগনি।

ঐখোয় কংলৈচাশিংগী মনুংদগী খরনা হিন্দু ধর্ম, খরনা খৃষ্টিয়ান ধর্ম, অদুগা খর অমনা হান্নগী অরিবা ধর্ম চৎলি। মসিনা হৌজিক্কী ঋানি। নোংচুপলোমগী ধর্মশিংনা লান্দারক্ত্রিঙৈগী মমাঙদা কংলৈচাশিংনা লাইনিংথৌ শিদবা, লৈমরেল শিদবী, সনামহী, অপোকপনচিংবা নীংনরম্মী। চীং অমসুং তমদা মীরানচাশিংনা মখোয়গী ধর্মশিং শন্দোক্লকখিবদগীদি ঐখোয়গী ঈপা-ঈপুগী লাই সনামহী, শাগৈগী অপোকপনচিংববু মীরাইরকখি। কংলৈচাশিংগী ওইবা লাইনীং-লাইশোলবু থাদোকহন্নবা নিংথৌগী অহকপা ঋারোল মীয়ামদা খঙহল্লকখি। ঋরোল অদুগী মতুংইন্না ঈপা-ঈপুগী লাইনীং-লাইশোল অমসুং ঈড়াৎ-থৌনি তৌবা য়াহল্লমখিদে। করিগুম্বা ঈড়াৎ-থৌনি অদু তৌরুরবদি নিংথৌ অমসুং ব্রহ্মসভানা চৈরাক পীরম্মী। মরম অদুনা লৈবাক্কী, খুলগী, পানাগী, লৈকাইগী অমসুং শাগৈগী মীওইশিংনা লোন্না-থূপ্না নৎত্রগা অহিংদা ঈড়াৎ-থৌনি তৌদুনা অরিবা লীক্লম্মু কায়হন্দনা থম্লবা লাক্লখি। সনামহী, লৈমরেল, উমংলাইনচিংববু মকা ফোঙদনা চন্দোণ-চৰা থিল্লগা নীংনখি। নিংথৌগী য়াথং ইন্দবা চীংমী-তম্মীবু মাংই হাযদুনা ইথোক্লমখি, লোই থারমখি অমসুং চৈরাক ফংহল্লমখি।

চীংমীশিংবু হিন্দু লাইনীংনা শাথীনা হস্থনা য়েংবীখিবদগী তঙাইফদনা মরুম থুপ্লবা হায়দুনা চীংমীশিংনা খৃষ্টিযান ধর্ম লৌবা তাখি। অদুম্না চীংমীনা খৃষ্টিয়ান অদুগা তম্মীনা হিন্দু ওইখ্রবা মতুংদা চীং অমসুং তম অনীগী মরক্তা লৈরম্বা মচিম্মনাও ওইবগী নুংশিনবগী মরী অদু খর খর তৎনবা হৌরকখি। হিন্দু অমসুং খৃষ্টিয়ান ওইদবা কংলৈচাশিংদি ঙসি ফাওবদু মপানগী ঈথিন্না চঙবা ঙমদে। ঈপা-ঈপুগী অরিবা লীক্লম্মু থিগক্লুনা চীং অমসুং তম অনীগী মরী ফগৎনবা হোৎনদুনা লৈরি। মখোয়না অরিবা পুয়া থিজিনবা, লোল-ময়েক, ফিখল-ফিজেৎ, লাইনীং-লাইশোল, জগোই-ঈশৈ, শান্ন-খোৎনবা, শিল্লম-শিস্থা, নাৎকী থৌরমনচিংবা কয়াবু য়োকখত্নুনা মালেমগী থাক্তা পুখৎলি। মসিনা মরম ওইরগা চীং অমসুং তমগী অপূনবা শক্তম্সু ঙাক্লবা লাক্লরি।

কংলৈচাশিংগী য়াম্না ফজবা চৎন-লোনচৎ, ঋাঙাঙ-ঋাতা, মতম মতমগী ওইবা ফিজেৎ-চাকচা, থকশি-খাশিনচিংবগী কায়বা য়াদবা লীপূন অমা থম্বীরম্মী। মতমগী মতুংইন্না মীতোপকী মতৌ তম্লক্লুনা অহোংবা নৎত্রগা অওনবা কয়া লমদম

অসিদা লাকখি। ঐখোয়গী পারি-পুরিগী চৎনলোনচৎ, ফিজেৎ-চাকচাবুদি তুংওইনদুনা মীরাইবদি চুমদে। নুপীশিংনা মীতৌ তমদুনা সলব্বার, খোঙ্গ্রাওনচিংবা শেক্তুনা, অদুগা নাতৈ চাদবা ফুরিৎ লীত্তুনা লমজাউ শোড়োক্তা থোক্লুরক্লি। অদুমকপু মখোয়না কংলৈপাক্কী মপান্দা চৎপা, স্কুল অমসুং কোলেজ কাবা, কুম্মৈ হরাওবদা পঙশেৎ-শেৎচরবসু ঐখোয়গী ধর্ম অমসুং কর্মনচিংবা লাইগী ওইবা থৌরম কয়াদদি নাৎকী চৎনবীগী মতুংইন্না ফিরোল শেৎলি অমসুং ইল্লি। ফিজেৎ-চাকচা কাল্লিবদি ঐখোয় নুপাশিংনি। ঈপা-ঈপুশিংনা শেৎন-ইন্নরম্বা পৃন্না হুন্দোক্লগা ময়াংনচিংবগী মতৌ তমদুনা মরুওইনা মীতৈ নুপাশিংনা ধর্ম-কর্মনচিংবা লাইগী ওইবা থৌরমশিংদফাওবা পাইজমা, কুর্ত্তানচিংবা শেৎলকপা অদুগা গুক্তা অশাংবা ফিচেৎ অমা য়ানশিল্লক্লিবা অসি ঐখোয়গী নাৎপু মীরাইলকপনি হায়নীংই। ইশা ইশাগী ফিজেৎ-চাকচাবু থৌশাদ্রবদি অফবা ওইরোই। ফিজেৎ-চাকচানা জাতি অমগী শক্তম তাক্লিবনি হায়বসি কাউফম থোক্তে।

হৌজিক কংলৈপাক্কী ফীভম অসি অরুবা তাঙ্কক অমদা লাকপা হৌরে। মীগী মীশীং হেনগৎপগী চুমদবা মওঙ অমা লাক্লি। ইং শোক ২০০১ গী মীকোক থীবদা কংলৈপাক অসিদা পৃন্না লৈমিন্নরিবা মীশিংগী মীশীং অসি ২২,৯৩,৮৯৬ নি। মীকোক থীবা অদুদা মীতৈগী মীশীংনা ৭,৫১,৪২২ নি, চীংমীগী মীশীংনা ৬,৭০,৭৮২, নি। অদুগা মীতৈ পাংঙলগী মীশীংনা ১,৬৭,২০৪ নি। পৃন্নমক অসিগী মথক্তা মপান্দগী কংলৈপাক্তা লৈরিবা মীতোপ-মীয়ানচাগী মীশীংনা ৭,০৪,৪৮৮ য়ৌখি। হৌজিক্তি মখোয়গী মীশীং অসি অঙকপদা হেনগৎলম্লগনি। মীশীং খ্বাইদগী য়াম্বা মীতৈগী মীশীংগা মাপান লমগী মীওইগী মশীংগা পংখেন-খেন্নদ্রে। মীতৈগী মীশীং হেনগৎপগী চাংদি নেম্মী, অদুগীসু মথক্তা হৌজিক্কী য়াওন ঈরাং অসিদা নোংমতা কাংদনা মী কয়া শিরি। মী মশীংদি মহৌশানা হেনগৎফম থোকই; অদুবু মপান লমদগী চহী খুদীংগী লোন্না নৎত্রগা ফোঙনা ঈশিং-ঈচাউগুম চঙশিল্লক্লিবা মীগী মীশীংদি অঙকপগী মশক ওইরি। হৌজিক হৌজিকসু মপান্দগী মী চঙশিল্লকপা লেপত্রি। ময়াং অমা লাক্কনি অদুগা থা অনী/অহুম লৈরক্লগা চৎখিগনি। মহাক্লা কংলৈপাক অসিদা অমুক হল্লকপদা ময়াং মরি/মঙাগা লোয়ননা লাক্কনি। অদুগীসু মথক্তা লোন্না লোন্না লেপ্পা লৈতনা চঙশিল্লকপা মীতোপ ময়াম অমসু লৈরি। হৌজিক কংলৈপাক অসিদা কংলৈ লোল (মীতৈ লোল) খঙদবা মীতোপ ময়াম অমা লৈরি। মদুগীসু মথক্তা নোংমা কাংদনা মীতোপ চঙশিল্লক্লি। মসি য়াম্না লুবা ফীভম অমনি।

ত্রিপুরাদা ইং শোক ২০০১ গী মীকোক থীবদা য়েলহৌ মীনা লাখ তরেৎরোম

ওইবা মতমদা মপান লমদগী লাক্লগা লমদম অদুদা খুন্দাখিবা মীগী মীশীংনা লাখ কুনমঙারোম ওইখিবদুনা লমদম অদুগী লৈঙাক, শেম্লীৎলোল খুদীংমক মপান্দগী চঙলকখিবা মীওইশিং অদুগী মখূত্তা তাখি। ত্রিপুরাগী য়েলহৌ মীশিংগী অল্লাবা ফীভম অদু ঐখোয়গী কংলৈপাক অসিদা তারক্লোই হায়বা লৈতে, চেকশিলহৌদ্রবদি ত্রিপুরাগী লাইবক অদু তারক্কদবা কুইদ্রে হায়না লৌবা য়ারে। অদুগা হৌজিক জিরিগী মীশীংগী ১০০ গী মনুংদা ৬০ দি মীতোপ ওইখ্রে। জিরি হায়বা লমসি ইরমদমনি হায়বা মম্মিংতা ঙায়খ্রে, মীতোপকী খূক্তা তাখ্রে। অদুগা ঙসিমক ম্যান্মারগী অরাকান্দগী মুসলমান কয়ামুক লাক্লুনা মোরেদা খুন্দাররি। মসি পূম্নমক অসি ইং শোক ১৯৫০ নবেম্বর ১৮ দা মতমদুগী ভাবত সরকারনা থারকখিবা চীফ কমিশনর হিমটনা হান্না চৎনহনখিবা পর্মিট সিষ্টেম অদু লৌথোকখিবদগী ওইরকখিবনি। লমদম অসিগী য়েলহৌ মীশিংবু মীতোপশিংগী খয়াত্তগী কন্নবা মণিপুরদা ইন্নর লাইন পার্মিট সিষ্টেম চৎনহনবা মথৌ তাই। ঙসি ঙসিমক লোন্না চঙ্লক্লুনা খুন্দাশিল্লক্লিবা মীতোপশিং অসি মরমদমদা হলহনখিনবা মণিপুর সরকারনা খুদক্কী ওইবা থবক লৌখৎফম থোকই। ইন্দিয়াগী ফোরেন্নব এক্ট ১৯৪৬ সি ইন্দিয়াগী শরুক অমা ওইরিবা মণিপুরদদি চৎনদবগুম উরি। অরিবা পোৎশিং ঙাক-শেন্নবা অমসুং মাঙখিগদৌরবা শা-ঙা মখল কয়াবু য়োকখৎননবা লুপা লাখ লাখ হৈথরি। অদুবু নোংম-নোংমগী শক্তম মাঙশিল্লকপদা নত্তনা মীশীং হেনগৎপগী চাং নেমথরক্লিবা কংলৈচাশিংগী করিগুম্বা থৌশিল অমতা সরকারনা তৌবীদবা অসি লাইবকথীবনি। মপান্দগী লাকপা মীতোপ-মীয়ানশিং অসিনা ঈশিং-ঈচাউগুম চঙশিল্লক্লিবা অসি ঐখোয়গী লমদম অসিগী নাৎ, ফুরূপ অসিবু মাঙহন্নবা অখন্নবা থৌশিল অমগী মখাদা কনাগুম্বা খরনা থাজিল্লকপ্রা নৎত্রগা কৌশিল্লকপ্রা হায়বসি সরকারনা খুদক্তগী হৌনা মীৎয়েং চঙহৌবা চুমগনি।

মথৎদা কংলৈপাক অসি চাউরম্বদগী পীকশিল্লকপগী মতাংদা অমুক লাকসি। অরিবা মতমদদি কংলৈপাক অসি য়াম্না পাকচাউরম্মী। নোংপোক মায়কৈরোমদা চিনা অমসুং বর্মাগী শরুক খর কংলৈপাক্তা য়াওরম্মী। বর্মাগী মনুংদা চিন্দুইন তুরেলগীদি নোংপোকথংবদা লৈবা লম খরসু কংলৈপাক্কী মনুংদা চল্লম্মী। কবো তম্পাক অসিসু কংলৈপাক্কী ওইরম্মি। খারোমদা কংলৈপাক্কী লম অসি সমুদ্র মপানফাওবা শন্দোক্লম্মী। অৱাংলোমদনা ডিমাপুরগী ৱাংমদসু কংলৈপাক্কী লম লৈরম্মী। নোংচুপলোমদনা কাছাড়গী মনুংচনবা চন্দ্রপুর হায়বা লমগী শরুক্তগীসু হেন্দোক্লা লৈরম্মী। মসি পূম্নমক অসি কংলৈচাশিংনা হায়বদি চীংমী-তম্মী অনীনা পূল্লগা ওইহনখিবনি।

হৌজিক্তি ঈপা-ঈপুশিংনা থম্বীরম্বা পাকচাউরবা কংলৈপাক অদু লম মচেৎ অমতা ঙাইহৌরে। লম মচেৎ অসিবু ইরৈবাক্কি হায়না কন্দুনা পেন্থোক্লগা লৈরক্কি। অদুগা অমুক লম মচেৎ অসিসু ঐখোয় চীংমী-তম্মী য়েংথীনবদগী নৎত্রগা খৎনবদগী তোখায়-তানখিদুনা মচেৎ মচা মচা থোক্লা কায়রকপা য়াবগী অকিবা লৈ। অদু ওইরবদি ঐখোয়গী ইরৈবাক কংলৈপাক অসি পুম্মূৎ মূৎখিবা তাবনি। মুন্না খম্থমিন্নহৌসি। লাই হাক্তক্তগী ঐখোয় চীংমী-তম্মী অনীমকসে মরী অমতনি হায়বসি চুম্লবা ৱাফমনি। ঐখোয় ঈশেল শকখণ্ড-মায়খণ্ডনবগা লোয়ননা ঐখোয়গী হৌরকফমবু নীংথিনা খণ্ডমিন্নবগা অমনা অমবু মতেঙ পাংনরসি। ধর্মগী অখূবা মীৎয়েং থম্মদনা অমদি অচৌ-পীশক খায়নদনা অমগা অমগা চারৌ-মৌরৌনরসি অমসুং অমনা অমগী চৎনবীবু ঈকাইখুম্নরসি।

হৌজিক্তি ঐখোয় ৱরৌনরগুমসি অমসুং শাউনরগুমসি। চফু কায়রগা ক্বাক্লা হরাওখিনি। ঐখোয়না শাউগদবা মতম অদুদি অমাং-অশেং খায়দুনা চীংমী-তম্মী খায়বুং খায়বুং তাহন্দুনা য়েংথীহন্নবা শিনখিবা মতম অদুনি, অদুগা ঐখোয়না শাউগদবা মীওইশিংদি নমদুনা হিন্দু ধর্ম লৌহনখিবা মতম অদুগী হাও নিঙ্ঙোলগী মচা নিংথৌ পামহৈবা, শান্তিদাস অমসুং অকনবা হিন্দু ধর্মগী শাথীবা মীওইশিংদুনি। তশেংনা হেকমক হায়রবদি চীংমীশিংবুদি চুম্নগী মাংই হায়দুনা ইম্থোকখিবতনি, হিন্দু ধর্ম লৌ হায়বা য়াদবা মীতৈশিংবুদি থৌরী য়ান্দুনা হাৎপা, ঈশিংদা লুপশিন্দুনা ওৎ-নৈবনচিংবগী মীওৎ-মীনৈ কয়াগী অৱাবা ফংহনখিবনি। হৌজিক্তি মতম অদু ওইদ্রে। শোয়খিবা অমদি লানখিবা পুম্নমক চুমথোকমিন্নরগা হান্নগী মতৌগুম চীংমী-তম্মী নুংশি-চান্নরনা হিংমিন্নরসি। মুন্না খম্থনরগা ঐখোয়গী ঈমা লৈবাক কংলৈপাকসে অমুক্তা কনমিন্নহৌসি।

## কংলৈপাক্কী পুৱারীদা নুপীলাল

**কংলৈপাক্কী** পুৱারীগী লীক্লমদা লমদম অসিগী নুপীশিংনা খুন্নাই অসিবু কন্নবা অমদি লৈবাক অসিগী অশেঙবা শক্তম্ মাঙখিদনবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌরকখি। লৈবাক্কী ওইবা থৌরমশিংদা নুপীশিংনা থৌনা য়াম্না ফনা শরুক হেক হেক য়ারকখিবা অদু মালেমগী ওইনা অতাঙবনি। লৈবাক্কী খুদোংথীবা নৎত্রগা অৱাবা অমা হেক লাকখিবদা নুপী ময়াম হৌরক্লুনা মাঙজিন থানা হেক্তা চোংথোকনরকখি। পুৱারীগী তাঙ্ককশিংদা লৈমা লিম্বোইঙম্বী, তাংজখোম্বীনচিংবগী ৱারী লৈ। মখোয়না কংলৈ নিংথৌশিংগী খুভম কনখি। অৱা লালগায়নবগী চহী তরেৎ খুন্তাকঙৈদা নিংথেম হিরাচন্দ্রনা গুরিলা খূৎপু লিংখত্তুনা অৱাগা থেংনখিবদা য়াম্না চাউনা তেংবাংখিবী থৌনাফবী চনুরা লৈফোনবুসু নীংশিংদবা য়াদে।

কংলৈচাশিংগী মরক্তগী নুপীশিংনা শাফম-লম্ফমশিংদা মথৌনা হেক্তা উৎলকখি। মখোয়গী থৌনা-লিংজেলবু মালেমদা শক তাক্লিবর্দি ইং শোক ১৯০৪ গী অহানবা নুপীলাল অমসুং ইং শোক ১৯৩৯-৪০(৪১) গী অনীশুবা নুপীলাল হায়বা থৌদোক অনী অদুনি। থৌদোক অনী অসিদা কংলৈ নুপীশিংনা মখোয়গী অপূনবগী ৱারেপ লৌদুনা কংলৈপাক্কী শক্তম শাগৎখি অমদি ঐখোয়গী খুন্নাই অসিবু কনখি। থৌদোক অনী অসিদা মখোয়না অপূনবা শক্তি পুথোক্লখি।

ইং শোক ১৮৯১ গী অরোইবা নীংতম লান্দা কংলৈচাশিংনা মায়থীদুনা বৃটিশকী লোইলম ওইখ্রবা মতুং চহী ১৩ ফাবাৎত্রিঙৈ, বৃটিশনা লালদুদা হাৎপীখ্রবা অমদি ফাঁসি তৌবীখ্রবা পাথৌশিংদুগীদমক পিরাং কংদ্রিঙৈ, অমসুং থাঙ-তা, নোংমৈনচিংবা খুৎলায় পূন্নমক খোমগৎখিদুনা কংলৈচা পূন্নমক খুৎলায় পায়হন্দ্রবা মতমদনি অহানবা নুপীলাল থোকখিবসি। চহী অদুদা এসিষ্টেন্ট পোলিটিকেল এজেন্ট ডনলপ সাহেবকী বাংলো অমসুং কৈথেলশঙ খর মৈ চাকখি। কনানা মৈ থারমখিবনো

হায়বসু খঙহৌদ্রবা অদুগীদমক ইম্ফালগী নুপাশিংনা কবোদগী চীংগু-উ য়াল্লুরগা সাহেবকী ৱাংলো অদু অমুক হন্না শাগদবনি হায়বা লৌনম সরকারগী হুকুম অমা থোরকখি। হান্নদগীসু সাহেবশিংনা কংলৈ নুপাশিংবু মাও অমসুং কোহিমা য়ৌনা মনঙ্গলদা চেঙপোৎ পুহনখিবা, কনাগুম্বা বৃটিশ ওফিসার অমনা লম্বীদা লাকপদা কনাগুম্বা কংলৈ নুপা-নুপী অমনা তুপ্লম্বা ছাতিন থূপচিন্দবগী, নুপীনা মকোক খুমদবগী শগোল মথক্তগী শাজেনা লাম-লামদুনা ফুবীখিবা অমসুং অতৈ অতৈ মীনুংশি য়াওদবা থবক কয়া তৌদুনা মীওৎ-মীনৈ চত্থখিবা মতমনি।

মখোয় মখোয়গী নুপাশিংবু অশূমল পীদনা সাহেবকী বাংলো অদু অমুক হন্না শাগদবনি হায়না সাহেবকী হুকুম থোরকখিবা অদুদা নুপী ময়াম অমা হৌরকখি। মথোং হুক্তবা হুকুম অদুবু শীঙনদুনা বাংলো শারুগে থোরকখিবা নুপাশীংগী মখূৎত্তগী বাংলো শানবা পুরকখিবা পোৎশিং অদু নুপীশিংনা মুন্দুনা হুন্দোকখি, অদুগা মখোয়বু বাংলো শাহনখিদে। ঈহৌ অদুবুনি অহানবা নুপীলাল হায়রিবসি। বৃটিশ সরকারনা উপায় লৈরক্তদুনা মখোয়গী মথোং-হুক্তবা হুকুম অদু হন্দোকখি। মদু নুপীশিংনা মায়পাকখিবগী খুদমনি।

অহানবা নুপীলাল অদুবু লুচিংবীখিবী ইমাশিংদি ঃ- ইরুংবম ওংবী শমুজাউবী, খ্বাইলমাবম লৈকাই; লৈমপোকপম ওংবী ধবাল্লী, ৱাংখৈ নিংথেম পুখ্রী মপান; লৈশাংথেম ক্বাথাবী, থাংমৈবন্দ; লাইশ্রম যুবোতি, খ্বাই নাগমপাননচিংবা অসিনি হায়না ইতিহাসকী ওইবা রেকোর্দতা ফংই। থৌদোক অসিগী মতুংদা হায়বদি ইং শোক ১৯২৫ দা অপীকপা নুপীগী ঈহৌ অমসু থোকখি। মদু ঈশিংগী খাজনা লৌবগী মতাংদা থোকখিবনি। বৃটিশনা ইম্ফালদা টোটি ঈশিং পীবা হৌরকখিবদা মদুগী খাজনা লৌরকখি। মদুদা নুপী ময়াম হৌরক্তুনা থক্লবা ঈশিংফাওবগী খাজনা লৌবা নহাক ঈশিংদা লৈজরুরো হায়দুনা বৃটিশ সাহেব অমবু কংলৈ ইমা-ইবেলশিংনা পম্লগা ঈশিংদা থাদখি হায়বগী ৱারী মচা অমসু লৈ।

মালেমগী পুৱারীদা চাউনা মফম কন্দুনা লৈহৌরগদবা ঈহৌদি ইং শোক ১৯৩৯-৪০ গী নুপীলাল অদুনি। হায়রিবা মতম অদু মালেমগী অনীশুবা লাঞ্চাউ ইউরোপ্তা হৌখ্রবা মতম অদুদনি। বৃটিশনা শাউথ ইষ্ট এসিয়ারোমদা চঙশিল্লকখিবা য়েক্লবশিং য়েংনবা হায়দুনা শিল্লোং, কোহিমা অমসুং আসামগী মফম কয়াদা মখোয়গী লশ্নী বট্টালিয়ন কয়া পৈদুনা থম্লম্মী। সিফাই ময়াম অদুবু পীজনবগীদমক্তা লৌ-উরগা হিংজরিবা কংলৈচাশিংগী চাকখাউদা তাইনরকখি। ইম্ফালদা লৈরমখিবা কারবারৱালা

মরাৱারী খূজোক অমনা কংলৈপাক্কী মহারাজ অমদি বৃটিশ সরকারগী অয়াবা লৌরগা ইম্ফালদগী চেঙ গাড়ি মপোৎ মপোৎ কংলৈপাক্কী মপান্দা থাদোকখিরম্মী। শম্না হেকমক হায়রবদা কংলৈপাক অসি অসামদা পৈদুনা লৈরিবা বৃটিশ সিফাইশিংগী চেঙফু ওইরকখি। সিফাইশিং অদুগী মচীঞ্জাক হুন্নবগীদমক্তা বৃটিশ সরকারনা কংলৈপাক্কী মমিংতা ঙাইরবা নিংথৌ চুরাচান্দগা ইম্ফাল ময়োন্দা লৈবা শেঞ্জাউ পায়বা মরাৱারী দুকান্দার খরগা তান্নরগা কংলৈপাক্তুগী চেঙ গাড়ি মপোৎ মপোৎ অসামলোমদা পুথোকখিবা অদুনা লৌউ-শিংউরগা চাবা কংলৈচাশিংগী চেঙফুদি হাংহৌখি।

কংলৈপাক্কী মফম পূম্নমক্তা লৌ কন্না লোক্লরকখিবা মতমদা লৌমীশিংনা নোংম-নোংমগী লৌ-লোক্লবা হোৎনবদা চঙদবা যাদবা শেঞ্জংগীদমক্তা অহোঙবা মমলদা ফৌ তাইথোক্লরম্মী। মতম অদুদা শেঞ্জাউ পায়বা কারবারৱালা কয়ানা মখোয়গী এজেন্টশিং থাদোক্তুনা লৌমিশিংগী মখূত্তগী অহোঙবা মমলদা ফৌ খোমজিল্লমখি। মতম অদুদা কংলৈপাক্কী সহর মনুংদা রাইস মিল ১৩ অমসুং অৱাং-সেকমাইদা অমগা পূন্না রাইস মিল ১৪ লৈরম্মী। রাইস মিলশিং অদুদা ফৌ তক্লগা মপান্দা চেঙ থাবগী থবক কন্না চত্থরম্মী। চেঙ থাদোকপগী এজেন্টসু রাইস মিল মপুশিংগী মরক্তুগী ওইরম্মী। মতম অদুদা সরকারগী ওইবা চীঞ্জাক্কী পোলিসি লৈরমখিদে। মিল মপুশিংনা মখোয়না ঙম্মিমখৈ ফৌ পৈশিন্দুনা থম্বদা সরকারগী অথিংবা লৈরমখিদে।

মতম অদুদা ফৌ শঙবাই অমদা মখায় অমতমক পীরম্মী। মতম অদুদদি মখায় অমগা হায়বসি ফৌড়ামুক পাক্লম্মী। লৌৱায়গী তোঙান-তোঙানবা মফমদগী ষণ-গাড়িশিংনা ফৌ পুখৎনরক্লগা শীংজমৈ, লম্লোং, কোংবা কৈথেলশিংদা য়োন্নরম্মী, অদুগা মীয়ামনা ফৌ চোয়না চোয়না ৱান্নরম্মী। অদুবু হায়রিবা মতম অদুদদি ফৌ য়োনগদবা কাঙবুনা কৈথেলদা ফৌ গাড়ি অমা পুরক্লগা চোয়না য়োনগদবগী শরূকপুদি মিলদা পূন্না থাবনা ফৈ খন্দুনা পূন্না পূন্না থানরম্মী। কৈথেলদা ফৌ গাড়ি গাড়ি পুখৎনরম্বদুসু তৌখিদ্রে। ফৌনৌ লোক্লবা মতমদফাওবদা হায়বদি পোইনু (ডিসেম্বর) থামক্তদা ফাওবা ইম্ফালগী খ্বাইরবন্দ কৈথেলদা নুপীশিংনা চেঙ ৱানগে থিরুবদা চেঙ মেরুক অমফাওবা ফংখিদ্রবদা ডিসেম্বর ১২ দা অনীশুবা নুপীলাল হৌরকখি। ঈহৌ অসিদগী চেঙ তকফম মিলশিং থিংজিন্দুনা কংলৈপাক্কী মপান্দা চেঙ থাদোকপদি লেপহনখি হায়ববু কংলৈ ইমাশিংগী ঈহৌ অদু ইং শোক ১৯৪১ গী জানুৱারী ফাওবা থা ১৪ রোম চত্থখি। মতম অদুদা কংলৈচাশিংনা ফংখিবা চৈথেংশিং অদুদি শুপ্পগী চেঙ তাঙবখক্তুগী ওইরমখিদে। চুরাচান্দ মহারাজনা মাগী ব্রহ্মসভাগা তান্নরগা অমাং-অশেং

তৌদুনা ধর্ম অমদি চৎনবীগী মিংদা মীয়াম প্রজাবু ওৎ-নৈখি। কংলৈ ঈমাশিংনা খুৎলায় য়াওদনা নুপীলাল হৌখিবগী অতোপ্পা মরম খর মখাদা পীজরি ঃ

(১) চন্দণ শেনখাই ব্রহ্মসভাদা পীদ্রবদি চন্দণ হেক্তা মীচম প্রজা অমতনা থিনবা য়াখিদবা, (২) নাহুৎ-নারেং তৌবা মতমদা পাচ-নাপেৎ শেল পীদনা নাহুৎপগী থৌরম প্রজা অমতনা পাঙথোকপা য়াখিদবা, (৩) তুরেল নৎত্রগা পাৎতা ইনচিংদুনা ঙা হেক্তা ফাবা য়াখিদবা, অদুবু ঙা ফাগে হায়রবদি ইনখোঙ অমদা (পৈশা) মখায় মখায় পীদবা য়াখিদবা, (৪) নিংথৌগী কোনুংদা হৌবা-নাপীবু প্রজা কনামত্তবু নেৎপা য়াহনখিদবা, (৫) নিংথৌ মচানুপী তম্ফাসনানা শেৎপা হিজম-ময়েক-ফনেকপু মীচম নুপী কনামত্তবু শেৎপা য়াহনখিদবা, (৬) লৌমী অমগী লৌ-ইশ্বোলগী ঙমখৈ ওন্নবা আমিন কুপ্লকপদা য়াম্না অৱাবা ওইরম্মী। আমিন অমা লাকপদা হৌজিক্কী মন্ত্রী অমা লাকপদগী হেন্না চাউনা লৌনরম্মী অমসুং কিনরম্মী। আমিন লাকপদা ঙাতিন ঙাফক, ফৌরেন চেঙ মচংনচিংবা অহাও-অহাওবা ঙাক্তা পীজনরম্মী। মহাক্না তুম্বদা য়ারেক-সন্ত্রি তৌদুনা অহিংদুমা ঙাক- শেন্নরম্মী। মঙলাক্লদুনা শিবা য়ারোই, লৈকাই পূম্বা অৱাবা তাগদবনি হায়বা অকনবা নিয়ম লৈরম্মী। নোংমদা লোইগদবা ঙমখৈ ওম্লোকপা অদু নুমিৎ কয়ানি চঙহন্দুনা লায়রবা প্রজাদা অৱাবা পীরমখিবা, (৭) কনাগুম্বা অমগী ইশ্বোলদা তেরা পাম্বী হৌরবদি ইশ্বোল মপু অদুনা মনীংতম্বা যারমখিদে। তেরাগী মাশাগা তেক্কুনা তারম্লবদি নৎত্রগা মপান-মহয় কেন্দুনা হেক লৈরম্বা থেংনরবদি লুপা ৫০ জরিমনা তৌগনি অদুগা থা ৬ অমসু জেলদা লৈগদবনি হায়দুনা অকনবা নিয়ম থম্লমখিবা, (৮) ইমুং অমগী নুপা-নুপী খায়নবদা ৱাখৈ-শেল পীনরম্বা, (৯) ইমুং নৎত্রগা মী অমবু মাংই হাযদুনা ইম্থোক্লবদি কনাগুম্বা অমতগা ৱারী শানবা, তোৎন-তিন্নবা, অমসুং কৌন-ঙাঙনবা অমতা য়াহল্লমখিদবা, অদুগা কৌন-ঙাঙনবা হেক তৌকবা মী মহাক অদুবুসু মাংহল্লমখিবা, (১০) মাংলবা ইমুং-মনুং অমগী মীশি-মীনা থোকপদা মীয়াম চঙবা অমসুং ইমুং অদুগী অশিবা হকচাঙ অদু মৈ থারগা সংস্কার তৌবা য়াহল্লমখিদবা, (১১) মাংলবা ইমুং অদুনা লুপা ৮২ পাই ২ পীদুনা ব্রহ্মসভাদা চে থারগা শেংদোক্রবদি অশিবা হকচাঙ অদু মৈ থাবগী মহুত্তা লৈনুংদা কোম তৌরগা ফুমজিনহল্লম্বা, (১২) তোংজৈমরীলগী শাংলবা লম্বেলদা বৃটিশ মচাশিংনা শগোল তোংলগা নহা ওইরিবা কংলৈ পাখঙমচা কয়াবুনা সাহেবকী চান-থক্লবা হাপ্পগা লেংকোৎ পোলাং পুহন্দুনা থা ৩/৪ মখোঙনা চৎহনখিবা অমসুং নহা কয়ানদি ফাখিগনি কিবদগী নারক-মোংশোংদা লোক্কুনা লৈনখিবা-অসিনচিংবা।

কংলৈ ঈমাশিংনা থৌওঙশিং অদুবু থম্মোয়শোক্লা য়ানীংখিদে। য়ানীংদবা নিয়ম-নীতি কয়াদুগী মায়োক্তা মতম অদুগী থৌনা ফরবী ঈমা কয়ানা মচী-মচী পূন্সিন্দুনা কংলৈপাকখক্তদগী নত্তনা ভারত পূম্বদগী বৃটিশ সরকারবু মরূ ফুক্তুনা তন্থোকখিগনি হায়দুনা নুপীলাল হৌনবা সরকারগী অশোয়বা তাঞ্জা ঙাইদুনা লৈনখি। মসি কংলৈচাশিংগী লেমজনীংঙাইনি।

কংলৈপাক্তা বৃটিশকী লোইলম লৈঙাক লৈরিবমখৈদি নীংতম্বগী মঙাল ফংলরোই হায়বদু ইং শোক ১৯৩৯ দা কংলৈ ঈমাশিংনা উবা ঙমখি, অদুগা মখোয়গী ঈহৌ অদু বৃটিশপু তাম্থোক্লগা মশানা মশাবু ঙাকচাবা ঙম্বা সরকার অমা লীংবগী ঈহৌরোমদা লাকখি। ১৯৩৯ গী নুপীলাল অদুবু লুচিংবীখিবী ঈমা মাপল অদুদিঃ (১) নোংথোম্বম ওংবী খোংনাং, তেরা কৈথেল, (২) অয়েকপম ওংবী রজনী, তেরা লৌক্রাকপম লৈকাই, (৩) রাজকুমারী সনাতোম্বী, ব্রহ্মপুর নহাবম লৈকাই, (৪) ব্লাংখেম কুমারী, নেপ্রা মেঞ্জোর পুখ্রী মপান, (৫) ব্লাহেংবম তোংগৌবী, ব্লাহেংবম লৈকাই, (৬) সারুংবম লৈমতোন, জম্মস্থান, (৭) লাইসোম লৈপাক্লে, নাওরিয়া পাখঙ লাকপা, (৮) ক্ষেত্রিময়ুম ওংবী মুখী, ব্লাংখৈ অঙোম লৈকাই, অমসুং (৯) থোঙাম ওংবী অমুবী, ললাম্বুং মখোঙ। মখোয় অদু থা ৬ বৃটিশকী থবকগুবা জেলদা লৈখি।

ফৌ-চেঙ ফংদবগী অরাবা অদু কোক্লবা নুপীশিংনা মণিপুর ষ্টেট দরবারগী মেম্বরশিং উননবা ডিসেম্বরগী তাং ১১ দা চৎলম্মী অদুগা দরবার মেম্বর খরগা ব্রারী-ব্রাতাই শানখি। মদুদা নুপীশিংনা হায়খিবা ব্রাদি " কৈথেলদা চেঙ ফংদ্রে, চাদবনা মীয়াম শিবা তারে। মরম অদুনা মিলনা ফৌ ব্রানবা থিংবিরো। মপান্দা চেঙ থানবগীদমক্তা ফৌ লৌদুনা মিলশিংদা চেঙ তকপা লোপ্লিরো, মপান্দা চেঙ থাবা লেপ্পীরো " হায়বশিং অসিনি। দরবার মেম্বর খরনা ব্রাফম অদু হয়েং খন্নরসি হায়দুনা ঈমা-ঈবেলশিং অদুদা হায়রকখি। নুপীশিং অদুনা খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলদা চৎখ্রগা হয়েংদি নুপী ময়াম দরবারদা চত্তবা য়াদ্রে ঙন্না ঙন্না লাকপীয়ু হায়না পাউজেনখি।

ডিসেম্বরগী তাং ১২ দা কংলৈপাক্কী মফম কয়াদগী নুপী ময়াম্না খ্বাইরম্বন্দ কৈথেল তম্না হাইগৎনরকখি। অয়ুক পুং ১০ রোম তারকপা মতমদা নুপী ময়াম অদুনা দরবার তান্না চৎখিরম্মী। মখোয়না দরবার য়ৌবা মতমদদি মমাঙগী নুমিৎতা (তাং ১১দা) উনখিবা মীতৈমচা দরবার মেম্বরশিং অদু লৈরমখিদে, মখোয়বু উননবা লাক্লবদা উনবা ফংখিদে। দরবারগী প্রেসিডেন্ট বৃটিশর টিঃ এঃ শার্প মথন্তমক লৈরমখি। মহাক্কী কাদা

চঙদুনা নুপী খরনা ব্রা পূম্নমক নৌহৈনা হায়খি। মদুদা প্রেসিডেন্ট অদুনা হায়রকখি, "ঐদি মহারাজগী মখাদা দরবারগী প্রেসিডেন্ট ওইনা লৈজবদনি, মপান্দা চেঙ থাবগী হুকুম অমসুং এজেন্ট হাপ্পগী থবক মহারাজনা তৌবা ঙাক্তনি। রাইস মিলগী অয়াবা পীবসু মহারাজগী হুকুম্না পীবনি। মরম অদুনা ঈমা-ঈবেলশিংনা হায়বিবা ব্রাশিং অসি ঐনা তৌবা ঙম্বা থবক অমতা নত্তে, অদুগা মহারাজসু হৌজিক হৌজিক নবদ্বীপতা লৈখি। হৌজিক ঐহাক্না তৌবা ঙম্বা হায়ববু ঈমা-ঈবেলশিংনা হায়রিবা ব্রাশিং অসি ঙসিমক টেলিগ্রাফ তৌদুনা মহারাজদা খঙহনখিগে।" নুপীশিংনা 'ফরে' হায়দুনা টেলিগ্রাফ ওফিসতা মহাক্না লোয়ননা মহারাজদা টেলিগ্রাম তৌরুনবা চৎখি। চৎপা মতম অদুদা প্রেসিডেন্টনা মহাক্কী কারদা তোংলগা চৎপা পাম্লম্মী, অদুবু নুপীশিংনা য়াদবদগী খোঙনা পূন্না চৎমিন্নখি।

শ্রীমতী চাউবীতোন, লিসম ওংবী ইবেমহল দেবী অমসুং শ্রীমতী ব্রাহেংবম তোংগৌ দেবী অহুম অদুগা প্রেসিডেন্টগা টেলিগ্রাফ ওফিস মনুংদা ফম্নদুনা টেলিগ্রাম তৌনবগী থবক পায়খৎখি। পুলিস ওফিসার দেবীধর বরুব্রানা মহাক্কী ফোর্সকা লোয়ননা টেলিগ্রাফ ওফিস য়ৌরকখি। মহাক্না প্রেসিডেন্টকী মনাক্তা লেপ্তুনা লৈখি। মণিপুর পুলিসকী ইন্সপেক্টর খোমদ্রাম ধনচন্দ সিংহসু মহাক্কী ফোর্সকা লোয়ননা লাকখি। টেলিগ্রাফ ওফিসকী লম্পাক ফুন্না সড়োক ফাওবা নুপীশিংনা টেলিগ্রাফ ওফিসপু মরোল মরোল কোয়শিন্দুনা লৈখি। নুপী লুচিংবীশিংনা "ঈচেম-ঈনেম পূম্নমক ঙসিদি হন্নবা যাদ্রে" হাযদুনা সড়োক্তা লাউদুনা লৈনরম্মী। সড়োক্কী নাকন্দা লাপ্না নুপা কয়ামুকসু নুপী ময়াম্না তৌরিবা মতৌ অদুবু য়েংলম্মী।

ঙাইহাক্কী মতুংদা প্রেসিডেন্ট শার্পনা টেলিগ্রাম তৌরগা মহাক্কী থবক লোইরে অদুগা মহাক নুংথিলগী চরা চাদ্রি, পূক য়াম্না লাম্লে চৎলগে হায়রকখি। মফম অদুদা তিল্লমখিবা নুপীশিং অদুদি চাদবনা ব্রারবী অমসুং ময়ুমদা হনখ্রগা মচাশিং পীজনবা লৈতবী নুপীশিংনা অয়াম্বা ওইরম্মী। চাদ্রবদি শিবা তাবনিনা চম্না দাবী খর তানবগী ব্রাফমতা ওইখিদে, শিবা হিংবগী ব্রাফম ওইশিল্লকখিবনা প্রেসিডেন্টনা চৎলগে হায়খিবা ব্রাফম অদুবু য়াখিদে। মতম অদুদা টেলিগ্রাফ ওফিসকী মাঙ্গোন্দা লৈরিবী খোংনাং অমসুং মুখীনা "য়ারোই, য়ারোই, ঐখোয়দি চেঙ ফংদদুনা নুমিৎ নীনি চাক চারক্তবনি। সাহেবনা ঙসি নুংথিলগী চরাখক থেঙবগীদমক ব্রাবা য়াদে। মহারাজগী ব্রা অমা তাদ্রিবফাওবা ঐখোয় পূন্না মফম অসিদা লৈমিন্নগদবনি" হায়না লাউরকখি। ব্রা অদু মপান্দা লৈরিবী নুপী ময়াম অদুনা তারদুনা" সাহেব চৎপা য়ারোই " হায়দুনা ঘেরাউ তৌখি।

মতম অদুদা প্রেসিদেন্ট সাহেবনা পুলিস ওফিসার দেবীধর বরুৱাগা তান্নরগা ফোর্থ অসাম রাইফলসগী কমান্দেট কৌরম্মী। কমান্দেন্ট অদুনা সিফাই ২৫ গা লোয়ননা টেলিগ্রাফ ওফিসতা থুংলখি। মহাক্কা ৱারী শান্নরবা মতুংদা সিফাই ২৩ বু প্রেসিদেন্টগী গার্দকীদমক থম্লম্লগা মহাক্কা সিফাই অনীগা লোয়ননা চৎখি। ঙাইহাক লৈরগা দবল বেংগুন খোংলকখি। অদুদগীদি নুমিদাংৱাইরম য়ৌশিল্লকপা মতমদা ফোর্থ অসাম রাইফলসগী সিফাইশিংনা বেয়োনেট (সঙ্গিন) চার্জ তৌরকখি। সঙ্গিন্না থিনবদগী থৌনাফবী ঈমাশিংগী হকচাঙদগী ঈখেং তাহনখিদুনা ঈগী ঈখোং চেন্থহনখিবা মফম অদুনি হৌজিক হৌজিক ঙান্দুনা লৈরিবা "নুপীলাল কমপ্লেক্স"। সড়োক্তা লেপ্তুনা লৈজখিবী নুপীশিংগী মথক্তসু মণিপুরগী পুলিসনা লাঠি চার্জ তৌখি। নুপী য়াম্না শোক্লখি। নুমিৎ অদুদা টেলিগ্রাফ ওফিসতা দরবারগী প্রেসিদেন্টবু ঘেরাউ তৌখিবী নুপীশিংগী মশীং অদু চাউরাক্লা লিশিং অহুমলোম ওইখি।

লম্বীদা লেপ্তুনা লৈরমখিবা নুপাশিংগী মরক্তগী খরনা য়েংবা ঙম্লকখিদদুনা সঙ্গিন্না শোক্লবীশিং অদুগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা সেবা তৌরুখি। অশোকপীশিংগী সেবা তৌরুখিবা নুপাশিং অদুবুসু পুলিসনা ফাখি। তাঞ্জা অদুদা মহারাজ চুরাচান্দগী মচা ইবুংঙো অহল যুবরাজ ◌োধচন্দ্রনা লাক্লগা পুলিসনা ফাদুনা থম্লমখিবা নুপাশিং অদুবু লোইনা থাদোকপীখি।

তাং ১৩/১২/৩৯ ইংগী অযুক্তা মোইরাংথেম চন্দ্রসিংহনা ওর্গানাইজ তৌরগা পুরৈরোম্বা খোংনাংখোংদা মীয়ামগী লুচিংবা নুপা ময়ামগী মীফম ফমদুনা নুপীশিংগী দাবীশিং অদুবু শৌগৎলম্মী অদুগা পোলিটিকেল এজেন্ট সাহেবতা খূৎলায় পায়জদবী নুপীশিংগী মথক্তা সিফাইশিংনা সঙ্গিন থিনখিবদুগী মরমদু য়েংশিনবীনবা দরখাস্ত অমা থাখি।

তাং ১৩/১২/৩৯ ইংগী নুংথিলদদি কংলৈপাক্কী মায়কৈ পূম্নমক্তগী নুপা-নুপী লিশিং-লিশিং লাক্লুনা পুলিস লেন্দ লম্পাক্তা চোন্না তিল্লখি। খুলায় পায়দবা নুপীশিংগী মথক্তা বৃটিশকী সিফাইশিংনা সঙ্গিন্না থিনখিবা অদুদগী শাউখিদুনা নহারোল কয়াসু ময়ামগী মরক্তা য়াওরখি। পোলিটিকেল এজেন্ট মিষ্টর জিমসন সাহেবতি অহিং তুম্লক্তবনে, থোকখিবা থৌদোকশিং অদুগী খল্লুবনে অমসুং কংলৈপাক্কী শক্লাইরবা নুপাশিংনা দরখাস্ত অমগা থাজিল্লকপনে পূম্নমক অদুনা মরম ওইরগা মহাক্লা তৌফম খঙদনা লৈরম্মী। তাঞ্জা অদুদা নুপী লুচিংবীশিংনা মহাকপু উনরখিবদা মহাক্লা হায়রকখি, "ঐহাক্ করি তৌবা তাবগে খন্দুনা লৈরম্লিবনি।" মমৈথংদা মহাক্লা লালপাসকী চেঙ

নত্তনা মোনোপোলিগী চেঙ থাবদু থিংবগী ইন্টিরিম ওদর অমা থোকখি।

বৃটিশকী সিফাইশিংনা নুপীশিংদা শাথীনা তৌবীখিবদুগী নুপীশিংনা শ্রীমতী তোংগৌবীগী লুচিং মখাদা বৃটিশ অমদি মহারাজগী শক্তিবু শীংনদুনা লালহৌ অমা হৌরকখি। নুপীশিংগী লালহৌ অদুবু থিংননবা পুলিস কয়া শীজিন্নরবা ফাওবদা থিংবা ঙমখিদে। পুলিস লেন্দ লম্পাক্তা তিনখিবা নুপীশিংগী মশীংদি ৭০০০ রোম ওইখি। নুপী ৪০০ রোমনা চীংমৈরোং তান্না চৎখিদুনা চেঙ গাড়িশিং থিংবা হৌখি, অদুগা অতোপ্পা নুপী ৫০০ রোমনা রাইস মিল থুগায়খিবনি। লৈহৌরিবা নুপী ৬০০০ রোম অদুগা নুপা ৫০০ রোম অদুগনা নুমিৎ মল্লক্লবা ফাওবা পুলিস লেন্দ লম্পাক্তা লৈহৌখি। মদুবু থুগায়নবা পুলিস ফোর্স চঙশিল্লকখি। মতম অদুদদি নুপাশিং অদুগা পুলিসকা ফুন-চৈনবনচিংবা কয়া থোকখি। মমৈথংদদি পুলিসনা নোংমৈ বাওন্দ কয়ামুক কাপ্তুনা মীয়াম অদু তানখায়খি। মদুদা অশোক-অনা য়াম্না য়াওনখি।

মায়কৈ অমরোমদনা নুপীশিংনা রাইস মিল অনী থুদেকখি। মদুদা মিল মপুশিংনা পোলিটিকেল এজেন্ট সাহেবতা লাক্তুনা ৱাকৎলখি। ৱাকৎ অদু তারগা পোলিটিকেল এজেন্টনা মিল মপুশিংদা মহারাজনা লাক্লিবফাওবা মিলগী থবক লেপ্পনা ফগনি হায়বকখি। তাং ১৬/১২/ ১৯৩৯ ইংগী নুমিদাংৱাইদা মহারাজ নবদ্বীপতগী ইম্ফালদা থুংলখি। মহারাজনা রাইস মিলগী থবক মতম খরগী ওইনা লেপহনখি।

থৌনাফবী মীতৈ নুপী ঈমা কয়ানা কংলৈপাক্কীখক্তগী নত্তনা ভারত পুম্বগী ওইনা বৃটিশ সরকারবু তাম্থোকখিনবা নুপীলাল হৌরকখি। মদু কংলৈচাশিংগী লেমজনঙাইনি। মীতৈ নুপীশিংগী থৌনা-লিংজেল ফুথোক্তুনা নোংমৈ অমসুং সঙ্গীনগা লম্বা পাখিবা নুমিৎ অদুবু নুপীলাল হায়না খঙনদুনা ঙসিফাওবা নীংশিং-থৌরম কয়া পাঙথোক্লরি। কুনশুবা চহীচানা লাকপদা লোই মপুবু চাউনা শীংনদুনা ঐখোয়গী খুন্নাই অমসুং শক্তম্বু কলহৌখিবা অসি কংলৈ নুপীশিংননি হায়নীংই। মদুগী লেঙদ্রবা খুদমদি ১৯০৪ গী অহানবা নুপীলাল অমসুং ১৯৩৯-৪০(৪১) গী অনীশুবা নুপীলাল অদুনি।

কংলৈ নুপীশিংনা লমদম অসিগী খুন্নাই কন্নবা থৌনা ফনা শরূক য়াখিবা অদু কংলৈচাশিংগীদমক্তা লাইবক য়াম্না ফবনি। হৌজিকসু ইরমদম অসিদদি করিগুম্বা খুদোংথীবা অমতং থোরকপদা নুপী ময়াম অমা হেক্তা হৌনরকই। থাগৎনঙাইনি। বৃটিশ সরকারগী মায়োক্তা খুৎলায় য়াওদনা লাল হৌখিবা কংলৈ ঈমাশিংগী মফমদা ঈকাইখুম্নবা উচ্চরি।

## ঐখোয় চীংমী-তন্মী অমতনি

**ঐখোয়** চীংমী-তন্মীসে ঈমা লৈবাক্কী লাইজনা খোল্লাং ওইরগা অমদি লৈবাক অসিদা থোকপা পোখোক-চাথোক্লা চাকইনতম্লগা চাউমিন্নরক্লবা ঈচিন-ঈনাওশিংনি। ঐখোয় অসে কনানা কনানি হায়গদৌরিবনো? শক-চু অমসুং ঈগী অপূনবা লিচিংনা ঐখোয়সে অমতনি হায়বা তাকই। মপানগী পণ্ডিতশিংনা ঐখোয়গী হৌরকপগী মবমদা তোঙান-তোঙানবা ৱারোল কয়ামুক হায়জিঞ্জরগসু ঐখোয়গী শওঙ-শাবান্দা অমসুং কুচু-কুমেন্না ঐখোয়গী হৌরকফম তিন্নবগী মওঙ অমসুং ঈগী তৎন-থানবা য়াদবগী মরী অদু ময়েকশেংনা তাকই।

চীংনা ঐখোয়গী থায়নগী অহলশিংগী অহানবা লৈফমনি। তম্পাক্লা ঈরোন্নুংদা লৈরিঙৈদা চীংমী-তন্মী হায়দুনা অনীথোক্লা খায়দোক্লমখিদে। মতম অদুদদি তম্পাক হায়বগী ৱাফমসু লৈরমখিদে, পূন্না চীংদা লৈমিন্নরম্মী। মমৈথংদা তম্পাক্তগী চীংনুংহুত্তা ঈশিং চিংথোকখি। অদুদগীদি ঐখোয়গী থায়নগী কংলৈচাশিংনা তম্পাক অসিদসু খোঙদাফম ওইখি। অনৌবা খোঙদাফম অসিদা য়ুম- কৈ লিংখিবা কাঙবু অদুবু মমৈথংদা মীতৈ হায়না কৌখি। মখোয়গী লোলবুনা মীতৈলোল হায়না কৌখি। চীংগী ফুঙ্গা ৱারীশিংদা চীংমী-তন্মী অমতনি, মরী য়াম্না নক্লে হায়রি। লৈশেমলোলগী ৱারী কয়ানসু ঐখোয় চীংমী-তন্মী অমতনি হায়বগী প্রমাণ কয়া পীরি।

চীংমী-তন্মী অনীসে ঈ অমতগী ওইবা মচিন্মনাওনি। চীংমীনা ময়াম্বনি, তন্মীনা মনাওনি। অতিয়াদা লৈচিন- নোংফাই থাংদ্রবা মেরা থাদা মেরা ৱা য়ুংদুনা মেরাগী থাউমৈ থাল্লিবসিমক্লা তম্পাক্তা লৈখিবা মনাওনা অনা-অয়েক য়াওদনা অমদি মহয়-মরোং মরাং-কায়না লোক্তুনা তম্পাক্তা নুংঙাইনা পাল্লি হায়বগী খুদম অমা ওইনা চীংদা লৈহৌখিবা নৎত্রগা লৈখিবা ময়াম্বদা খঙহনখিবনি, অদুগা চীংগী ময়াম্বনসু চীংদা লমমৈ থারগা অৱা-অনা তাদনা চীংদা নুংঙাইনা পাল্লি হায়বগী খুদম অমা ওইনা তম্পাক্কী

মনাওদা খণ্ডহনখিবনি। ঐখোয়গী ব্রারীশিংদা চীংমী-তম্মীগী চায়োক-নাউয়োক তিন্নরম্বগী ব্রাফমশিংসু য়াওরি। ঐখোয়গী লাইবকথীবদি ঐখোয়গী অখণ্ড-অহৈশিংনা মসিগী লমদা পূক্লিং চণ্ডশিনবা ব্রাংখি অমসুং ব্রাংলি। পারি-পুরি তিন্নবা অমদি অব্রা-অনা কয়া পূন্না থেংনমিন্নখিবা পুম্নমক অদু ময়েক শেংনা শেংদোক্লবা কন্না লাক্লসি। মসিগীদমক্তা অখণ্ড-অহৈশিংনা মতীক-চাবা থবক পায়খৎলকপগী মথৌ তাই।

ঐখোয়গী লৈবাক অসিগী লোল ময়াম অসিগী ফীভম য়েংলগা মপানগী অখণ্ড-অহৈশিংনা কাণ্ডলুপ অহুমথোক্লা খায়দোকই। ঐখোয় খরবুনা নাগা, ঐখোয় খরবুনা অমুক নন-নাগা অদুগা অহুমশুবা ওইনা ঐখোয় খরবুনা মীতৈ হায়না খণ্ডনৈ। মসিদি মমা-মপা অমতগী মচাশিংবু তোঙান-তোঙানবা মমিংশিং থোনবগুম্বনি। লমলানবা অমতা নত্তে। চীংদা লৈখিবশিং অদুনা চীংমীশিং অদুগা তমদা খুন্দাদুনা লৈখিবশিং অদুবুনা তম্মীশিং হায়না কৌজখিবতনি। তশেংনমক হেক হায়রবদি ঐখোয় চীংমী-তম্মীশিং অসি য়েলহৌঙৈদগী পোকমিন্নরকপা, লৈমিন্নরকপা অমদি হিংমিন্নরকপা ঙাক্তনি। ঐখোয়গী পারি-পুরি অমতনি, পলেম-পম্বৌসু অমতনি, ঈ মবীসু অমতনি। অদুবু তম্মীশিংনা হিন্দু ধর্ম অদুগা চীংমীশিংনা খৃষ্টিয়ান ধর্ম লৌখিবদগীদি চীংমী-তম্মী মচিম্মনাও নুংশিনবগী মরী অদু লাপথোক্লরকখি। মান্ন-মান্নবা লীপূন্না পুন্দুনা লৈমিন্নরকপা চাং-তম অনীগী নুংশিনবগী ঈচেল অদু কংবা হৌরকখি। মমাঙঙৈগী অমতা ওইরম্বগী ব্রারীশিং অদুবুসু কাউথোক্লবা হৌরকখি।

চীংমী-তম্মীগী লোলশিংগী মতাংদা খরদং অমুক নৈনসি। এনথ্রোপোলোজিগী কাংলোম্লোইশিংনা থিজিনবদা মালেমদা লৈরিবা মীশিংবু ফুরূপ ৪ (মবি) থোক্লা খায়দোকই। মখোয় অদুদি ঃ- (১) নেগ্রোইদ, (২) ককেসোইদ, (৩) মঙ্গোলোইদ অমসুং (৪) আস্ত্রেলোইদনি। মঙ্গোলোইদ ফুরূপ অসিমুক কাণ্ডলূপ মরি থোক্লা অমুক খায়দোকই। মখোয় অদুদি ঃ- (১) ক্লসিক নৎত্রগা সেন্ত্রেল মঙ্গোলোইদ, (২) আরকতিক মঙ্গোলোইদ, (৩) ইন্দো-মলায়ান মঙ্গোলোইদ অমসুং (৪) আমেরিকান ইন্দিয়ান মঙ্গোলোইদ। চীংমী-তম্মী ঐখোয়গীদি ইন্দো-মলায়ান মঙ্গোলোইদ কাণ্ডলূপ্তা চল্লি। ইন্দো-মলায়ান মঙ্গোলোইদ অসিমুক সাখায় অনী থোক্লা অমুক খায়দোকই। মখোয় অদুদি ঃ- (১) মালয় অমসুং (২) নেসিওৎ। সাখায় অনী অসিগী মনুংদা চীংমী-তম্মী ঐখোয়দি মালয় হায়বা সাখায় অদুদা চল্লি। মালয় সাখায়দা লৈরিবা চীংমী-তম্মী ঐখোয়না লোল্লিবা লোল অসি মমিং লৈরবা তিবেতো বর্মন লোলগী মনুং চল্লি। মরম অদুনা চীংমী-তম্মী ঐখোয়গী লোলশিং অসিদা লোঞ্জন অমসুং লোন্থৈ

কয়া অমা য়াওজরবসু মান্ন-মান্নবা ৱাহৈ কয়া অমা থেংনরি। থায়না ঐখোয়গী চীংমী-তম্মীগী অহলশিংনা ঙাঙনরম্বা লোল অমখক ওইবা লোল মপী অদুদি হৌজিক ঐখোযনা খঙবা ঙমদ্রে। অদুবু থায়নগী লোল মপী অদুনা পোকখিবা মচাশিং অদুনি ঐখোয় চীংমী-তম্মীনা হৌজিক ঙাঙনরিবা লোন্থৈ ময়াম অসে। তমদা হৌজিক মীতৈশিংনা ঙাঙনরিবা মীতৈলোল অসিদগী সংস্কৃত, ইংলিশ, হিন্দি, বেঙ্গোলীনচিংবগী ৱাহৈশিং অদু লৌথোকখ্রবদি লেমহৌরিবা শরূক অদুদি অয়াম্বনা চীংমী-তম্মীনা মমাঙঙৈদা ঙাঙনরমখিবা অরিবা লোল মপী অদু ওইগনি। হৌজিক্কী চীংমী-তম্মীনা ঙাঙনরিবা লোলশিং অসিদা লোন্থৈ অমসুং লোঞ্জন কয়া অমা য়াওজরবসু ৱাহৈ মান্ন-মান্নবা কয়া অমা য়াওার। লোলাশং অদুগা মান্ন-মান্নবা ৱাহোশং খরগা খুদম মঃ পীজরি—

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| কংলৈলোল | চোথে | কোম | কোইরেং | চীরু | মার |
| ঈপা | কপা | কপা | কপা | কপা | কপা |
| ঈপু | কপু | কপু | কপু | কপু | কপু |
| মৈ | মৈ | মৈ | মৈ | মৈ | মৈ |
| ঙা | অঙা | অঙা | ঙা | ঙা | ঙা |
| লমহুই | লমউই | লমউই | লমউই | লমউই | লমউই |
| শম | শম | শম | শম | শম | শম |
| কোক(লু) | লু | লু | লু | লু | লু |
| মায | মায় | মায় | মায় | মায় | মায় |
| কৈ | অকৈ | অকৈ | অকৈ | অকৈ | কৈ |
| য়োং | অয়োং | কয়োং | জোং | জোং | জোং |
| ইরোই | সিলোই | সিলোই | সিলোই | সিলোই | সিলোই |
| ঈনে | কনি | কনি | কনি | কনি | কনি |

চীংমী-তম্মীগী লম্মীৎ- লোন্দা য়েংলুবগসু অপূনবগী শক্তম অমা উবা ফংই। কংলৈপাক্কী খুল কয়া অমা চীংমী অমসুং তম্মীগী লোন্দা মমিংশিং থোল্লি। চীংমী-তম্মীগী অমতা ওইবগী অচুম্বদু মসিদা উংল্লি। পোরৈতোন্না খুম্থোকপা মতমদা চীংমীলোন্দা য়ুম্ফম ওইরগা চীং-তমগী লমশিংগী মমিংশিং থোল্লম্বগী মতাঙ কয়া অমা লৈখি। মদুমক্লা চীং-তম অমতা ওইরম্মী হায়বা তাকই।

চীংগী ফুঙ্গাৱারীশিংদা চীংমী-তম্মী মরী য়াম্না নকশিন্নবা লৈনৈ হায়রি। মরামগী ফুঙ্গা ৱারীদা মরামসু অহানবদা মাখেল হায়বা মফম অদুদা লৈরম্বদগী মরামদা লাকখিবনি হায়রি। মরামগী মচিম্মনাও অনীখক লৈরম্মী। ময়াম্বগী মমিংনা তিংফি মরাম্বা অদুগা মনাওনুপাগী মমিংনা মাকিক খাঙানবা হায়না কৌরম্মী। মচিম্মনাও অনী অদুনা খুল হোংলক্লুনা মতম খর নাগোনকুই হায়বা মফম অদুদা লৈরম্মী। নাগোনকুইদগী মনাওনুপা মাকিক খাঙানবনা তমদা কুম্লক্লগা মীতৈ ওইখি। হুন্দুং তাংখুলগী ৱারীদসু মীতৈগা তাংখুলগা মচিম্মনাওনি হায়বা ৱারী লৈ। কবুইগী রোংমৈকাই অমসুং লাংবুং হূইগী ৱারীদা নুমিৎ নৎত্রগা থাবু হূইনা শাউরগা মচীন্না উমদুনা গ্রহণ লাকই হায়রি। মরম অদুনা কবুইশিংনা গ্রহণ লাকপদা *সি লাংবুং তাউ তাউ* হায়না লাউনৈ। অনালগী ফুঙ্গা ৱারীদসু রালঙমগী হূইনা রালঙম্বু নীংশিং-নীংশিংলকপা মতমদা নুমিৎ অমসুং থাবু উম্মি অদুগা গ্রহণ থোকহল্লি হায়রি। মীতৈশিংনসু হূইনা নুমিৎ নৎত্রগা থাবু উম্বা মতমদা গ্রহণ লাকই হায়দুনা *থারো থারো* হায়না লাউনৈ। ঐখোয়গী কাঙলূপ অমগী ফুঙ্গা ৱারীশিংসে অতোপ্পা কাঙলূপকী ৱারীগী পুক্কৈদা চঙথোক-চঙশিন তৌনৈ। ঐখোয়গী লৈশেমলোলগী ৱারীশিংসু অদু মঙাই, অমগা অমগা চঙথোক-চঙশিন অদুম তৌনৈ। কবুই কৈওইবগী ফুঙ্গা ৱারীদসু কবুই অমসুং মীতৈগী ৱারী অদুম থেংনৈ। ঐখোয় চীংমী-তম্মীসে মপাম্লোংদা খেন্নবা ওইনা উজরবসু নুং-দদি মান্নবা অমসুং অমতা ওইবগী মপূং ওইবা মওঙ অমা লৈ। মসিবু থিজিন-খোমজিন তৌবনা চীং-তমগী অপূনবা শক্তম অমা শাগৎপদা মতেঙ অমা ওইগনি।

চীংমী-তম্মী অমতনি হায়বগী মীহৌরোলগী ওইবা থাঙ্গাল কাঙলূপক্কী ৱারী অমসু লৈ। ৱারী অদুগী মতুংইন্না মচিম্মনাও অহুমখক লৈরম্মী। থাঙ্গালনা খ্বাইগী অহলনি, তাখুলনা য়াইমনি অদুগা মীতৈনা অতোনবনি। খ্বাইগী অহল থাঙ্গালনা থাঙ্গাল শুরুংদা লৈহৌখি, মনাও য়াইমনা (তাংখুলনা) নোংপোকলোমদা চৎলগা লৈবা তাংখুল হুন্দুং হায়বা লম অদুদা খুন্দাখি, অদুগা মনাও ঈতোন-তোনবা মীতৈনা তম্পাক্তা কুমথরগা লৈখি। মচিম্মনাও অহুম অদুনা কায়নরমদাইদা মখোয় মশেল কাউনখিদনবা ইতৎ-তত্তনা উনসি হায়দুনা ৱাশক্লখি। থাঙ্গাল শুরুংদা লৈহৌখিবা খ্বাইগী অহল থাঙ্গালনা থাঙ্গাল কাঙলূপকী মপা-মপুনি, তাংখুল হুন্দুংদা তাখিবা মনাও য়াইমনা তাংখুল কাঙলূপকী মপা-মপুনি, অদুগা তমদা খুন্দাখিবা ঈতোন-তোনবা মনাও নুপা মীতৈনা মীতৈ কাঙলূপকী মপা মপুনি হায়না ৱারীনৈ। থাঙ্গাল অমসুং তাংখুল অনীনা তম্পাক্তা ইতৎ-তত্তনা কুমথরক্লগা মনাওনুপা অতোনবা মীতৈদা চীংগী অখন্নবা মহয়-মরোংশিং

খুদোলপোৎশিং ওইনা পীরম্মী। থাঙ্গাল শুরুংগা কংলাগী শুরুংগা লৈনুংদা শম্মরম্মী অদুগা মচিম্মনাও লৈনুংদা চৎলগা উনরম্মী হায়বফাওবা ৱারী লীনরি।

হৌরকফম মান্নবনিনা ঐখোয় চীংমী-তম্মী অনীগী মান্ন-মান্নবা কয়া অমসু লৈ। মদুনা ঐখোয় চীমী-তম্মীগী অমতা ওইবগী তৎন-থানবা য়াদ্রবা মরীদুবু উৎলি। তম্পাক্তা লৈবা মীতৈশিংগী অঙাং অমা পোক্লবদি তরূকনীশুবা নুমিৎ অদুদা ঈপাল-থাবগী থৌরম পাঙথোক্লে, অদুগা নুমিৎ অদুদা অঙাংগী মিং থোন্নবসু চৎনৈ। চীংমীশিংনসু অঙাং অমা পোক্লবদি তরূকনীশুবা নুমিৎতা অঙাংগী মমিং থোনবগী থৌরম হৌজিক ফাওবা পাঙথোক্লবা য়াওরি। অনালশিংগীদি অঙাং অমবু পোক্লবদি অঙাংগী মিং অদু নুমিৎ তরেৎনীগী মতুংদা হেক্তা থোন্নরম্মী। করিগুম্বা অঙাংগী মিং থোনবগী থৌবম অদু থেঙনা পাঙথোক্লবদি ফত্তবা লাইশিংনা অঙাংদুগী মিং অদু হান্না থোন্দোকখিদুনা অঙাং অদু মনুং-মতম চাদনা থুনা শিখিগনি হায়বগী থাজনবা অমা লৈরম্মী। অতোপ্পা চীংমী কাঙবুশিংনসু অঙাং অমা পোক্লবদি তরূকনীশুবা নুমিৎতা অঙাংগী মমিং থোন্নৈ। অদুগা মী অমনা শিরগা মীদুগী অশিবা হকচাঙ অদুবু পোৎলোই নৎত্রগা লৈরোল চল্লি। মীতৈনা হিন্দু ধর্ম লৌখিবদগীদি মীতৈগী অশিবা হকচাঙবু মৈ থাবা চৎনখি। মদুগী মমাঙদদি চীংমী-তম্মী অনীমক্কী অশিবা হকচাঙশিং অদু ফুম্নম্মী। মী অমনা শিরবা মতুং থা তরানীথোইশুবদা তরা চাক্লেন কত্তুনা মীতৈশিংনা ফিরোই পাঙথোক্লে। অদুম হায়না চীংমীশিংনসু পাঙথোক্লরম্মী। খুদম অমা ওইনা হায়রবদা অনালশিংনা *অথোতোন* (ফিরোই) পাঙথোক্লরম্মী। অশিবা মী অদুগী আত্মানা *অথোতোন* হায়বা থৌরম অদু পাঙথোক্লিবমখৈদি মহাক্কী ইমুং-মনুংগী মীশিংগা অদুম লৈমিন্নৈ হায়না অনালশিংনা থাজনরম্মী।

কংলৈপাক্কী ইতিহাসতি খৃষ্টগী মতুং অহানবা শতাব্দীদগী ইবা হৌখিবনি। মদুগী মমাঙদা কংলৈপাক্তা মী তারমখিদে নৎত্রগা নিংথৌ পাল্লমখিদে হায়বদি নত্তে। সলাই তরেৎনা মখোয় মখোয়গী লমশিং খায়দোক্লুনা তোঙান-তোঙানবা লৈবাকশিং লিংখৎখিবনি। মীতৈ নিংথৌশিংনা ফম্বাল তোংবা মতমদা তাংখুল অমসুং চীংমী অতৈগী ফিজেৎ শেৎনরম্মী, অদুগা য়ুমশা-কৈশাসু চীংমীশিংগী য়ুমশাশিংগা মান্নরম্মী। পাখঙবনা লাইশিংগীদি মমৈনি অদুগা তাইবঙ মীগীনা পুকোক্লি। পাখঙবদগী বোধচন্দ্র সিংহ ফাওবা কংলৈ লৈবাক অসিদা নিংথৌ ৭৪ পানখি। মদুদা চীংমীশিংনসু তম্পাক্তা নিংথৌশিং ওইখি। খুদম ওইনা হায়রবদা মীতৈগী নিংথৌ তাওথিংমাঙ (২৪৬-৩৬৪) হায়বা মহাক অদু চীংমীনি। তরূকশুবা শতাব্দীদা পানখিবা মীতৈ নিংথৌ শামৈরাংসু তাংখুলনি।

অনালশিংগা মোংয়াম্বগসু য়াম্না নক্লবা ৱারী লৈ।

*নাওথিংখোং ফম্বাল কাবা* হায়বা লাইরিক অদুদগী খণ্ডবদি মীতৈ নিংথৌ নাওথিংখোংনা শেল্লোই নোংমাইগী নিঙ্ঙোল পেতংঙা লৌদুনা নোংমাইজিং চীংদা লৈরমখি। মতম খর লৈরগা মীতৈগা শেল্লোই নোংমাইশিংগা লাল শোক্লরক্লবদা নাওথিংখোংবু শেল্লোই নোংমাইশিংনা হাৎকে তৌরবদা মহাক্কী নুপী পেতংঙানা কনবীখি। অদুবু নাওথিংখোংনা নিংথৌ ওইস্ত্রবা মতুংদা পেতংঙানা মহারানী ওইদনা য়ুমজাউ লাইরেম্বী ওন্দুনা মাঙখি। শেল্লোই নোংমাইশিংসি অঙোমনি হায়নৈ।

ইং শোক ৯৮৪ দগী ১০৬৪ ফাওবদা পানখিবা মৈদিংঙু লাইরেন্না উখুল নিংথৌগী মচানুপী হাওরৈমা লৌদুনা লৈমরেল ওইহনখি। মতম অদুদা চীংমী-তম্মী পোৎ লান্নদুনা নুংশি-চান্ননা লৈমিন্নখি। মৈদিংঙু লোইয়াম্বা, লোইতোংবা, ইৱানথাবা, সুরোম্বা, সারানবনচিংবা মীতৈ নিংথৌশিংনা চীংমী নিঙ্ঙোলশিং লৌখি। ইং শোক ১৩৫৯ দগী ১৩৯৪ ফাওবদা পানখিবা মীতৈ নিংথৌ তাবুংবনসু উখুল নিংথৌগী মচানুপী লারা লাশাংনু লৌরগা মহাকপু লৈমরেল ওইহনখি। লারা লাশাংনু হায়রিবী লৈমরেল অদু লাইগী মগুণ চেনবীনি, মরম অদুনা মহাক্না নোংপোক ইরৈমা ওইনা শাইওন্দুনা মাঙখি, অদুগা হৌজিক ফাওবা ইরৈমা লাইরেম্বী হায়দুনা লাৎনরি। মীতৈ নিংথৌ মুয়াম্বগী লৈমশিংগী মনুংদা চীংমী নিঙ্ঙোল য়াওখি। ইং শোক ১৬৬৬ তগী ১৬৯৭ ফাওবদা পানখিবা মীতৈ নিংথৌ পাইখোম্বসু মরাম খুল্লাকপগী মচানুপী ইঙাল্লে লৌদুনা চরাইরোংবা পোকখি। চীংমী-তম্মী মরক্তা চারৌ-মৌরৌনবা হায়বা অসি ঙসি ঙরাংদগী ৱা নত্তে, পারোল পুরোল কয়া কয়াদগী হৌনা অতৎ-অখম নাইদ্রবা ঈচেলগুম চেল্লকপনি।

চীংমী অমসুং তম্মী হায়দুনা লৈফম্না খায়খিবতনি। চীংমীনা তম্মী ওইনীংবা মতমদা তমগী য়ুম্নাক লৌরগা তম্মী(মীতৈ) ওইনা অদুম লৈনখি অদুগা তম্মীনসু চীংদা কারগা চীংমী ওইনখি। চীংমী পাখঙনা তমগী লৈশাবীবু অদুগা তমগী পাখঙনসু চীংমী নুপীবু অথিংবা করিমতা লৈতনা লৌনরম্মী। ঐখোয় চীংমী-তম্মী অমতনি হায়বগী ঈচেল অদু নীংথিনা চেল্লম্বনি, অদুগা হৌজিক্লা ঈথক-ঈপোম নাইনা চেনখৎলকপনি।

লৈবাক অসিদা হিন্দু ধর্ম পুশিন্নবা হোৎনরকপদা ধর্মনা য়াদবা মীওৎ-মীনৈ কয়া তৌখি, অদুগা কা-হেন্না অমাং-অশেং খায়দুনা ঈগী মরীদা চীংমী-তম্মী নুংশিনদনবা হূ কামশিনখি। ঐখোয় চীংমী-তম্মী অনীমক মতম অমদা অমতা ওইনা লৈমিন্নরম্মী হায়বসিদি চুম্লবনি। মপান্দগী লাকপা ঈথিলনা অমসুং ধর্ম অমনা ধর্ম অমবু নমথরগা মথক থোংবা তান্নখিবগী চৈথেং অমনা ঐখোয় চীংমী-তম্মী ঈচিন-ঈনাওবু

য়েংথীনহনখিবনি। হৌজিক্তি চীংমীগা তম্মীগা নুংশিনরক্তদুনা ওমখৈ কায়বা য়াবগী অকিবা লৈরক্লি। ওমখৈ ওাক্লবা হোৎনবদা মীশি-মীনা কয়াসু নংনখ্রে। হৌজিক্কী লুরবা তানফম অসিদদি ঐখোয় পূন্না ঐখোয়গী অমতা ওইবা হৌরকফম অদু খণ্ডমিন্নরগা লান্নখিবা পূন্নমক কাউথোক্লরগা নৎত্রগা চুমথোক্লরগা মমাঙঙৈগী মহৌশা মহৌশাগুম নুংশি-চান্ননা লৈমিন্ননবা হোৎনবা দরকার ওইরে।

খম্বা থৌইবীগী ৱারীদা কবুই শলাং মাইবা য়াওরি। চীংগী মীশিংনা নিংথৌগী মাইবশিং ওইখিবা কয়ানি। কবুই তোম্বগী মচানুপা কবুই শলাং মাইবা হায়বদু থাংজিং চীংজাউদা তাবা কবুই খুন্দা পোকখিবনি। মহাক্লা লৈমা নিংথৌগী কোন্দা চাউখি। শরাং মাইবনা থাংজিং লাইদা শন্দং অরাংবা কৎখিবদগী মহাক শবাং(শারাং) মাইবা হায়না ফাওখি। মীতৈ নিংথৌগী চীংমী মাইবা খরদি মাইচৌ মিংথোল ফংখি। পামহৈবগী মতমদা শিন্দোকখিবনি হায়নরিবা মীতৈ ময়েক্কী মরমদা ইবা *ৱাকোকলোল থিলেল সলাই অমাইলোল পুকোক* হায়বা পুয়া অদুদা ময়েক্কী মরমদা ব্যাখা তৌরিবা মাইচৌ অদুগী মমিং অপোইননা কৌই। মসিগী মিং অসি কবুইগী মিংনি।

লুৱাং পূন্সিবগী মচাশিংনা মরিং ওনখি, খুমন নিংথৌগী মচা খল্লাংবসু চীংমী ওনখি, মোইরাং নিংথৌ সনাহোংবগী মচাশিংসু চীংমীশিং ওনখি অদুগা নিংথৌ নোংথোনবগী হাক্তক্তা তম্মী কয়ামুক্লা চীংমী ওনখিবগী ৱাফম কয়ামুকসু লৈবি। খাবা নোংচেনবগী প্রজা ময়াম অমসু নুংনাং ওনখি, অদুগা শরাং লৈশাংথেমগী মবুধৌ নিংথৌ য়ুমথংবগী ময়াম্বা লমলেকশাংনা চীংদা কাদুনা চীংমী ওনখি। মহাক্লা ওনখিবদু কবুইনি হায়না *নিংথৌবোন লন্দু*না হায়রি। কংলৈচাশিংনা খুদোংচাবা য়েংদুনা চীং অমসুং তমদা লৈনখিবা ঙাক্তনি। তম্মীনা চীংমী ওনবা হায়বদু জাৎ ওনবা নত্তে। মসিদি সমুদ্রদগী মনিল ওইনা পাইখৎখিবা অদুগা নোং ওইনা তারক্লগা ঈশিংদা অমুক তিনখিবা অদুগা অমুক পাইখৎখিবগী ৱাদনি।

চরাইরোংবা মহারাজগী মতমদা চীংমী-তম্মী য়াম্না নকশিন্ননা লৈরম্মী। পামহৈবনা হিন্দু ধর্ম লৌখ্রবসু মহাক্লা চীংমীশিংগা চান্নরম্মী। মহাক্লা অৱা-লান্দাবা চৎপদা তাংখুল, থাঙ্গাল,কবুই, অনালনচিংবা য়াওখি। চীংথংখোম্বা মহারাজনা তেখাওদা চেনখিবদা মাও মবামগী ঈচিন-ঈনাওশিংনা লমজিংবীখি, অদুগা মহাক্লা অসামদগী কংলৈপাক অসিদা লান্দারকনবা হোৎনখিবদা তমেংলোংগী কবুইশিংনা কন্না তেঙবাংখি। চীংথংখোম্বগী মতুংদা অৱানা লান্দাখিবদগী চহী তরেৎ খুন্তাকখিবা অদুদা তমগী নিংথৌমচা হেরাচন্দ্রনা অৱাশিংগী মথক্তা হুরান-লান্না তৌখৎলকখিবা অদুদা তাংখুলশিং

য়াম্না য়াওখি। গম্ভীর সিংহনা কাছাড়দা চেনখিদুনা ইরমদম অসিদগী অব্রা তাম্থোক্লবা হোৎনখিবা অদুদা মজাতিবু নুংশিবা চীংমীশিংনা য়াম্না থব্রায় য়াওখি। ইং শোক ১৮৯১দা বৃটিশক্কী মায়োক্তা চীংমী-তম্মীশিংনা পূন্না শরূক য়ামিন্নদুনা ইরৈবাক অসি কন্নবা কন্না হোৎনখি। কোহিমারোমদগী লাল চঙলকখিবা সাহেবশিংবু মাওদা থিংখি। তোংজৈ মরীনলোমদগী লাকখিবা বৃটিশ লান্মীশিংবুদি থিংবা ঙমখিদে। খোংজোম লান্দা মায়থীরবদা মীতৈ নিংথৌনা উখুলদা চেনশিল্লগা চহাদ খুন্দা লোৎখি। অসুম্না চীংমীশিংনসু নীংতম্বা মাঙবগী অব্রাবা শরূক য়াখি।

চুরাচান্দ মহারাজগী হাক্তক্তসু মহারাজ মশামক্না চীংমী-তম্মীদি অমতনি হায়বসিগী ফজখ্রবা অমদি তমজনীংঙাই ওইরবা ফিদম কয়া উৎলম্মী। হিন্দু ধর্মগী অকনবা অশেং-অমাংগী মৈরক অদুদা চীংমী-তম্মী খায়দনা মতীকচাবা চীংমী খুদীংমকপু সনা কোনুংদা লৈমা নিংথৌগী থৌগল য়াওহনখি। মহাক্না অচান-মীরায় নাইরমখিদে অদুগা অশেং-অমাংসু খায়রমখিদে। মহাক্না চীংমী-তম্মী পূন্নমকপু অমতা ওইবগী মীৎয়েংনা য়েংবীরম্মী। মতীকচাবা চীংমীশিংদসু মতীক-চাবা মনা-মথুম পীবিরম্মী, দোলাই তোংহল্লম্মী অমসুং নুংশিবীরম্মী। মদুনা মরম ওইরগা চীংমী-তম্মীগী নুংশি- মরী অদু হেন্না চেৎশিনহল্লম্মী। মহাকপু ঙসিফাওবদা চীংগী অহল-লমন্না শোন্নরি।

চীংমীশিংবু হাও অদুগা তম্মীশিংবু মীতৈ হায়না কৌদুনা নীংশিংবা থোক্লিঙৈদগী হৌদুনা মতম শাংনা নুংশি-চান্ননা চারৌ- মৌরৌনদুনা লৈমিন্নরকপনি। অরৈ-লৈত য়েন্নদুনা চামিন্নরমখিবা চীংমী-তম্মী ঈচিন-ঈনাও অসে হিন্দু ধর্ম লাকখিবদগীদি হাও মাংই, চাওখত্তে হায়দুনা ইন্থোকপীখি। মতম অদুদা ময়াং লম্বোইবা চেঙ-চঙবশিংনা নিংথৌদা ইনশিন্দুনা হাওগা শোক্ল-পন্নবা য়াদে, মাংই, করিগুম্বা শোক্লপন্নদুনা চামিন থকমিন্নরম্লবদি মক কোকথোক্লগা শুনু-য়াইঙং তৈগনি, লোক্তাক্তা থাদদুনা ঙাগী মচীঞ্জাক ওইহনগনি হায়বনচিংবা অকনবা য়াথং পীহল্লম্মী। চীংগী মঙাইশিংবুদি নুংশিজবা অদুগা নিংথৌগী চৈরাকপুসু কিজবা কয়াদা অব্রাবগী চৈথেং পীখি। চীংগী মঙাইশিংবু ফোঙনা কৌশিন্দুনা চামিন-থকমিন্নবা ঙমখিদে অদুগা ঙাই-শেল ওইবগী নুংশি-মরী অদুসু খংথৎ-থদৎপসু ঙমখিদে। য়াম্না ব্রানা অমদি নুংঙাইতনা লৈনখি। মদু পূন্নমক মরুওইনা নিংথৌ পামহৈবগী মতমদা লম্বোইবা চেঙ-চঙবা শান্তিদাসনা শান্নখিবা লীলানি।

চীংমী-তম্মীগী অমতা ওইবা মরী অদুবু থদৎনবা হোৎনখিবা শান্তিদাস অদু কনানো? মহাক কদাইদগী করিগীদমক কংলৈপাক অসিদা লাকখি? মহাক্না কংলৈপাক্তা

করি তৌরমখি? ব্রাহংশিং অসিগী পাউখুম ঐখোয়না খঙনীংই। শান্তিদাস হায়বা ময়াং লম্বোইবা অদু সিলহেট লৈবাক্কী হবিগঞ্জ মতুপ্তা কৌবা খুঙ্গং অমদা পোকখি। মহাক্না মতম অদুদা চৎনরমখিবা এমঃ আইঃ সিঃ পাস তৌদুনা ইংলেণ্ডদা মতম খর লৈরমখি, অদুগা মদুগীদমক্তা মহাকপু খৃষ্টিয়ান ওল্লবনি হায়দুনা মহাক্কী খুঙ্গংগী খুঞ্জাশিংনা ইস্থোক্লুনা থমখি। মহাক্না লম্বোইবগী ফিজেৎ শেৎলগা মখল-মথেলগী পাম্বৈশিং শীজিন্নদুনা মীয়াম্না য়ানবা হোৎনখি। অদুবু মহাক্না ব্রানা ব্রানা হোৎনজখিবা থৌরাংশিং অদু অরেম্বদা তাখি। মরৈবাক্তা খোঙদাফম লৈরক্লুবদগী অতোপ্পা পাম্বৈ অমা থিরকপদা ইং শোক ১৭১৬ তা ঙাপ্রুম চীংজেল লান্দুনা কংলৈপাক্তা ময়াং অনীগা লোয়ননা লাকখি। চহী অদুগী ফাইরেলগী ১৩ নি পানবা থাংজ নুমিৎতা ময়াং লম্বোইবা শান্তিদাসনা লংথবান কোনুংদা থুংলখি।

শান্তিদাসপু গোশাই ঠাকুর মহন্ত হায়নসু মীয়াম্না খঙনখি। মহাক বঙ্গালীনি। ময়াং বাঙ্গলী লল্লোনবা বিষ্ণু গোস্বামি হায়না কৌবা অমনসু কংলৈপাক অসিদা চঙদুনা খাবৈ-খারা শাবা হৌরমখি। ময়াং অদুনা ফুবালা নিঙ্‌ঙোল অমা নমদুনা লৌরমখিবতা নত্তনা সনা কোনুংগী লৈমকোন্দা কারল চৎলুবগীদমক লৈবাক অসি থাদোক্লুনা চেনখিবনি। চীনবুং ওইনা হায়নবদা বিষ্ণু গোস্বামিনা লৈমকোন্দা তাইবঙ মরু হুল্লমখি হায়নৈ। ময়াংনা কংলৈপাক্তা লাক্লগা কংলৈপাক্কী ফনবা থবক তৌখিবা য়াওখিদে।

শান্তিদাসনা লমদম অসিগী চৎনলোল হান্না খঙদোকখি। মহাক্না ঐখোয়গী লাইনীং-লীচৎ, লোল, ময়েক্লচিংবা হান্না খঙদোকখিবসি কংলৈচাশিংবু কাং-খোং চায়হনবা য়ানবনি। ময়াং তাৎনা লৌনম তৌখিবদগী নিংথৌ পামহৈবদি শুক্লাৎখি, লৌনম লাংদা থুগ্রবা নিংথৌনা অফ-ফত্ত করিসু খনখিদে, মবুংঙো গুরু শান্তিদাসকী খূদোম্বীদা লৈদুনা মতম চুপ্পদা লৈখি। পামহৈবনা রামান্দী ধর্ম হেক লৌখিবগা মীয়ান মচা শান্তিদাসনা হায়বা খুদীংমক ইন্দুনা কংলৈচাশিংবু ময়াংগী ধর্ম, চৎনবী অমসুং লাইনীংদা পুশিন্নবা কয়া লাক্লরকখি। হিন্দু ধর্মবু লৌ হায়বা য়াদবা মীশিংবু হাৎপা, তূপ্পা, থৌরী য়ানবা, ঈশিংদা লুপশিনবীবা, ইস্থোকপীবনচিংবা তৌখি। মীচমশিংবুতা নত্তনা ললহাম্বা কৌবা মাইচৌ অমবু রমান্দী ধর্ম লৌ হায়বা য়াদবগীদমক্তা মঙক্তা থৌরী হূক্লুনা হাৎনবগী থৌরাং তৌখি, অদুবু চীংঙু খোংনাংথাবনা কনবিখিবদগী মহাক শিখিদে।

মীতৈ নিংথৌ হাও নিঙ্‌ঙোলগী মচা পামহৈবনা শান্তিদাস লম্বোইবগী মব্রা লৌরগা তৌনীংবতা তৌখি। শান্তিদাসনা মীতৈ মাইচৌশিংগী মহুৎ শিনখি। ঐখোয়গী কংলৈপাকপু মণিপুর হায়না ওস্থোকখিবগা লোয়ননা কংলৈরোল শেমদোক-শেমজিন

তৌখি। কংলৈ ময়েক্কী মহুত্তা বঙ্গালী ময়েক ওইনা চৎনহনখি। হি-য়াই চেল্লবা পুয়া কয়াবু মৈ থাদোকখি। মরাললনা হাকমনখিদুনা শান্তিদাস মশাদা নমথীরবা লায়থুং পকুনা নাখি। মীওইবগী মীনুংশি য়েংলগা মাইচৌ খোংনাংথাবনা শান্তিদাসকী লায়থুং লায়না অদু ফহনখি। ঈপু লৌরেম্বা খোংনাংথাবদি চীংঙু মতীক চেল্লবা মাইচৌনি। মৈদিংঙু চরাইরোংবগী হাক্তক্তগীনা পামহৈবা ফাওবদা নিংথৌ মণ্ডাগী মাইচৌ পুরেল ওইখিবনি। ঈপু খোংনাংথাবদি বর্মীজ লোল, চাইনীজ লোলনচিংবা খঙখিবা মাইচৌনি। নিংথৌ পামহৈবনা শান্তিদাসকী মীচঙদা ফনা লেপ্তুনসু ঈপু খোংনাংথাবগী মফমদা শান্তিদাস মায়থীবা কয়া ফংখি। খুদম অমা ওইনা হায়রবদা শান্তিদাসনা ঈশিংবু মৈরী থোক্লা চাকহনগনি হায়না লাউথোকখ্রগা মৈদি হৌহনবা ঙমখিদে। অদুবু চীংউ মতীক চেল্লবা খোংনাংথাবনা ঈশিংবু মৈ হৌদুনা চাকহনখি। শান্তিদাসনা লায়য়েংবা ঙমদ্রবা লায়না কয়াবুসু খোংনাংথাবা মাইচৌগী মখূৎনা শোক্কুনা ফহনখি।

শান্তিদাসনা য়েলহৌঙৈদগী চৎনরক্লবা ঈপা ঈপুগী লীক্লম মুথৎলগা মীতোপ মীয়ানগী হিন্দু ধর্মবু নমদুনা চৎহনখি, অদুগা চীংমী-তম্মীগী অমতা ওইবা মরীবু কোমথোকহনখি। নাকল অমরোমদনা ঈপু খোংনাংথাবনা নিংথৌগী মায়োক্তা লেপ্তুনা ঈশাগী ঈনাৎ, লাইনীং মাঙবা য়ারোই হায়না থেংনখিবা য়াম্না মরুওইবা মতাঙ অমা ওইখি। ঈপু খোংনাংথাবগা ময়াং শান্তিদাসকা তোঙান-তোঙানবা লমশিংদা চাংয়েং তৌনখি। চাংয়েং কয়াদা শান্তিদাসনা মায়থীবা হঞ্জিন হঞ্জিন ফংখি। হঞ্জিন হঞ্জিন মায়থীবা ফংলবা শান্তিদাসকী মীচঙ নিংথৌনা ফোংনা চঙখি। শান্তিদাসনা লাকচবা মতাঙদা নিংথৌ পামহৈবনা নোকচখি, মাইচৌ খোংনাংথাবনা লকচরগনা শাউখি। ময়াং শান্তিদাসনা হিন্দু ধর্ম শন্দোক্লবা হোৎনবদা নিংথৌ পামহৈবনা মীচঙ চঙলমদ্রবদি লমদম অসিদা হিন্দু ধর্ম চৎনরমদবা যাই।

মতম অদুদা হিন্দু ধর্ম শন্দোকপা য়াননবা হায়দুনা অকুবা লাইফম কয়া থুগায়খি, অদুগা কংলৈচাশিংবু অনম-অহা চূননবা থমাইবীখি। হান্না লৈজরম্বা লাইফম-তিনফমশিংদা হিন্দু লাই কয়া লাৎশিন্দুনা লান্না ঈড়াৎ-থৌরম কয়া পাঙথোক্লখি। মদু পূম্নমক ময়াং লম্বোইবা শান্তিদাসনা থৌরাং তৌখিবা ঙাক্তনি। তম্মীশিংনা হিন্দু ধর্ম লৌখিবদগী হিন্দু ধর্ম লৌদবা চীংমী-তম্মীশিংবু মাংই হায়না লৌখিবা অদু ঐখোয় কংলৈচাশিংগীদমক্তা অফবা নত্তে, ঐখোয় চীংমী-তম্মী অমতনি হায়বগী অপূনবা শক্তমদা চৈথেং পীখিবনি। কংলৈচাশিংগী নৎত্রগা চীংমী-তম্মীগী মরক্তা হিন্দু-লাইনীং-লীচৎকী চেকপল অমনা খাখিবদগী চীংমীগা তম্মীগা মরক্তা খেন্নবা থম্না তৌখি।

অদুবু হৌরকফম মান্নবনিনা ঐখোয় চীংমী-তম্মী অনীগী মান্ন-মান্নবা কয়া লৈ। তম্মীশিংনা লাৎনরিবা লাইশিংসু চীংমীশিংনা মপা-মপুগী লাইশিং ওইনা লাৎনরম্মী। সনামহী হায়বা য়ুমগী কাচিন্দা লাৎনবা লাই অসি চীংমী-তম্মী অনীমক্না লাৎনরম্মী। লাই অসি হৌজিকফাওবা চীংদা খৃষ্টিয়ান নত্তবা চীংমী খরনা লাৎনবা য়াওরি। য়ুম য়ুমগী লাই নত্তবা খুল খুলগী ওইবা লাইশিংসু চীং অমসুং তম অনীমক্কী ওইনা লৈরম্মী। হৌজিক হৌজিকমক চীংদা লাইফম কয়া অমা লৈরি। খুদম ওইনা হায়রবদা থাংজিং চীংদা থাংজিং কোইরেল,মোরেদা কোম্দোং লাইরেম্বী অদুগা মাজির্ং চীং অমসুং কৌব্রু চীংনচিংবদা লৈরিবা লাইফমশিং অসি চীংমী-তম্মী অনীমক্কী লমলাইশিংগী অশেঙবা খুভমশিংনি। চীংমী-তম্মী অনীমক্না অপোকপবু নীংনরম্মী। মদুনসু চীংগী-তম্মী অমতনি হায়বা তাকই। ডব্লিয়ু মেক্লোক্না হায়রম্মী, " মীতৈ নিংথৌনা ফম্বাল তোংবা মতমদা নিংথৌ অমসুং লৈমনা চীংমীগী ফিজোল শেৎলম্মী, অদুগা নিংথৌনা লৈগদবা য়ুমসু চীংমীগী য়ুম মওঙদা শারম্মী। চীংমী-তম্মীগী লাই-তীনগী লমদা অমসুং মপা-মপুগী নাৎকী ব্নারীশিং অমসুং ঈড়াৎথৌনিদা মান্ন- মান্নবা য়াম্না য়াওই। মরম অদুনা মখোয় অনীগী হৌরকফমসু শোয়দনা মান্নরমফম থোকই। " তশেংনমক চীংমী-তম্মীগী ঈপা-ঈপুশিংনা পূয়া ঈড়াৎ-পূজা তৌমিন্নরম্মী হায়বা অসিমক্তনা চীংমী-তম্মী অমতনি হায়বা অদু তাকই।

চীং অমসুং তমগী লৈশাবীশিংনা সাই ককপা অমদি ফনেক খোইখা শেৎপা অদুগা মৌশিংনা সাই খোমগৎপা অদুগা তুংদা পূনখৎপা অমসুং ফনেক্না ফিদোল চিংখৎপা চৎনরম্মী। হৌজিকফাওবা চৎনবী অসি ঙাক্না চৎনবা য়াওরি। মদুনা চীং অমসুং তমগী নুপীশিংবু লৈশাবীনি অমসুং মৌনি হায়না খঙনরম্মী। মদুনা চীং অমসুং তমগী অমতা ওইবা মতৌ অদুবুসু তাকই।

অদুদগী অমুকসু জগোই শাবদা শক্লিবা খুনুং-ঈশৈগী শৈহেক-শৈশক অমসুং শাথেক-খূথেক্তা চীংগা তমগা মান্নবা য়াম্না য়াওরি। চীংমী-তম্মী অনী অসি মচিম্মনাও ওইবনিনা অমনা অমদগী লৌনবনি অদুগা অনৌ-অনৌবা জগোই-ঈশৈনা ঐখোয়বু মালেমদা শক তাক্লি। নোংচুপলোমগী জগোইগুম্না ফি-তাখৎলগা নৎত্রগা ফি ইয়াও-য়াওদনা থবাক অমসুং মনিং উৎলগা শাবা জগোইনা চীংমী-তম্মী ঐখোয়বু মালেমগী অতোপ্পা জাতিশিংদা খঙহনখিবা নত্তে। ঐখোয়গী চীং-তমগী মহৌশাগী ওইবা অশেঙবা খূথেক্না ঐখোয়বু মালেমদা শক তাক্লিবনি। তাখুলগী খূবাক ঈশৈগা মীতৈগীগা মান্নবসু য়াওরি। কবুইগী জগোই লমদম অসিগী জগোইগী মরুওইবা মচল অমনি।

মীতৈ ঈশৈগী খোল্লে অমসুং লাউখৎপসু চীংগীগা মান্নবা য়াম্না য়াওরি। পূং, শেনবুং, পেনাগী মওঙ-মতৌ অমদি ঈৱাই-ঈনিলদসু মান্নবা য়াম্না য়াওরি; অমগা অমগা পুথোক-পুশিন তৌনবনি।

হিয়াঙ্গৈ থাগী নীনি পানবা নুমিৎতা মবুং-মৌপ্পাশিংনা মচল-মচে ওইবীশিংবু চাক কৌনৈ; অদুগা হৱাও-হরাওনা অরৈবা খরদা ওইরবসু চামিন্নৈ। ময়ুম পানখ্রবী নুপী কয়ানা নুম্মিৎ অসিদা মপাম-মপামদা লাক্লুনা মখোয় মখোয়গী অৱা-অনা ফোঙদোক্লে। থৌরম অসি চীংদসু পাঙথোক্লরম্মী। হৌজিক্তি তমদা চীং-তম পূন্না চাক্কৌমিন্নবগী থৌরম পাঙথোক্লরক্লে। মসিনসু চীং-তম অমতা ওইবগী মশক অদু তাকই।

অদুগা অমুকসু ৱাকচিং থাগী অহানবা চৈচত্তা চহী হৌবগী থৌরম চীং অমসুং তম অনীমক্তা পাঙথোক্লরম্মী। মতমগী অওনবা অমা লাকখিবদগী হায়বদি মীতৈনা হিন্দু ধর্ম লৌখিবদগী বেঙ্গলগী বৈসাখ (শজিবু) থাদা চৈরাওবা হৌদোকখি, অদুগা চীংমীশিংনা খৃষ্টিয়ান ধর্ম লৌখিবদগী ইংরাজীগী জানুৱারি থাগী অহানবা নুমিৎতা চহী হৌবগী থৌরম হোংদোকখি। অদুবু চীংমী-তম্মীগী ওইনা চহীগী মশীং থীবা ৱাকচিং থাদগী হৌমিন্নরমখিবা অদুমক্তদি চীংমী-তম্মী অমতনি হায়বদু তাকই। অদুগা অমুকসু ফাইবেনগী মঙানি পানবা নুমিৎতা ফাইরেন লৌতাবা হায়বা থৌরম অদুসু চীং অমসুং তমগী ওইনা পাঙথোক্লরম্মী। নুমিৎ অদুদা চীং-তম অনীমক্কী ওইনা লৌবুক্তা ষণপোৎ কাবল অমতা ওইরবসু চৎনরম্মী নৎত্রগা যোৎপাক্লা লৈপাক খরদা ওইরবসু টৌনবা হোৎনরম্মী। মদুনা তাকপদি চীংমী-তম্মী অমতনি হায়বনি।

চীংমী-তম্মী অনীমক্কী ওইবা মশান্না কয়াগী মনুংদা মূক্লা, মূক্লা-কাঙজৈ, শগোল-কাঙজৈ, খোঙ-কাঙজৈ, যুবী লাকপী, হুয়েল লাল্লোং, শরিৎ-শরাৎ, থাঙ-তানচিংবা লৈ। মশান্নশিং অসিনা মরম ওইরগা মীবৈবাক মচাশিংনা চীংমী-তম্মী ঐখোয়বু মশক খঙলিবনি। ঐখোয়গী শগোল-কাঙজৈদি মালেমদা মমিং লৈখ্রে। মসিগীদমক্তা ঐখোয় চীংমী-তম্মীগী থৌদাং চাউনা লৈখিবনি। তা-খৌছারোল্দা চীং অমসুং তমগী মশান্না মখল মখলশিং লৈজরবসু মখোয়দা মান্নবা কয়া অমা য়াওরি।

উমংলাই হরাওবদা শারম তরেৎ ঙারম তরেৎ কৎলিবসিনা চীংমী-তম্মী অনীসে চীঙ্গাক মান্নরম্মী হায়বগী খূদমনি। ঐখোয়গী মরুওইবা চীঙ্গাক্তি চাকনি। শিংজু, কংহৌ, চম্ফুৎ, শা, ঙা, চমথোং, কাংশোই, মোরোক মেৎপা, উতি, ইরোনবা, হৱাইজার, হেনতাক, ঙারি, থাংজিং, চগেম পোম্বা, য়োংচাক, থম্বৌ, হৈকক, শৌগ্রি, কোম্প্রেং, থরোই, উসোই, সোইবুমনচিংবসে চীংমী-তম্মী অনীমক্লা য়াম্না পাম্না চানৈ।

চীঙ্গাক মান্নবসিমক্রসু চীংমী-তম্মীগী অমতা ওইবা মরীদু তাকই।

চীংমী-তম্মীগী মনুংদগী খরনা হিন্দু ধর্মগী, খরনা খৃষ্টিয়ান ধর্মগী অদুগা খরনা হান্নগী অরিবা ধর্মগী তোঙান-তোঙানবা চৎনরোলশিং চৎনরি। মপাঙ্থোংদা য়েংবদা খেন্নবা ময়াম অমা লৈজরবসু মান্নবা কয়া অমদি নুং-দা লৈরি। ঐখোয় অনীগী শকতা-চুদাদা, শওঙ-শাবান্দা, খুনুং-ঈশৈগী শৈহেক-শৈশক্তা, জগোইগী শাথেক-খূথেক্তা, জগোই-ঈশৈগী যন্ত্রশিংদা, মশান্না কয়াদা,শেৎপা-চাবদা অমদি নাংকী থৌরম কয়াদা, মান্নবনা হেন্না য়াওরি। লোন্দসু মীতৈলোলনি হায়দুনা হৌজিক ঙাঙনরিবা লোলশিং অসিদগী সংস্কৃত, হিন্দি, ইংলিস অমদি বেঙ্গলীনচিংবগী ৱাহৈশিং অদু লৌথোকখ্রবদি লেমহৌরিবা শরূক অদুগী অয়াম্বনা চীংমী-তম্মীনা ঙাঙনরমখিবা অরিবা লোল মপী অদু ওইগনি, মরমদি ঐখোয়গী থায়নগী চীং অমসুং তমগী অহল-লমনশিংনা লোল অদুতবু (লাল মপী) মমালোল ওইনা ঙাঙনরম্মী।

কংলৈ-ঈয়েক্লা কংলৈপাক অসিদা লৈরিবা চীংমী-তম্মী অনীমক্কী ময়েক ওইরম্মী। কংলৈ-ঈয়েক হায়বদি হৌজিক্কী মীতৈ ময়েক অসিনি। চীংমী মাইচৌশিংনা কংলৈ-ঈয়েক্তা পুয়া কয়া ইরম্মী। অদুগা অমুকসু তম্মীশিংগী য়েক-সলাই তরেৎ লৈবগুম্না চীংমীশিংগীসু য়েক-সলাই তরেৎ তরেৎ লৈ। মচু তরেৎনা ওইবা ফিরালসু কংলৈপাক্কী লৈজে। মথকলোমদগী হৌরগা মথং মথং অঙাঙবা,অঙৌবা, অমুবা, হঙ্গাম মপাল, মুলাং( অমুবগা অঙাঙবগা লাংবা), মঙ্গ্রা মচু অমসং সংবান্নবনা ওইবা ফিরালনি। মসিনসু ঐখোয় চীংমী- তম্মী অমতনি হায়বা তাকই।

কংলৈপাক্কী ইতিহাসপু মতম খর থৈদোক্লুনা হিন্দু ধর্মবু নমদুনা লৌহনখ্রবা তম্মীশিংনা চীংমীশিংবু মাংই অদুগা তম্মীশিংগী মরক্তা ফাওবা অমগা অমগা মাংই-শেংই তৌনখিবা অদু ঐখোয়গীদমক্তা লাইবক য়াম্না থীবনি। অদুবু হৌজিক্তি মতম অদু নক্লে। মতমনা ঐখোয়বু অমুকসু হান্নগী হৌরকফম অমসুং অরিবা মতৌবু নীংশিংহন্দুনা হেন্না চাওখৎপা অপূনবা শক্তম অমা পুবীরকপা ওইরসনু। ঐখোয়না মপান্দগী ৱাখল-লৌশিং লৌরগা মীতেক-মীরৌ খঙবা হেনগৎহনবনি হায়না লৌরসি। চীংমীনা অমনি তম্মীনা অতোপ্পা অমনি হায়বগী হূদগী হেন্না শাথীরবা ৱাখল অদুগী মরীক অমফাওবা য়াওদনা নুংশি-চান্ননা লৈমিন্নরসি। চীংমী-তম্মী অনীমক মীহৌরোন্দগী হৌদুনা হিংমিন্নরকপনি অমসুং চাওখৎমিন্নরকপনি, অদুগা লাই হাক্তক্তগীসু ঐখোয়সে ঈ মরী অমতনি। ঐখোয় অমগা অমগা শকখঙ-মায়খঙনবগা লোয়ননা ঐখোয়গী অপূনবা হৌরকফমবু নীংথিনা খঙমিন্নবা অদুগা অমনা অমবু মতেঙ পাংনবা দরকার ওইরে। ধর্মগী অখূবা মীৎয়েং

থম্নদনা অমদি অচৌ-পীশক খায়নদনা অমনা অমগী চৎনবীবু ঈকাইখুম্নবসু দরকার ওই। অচৌবা ফুরূপনা অপীকপা ফুরূপপু নৈহৎপীবা অদুগা মখোয়গী হকপু মৎপীরবদি ঐখোয় চীংমী-তম্মী অমতা ওইনা হিংমিন্নবা য়ারোই। ঐখোয় অমতা ওইনা হিংমিন্নসি, অদুগা অমতা ওইসি। ঐখোয় অমতনি হায়না চীন্না হায়বদি অরায়বনি, অদুবু থবক্তা থবক ওইনা চীংমী-তম্মী অনীমক নুংশি-চান্ননা অমতা ওইনা লৈমিন্নবা হায়বা অদুমদি অরায়বা নত্তে। ঐখোয়দা ' অচুম্বা' হায়বদুমা লৈত্রিবমখৈদি নুংশি-চান্ননা অমতা ওইনা লৈমিন্নবা খক য়ারোই। ঐখোয়না ইশা ইশাদা চুম্না চৎলগা অতোপ্পদা চুম্না চৎপা ঙমগনি। চীংমী-তম্মী ঈচিন-ঈনাওনি হায়দুনা তম্পাক্কী লমশিংখক্তদা লাউবা ঙাক্তনদি চীং অমসুং তমদা খুন্দারিবা ফুরূপশিংগী মরী চেৎশিনহনবা য়ারোই। চীংমীগা তম্মীগা ৱারে ৱামিন্নসি নুংঙাইবে নুংঙাইমিন্নসি। অচুম্বদা য়ুম্ফম ওইরগা চীংমী-তম্মী অনী অসি নুংশিনরবদা অমদি লিংজেল মান্নরবদা কনানসু ঐখোয়গী অমতা ওইবা শক্তম্বু থুগায়বা ঙম্লোই।

চীংমীশিংনা তমদা খুন্দাদুনা লৈনরি, অদুগা তম্মীশিংনসু চীংদা থবক তৌদুনা লৈনরি। চীংমীশিংনা মীতৈ ওল্লগা তম্পাক্তা মীতৈ খুল শেম্লগা খুন্দাদুনা লৈখিবসু য়াওখি। অমনা অমগী নিঙ্ঙোল লৌনদুনা নুংশি-চান্ননা লৈমিন্নবা য়াম্না য়াওরি। হিন্দু ধর্ম শন্দোকখিবদা কা-হেন্না অশেং-অমাং খায়খি হায়বসিমদি চুম্লে। চীংমীশিংবু মাংই হায়খিবদা নত্তনা মীতৈশিংগী মরক্তসু মাংই-শেংই তৌনখি। অদুগা অমুকসু হিন্দু ধর্ম লৌ যাদবা মীতৈ কয়ামসু নিংথৌগী মীওৎ-মীন্নৈ খাঙবা ঙমদদুনা মীতৈ ওইখিদবা কয়াসু যাওখি। অদুবু হৌজিক্তি জ্ঞান তানরক্লে। লান্নখিবা কয়াবুসু ঙাক্লবগী মতম য়ৌরক্লে। ঙাকপীবদগী হেনবা অতোপ্পা ধর্ম অমা লৈতে। ঐখোয়গী হকচাঙশিংনা চীংদা অমসুং তমদা তোঙান-তোঙান্না লৈনজরবসু ঐখোয়গী থম্মোয়নুংদদি নুংশিবগী ঈচেল কংহনগুমসি। ঐখোয় পূন্না অমতা ওইনা হিংমিন্নরিমখৈ নুংঙাইগনি। মরম অদুনা ঐখোয় শেৎন-খায়নবা য়াদে। লান্না লৌনরগুমসি। চফু কায়বগা ক্বাক হরাওহনবদি থোকহনগুমসি। ঐখোয় চীংমী-তম্মী অমতনি।

## চীংমী-তম্মী পূন্না চাওখৎমিন্নবদা

**মালেমদা** ব্লাংনা তোংখত্তুনা লৈবা মফম অদুবু চীং অদুগা চীং নত্তবা অনেম্বা তম অদুবু তম্পাক হায়না খঙনৈ। চীংদা লৈবা মীবু চীংমী অদুগা তমদা লৈবা মীবু তম্মী হায়না খঙনৈ। চীংমীবু হৌ (হাও) অদুগা তম্মীবু মীতৈ হায়না খঙনৈ। চীংমী-তম্মীগী পারি-পুরি অমতনি। কংলৈপাক অসিদা লৈরিবা চীংমী-তম্মীগী মরী অসি মতম কয়াম কুইরবগে হায়বা অসি মতম কুইমনখিদুনা খঙবদা ব্লানরিবনি। নীংশিংবা ঙমদ্রবা মতমদগী হৌদুনা চীংমী-তম্মী অনীমক ইরমদম কংলৈপাক অসিগী লৈহাওদা চাউমিন্নরক্তুনা তৎন-থানবা য়াদ্রবা মরী অমা অদুম থন্নকই। লাই হাক্তক্তগীসু ঐখোয়সে ঈ মরী অমতনি হায়বা অসি চুম্লে, য়েৎননীংঙাই লৈত্রে। মরম অদুনা ঐখোয় ঈশেল অমগা অমগা নুংশিননা অমনা অমবু মতেঙ পাংনদুনা চাওখৎপগী লমদা চঙশিনমিন্নবা দরকার ওই।

ঙসি ওইরিবা ঐখোয়গী ঈমা লৈবাক কংলৈপাক অসি চীংমী-তম্মী অনীনা শেমখিবনি। মমাঙঙৈদগী হৌদুনা নোংপোক অমসুং নোংচুপকী মীবৈবাকচাশিংনা ঐখোয়গী লৈবাকপু কল্লক্লকখি। মরম অদুনা মখোয়না মরক-মরক্তা ঐখোয়গী লৈবাক্তা লান্দারকখি। মদুনা ঐখোয়গী চাওখৎপদা অপনবা পীখি। অদুম ওইনমক লাইবকফবনা ঐখোয় চীংমী-তম্মী অনীনা য়েক্লবশিংবু থৌনা ফনা মায়োক্লখি, অদুগা কংলৈপাকপু কলহৌবদগী ঐখোয়না হৌজিকফাওবা ঐখোয় ওইনা হিংলি। ঐখোয়গী ঈপা-ঈপুদগী ঐখোয়গী ঈদা য়াওদুনা লাক্লবা চাওখৎপগী শক্তি অদু শীজিন্নদুনা মখোয়বু মায়থীবা পীখিবনি। কংলৈচাশিংনা মখোয়দগী মতীক-মগুণ হেনখি। চীংমী-তম্মী পূন্না মখোয়গা মায়োক্লখিবদগী ঐখোয়না মায়পাকখিবনি। মতম অমদা বর্মানা কংলৈচাশিংদা লান্দারকখিবা মতমদা বর্মাগী মীশিংনা কংলৈচাশিংবু লাকচবা ঙমখিদে। লানফমদা বর্মাগী মী তরাগা ঐখোয়গী মী অমগা লম্বা তৌনখি। বর্মাগী মীশিংবু চীংলোল লান্না তানখিবা হায়বা অসি চীংমী য়াওদনা তম্মীখক্লা খক ঙম্লোই। চীংমী-তম্মী পূন্না চাওখৎমিন্নবগী

পাঙ্গল অদুনা বর্মাবু মায়থীবা পীবা ঙমখিবনি।

মতম কুইনদগী হৌনা ঐখোয় চীংমী-তম্মীনা পুন্না চৎমিন্নরকখি, অদুগা চাওখৎমিন্নরকখি। মসি ঐখোয়গী ইতিহাসনা সাক্ষীনি। চীংদা ফংদবা পোৎশিংবু চীংমীশিংনা তম্পাক্তা কুম্নক্লগা লৈ নৎত্রগা তম্মীশিংনা চীংদা পুখৎলগা য়োল্লি। অদুগা অমরোমদনা অমুক চীংদা থোকপা পোৎশিংসু চীংদগী পুথরক্লগা তম্পাক্কী কৈথেলশিংদা য়োল্লি। চীংমীশিংনা খূৎনা শাবা ফজ-ফজরবা ফিশিং অমদি অতোপ-অতোপ্পা লৈতেং ওইনা শীজিন্নবা য়াবা পোৎশিংবু তম্মীশিংনা য়াম্না পাম্না লৌনৈ। পুম্নমক অসিনা চীং-তমগী ফনবা নৎত্রগা চাওখৎনবা ওইরি।

চীংমী-তম্মী অনীমক কংলৈচাশিংনি। লৈফম অমসুং শাজৎ খেন্নখিবদগী মপান্থোংদা চীংমী-তম্মী হায়দুনা খায়খিবগী ৱাদনি। কংলৈপাক্কী চাওখৎপা হায়বদি চীংমী-তম্মী পুন্না চাওখৎমিন্নবনি। জগোই-ঈশৈগী লমদসু চীংমী-তম্মী চাওখৎমিন্নরকই। চীংমী অমসুং তম্মীনা জগোই-ঈশৈ মখল মখল পুথোকমিন্নরকখি, অদুগা অমনা অমদগী লৌনরকখি। ঐখোয়গী জগোই-ঈশৈনা ঐখোয়বু চাওখৎপা জাতি অমনি হায়না মালেমদা শক তাক্লি। কংলৈপাক্কী অচৌ-অচৌবা কুম্মৈশিংদা চীং অমসুং তমগী জগোই-ঈশৈগী থৌরমশিং পুন্না পাঙথোকমিন্নৈ। অমনা অমগী মতৌ তম্নদুনা জগোই শানৈ, অদুগা মখোয়দা মনা-মথুম পীনৈ। মসিনা চীংমী-তম্মী অনীগী পুন্না চাওখৎমিন্নবা হায়বদু তাকই।

জগোই-ঈশৈদা শীজিন্নরিবা খূৎলায়(যন্ত্র) কয়াদসু পুথোক-পুশিন তৌনৈ। মীতৈগী পেনা চীংমীশিংনসু শীজিন্নরম্মী। পুং, বেঙ্গুল, শনমতা, শেনবুংনচিংবগী মওঙ-মতৌনসু ঐখোয়গী নাৎকী ওইবা চাওখৎপদু উৎলি। ঐখোয়গী অরিবা অমসুং অনৌ-অনৌবা জগোই-ঈশৈশিং অমসুং মখোয়দুগী খূৎলায়শিংনা (যন্ত্রশিংনা) ঐখোয় কংলৈচাশিংবু মালেমদা শক তাক্লি। ঐখোয়গী মহৌশাগী ওইবা জগোইগী খূথেক-শাথেক্লা মালেমগী মীশিংবু শুক্কৎলি। ঐখোয়গী জগোইদি ইন্দ্রিয়শিং মরাং হৌহনবা নোংচুপলোমগী জগোইগুম্বা নত্তে। মদুদি অশেঙবা চাওখৎপগী খূদম নত্তে। ঐখোয়গী মহৌশাগী ওইবা জগোই-ঈশৈনা চীংমী-তম্মী চাওখৎমিন্নবগী মতৌ অদুবু উৎলি। মসিনসু মরমশিংগী মনুংদগী মরম অমা ওইরগা ঐখোয়গী কংলৈপাক্লা ভারতকী মপুংফাবা ষ্টেট অমা ওইখিবনি।

চীংদা তমগী মীনা চীং-নুপী লৌখিবা, চীংগী মশক-নাইবশিংনা লৈবাক্কী অচৌবা থৌদাং লৌখিবা অমসুং মচা পোক্তবা মীতৈ ফম্নাইবশিংনা চীংমচা

য়োকখিবনচিংবা কয়া ঐখোয়গী ইতিহাসতা থেংনৈ। য়োক্তুনা থমখিবা চীংমচাশিংদগী ফম্লাইবা মীওইশিং ওইখিবা কয়ানি। মীতৈ নিংথৌনা কোনুংদা হাওমচা লোয়শঙসু লিংখি। গম্ভীরসিংহ মহারাজ হাক্তকগী কুলচন্দ্র মহারাজ হাক্তক ফাওবা কংলৈপাক্কী সেবা তৌরমখিবা থাঙ্গাল জেনেরেল থাঙ্গাল শুরুংগী খুল্লাকপগী মনাওনুপা শরাইঙম্বগী মচানুপা অহলনি অদুগা মহাক্কী অহানবা মমিংদি লুংথৌবু কৌরম্মী। মহাক্না ইং শোক ১৮১৪ দা পোকখি অদুগা মশাগী চহী ১৬ শুরকপা মতমদা যুবরাজনা সনা কোনুংদা পুরকখি। থাঙ্গালদগী থাঙ্গাল মেঞ্জোর, অদুগা থাঙ্গাল মেঞ্জোরদগী থাঙ্গাল জেনেরেল কৌখিবা লুংথৌবুসি ঐখোয় চীং-তমগী চাউথোকচনঙাই ওইবা অথৌবা অমনি। মীতৈ পুয়ানা হায়রি, " গম্ভীরসিংহ মহারাজগী হাক্তক্তা থাঙ্গালগী খুলাকপগী মনাওনুপাগী মচানুপা অমবু সনা কোনুংদা পুরক্তুনা নিংথৌজা সলাইদা লৌখৎলি, মাগী যুম্লাক্তী কাঙাবম ওইখি।" মহাক অদু মীতৈ নিংথৌগী য়েৎথংবা পাম্বোম ওইখি। চীংমীসু তম্মীসু ওইখিবা থাঙ্গাল জেনেরেল ১৮৯১ ইংদা ফাঁসি সগাই কারগা মথল্লায় কখোকখি।



*লন্দনগী লাইব্রেরীদগী ফংখিবা ফোটোঃ*

*(ওয়রোমদগী) যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ, থাঙ্গাল জেনরেল, গুর্খা সিফাই*

কংলৈপাক্কী চাওখৎপগী শরূক কয়াদা চীং অমসুং তমগী মীশিংনা লৌথোক লৌশিন তৌনবা কয়ানি। নুপীশিংগী ফিজেৎ-খূৎশেক্তা চীংমীশিংগা তম্মীশিংগা থোইনা খেন্নদে। হৌরকফম মান্নবনিনা ঐখোয় চীংমী-তম্মী অনীগী মান্ন-মান্নবা কয়া লৈ। নুপীগী সমাজদা চীংমী-তম্মীগী ফিজেৎ-খূৎশেৎ, শমকক অমসুং শম্মুন মান্নরম্বা অসিনসু চীংমী-তম্মীগী পূন্না চাওখৎমিন্নবগী মতৌ অদু উৎলি।

চীংমী-তম্মীগী মরক্তগী আইঃ এঃ এসঃ, এমঃ পীঃ, মন্ত্রীনচিংবা ওইদুনা ইরমদমগী চাওখৎনবা থবক তৌরি। ভারত পৃম্বগী ওইনসু চীংমীশিংনা রাজনীতি, কুটনীতি অমসুং অতোপ-অতোপ্পা থবকশিংদা শরূক য়ারি। মসি পূম্নমক অসিনা ঐখোয়গী চাওখৎপগী খোঙজেল য়াংহল্লি।

চীংমী-তম্মীগী শান্নবা মশান্না কয়ামুক লৈ। মখোয় অদু তোপতোপ্পা মশান্নশিংনি। লাইগা মীগা শম্নরিবৈঙেদগী হৌদুনা শগোল কাংজৈনচিংবা মশান্না কয়া শান্নমিন্নদুনা লাইগা মীগা নুংশি-চান্নবা লৈমিন্নরকখিবনি। ঐখোয়গী শগোল-কাংজৈদি মালেমদা ফাওখ্রে। ঐখোয়গী শরীৎ-শরাৎ, থাঙ-তানচিংবসি মালেমগী মীশিংনা য়েংলগা ঙক্লরি। মাওগী মীশিংনা কাং অমসুং কাংখিন শান্নবগা মীতৈশিংনা শান্নবগা ইখেন খেন্নদে। তা-খৌছারোম্দা চীং অমসুং তমগী ওইবা মখল মখল লৈজে। অদুবু চাংমীশিংগী তা-মখৌছা অদু মীতৈশিংনা তম্মি। মালেমগী শান্নবা মশান্না অয়াম্বদসু কংলৈচাশিংনা থৌনা য়াম্না ফনা শরূক য়ারি। কংলৈচাশিংগী শান্নরোইশিংগী মনুংদগী মালেমগী ওইনা মকোক থোংবশিংসু য়াওনরে। মসিনসু ঐখোয় চীংমী-তম্মীবু মালেমদা শক তাক্লি। মসিমকনসু ঐখোয় চীংমী-তম্মীগী চাওখৎমিন্নবগী অচৌবা খূদম অমা ওইরি।

হৌরকফম তিন্নবনিনা চীংমী-তম্মীনা ঙাঙনরিবা লোলশিং অসিসু য়াম্না নকশিন্ননা মরী লৈনৈ। মান্ন-মান্নবা রাহৈশিং য়াম্না য়াওই। কংলৈচাশিংনা চীংদা পূন্না লৈমিন্নরিবৈঙেদদি লোল অমখক্তং ঙাঙনরম্মী। মদুবু লোল মপী হায়না খঙনৈ। হৌজিক হৌজিক ঙাঙনরিবা মীতৈলোল অসিদগী লোঞ্জনশিং অদু লৌথোকখ্রবদি লেমহৌরিবশিং অদু মমাঙঙৈদা চীংমী-তম্মীনা ঙাঙনরম্বা অরিবা লোল মপী অদু ওইগনি। চীংমী-তম্মীগী অপূনবা কংলৈলোল অমসুং ময়েক লৈজে। চীংগী মাইচৌশিংনা কংলৈ ঈয়েক্তা পুয়ানচিংবা ইদুনা থম্বীরম্মী। ময়েক লৈজবা লোলবু চাওখৎপা লোলনি হায়নৈ। মরম অদুনা ঐখোয় চীংমী-তম্মীসু লোলগী লমদা চাওখৎমিন্নরম্মী হায়বা য়াই।

হৌজিক কংলৈপাক্তা মরুওইবা অমদি সরকারনা মশক খঙলবা চীংমী কাঙলূপ ২৯ লৈ। মখোয় মশেল ব্রারী শানবদা মীতৈ (কংলৈ) লোল শীজিন্নে। মীতৈগী

অঙম-অথৌ অমদি চীংদা থবক তৌবা মীশিংনা চীংগী লোল গাঙবা তন্নে অদুগা মখোয়গী থবকশিং অদু চীংদা নীংথিনা তৌনৈ। মীতৈলোল অমসুং চীংমীলোল হনবা মীওই অদুবু লম্ভু হায়না কৌনৈ। খুলগী নৎত্রগা লৈবাক্কী থবক কয়াদা অমসুং শা-লালগী মতাঙদা লম্ভুনা তৌগদবা মথৌ য়াম্না চাউই। হৌজিক্তি চীংগী লোলগা নৎত্রগা মীতৈলোলগা ইংরেজীগা মরী লৈনবা ৱাহৈ লোলগৈ (Dictionary) লৈরে, অদুবু মীতৈলোলগা চীংগী লোলগা মরী লৈনবা ৱাহৈ-লোলগৈ ফংদ্রি। মসি ঐখোয়গীদমক লাইবকথীবনি। মদু লৈরবদি চীংমী-তম্মী চালখৎমিন্নবদা য়াম্না মতেঙ ওইগনি।

লাই হাক্তক্তগী হৌদুনা চীংমী-তম্মী অনীমক্না অমতা ওইবগী শক্তম অমা থন্নগা লাকখি। চীংমী-তম্মীগী অপূনবগী ওইবা য়েক-সলাইগী মচু তরেৎনা ওইবা ফিরাল লৈজে। অর্থ য়াম্না লৈনা শেমখিবা ফিরাল অদুনা ঐখোয়গী চাউথোকচফম ওই, অদুগা মদুনসু ঐখোয় চীংমী তম্মী পূন্না চাওখৎমিন্নরম্মী হায়বা উৎলি।

সাহিত্যগী লমদা য়েংলবদি চীং অমসুং তমগী ফজবা দৃশ্য অসি উবদা কবিগী শক্তি ফুদোক্লগাই ওই। চীংগী অঙ্গং-অশা, মহৌশাগী ফজরবা শক্তমশিং, য়ুমলৈ-কৈরৈ, মীওইশিং অমসুং মখোয়গা মরী লৈনবশিংনা সাহিত্যগী মরাং কায়বা মচাকশিং ওই। নুংশি-নুংওনগী মতাঙদদি মীতৈগী সাহিত্যদা চীংগী শরূক য়াম্না য়াওই। পাখঙবনা মকেং নিংথৌগী মচলনুপী লাইস্না লৌখিবা, নাওথিংখোংনা নোংমাই পেতংঙা নুংশিনখিবা, লাইনিংথৌ ৱাংব্রেলনা অনাল নিঙ্ঙোল শঙনু নুংশিনদুনা লৌখিবা, ইং শোক ৯৮৪ দগী ১০৬৪ ফাওবা পানখিবা লাইরেন মৈদিংঙুনা উখ্রুল নিংথৌগী মচানুপী হাওরৈমা লৌদুনা লৈমরেল ওইহনখিবা, ইং শোক ১৩৫৯ দগী ১৩৯৪ ফাওবদা পানখিবা মীতৈ নিংথৌ তাবুংবনসু উখ্রুল নিংথৌগী মচানুপী লারা লাশাংনু লৌরগা মহাকপু লৈমরেল ওইহনখিবা অদুগা লাশাংনুনা নোংপোক ইরৈমা ওইনা মাঙখ্রগা হৌজিক্লা ইরৈমা লাইরেম্বী হায়দুনা লাৎনখিবা অমসুং অতোপ্পা মীতৈ নিংথৌশিংনা চীংমী নিঙ্ঙোলশিং লৌখিবনচিংবগী ফজ-ফজরবা সাহিত্যগী মচাকশিং লৈরি।

মীতৈ নুপী নুপা কয়ানা চীংগী ফিজেৎ শেৎখিবা, চীংগী চীঙ্গাক চাখিবা অমসুং চীংমী ওইখিবা অমসুং ওইরিবা কয়ানি, অদুগা চীংমী নুপী নুপা কয়ানসু তম্মী ওইখিবা কয়ানি। নুংশিবগী মমাঙদা চীং-তম খায়দে। চীং অমসুং তমগী নুপী নুপানা নুংশিনদুনা লৌন-লৈনখিবা কয়ানি। লৌন-লৈনবা য়াদে হায়দুনা কায়নহনখিবা কয়াসু য়াওখি। মদুনা ঐখোয়গী সাহিত্যদা ফজবা শরূক অমা ওইহল্লি।

কাপোকথেল কৌবা চীংগী খুঙ্গং অমদা ডাঙহোই (কুঞ্জমালা) কৌবী মশক

মতৌ ফজন্নবী নুপীমচা অমবু মমাতোন্না ওৎ-নৈবীখি। নোংমা কুঞ্জমালাবু তেরা পাম্বী য়াম্না হৌবা ফুনচোং কৌবা উমং অমা ফাওনা থবক চৎলুচো হায়দুনা মমাতোন্না থারম্মী। মদুদা মহাক্কী মপু-নীংবা হূই অদুসু মহাক্কী মতুং ইন্নরম্মী। মদুদা থাংচীং-চীংশাংবু ঙাকশেল্লিবা শাথীরবা কৈ অদুনা কুঞ্জমালাগী মখৌরীদা চীক্লগা মহাক্কী লুম্বু লুম্বু শাবা ঈ অদু চূপখি। মহাক্লা শিরবা মতুংদা মহাক্কা নুংশিনরমখিবা য়াইমগী আশা কায়খি। কুঞ্জমালাগী মপা থিংফুপা লৈরোন (কোম) না মোইরাংগী কোনুংদা চৎলগা মহাক্কী মচানুপী শিবগী পাউ পীজরম্মী। মোইরাং নিংথৌনা কোনুংগী ফম্নাইবশিং কৌরগা মীফম অমা ফমখি। মতম অদুদা থোংলেন্না মন্ত্রী ওইরম্মী। খম্বা অমসুং নোংবান অনীদা কৈ অদু ফারুনবা সনা য়াথং পীখি। অথৌবা অনী অদুনা কুঞ্জমালাবু হাৎখিবা কৈ অদু হিংনা ফারক্লগা মোইরাংগী নিংথৌদা কৎখি। মোইরাং নিংথৌনা মখোয় অনীদা মনা পীখি। কুঞ্জমালাগী ৱারীনসু চীং-তমগী সাহিত্য চাওখৎনবগী মচাক অমা ওইহনখি।

চীং-তমগী মাইচৌশিংবু চপ মান্ননা লৈবাক অসিদা ঈকাইখুম্নরম্মী। চীংগী ওজাশিংবু কৌদুনা মখোয়দগী মহৈ-মশিং তম্বা, মখোয়দা খুরুম্বা, মখোয়গী অরেম্বা চাবা অমসুং মখোযবু সমাজদা অচৌবা ওইনা থাঙ্কৎপীবনচিংবা তৌরম্মী। খম্বা-থোইবীগী ৱারীদা কবুই শলাং মাইববু ঈকাইখুম্নখি। অপোইমচা হায়বা খাগেম্বগী লোয়শঙ গুরু অদুসু চীংমীনি। পূম্নমক অসি ঐখোয় পূন্না চাওখৎমিন্নরমবগী খূদমনি।

পুয়াগী মতুংইন্না কংলৈচাশিং অসি অহানবা ওইনা চীংদা খুম্থোক্লুনা খুন্দামিন্নরম্মি। চীংমীশিংগী হৌরকফম নৈনবদসু মপা অমতনা চীংমী-তম্মী অনীমকসিবু পোকখিবনি হায়রি। মীতৈগী হৌরকফম ৱারীদসু অহানবদা চীংমী-তম্মী হায়বা লৈরমখিদে, মমৈথংদা তোঙান-তোঙান লৈনখিবনি হায়রি। অদুবু চাওখৎপগী মায়কৈদা অনীমক্লা পূন্না চৎমিন্নরকখি।

পুলিস লেন্দদা তাংখুল কাওবুনা চোংথোক্লুনা খুন্দাখি। হায়রিবা পুলিস লেন্দ অসি মরিং কাওবুগীসু লৈফমনি হায়নবা য়াওই। সেক্সপিয়ার সাহেবনা মোইরাংখোম (পুলিস লেন্দ) হায়বা লম অসিদগী পাম্থোইবী হৌখি অমসুং তাংখুলগা লম অসিগা মরী য়াম্না নক্লে হায়রম্মী। মরম অদুনা চীং অমসুং তমগী চাওখৎপা মতৌ অসি চীংমী-তম্মীনা পূন্না লৈমিন্নরগা পুরকখিবনি হায়বা তাকই।

মীতৈনা লাৎনবা লাইশিং অসি চীংমীশিংনসু লাৎনরম্মী। সনামহী হায়বা ইমুংগী লাই অসিবু চীংমী-তম্মী অনীমক্লা থৱায় য়াওনা লাৎনরম্মী। লাই অসি হৌজিক ফাওবা চীংদা লাৎনবা য়াওরি। পুরুম কাওবুনা সনামহী অমসুং লৈমরেলগী খুভম য়াদুনা

লাংলি। অনালশিংগীসু অনাল খুল্লেন্নচিংবদা খৃষ্টিয়ান ধর্ম চত্তবা ইমুং মনুং খরনা হৌজিকসু সনামহীবু লাৎনরি। য়ুমগী লাই নত্তবা লমলাইশিংগী লাইফমশিংসু অৱাং কৌব্রু, মোরে, নোংমাইচীং, থাংজিং, মার্জিংনচিংবা চীংশিংদা লৈরি। খা-মায়কৈ পুবা লাইনিংথৌ ৱাংব্রেলনা অনাল নিঙ্ঙোল শঙনু লৌখি। অনাল খুল্লেন্দা লাইনিংথৌ ৱাংব্রেল অমসুং শঙনু লৈমগী লাইশঙ লৈ। মীতৈশিংনা চৈরাওবা নুমিৎতা মফম অদুদা চত্তুনা লাইনিংথৌ ৱাংব্রেল অমসুং শঙনু লৈমা অনীবু খুরুম্নে। শৃগু অমসুং সেরৌদসু খানা চাউবা লাইনিংথৌ ৱাংব্রেলগী লাইশঙশিং লৈ। শৃগু লাইশঙদা ৱাংব্রেল লাই-হরাওবা খুদীংদা অনাল খুল্লেনগী মীশিংনা থায়নগী নাৎকী ওইবা অনাল নুপীগী ফনেক, চীংগী মোরোক, পান, লশিং, নুং-হৱাই, থোইদিং অঙৌবা, থোইদিং অমুবা, চোলাংনচিংবা কৎনবম্মী। মীতৈশিংনা ৱাংব্রেল লাই-হরাওবদা অনালশিংগী ফমফম নীংথিনা পীনবকখি। অনালশিংনা কৎলকপা পোৎশিং য়াওদ্রবদি ৱাংব্রেল লাই-হরাওবগী থৌরম অদু মপূংফাবা ওইনখিদে। চীংমী-তম্মী অনীনা খুন্দামিন্নরগা মপা-মপুগী লাইশিং লাৎমিন্নবা অসিনা অমুকসু চীংমী-তম্মী চাওখৎমিন্নবগী অপূনবা শক্তম অমসু তাকই।



*অনাল খুল্লেন্দা লৈরিবা লাইনিংথৌ ৱাংব্রেল অমসুং অনাল নিঙ্ঙোল শঙনুগী লাইশঙদা মখোয় অনীগী শক্তম লৌরিবা নুং অনী।*

মীতৈগী উমংলাই হরাওবদা চীংমীশিংসু য়াওনা অমাং-অশেং খায়দনা শা-ঙা শরেন চন্দুনা জগোই শামিন্নরগা হরাওবগী থৌরমশিং পাঙথোক্লরম্মী। লাইহরাওবদা হাওফি, শা-ঙা, হৈ-লৈনচিংবা কৎনৈ। লাই-হারওবগী লাইরোইদা হৌজিকসু তাংখুল

নুরা-নুরাবী হায়দুনা নোংপোক নিংথৌ অমসুং পাম্লোইবীগী মহুৎ য়াওদবা য়াদে। উমংলাই হরাওবদা চীংমীগী চৎনবী ফিজেৎ-লৈতেং য়াওদনা হরাওবা মপূংফাবা য়াদে। থাঙ্গেশেংনমক মীতৈনা হিন্দু অদুগা চীংমীশিংনা খৃষ্টিয়ান ধর্ম লৌদ্রিঙৈগী মমাঙদা চীংমী-তম্মীগী ধর্মদা, চাকচা-য়ুথক্তা, লমচৎ-শাজৎতা অমদি চাওখৎপা মতৌদা থোইদোক্না খেন্নবা লৈরমখিদে, পূন্না চাওখৎমিন্নরম্মী।

নিংথৌজাগী মপা-মপু পোকপা পাখঙবনা তম্পাক্কী কংলৈপুংদতা নত্তনা চীংগী চনুগা মরী লৈনরগা চীংগী লমদমদা শান্নবা লীলা থেংনৈ। নোংপোক নিংথৌ কায়নৌ চীংশোম্বনসু মৈ-নিংথৌগী মচানুপী ব্রাংঙু তম্ফা পাম্লোইবীগা নুংশিননা পানখি। লাইনিংথৌ নোংপোক-নিংথৌ অমসুং লাইরেম্বী পাম্লোইবী অনীগী খুভম হৌজিকফাওবা লৈরি। অসুম্না লাইহাক্তক্তুগী হৌদুনা চীং অমসুং তম অনীগী মরী অসি শেত্তোকপা য়াদনা লৈরকপগা লোয়ননা চাওখৎমিন্নরকখি।

চীং অমসুং তম পূক্কিন্দুনা পূকচেল-খোইজেল মান্ননা লৈমিন্নবা হায়বা অসি ঐখোয়গী ইতিহাসতা চাওখৎপগী অচৌবা ফিদম অমনি। ঐখোয়গী কংলৈপাক অসিবু চীংনা কোয়না পনশাবা হাওনা কোয়না পনঙাকপা হায়দুনা শৈশক্লে। চীংমীশিং অসি মশা-মউ ফবা, মশা খীং খীং লাউবা, থবক নোম্বা কনবা, থৌনা ফবা অমসুং কিগন্দবা কাঙবুনি। মসিগী গুণশিং অসি লৈবাক অমা চাওখৎপদা য়াম্না দরকার ওইবা মচাকশিংনি। ঐখোয়গী অকোয়বদা লৈরিবা চীংশিং অসিনা লাললোৎফম অমদি লৈবাক ঙাক্লনবা লান্বন ওইনা শীজিন্নবদা য়াম্না মতীক চাবা অমদি খুদোংচাবা মফমশিংনি। মমাঙঙৈদা চীংমীশিংনা লৈবাক অসিগী মতীকচাবা সিফাইশিং ওইরমখি। মহারাজ চৌরজিৎনা ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পেনিদা চিঠি ইখিবা মতমদা মহাক্কী চীংমী লান্মীশিংনা ইংরেজবু মতেঙ পীরগা কংলৈপাক্তগী অৱা তাম্লোকপা ঙমগনি হায়খি। অৱাবু ঐখোয়গী লমদম অসিদগী তাম্লোকখিবা অদু চীংমীশিং য়াওদনা তম্মীখক্তনা তাম্লোকখিবা ওইথোক্লম্লোই, মরমদি অৱাবু তাম্লোকখিবসি চীংমীশিংনা লৈবা চীংশিং লান্দুনা তাম্লোকখিবনি। চীংমী-তম্মী পূন্না চাওখৎমিন্নরমদ্রবদি অৱাবু তাম্লোকখিবা ঙম্লম্লোই।

নিংথৌ পামহৈবসু (গরিবনিৱাজ) চীংদা চাউরকখিবা, চীংগী লোনচৎ খণ্ডখিবা অমদি অশিংবী চীংমী নিঙ্ঙোল নুংথিলচাইবীগী মচানুপানি। মপাবুং চরাইরোংবা মহারাজনা চীংমী কয়া কৌরগা পীজ-পীথক তৌখি, মরূপ শান্নখি অদুগা চীংমী-তম্মীগী কুন্ধে তৌবা হৌদোকখি। মসি চীংমী-তম্মী চাওখৎমিন্নবগী লম্বীদা চঙশিল্লকপগী খূদম অমনি।

মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রবু হাৎকদবগী তান্নখিবদা মহাকপু কনবীখিবা, য়োকপীখিবা অমদি নিংথৌ ওইহনখিবা অদু কুকি তোংহু অমসুং অতোপ্পা চীংমী কয়াননি। লৈবাক কায়দুনা মহাক্না কছাড়লোমদা চেনখিবা মতমদসু কবুইশিংনা অরোনবা লশ্বী তাকপীখি। মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি অমসুং মহাক্কী শক্তিবু অৱাংলমগী চীংমীশিংনা কয়ামুক ভক্তি লৈনা য়াখিবগে হায়ববু ইংরেজবুদি থৌওইদ্রগা মীতৈ মহারাজবুদি ভক্তি য়াম্না তৌখি হায়না জোনষ্টোন সাহেবনা হায়রমখি। ইং শোক ১৮৯১ দা কংলৈচাশিংগা ইংরেজশিংগা লাল শোক্লখিবা মতম অদুদা চছাদ কুকিশিংনা মীতৈ নিংথৌদা রাজভক্তি উৎখি। ভক্তি উৎপা হায়বসিসু চীংমী-তম্মী চাওখৎমিন্নবগী খূদম অমনি।

নীংতমদ্রবদি চাওখৎপা য়ারোই। নীংতমলালগী ৱারীদা খোংজাই লাল অসিসু অচৌবা থৌদোক অমনি। মহারাজ চুরাচান্দনা পানবা মতমদা বৃটিশ সরকারগী মায়োক্তা খোংজাই লালহৌ থোকখিবনি। খোংজাইগী লাল লোইরবা মতুংদা বৃটিশকী শাসনবু থুগায়নবা জাদোংনাংনা কন্না হোৎনখি। মহাক্না হোৎনবগী মহয় য়ানবা ঙমখিদে। অদুবু মরৈবাকনীংবা মীশিংগী পূক্লিংদদি কাউবা ঙম্নখিদে। মহাক্কী ঈৱাং অদু কংলৈপাক্তদা নত্তনা কছাড়, ডিমাপুর অমসুং মকোকচুং ফাওবা শন্দোকখি। জাদোনাংনা বৃটিশকী ফাঁসিদা মথৱায় কৎখ্রবসু মহাক্না তৌরমখিবা থবক্তি অদুম নীংশিংহৌখি। মহাক্কী ম৲ানুপী গাইডিলুনা লুচিংদুনা মহাক্কী মপাগী ঈৱাং অদুগী ঈথক অদু হাইগৎহনখি। গাইডিলুগী থৌনা অমসুং মরিংজেল অদুবু য়েংলগা ভারত সরকারনা মহাকপু সন্মান তৌবা ওইনা "রানী" হায়বা মিংথোল অদু পীখি। মদুদগী মহাকপু রানী গাইডিলু হায়না খঙনখি।

বৃটিশনা কংলৈপাক্কী শাসনবু চীং অমসুং তমগী শাসন তোঙান্না তৌনবা শেমখি। চীংমীশিংনা খৃষ্টিয়ান ধর্মদা চঙশিনখি অদুগা মখোয়বু ইংরেজীগী মহৈ ফংহনখিদুনা অনৌবা ঈৱাং অমা শাগৎখি। ঈংরেজী লোল অমসুং খৃষ্টিয়ান ধর্মগী লীপূন্না মখোয়বু কন্না পুনখি। তমদা লৈবা মীতৈ অয়াম্বনা অমুক হিন্দু ধর্মদা চঙখিবদগী চীংমীগা তম্মীগা লাপথোক্লবগুম তৌখি। অদুবু চীংমীশিংগী তোখায় তানীংবগী মওঙ অমা লৈজরবসু হৌজিক হৌজিক ফাওবদি চীংমী-তম্মী পূন্না চাওখৎমিন্ননবা লৈবাক শাসন তৌবদা থৌদাং লৌমিন্নরি।

অপূনবা কংলৈপাক্কী চাওখৎপা পুরক্তে হায়রবদি চীংমী অমসুং তম্মী অনীনা নুংশি-চান্ননা অমতা ওইবগী মওঙদা লৈমিন্নবা তাবনি। মপান্দগী চঙশিল্লকপা মীতোপশিংনা মীশীং নৎত্রগা শক্তি হেনগৎখ্রবদি য়েলহৌঙেদগী লৈমিন্নরক্লবা ঐখোয় চীংমী-তম্মীসে চাওখৎমিন্নবগী মহুত্তা মাঙখিবা য়াবগী অকিবা লৈ। মরম অদুনা ঐখোয়

চীংমী-তম্মী অনীমক্না ঈশা-ইশাগী ওইজবা অমদি ধর্মগী অখূবা মীৎয়েং থাদোক্নরগা মচিম্মনাও ওইবগী রাখল্লোন্দা নুংশি-চান্ননা হিংমিন্নসি, অদুগা পূন্না চাওখৎমিন্নদুনা শান্তি ওইনা লৈমিন্নরসি। ঐখোয় অনীগী মরক্তা অমতা ওইবগী ফীভমদু লৈহনসি। তম্মীনা চীংদা কাদুনা অমদি চীংমীনা তমদা কুমদুনা পূকচেল শেংনা অমনা অমগী মতেঙ পাংনরসি। মদু ওইরবতদা ঐখোয় পূন্না চাওখৎমিন্নগনি।

## চীং-তমগী অপূনবা শক্তমদা চৈথেং

**লাই** হাক্তক্তগী হৌদুনা কংলৈচাশিংগী মরক্তা তৎন-থানবা য়াদবা মরী অমা অদুম লৈরকখি। ঈপুধৌ পাখঙবনা লাইনুরা তরেৎ পান্নরগা পোকখিবা মপারি তরেৎকী মচা-মশুশিং অদুনা অসুম অসুম মশীং য়ামশিল্লকখিদুনা মপারি অহল অহলনা চীংদা কাখিদুনা চীংলোল মপাল থুংনা খুন্দাখি। মখোয়না লোইবী চীং কাবা মতমদা *হৌ-হৌ* হাযবা ঈরায়-ঈনিল লাউদুনা কাখিবা মরমনা মখোয়বু *হৌ ( হাও )* হায়না খঙনখি।

অৱা-নুংঙাই কয়া শক্তক যামিন্নখিবা চীংবুরোই তম্বুরোইনি। ঐখোয়গী শওঙ-শাবান, কুচু-কুমেন অমদি মায়-মীৎনা ঐখোয়গী মান্নবা নৎত্রগা অপূনবগী শক্তম অদুবু য়াম্না শেংনা তাকই। মদুগীসু মথক্তা ঐখোয়গী থায়নগী চীং-তমগী অহল-লমনশিংনা লোল অমতনা (লোল মপী) মমালোল ওইনা ঙাওনদুনা অমতা ওইবা খুন্নাইগী অপূনবা শক্তম অমা লৈরম্মী। মতম অদুদদি *হাও* হায়রগা চীংমীশিংনা নুংঙাইজবম্মী। তম্মীশিংবু 'মীতৈ' হায়না কৌরগা অদুগা চীংমীশিংবুনা ' হাও' হায়না কৌরগা মতম শাংনা চারৌ-মৌরৌনদুনা হরাও-নুংঙাইনা লৈমিন্নরমখিবনি। ঐখোয় ঈ মশেলগী মরক্তা কনানা কনানি হায়নীংঙাই লৈতে। চীংমীশিংবু লমলানবনি অদুগা তম্মীবুনা মীতোপনি হায়বগী মরম পুথোকপা কনানসু ঙম্লোই।

অদুবু হৌজিক্তি চীং-তম অনীগী নুংশিনবগী ঈচেল অদু কংবা হৌরক্লে। মমাঙঙৈগী অমতা ওইরম্বগী শক্তম অদুবু অহোংবা কয়ানা মরম ওইরগা মমি শামহল্লকই। চীং-তমগী অপূনবা শক্তম কায়বা য়াবগী অকিবা লৈরক্লি। ঐখোয় পুম্নমক্কী থম্মোয়দা চিংনবগী মহুম শারক্লি। ঈমা লৈবাক্কী ঙমখৈ কায়বা য়ারোই হায়দুনা মীয়ামগী ঈহৌ অমসু ইং শোক ২০০১ গী জুন ১৮ দা থোকখি। হৌনরুবা তৌদনা মায়কৈ কয়াদগী মীয়ামগী ঈহৌ হৌরক্তুনা মীশি-মীনা কয়া থোকখিবনি। মদু কাউবা ঙম্লরোইদবা অচৌবা থৌদোক অমা ওইখি, অমুক হন্না অদুগুম্বা থৌদোক অমা থোকহন্দনবা লাক্লসি।

হিন্দু ধর্মবু তমদা নম্ফুদা শন্দোকখিবদগী হাও মাংই হায়দুনা ইস্থোকপীখি। অদুক য়াম্না নুংশিনরম্বা চীংবুরোই তম্বুরোইবু মতম অদুগী ময়াং লম্বোইবা চেঙ-চঙবা শান্তিদাসনা মীতৈ নিংথৌ পামহৈবদা ইনশিন্দুনা " হাওগা মীতৈগা শোক্ল-শম্নবা য়াদে, মাংই ; করিগুম্বা শোক্লপন্নদুনা চামিন-থকমিন্নরম্নবদি মরু কোকথোক্লগা শূনু-য়াইঙং তৈগনি, লোক্তাক্তা থাধরগা ঙাশিংগী মচীঞ্জাক ওইহনগনি " হায়বনচিংবা অহকপা য়াথং পীহল্লম্মী। নিংথৌগী চৈরাক কিজবদগী চীংমী-তম্মী কয়ানা অৱাবা কয়া খাঙখি। তম্মীনা হিন্দু ধর্ম চৎপা হৌখিবদগীদি হিন্দু ধর্ম লৌহৌদবা কংলৈচাশিংবু মাংই হায়না লৌখি। অদুগা মখোয়না হিন্দু ওনবা পান্নবসু মী অমমমদা লুপা ৮২ পাই ২ পীরগা য়াগনি হায়দুনা মতম অদুগী মণিপুর সরকারনসু লাউথোকখি। শেন্ফম অদু পীবা ঙমখিদবা তম্মীশিংবু মাংই হায়দুনা ইস্থোকখি। মখোয়বু সেদুল কাষ্টনি হায়না খঙনখি। হিন্দুগী লাইনীং-লীচৎ লৌহনখিদবা চীংমীশিংবুনা অমাংবা সেদুল ট্রাইবনি, হিন্দুগা চারৌ মৌরৌনবা য়াদে, ইমুংদা চঙহনবা য়াদে হায়দুনা মখোয়বু হিন্দু লাইনীং-লীচৎকী চেকপন অমনা খাখি। অদুগা অমরোমদা খৃষ্টিয়ান লাইনীং-লীচৎকী চেকপন অমনসু তম্মীশিংবু মায়কৈ অমরোমদা যেংথখি।

মমাঙঙৈদদি চীং অমসুং তমদা লৈবা মীশিং অসিগী মরক্তা অমাং-অশেংগী রা লৈরমখিদে, চামিন থকমিন্নরম্মী অমসুং মাচম্না ও ওইবগী ৱাখল্লোন্দা অমনা অমগী মতেঙ পাংনরম্মী. অদুবু ' হাও মাংই' হায়দুনা মখোয়বু ঈস্থোকপীরকখিবা অদুদা ঈকাই-নুংশিনা হাও হায়রগা নুংঙাইজরম্বদগী শাউরকখি। শাউফম থোকই, ৱারৌফম থোকই। মদুনা চীং-তমগী অপূনবা শক্তমদা চৈথেং পীখি। তৌবতদি মীতৈ পুম্নমকপু শাউবীগনু, মবমদি মীতৈ কয়াবুসু নিংথৌগী মীওৎ-মীনৈ ফংহনখি। মদুদা খাঙবা ঙম্নক্তদুনা মীতৈনা মীতৈ ওইখিদবা কয়া য়াওখি। তম্মীনা হিন্দু অদুগা চীংমীনা খৃষ্টিয়ান ওইখিবদগী চীংমী-তম্মীগী অপূনবা শক্তম অদু কায়বা হৌরকখি। মদুগী ফীভম অদু ওইরক্লবা হোৎনখিবা নিংথৌ পামহৈবা হায়বা অদু হাও নিঙ্ঙোল নুংথিলচাইবীগী মচানুপানি।

অশেং-অমাং অমসুং অৱাং-তনেম খায়বা হৌরকপগী চৎনরোল অমা কংলৈপাক অসিদা পুশিল্লকখিবা অদুনা চীং-তমগী অপূনবা শক্তমদা অকনবা চেথেং পীখি। নিংথৌ পামহৈবনা কংলৈপাকপু মণিপুর হায়না ওস্থোকখিবগা লোয়ননা কংলৈলোলসু শেমদোক- শেমজিন তৌখি। মহাক্না রমান্দী ধর্ম লৌখিবগা লোয়ননা মীয়ানমচা শান্তিদাসনা হায়বা খুদীংমক ইন্দুনা কংলৈচাশিংবু ময়াংগী ধর্ম, চৎনবী অমসুং

লাইনীংদা পুশিন্নবা কন্না লাক্লখি। চেঙ-চঙবা লায়রবা লম্বোইবা শান্তিদাসপু চঙজফম পীবা গুম্মি হায়দুনা পামহৈববু গরীবনিৱাজ হায়না কৌখি, অদুগা অমুকসু মহাকপু শান্তিদাসকা লোয়নরকখিবা গোপালদাসতগী দিক্ষা লৌদুনা নাম ফংখি হায়দুনা মণ্ডোন্দা গোপাল সিংহ হায়বা মিংথোল অমসু ফংহনখি। মদুদা পামহৈবা হরাওবনা লোইখি। কংলৈপাক্কী মাইচৌশিংগা চাংদম্নরুবদা করিসু খণ্ডখিদবা ময়াং লম্বোইবা অদুবু নিংথৌগী গুরু হাপখি। মাইচৌ-শগুলেন মূখত্তুনা গুরু-শগুলেন লিংখৎখি। মাইচৌগী ৱা তাদনা গুরুগী হিগায়-ৱাশিংতবু অচুম্বনি হায়দুনা লৌখি। অসুম্না মহাকপু থমায়খিবদগী চীং-তমগী অপূনবা শক্তমদা অকনবা চৈথেং পীনবগী থবকশিং পায়খৎলকখি।

মহাক্না তম্পাক্তা হিন্দু খুন্নাইগী শক্তম অমা উৎনবা কন্না হোৎনখি। য়েক-সলাইবু গোত্রদা, ঐখোয়গী খোইয়ুম লাইশিংগী মমিংশিংবু হিন্দুগী লাইশিংগী মমিংশিংদা, ঐখোয়গী লাইফমশিংগী মমিংশিংবু হিন্দুগী লাইফমশিংগী মমিংশিংদা অদুগা ঐখোয়গী চীং-তমগী অপূনবা শক্তম্বু তাক্লিবা কংলৈপাকপু ময়াংগী মণিপুরদা ওম্বোক্তুনা ঐখোয়গী হৌরকফম তিন্নবা চীংমীশিংবুদি হুন্দোক্তুনা অমরোমদা থম্বীরম্মী। মদুনা মরম ওইরগা চীং-তমগী অপূনবা শক্তমদা মচেৎ তাহন্নবগী মচাক অমা ওইখি। মশাগী মনাৎ, লাইনীং, চৎনবোল গুরু মীয়াম্না চৎপা পাম্মি হায়বদু নিংথৌ পামহৈবনা খণ্ডবীরম্লবদি ফগদবনি, ময়াংগী লৌনম-লাংদা থুরম্লোইদবনি।

মীতৈনা হিন্দু ধর্মদা চণ্ডখিবদগীদি পোকপা, লুহোংবা, শিবা অমসুং অতৈ চৎনবীগী থৌরমশিং পূম্নমক বামোন্না পাণ্ডথোকপা হৌখি। শান্তিদাসকী মতমদগী হৌদুনা কংলৈলোল অমসুং কংলৈ ময়েক মাণ্ডহন্নবা হোৎনবা হৌখি। মদুগী মরমদি করিগীনো? চীং-তমগী অপূনবা শক্তম অদু তপ্না তপ্না অসুম মাণ্ডথরক্কনি হায়বনি। মদু শান্তিদাসনা মুন্না খণ্ডম্মী। ঐখোয়গী হি-য়াই চেল্লবা পুয়া ১২০ রোম মৈ থাদোকখি। কংলৈ ময়েক্কী মহুত্তা বংলা ময়েক ওইনা চৎনহনখি। সনা কোনুংদা অশেম্বা পুয়া কয়া কয়া ইখি। লাইগী ময়েক্না ইবা পুয়াবু মৈ থাদোক্লবগী মরালনা শান্তিদাসকী মশাদা মরাং-মরাংবা, নমথীবা লাইথুং পক্তুনা নাখি। মমৈথংদা মহাক্না চীংউ মাইচৌ খোংনাংথাবগী খূয়াখাদা চণ্ডজখি। য়েক্লবা ওইরবসু চণ্ডজরক্লবদি মথৱায় কনবীবা হায়বসি অৱাংবা থাক্কী মী অমা ওইবগী অথোইবা মগুণনি। মরম অদুনা মাইচৌ খোংনাংথাবনা লৈবাক্কী য়েক্লবা ময়াং লম্বোইবা অদুগী মথৱায় কনবীখি।

মীতৈ নিংথৌ পামহৈবনা য়াবীখিবদগী কংলৈপাক অসিদা হিন্দুগী লাইশণ্ড মথং মথং শাগৎলকখি। বামোনশিংনসু মখোয়গী লাইশণ্ডশিং শাগৎলক্তুনা হিন্দুগী

লাইশিং লাংপা হৌগংলকখি, অদুগা অমরোমদা ঈপা-ঈপুগী লাইশিংবু তুংদা থম্লখি। অদুদগীদি কোনুংদা গোবিন্দগী লাইশঙ শারকখি। রথযাত্রা, দলযাত্রা, রাধা-কৃষ্ণগী ৱারীনা থল্লবা হরাও-কুম্মৈ, শান্ন-কুম্মৈ মখল কয়ামুক হৌদোক্লকখি। ঐখোয়গী খোইয়ুম লাইশিংবুদি কাউথোক্লরকখি। ইস্নোকপীরবা চীংমী অমসুং তম্মীশিংবু মাংই হায়দুনা থস্নীরকখি। মদুনা মরম ওইরগা চীং-তমগী মরক্তা চেল্লকখিবা নুংশিবগী ঈচেল অদু কংবা হৌরকখি। মালেমদা লৈরিবা ধর্ম পূম্নমকপু ঈকাইখুম্নফম থোকই। তৌবতবু লৈবাক অসিদা হিন্দু ধর্ম পুশিল্লক্লবা হোৎনরকখিবদা ধর্মনা য়াদবা মীওৎ-মীনৈ কয়া তৌখিবা, কাহেন্না অমাং-অশেং খায়দুনা ঐখোয় চীংমী-তম্মী ঈচিন-ঈনাও অনীবু নুংশিনদনবা হৃ কামশিনখিবা, অমদি পোরম তাকপীরম্বা হি-য়াই চেল্লবা পুয়াশিংবু মৈ থাদোকখিবনচিংবা কয়া অদুনা ঐখোয় চীং-তমগী অপূনবা শক্তমদা অকনবা চৈথেং পীখি।

ঐখোয়না খ্বাইদগী নুংঙাইতবদি মতম অদুদা লৈরমখিবা অৱাং-অনেম, অশেং-অমাং, শোক্ল-শম্না য়াদবগী চৎনরোল অদুনি। হিন্দু ধর্ম লৌহনখ্রবা তম্মীশিংনা চীংমীশিংবু মাংই, অদুগা তম্মীশিংনা তম্মীশিংগী মরক্তা ফাওবা অমগা অমগা মাংই-শেংই তৌনখিবা অদুনা মরম ওইরগা শিবা ফাওবদা মচিম্নাও চঙনখিদবা য়াওখি। লাইনীং-লীচৎ হায়বসিদি মপাম্বোংগী নওে, নুং-গী ওইবা থম্মোয়গী ৱানি। চন্দণ থিনবগী শেল খায়দুনা চন্দণগী মমল লৌনবা চন্দণ শেনখায় তৌখিবা, মী অমবু মাংই নৎত্রগা শেংই হায়বগী ৱারেপ লৌবা ঙমখিবা, খুন্নাইগী অমসুং লাইনীংগী মতাঙদা ৱায়েল চৃপ্পী পায়রমখিবা ব্রহ্মসভানা ঐখোয়গী খুন্নাইগী অমসুং লাইনীংগী শক্তমদা অকায়বা য়াম্না পীখি। ব্রহ্মসভানা মীবু মাংই হায়দুনা ইস্নোকপা ঙল্লম্মী, অদুগা অমাংবা মীনা শেংনীংলবদি পৈশা পীরগা য়ানরম্মী। কয়াদা নোক্লীংখ্রবা মতৌনো!

অমরোমদ' অমুক মথক্তা পনখ্রিবা চফু কায়রগা কাক্লা হরাওবা য়াবগী ফীভম অদুগী খুদোংচাবা লৌরগা নোংচুপলোমদগী খৃষ্টিয়ানশিংনা খৃষ্টিয়ান ধর্ম শন্দোক্লকখি। মহৈতম্ফমশিং লিংখৎলগা লাইরিক তম্বী-তম্বীনা খৃষ্টিয়ান ধর্মগী লাইনীং শন্দোক্লকখি। ইং শোক ১৮৯৪ গী ফেব্রুয়ারী তাং ৬ দা সার উইলিয়ম পেটিগ্রিয়ুনা কংলৈপাক অসিদা লাকখি। মহাক ইং শোক ১৮৬৯ গী জানুয়ারী ৫ দা স্কোটলেণ্ডদা পোকখিবনি। মহাক্লা কছাড়দগী মীতৈলোল তম্লগা কংলৈপাক অসিদা লাক্লুনা খৃষ্টিয়ান ধর্ম শন্দোকপা হৌখি। ফয়েংদগী অঙোম পোরোম সিংহনা মীতৈগী ওইনা ইহান-হান্না খৃষ্টিয়ান ধর্ম লৌখি হায়নৈ।

ইং শোক ১৯০৫ দা পেটিগ্রিয়ু সাহেবনা য়াইস্কুল লোকলাউবুংদা লৈরমখি। মীতৈমখৈ খৃষ্টিয়ান ধর্ম লৌখিবা তারে হায়দুনা চুরাচান্দ মহারাজনা পেটিগ্রিয়ু সাহেবপু তম্পাক্তা ধর্ম শন্দোকপা থিংখি। মহাক্কী হেড কোর্টর উখ্রুলদা হোংখি। মফম অদুদা মহাক্তা অঙোম পোরোমসিংহগা লোয়ননা স্কুল অমা লিংখৎখি। অদুম তৌরগা মখোয় অনীনা চীংদা খৃষ্টিয়ান ধর্ম কন্না শন্দোকপা হৌখি। কংলৈচাশিংনা চীং-তম খায়দনা পুন্না ধর্ম অমতবু লৌরম্লবদি চীং-তমগী অপূনবা শক্তম অমা অদুম থম্বদা খরমখৈদি কান্নরম্বা য়াই। হৌজিক্তি মদু ওইখিদ্রবনিনা ঐখোয়গী অপূনবা শক্তমদা চৈথেং পীরে।

চীং-তমগী অপূনবা শক্তম অদুবু নিংথৌ অমসুং ব্রহ্মসভাগী শূগ্নম পথাপ্পা নমদুনা পূমকায় কায়হন্নবা লাক্লখি। লাইনিংথৌ পাখঙবা, লৈমরেলনচিংবা ঈপা-ঈপুগী লাই পূন্নমকপু য়াম্না হম্বনা য়েংখি। ঈপা-ঈপুগী লাইশিংদা অথেলপোৎ কত্তুনা থৌনিগদবগী মহুত্তা বামোনগী লাইশঙদা অথেলপোৎ পুদুনা কৎনবা হেনগৎলকখি। হিন্দু ওনখ্রবা পাঞ্জি অমদি মাইবদা অনা-অয়েক্কী লাংফমশিং কোক্লবগীদমক্তা য়েংলুরবসু বামোনগী লাইদা সিদ্ধা কৎনবা হেক্তা হায়রকখি। য়ুম খুদীংগী লাইনিংথৌ, লৈমরেল অমসুং ফুঙ্গা লাইরুগী খুভম য়াদুনা খুরুম্বগী চৎনবী অদুবুসু থাদোক্লরকখি। শান্তিদাসকী লাইথুং পক্লবা মশাদু মাইচৌ খোংনাংথাবগী য়াথং ইল্লগা পাখঙবগী লাইফমলেন পুরুকশৌবীদা লূপচরুবদগী কোকঙমদ্রবা লাইথুং অদু কোকচখিবনি। অদুবু লৌনম চাউবা শান্তিদাসকী নমথীরবা লাইথুং অদুবু কোকহনবীখিবা পাখঙবগী মিংলেন অদুবুদি মহাক্তা শোনগে হায়না খর্নখিদে। নিংথৌ অমসুং শান্তিদাসকী তৌখিবা থবক্তা ফজখিদবনা মখোয়গী পোলোইসু ফজখিদে।

মপা-মপুগী মনাৎ-লাইনীংদা নুংশিবা মাঙথরক্লবা ফুরূপ অদুদি থক-খা ওন্নরক্কনি। হৌনরোল অমসুং চৎনলোল মচেৎ তানা কায়গনি। ফুরূপ অমগী মহৌশাগী ওইবা শক্তম্বু কায়থরক্লবদি মপাঙ্গল শোল্লকই, অদুগা অতোপ্পনা উশিংলক্লোই। মশাগী শক্তম তাকপা ঙম্লক্লবদি মশাগী নীংতম্বা লৈরক্লোই, অতোপ্পগী থৌজালদা হিংলক্কনি। মমৈথংদদি ফুরূপ অদু চা ওখৎলকপগী মহুত্তা ফুরূপ অমা লৈরম্মী হায়বগী খূদম ফাওবা লৈরক্লোই। চীং-তমগী শক্তম কঞ্জনবগী হক ঐখোয় চীংমী-তম্মীদা লৈ। মীনাই ওইনীংবা কনাসু য়াওদে। মরম অদুনা ঐখোয়গী হক অসি মাঙহন্দনবা ঐখোয়গী তৌফম থোকপা ইথৌ তৌসি, অদুগা ঐখোয়গী অপূনবা শক্তম কন্নবা হোৎনহৌসি।

থায়নগী লাই ওইথ্রবী কংলৈ চনুরাশিংনা মতীং ফুদোক্লা লানফম কয়াদা য়েক্লবা কয়াবু মায়থীবা পীদুনা কংলৈপাক কনখিবনি। লৈমা সিনথোইজম্বী,

তাংজখোম্বীনচিংবা লৈমরেলশিং, লাঞ্জীং পুরেল পুথিবীনচিংবা থৌনা লৈবী চনুরা কয়াগী রারী লৈ। মপুরোইববু হাৎলগা লমদম অসিবু মাঙহন্নবা হোৎনখিবগী লমন খুমখিবী লৈমরেল থম্বালবু ঙসিফাওবা কংলৈ খুন্নাইসিনা কাউদ্রি। অদুবু হৌজিক্তি অদুগুম্বী থৌনাফবীশিং থোরকখিদ্রে। মদুগী মরম অমা শোয়দনা লৈরমফম থোকই।

মীতোপকী লাইনীং লৌঙৈদগী লুহোংবা নুমিৎতা মপুরোইবগী লুখাক মহাক্কী নুপীদা পীজবা হায়বদু মীতৈ ইমুংগী চৎনবী ওইনা মতম কুইনা লৈরমখি, হৌজিকমকসু মফম খরদদি চৎনবা য়াওরি। শাগৈ অমগী মৌ অমসুং ইমুং অমগী য়ুম্বুরেম্বী ওইদুনা নুংঙাই-য়াইফবা তানখৎচরক্কদবী চনুরাবু চৎনবীনি হায়দুনা লুহোংবা নুমিৎমক্তদা অতম্মনা মপুরোইবগী লুখাক পীজরম্বা অসি অফবা নত্তে, অদুগা লাইমিং লৌবা নুমিৎতা চার্নমৃতনি হায়দুনা বামোনগী খোঙবী মচুম পীথক্লরম্মী। মীগী লুখাক চাবা অমদি খোঙজুম থকপনা চৎনবী ওইখিবনা কংলৈ চনুরাশিংবু অনম-অহা চুহনখি। অদুদগীদি মখোয়গী চাদা- নাউদা পৃন্নমক অমম্বদা তাহনখি। মতীকচাবী কংলৈ চনুরা অমা হায়বীদো কংলৈ চনুরাশিংগী মবক্তদি শাংলবা মীরোলসিদা লৈরক্তি। মসিনা ঐখোয়গী অপূনবা শক্তমদা নাকল অমা শোম্থহল্লি।

কংলৈ পিবাশিংসু তৌজিক্তি মতীং লৈতবগুম তৌরে। মীতোপশিংনা মখৌ পেংঙনা, মনীংতম্ম' ঐখোয়গী ইম্ফাল ময়োনমক্তদা চুম-শো পায়দুনা লৈরিবসে কয়াদা শাক্ত লৈখ্রবনো ময়াংনা শাগৎলম্বা লাল্লোং !

কংলৈ চনুরাশিংনা মীয়ানশিংগা চারৌ-মৌরৌনবনা চঙখৎপনি খল্লকপা য়াওনবকপসি লাইবকথীবনি, কা হেন্না নুংঙাইবা পাম্বদগী মশাগী নাৎ অমসুং চৎনবীবু থাদোক্লম্মনি। মীতোপশিংগা চারৌ-মৌরৌনবা হায়বা অসি মী য়ামজদবা ফুব্দপতদি ফুকপ অদু মৃত্থৎনবগী মরম অমা ওইবকই। মদুনা কংলৈচাশিংগী শেংলবা ঈ পৃম্বা মাঙহনখিদুনা মখোয়গী শেংলবা শক্তম অদুবু মাঙহনখিবা য়াবগী অকিবদু লৈরক্লনি। মরম অদুনা চীং-তমদা লৈবিবা কংলৈচাশিংনা নাৎকী ওইবা চৎনবীবু ঙাক্লগা অশেঙবা অপূনবা শক্তম অমা শাগত্তুনা থম্বনা তুংগী চাওখৎপা ওইগনি।

হৌজিক্তি অমাং-অশেং কন্না লৈনরক্ত্রে, মীওৎ-মীনৈগী ৱাফমসু লৈত্রে। মরম অদুনা চীংমী-তম্মী অমতনি, মচিম্নমাওনি হায়বগী ৱাখল্লোন্দা য়ুম্ফম ওইরগা থায়না চীং-তমগী মাইচৌশিংনা থম্বীরম্বা লারৈ-লাথূপশিং অদু হাংদোকমিন্নদুনা নৈনরসি। ঐখোয়গী হান্নগী হৌরকফম অমসুং অরিবা মতৌবু নীংশিংদুনা হেন্না ফজবা অপূনবা শক্তম অমা পুরকপা ঙম্মবা লাক্লরসি। শোয়খিবা, লানখিবা কয়াবু

চুমথোকমিন্নবা, ঙাক্লবা অমসুং কাউথোক্লবগী মতম য়ৌরক্লে। চীং-তমগী অপূনবা শক্তমদা চৈথেং পীরিবা অসি মায়পাক্লা থেংনমিন্ননবা উপায় থিরসি।

অমগা অমগা নুংশিননা লৈমিন্নবা অসিদগী হেনবা ধর্ম অতোপ্পা অমা লৈতে। নুংশিবা হায়বদি ঈশ্বরনি। মশা মশাগী ধর্মবু কা হেন্না পাম্মনখিবদগী অতোপ্পা ধর্মবু চৈবা নৎত্রগা অতোপ্পা ধর্ম চৎপা মীবু য়েংথীবা ফত্তে, ধর্মনা য়ারোই। ধর্মগী মিংদা য়েংথীনবা নৎত্রগা লাল তৌনবা ধর্মগী ওন্ন-তৈনবনি। ধর্মনা ঐখোয়দা হায়রিবদি নুংশিনৌ হায়বনি। ধর্ম পূন্নমক্লা ফংনবা তান্নরিবসি ঈশ্বরবুনি। ঈশ্বর ফংলগা লোইরে। মীতৈ লাইনীংগীনা ঈশ্বর অমা, হিন্দুগীনা ঈশ্বর অমা অদুগা খৃষ্টিয়ানগীনা ঈশ্বর অমা হায়দুনা ধর্ম খুদীংমক্কী ঈশ্বর অমমম লৈগদবা নত্তে। ঈশ্বরদি অমতনি, অনী শুদে।

ধর্মগী কাওলুপ অমগা অতোপ্পা ধর্মগী কাওলুপ অমগা য়েংথীনরবদি মদু ধর্মগী মরাল নত্তে, ধর্মবু লান্না চৎলিবা মী মখল মখলদুগী মরালনি। ধর্মনা ঐখোয়বু য়েংথীনহনগদবা নত্তে, নুংশিনহনগদবনি। নুংশি-চান্ননা লৈমিন্নরবদি ঈশ্বরগী থৌজাল ফংগনি। মরম অদুনা ঐখোয় চীংমী-তম্মী অনীনা অপূনবা শক্তমদা পীরিবা চৈথেং অসি পূন্না ঙাকথোকমিন্নদুনা কংলৈপাক অসিবু কলহৌসি। মদুগীদমক্তা ঈশ্বরদা পূন্না হায়জমিন্নরসি।

## চীংগী ৱায়েল-পথাপ অমসুং লৈঙাকলোল

**মীওইবগী** চৎনবী অসিনা মীবু শাদগী তোঙান্না খন্দোক্লগা অৱাংবা থাক অমদা লৈহনবনি। মী অমনা মহাক মশামক্কী সমাজগী চৎনবীবু ইন্দ্রবদি মহাকপু মী অমনি হায়না লৌরোই। ঈশ্বরদি মখল মথেল ময়াম অমা পাম্বনিনা ইবুংঙো মহাক্না লৈঙাকলোল ময়াম অমা মীওইবদা চৎনহল্লি। কনাগুম্বা অমনা মখোয়গী ওইবা ৱায়েল-পাথাপ অদুবু থুগায়রবদি মহাক্না ফংফম থোকপা চৈরাক অদু ফংগনি। চীংমীশিংদি পূকচেল শেংনৈ অমদি লমচৎ ফনৈ। মখোয়গী চৎনরক্লবা আইনশিং অদুবু ইদুনদি থম্নরমখিদে, অদুবু থায়না মমাঙঙৈদগী লৈরক্লবা ৱারীশিং, জগোই-ঈশৈ, লাইশোল ঈশৈশিংনচিংবদগী খঙবা ঙমখি।

চীংগী খুল অয়াম্বা মনীংতম্বা লৈবাক অমমমগুম লৈনরম্মী, মশানা মশাবু শাসন তৌজবা ঙাক্তা ওইরম্মী। খুল অমনা অতোপ্পা খুল অমদা খূৎ কয়া থীংজিন্নরমখিদে। মখোয়না মমাঙঙৈদগী লৈরক্লবা চৎনবী, ধর্মগী ৱাশিং, ৱারীশিং, ঈশৈশিং, মপা-মপুনা হায়রমখিবা ৱাফমনচিংবদা য়ুম্ফম ওইরগা খুল খুলগী ওইনা শাসন তৌনরম্মী। খুলগী মকোক অদু খুল্লাকপা নৎত্রগা নিংথৌ হায়না খঙনৈ।

শাসনগী মীৎয়েংদা য়েংলবদি কংলৈপাক্কী চীংশিং অসি শরূক অনী থোক্লা খায়দোক্লম্মী। মখোয় অদুদি ঃ- (১) তম্পাক্কা থংনবা চীং অমসুং (২) তম্পাক্কী লাপথোকখিবা চীং। তম্পাক্কা নক্লবা চীং অয়াম্বদি কংলৈ নিংথৌগী মখাদা লৈরম্মী অদুগা অরাপ্পা চীংশিংদনা মতম মতমগী মতুংইন্না নিংথৌগী শক্তিগী মতুংইন্না অথোই-অহেন নাইনা থম্লমখি। করি-করিগুম্বা কান্দা অরাপ্পদা লৈবা চীংশিংগী চীংমীশিংনা কংলৈ নিংথৌগী মায়োক্তা লান্দাবা য়াওখি।

চীংগী খুল অমগী থবক তৌবদা খুঞ্জা কনাগুম্বা অমনা নোংমগা য়াওহৌদ্রবদি, মঙোন্দগী ৱাকোংশেল লৌনরম্মী, অদুবু ৱাকোংশেল পীদবা মীনা শা অমসুং য়ু পুথোক্লুনা

ব্রাকোংনবসু য়াওরম্মী। খুলগী লম অদুদি খুলগী অপূনবা লম ওইনা লৈবনিনা মদুদা হৌরিবা উপান্বীশিং, ই অমসুং মদুদা লৈরিবা নূং, লৈঙোই, তুরেল, লোকনচিংবা পূম্নমকপু খুলগী অঙম্বশিংগী অয়াবা য়াওদনা লন্নাইগী ওইনা শীজিন্নবা য়ারমখিদে। কনাগুম্বা অমনা মদুগী আইন অদুবু থুগায়বদি কোংগনি। উমংগী অকংবা শীংনচিংবা থিবদি খুলগী অঙম্বশিংগী অয়াবা য়াওদ্রবসু য়াই।

খুল অমগী ঙমখৈদি ইরায়-লায়না মূথৎপা ঙম্নরোইদবা চীংশাংশিং, তুরেলশিং, লোকশিংনা য়াৎলি। মদুগী ঙমখে য়াৎপা ময়াৎ অদুবু কংলৈ নিংথৌনসু য়াবীখি। খুল অমগী মনুংদা লৈরিবা তুরেল, লোক, লমশা, উচেক, উমংগী পান্বীশিং, নাপী-শীংনা, নূং, লৈঙোইনচিংবা পূম্নমক খুলদুগীনি। কনাগুম্বা খুঞ্জা অমনা মশাগী খুলগী তুরেলদা ঙা ফাবা, মশাগী খুলগী উমংদগী শা ফাবা য়াই। তুরেল অমগী শরূক অমতবু কনাগুম্বা মীশক অমখক্কীদা ওইবা য়াদে। তুরেল অদুনা কনাগুম্বা অমগী লম শোক্লবসু লম অদুদা চেল্লিবা তুরেলদুগী শরূক অদুবু খুঞ্জা অমনা হেক্তা শীজিন্নবদা অয়েৎপা পীনদে। খুলগী ওইনা লৈরিবা উমংগী উপান্বীশিং, নূং, লৈঙোইনচিংববু খুলগী অঙম্বশিংগী অয়াবা য়াওদনা কনামতনা য়োল্লগা করবার তৌবা য়াদে, অদুবু খুঞ্জা মশাগী নৎত্রগা খুলগী ওইনা লেম্না শীজিন্নবাদ য়াই।

খুলগী অঙম্বা মী অমা ওইবা তারবদি অঙম্বা মী অমা ওইরে হায়বা ব্রাফম অদুবু য়াবীনবা শন্দং,ষণ, ওক অমদি য়ুনচিংবা পুথোক্লনা খুঞ্জাশিংদা পীজ-পীথক তৌবগী নাৎকী ওইবা উৎসব অমা তৌনৈ। থৌরম অদুবু হেক পাঙথোকখিবদগীদি নুপা অদুবু খুলগী অশেঙবা অঙম্বা অমা ওইরে হায়না য়াবী, অদুগা মঙোন্দা খুলগী অঙম্বগী চে-চাং শীন্নৈ। খুল্লাকপগী ফমদগী হম্থবা ফমশিং পায়বা অঙম্বশিংগীদমক্তদি ফমকাবগী থৌরমশিং পীক্লা পীক্লা পাঙথোক্লে।

খুলগী খুল্লাকপা অমদি মহাক্কী মখাদা লৈবা লুলাকপা, মন্ত্রী, মীতৈ লম্বু, সেনাপতিনচিংবা অঙম্বশিংনা ব্রাথোক অমবু লোইশিন্নবা খুঞ্জা অমবু হেক্তা লাকউ হায়না কৌবা ঙম্মি। মখোয়না লমগী থৎনবা, মী হাৎপা, ফুন-চৈনবা, হুরান-চীম্থী তৌবা, নুপা-নুপী খায়নবা অমদি অতোপ-অতোপ্পা আইন-থুগায়বগী ব্রাথোক-লাম্খোকশিংবু বিচার তৌবা ঙম্মি। মখোয়গী খুদোংচাবা অমনা খুলগী থৌরম অমা নৎত্রগা চাকচা-হৈজানবা অমা থোরকপা মতমদা মখোয়না অকন্নবা শা, য়ুনচিংবা ফংনরম্মী।

য়ুমদা য়োকপা শা অমনা মরাল অমা তৌরবদি শা অদুগী মপু চেন্নৈ। কনাগুম্বা অমনা শাশিংদা থৌজিল্লগা ব্রাইনহনবদা লাইবকথীবদগী শা অমা শোক্লবদি নৎত্রগা

শিরবদি থৌজিল্লিবা মীশক অদুনা শোল্লিবা নৎত্রগা শিরিবা শা অদুগীদমক্তা ব্রাকোংশেল পীগনি। করিগুম্বা হূইগুম্বা শা অমনা কনাগুম্বা মী অমবু চীক্লবদি অশোকপা মী অদুবু শাগী মপুনা অশোকপদু ফত্ত্রিবফাওবা পৈশা পুথোক্লগা লায়য়েংগনি। অদুগা হূইগুম্বা শা অমনা কনাগুম্বা মী অমগী য়ুমথক্তা কারুরবদি য়ুম্বু অদুদা শাপ তৌরবনি অমসুং য়ুম অদুদা অমাঙ-অতা থোকহল্লগনি হায়না লৌনৈ। মরম অদুনা শা অদু নুমিৎ তাদ্রিঙৈদা হাৎহৌবদা অকায়বা লৈনদে। শা অদু য়োম্থোক-য়োনশিন তৌবা য়াদে। শা অদু হাৎলবা মতুংদসু মীগী ময়ুম মথক্তা কারুবগী মরাল লৈরবা শা অদুগী মপুনসু য়ুম্বু অদুদা কোংগনি। মদুনা শাপ অদু কোক্লবগী উপায় ওইনৈ।

হুরানবা মীশিংবু মখোয় মখোয়গী মরালগী মতুংইন্না চৈরাক পী। হুরানবা মী অমবু ফারবদি মহাক্লা হুরান-পোৎ অদু মপুদা হনবা তাই, নৎত্রগা হুরান-পোৎ অদুগী মমল অদু পীবা তাই। মদুগী মথক্তসু খুলগী অঙম-অথৌশিংনা হুরানবা মী অদুবু শা অমসুং য়ুনচিংবা কোংহনগনি। খুদম ওইনা হায়রবদা শা-হুরানবা মী অমনা হুরাল্লুরিবা শা অদু মপুদা হনবা নৎত্রগা শা অদুগী মমল অদু মপুদা পীবা তাই। মদুগী মথক্তসু মহাকপু কোংবা য়াবা কয়াসু কোংহনগনি।

. খুলগী অঙম্বশিংগী ফমশিংদি ৭/৮ লৈনবসু য়াওই, অদুগা মদুদগী হন্থনা লৈনবসু য়াওই। খুদম ওইনা হায়রবদা অনালগীদি খুল অমা শাসন তৌনবগীদমক্তা মখাগী ফম তরেৎ অসি লৈ, অদুবু মদুদগী মশীং হন্থনা খুল্লাকপা, মন্ত্রী, লুলাকপা, মীতৈ লম্বু অমসুং সেনাপতি হায়দুনা ফম মঙাখক্তা লৈনবসু য়ওই।

(১) খুরুউং (নিংথৌ নৎত্রগা খুল্লাকপা),
(২) মীরুউং (খুরুউংগী মতেঙ পাংবা ঙমথং),
(৩) তাংশেল (সেক্রেটরি),
(৪) পামরুউং (ফোরেস্ট মন্ত্রী),
(৫) দোনরুউং (শাশিংগী মন্ত্রী),
(৬) মিনরুউং (ফাইন্যান্স মন্ত্রী),
(৭) খোলপুউ (পুরোহিত)

মথক্কী ফমশিং অসিবু পুনবা মীশিং খনবদা মখোয়না মখাগী গুণশিং অসি চেনগনি ঃ-

(১) মখোয়গী অশেঙবা ঈ ওইগদবনি।
(২) চহী ২৫ নৎত্রগা মদুগী মথক্তা ওইগনি।

(৩) সরকারদা যুমগী খাজনা থীরবা ইমুং অমগী মী ওইগনি।

(৪) মখোয়গী খুন্নাইগী চৎনবীবু থুগায়দনা লুহোংখিবা মী ওইগদবনি।

(৫) মীহাৎপা নৎত্রগা অতোপ্পা আইন-কায়বা থবকশিং তৌদবা মী ওইগদবনি।

(৬) যুরাই হৌদবা মীশক অমা ওইগদবনি।

(৭) লমচৎ-শাজৎ ফজগদবনি।

খুলগী ব্রায়েল-লোয়শণ্ডা ব্রাকৎপা মতমদা ব্রাকৎলিবা মী অমনা ব্রাকৎ অদুবু অইবা চেরোল ওইনা পীগনি ; করিগুম্বা মতমদনা আইবা চেরোল ওইনা পীদনা চীনতনা হায়রগা ব্রাকৎলবদি মহাক্কী ব্রাকৎ অদুগী মরোলশিং অদু ব্রায়েল-লোয়শণ্ডা রেকোর্ড ওইনা থম্নবা ইশিনগনি। খুলগী অঙম্বশিং অদুনা বাদী অমসুং বিবাদী অনীমক কৌরগা বিচার তৌনবা নুমিৎ লেপকনি। মখোয়না কৌবদা মরম চাদনা হেক লাক্তবদা লাক্ত্রিবা মী অদুদগী মতীকচাবা জরিমানা লৌগনি। করিগুম্বা ঙক-কনবা মীনা লাক্রুবদি মহাক্কী ব্রথোক অদুগী মরমশিং অদু মরী লৈনবা এসঃ উীঃ ওঃ দা খণ্ডহনগনি। এসঃ উীঃ ওঃনা অমুক পুলিশতা তাক্লগা মহাকপু ফাহনগনি। বাদী নৎত্রগা বিবাদীনা নাদুনা নৎত্রগা খুদোংথীবা অমা থোক্তুনা ব্রায়েলশণ্ডা তশেংনমক লাকপা ঙমখিদ্রবদি মখোয়গী বিচাব অদু নুমিৎ অমদা য়েথোক্কনি। অদুগা করিগুম্বা মখোয়গী বিচার অদু লোইদ্রিঙৈদা বাদী নৎত্রগা বিবাদী শিগ্লবদি অশিবা মীগা অহিংবা মীগগী বিচার তৌবা য়াদে।

লৈঙাকলোলগী মতাঙদদি ইং শোক ১৮৯৩ দা চীংশিং অসি শরুক মঙা থোক্লা খায়দোকখি অদুগা শরুক খুদীংমক লূপ সুবেদার অমমমগী মখাদা থম্লম্মী। লূপ সুবেদার অদুগী মখাদা লমবু কয়ামুক হাপতুনা চীংমীশিংবু শাসন তৌরম্মী। তম্পাক্কী লমশিংগুম্না চীংগী লমশিংগীদি খাজনা লৌনরমখিদে। মদুগী মহুত্তা চীংগী যুমকোক খুদীংগী লুপা ৩/৩ লৌবম্মী। অদুবু য়াম্না ফবা অমনা লুখ্রবীগী ইমুংদগীদি লমগী খাজনা লৌবীরমখিদে।

বৃটিশ লাক্ত্রিঙৈগী মমাঙদদি চীংমীশিংগী অপীক-অপীকপা ব্রাথোক-লাম্ছোক্কী বিচারশিংদি খুল খুলগী মচীন-তোংবা অহলশিং নৎত্রগা অঙম্বশিংনা তৌরম্মী। বিচারনা লুশিল্লক্লবা মতাঙদদি ব্রাশকপা চৎনরম্মী। মাওগী চীংমীশিংনা লৈপাক পায়রগা ব্রাশকপা চৎনরম্মী। করিগুম্বা চীংগী মফম খরদনা থংজৌ পায়দুনা ব্রাশক্লরম্মী। করিগুম্বা চীংগী মফম খরদনা অমুক ঈরুপ্পবসু য়াওনরম্মী।

ইং শোক ১৮৯১ দদি কংলৈপাক্লা বৃটিশকী মখা পোনখি। মদুদগীদি

চীংমীশিংগী কেশশিং চৈরাপ অমসুং জুদিসিয়েল দরবারনা তৌখিদ্রে। মখোয়গী কেশ পূম্নমক অহানবদা দরবারগী ভাইস প্রসিডেন্টনা তৌরম্মী। মহাক্না তৌবা বিচারদা পেন্দ্রগনা মণিপুর ষ্টেট দরবার (হিলস) গী প্রসিডেন্ট ওইনা থবক পুরমখিবা বড় সাহেবতা ব্রাকৎপা তারম্মী।

ইং শোক ১৯৪৭ তা কংলৈপাকনা ভারত্তগী হান্না বৃটিশকী মখা পোনবা তোকখি। ইং শোক ১৯৪৭ কী মণিপুর ষ্টেট হিল পিপলস (এডমিনিষ্টেসন) রেগুলেসনগী মতুংইন্না চীংগী খুলশিংগী ব্রায়েল-বিচারগীদমক্তা সার্কল কয়ামুক থোক্লা খায়দোকখি। য়ামদ্রবদা খাজনা থীবা ইমুং কুন লৈরবা খুঙ্গং খুদীংমক্তা খুলগী লুচিংবশিংনা শাবা বিচারগী নৎত্রগা লৈঙাকপগী মী কাঙবু অমমম লৈরম্মী। খুঞ্জাশিংগী ওইবা খনগৎলবা মীওইশিংনা সার্কল ওফিসারগা লোয়ননা খর ব্রাংবা থাক্কী বিচার লোয়শঙ অমা থম্লম্মী। মদুগী মথক্তা এসঃ ডীঃ ওঃ ওফিস লৈরম্মী। সার্কল ওফিসারগী লোয়শঙদগী ইম্ফাল হিল বেষ্কদা অমসুং হিল বেষ্কদগী কংলৈপাক্কী ওইবা চীফ কোর্টতা ব্রাকৎপা য়ারম্মী। বিচারগী মতমদা মাগী মাগী ফুরুপকী মনাৎপু য়াম্না ঈকাইখুম্নরম্মী।

মণিপুর হিল এরিয়াজ এক্ট, ১৯৫৬ কী মতুংইন্নসু খুল খুলগী ওথোরিটিশিং অদুম থম্লমই। খুলগী ওথোরিটি অমগী মরুওইবা মথৌদি খুল অদুগী আইন অমসুং চৎনবী ঙাকপানি, ঈরাং হৌহন্দবনি অমসুং চাওখৎ-থৌরাংশিং পায়খৎপনি। মী অমনা অচৌবা মরাল অমা হেক তৌবদা ওথোরিটি অদুনা মথক থোংবা ওথোরিটিগী অয়াবা য়াওদ্রবসু মহাকপু হেক্তা ফাবা অদুগা বিচার তৌবা য়াই। দরকারনবু লৈরবদি মফম অদুগী এসঃ ডীঃ ওঃ গী মতেঙ লৌবা য়াই। এসঃ ডীঃ ওঃ গী মথক্তা সেসন জজ অমসুং পূম্নমক্কী মথক্তা চীফ-কমিশনার লৈরম্মী।

খুঙ্গংগী কোর্টনা বিচার তৌবদা ঙমখৈ নাইরম্মী, অদুবু করিগুম্বা মতমদা ডিষ্ট্রিক জজনা খুৎথিংজিনবা নত্তনা খুঙ্গংগী কোর্টনা তৌবা বিচার অদুনা অয়াম্বা মতমদা অরোইবা ওইরম্মী। ইং শোক ১৯৬৩ দগীদি হিল এরিয়াজ ষ্টেণ্ডিং কমিটি হায়না খঙনবা চীংগী লমদমগীদা ওইবা কমিটি অমা লৈরকখি। ফাইনেলসিয়েল বিল নত্তনা চীংগী লমদমগা মরী লৈনবা থবক-থৌরম খুদীংমক কমিটি অসিনা খন্নবা হৌখি। মদুগী ব্রারেপ অদুগী মতুংইন্না এসেম্বলিদা থবক চথরম্মী। মদুদা করিগুম্বা য়েৎনবা য়াওরবদি চীফ-কমিশনারগী ব্রারেপ্না অরোইবা ওইনরম্মী।

ইং শোক ১৯৭১ দা কংলৈপাক অসিদা লৈবা চীংশিং অসিবু ওটোনোমস ডিষ্ট্রিক্ট তরূক থোক্লা খায়দোকখি। ডিষ্ট্রিক্ট খুদীংগী পাকচাউবা অদু গবর্নরনা অপাম্বা

মতুংইন্না হেনগৎপা নৎত্রগা হস্নুবা য়ারম্মী। অদুম অদুম ওইনমক হীরম খুদীংমক্তা হিল এরিয়াজ কমিটিগা তান্নরম্মী। ওটোনোমস ডিষ্ট্রিক কাউন্সিল খুদীংমক্তা মেম্বর ১৮ লৈরম্মী। মখোয় অদু প্রজানা ভোট থাদরগা খনখি। মখোয় অদু নত্তবা অতোপ্পা মীশক অনীসু সরকারনা হাপচিনবা য়ারম্মী। মেম্বর খুদীংমক্না থবক পায়গদবা মতমদি চহী মঙাদমক ওইরম্মী। অদুবু দরকার লৈরবদি চহী অমা ফাওবা শাংদোকপা য়ারম্মী। মখোয়বু ফার্ষ্ট ক্লাশ ওফিসারগুম লৌরম্মী। মখোয়না মখোয়গী মরক্তগী চেয়ারম্যেন অমসুং ভাইস চেয়ারম্যেন খল্লম্মী। করিগুম্বা মতমদসু সরকারনা চেয়ারম্যেন হাপ্লবসু য়াওরম্মী। মেম্বরশিংনা খনবা চেয়ারম্যেন অদুবু নুমিৎ ১৪ নীগী মতম পীরগা লৌথোকপা য়ারম্মী।

ডিষ্ট্রিক্ট কাউন্সিলগী থবক্তি য়াম্না য়াম্মি। লম্বী-থোং শেম-শাবা, প্রাইমারী স্কুল অমসুং কৈথেলশিং শেমগৎ-শাগৎপা, দিসপেনসরি অমদি পব্লিক হেলথ সেন্টর লিংখৎপা অমদি ফগৎহনবা, থক্লবা অমদি লৌউ-শিংউবনচিংবগী ঈশিং পীবা, লৈপাক-লৈহাও মাঙদনবা হোৎনবা, শা-ষণগী লায়না ঙাকথোক্লবা হোৎনবা, লম-পীথোক পীশিন তৌবা, অসিনচিংবসি কাউন্সিলগী থবকশিংনি। শম্না হায়রবদা লম অদুগী চাওখৎ-থৌরাংগী থবক খুদীংমক কাউন্সিল অদুনা তৌই।

কাউন্সিলগী থবক ময়াম অদু তৌবদা পৈশা ময়াম অমা চঙফম থোকই। মদুগীদমক্তা সরকারনা শেল পীথৈ। মদুগী মথক্তসু কাউন্সিলনা তৌবা থবকশিংদগী লাকপা পৈশা অদু কাউন্সিলগী চাগানি। ডিষ্ট্রিক্ট কাউন্সিলগী মরুওইবা আয়দি ঃ- (১) টেক্স, (২) ফী অমসুং (৩) কাউন্সিলদা শীন্নরকপা শেল-থুম। চহী খুদীংগী ওইনা চাগা-চাদিং উৎপা চে অমা কাউন্সিলনা সরকারদা থাগৎলি। কাউন্সিলগী মীফম খুদীংগী তাখিবা ব্রারেপশিং অদু ডিপুটি কমিশনারদা পীখৎকনি। কাউন্সিলনা শক্তি কাহেন্না শীজিন্নরকপা মতমদা কাউন্সিলগী ব্ররেপ অদু মহাক্না থিংগনি অদুগা তৌরিবা নৎত্রগা তৌগদৌরিবা থবক অদু লেপহনগনি। নুমিৎ তরামঙানীগী মনুংদা কাউন্সিলনা নৈনরিবা ব্রাফম অদু শেংদোকপা য়াই।

ইং শোক ১৯৪৭তা গণতান্ত্রিক সরকার অমা কংলৈপাক অসিদা লিংখৎখি। মেম্বর ৫১ না শাবা বিধান সভাদা চীংমী, তম্মী অমসুং পাংঙলগী মীহুৎশিং য়াওরম্মী। মন্ত্রী-মগুন্দা চীংমীগী, তম্মীগী অমসুং পাংঙলগী মন্ত্রীশিং য়াওরম্মী। কংলৈপাক্কী টেরিটোরিয়েল কাউন্সিল নৎত্রগা এসেম্বলিদা মীশীংগী মতুং ইন্না চীংদগী মীহুৎ য়াওখি। ইং শোক ১৯৭২ দগীদি চীংগী লমদমদা রিজার্ভ সীট ২০ থমদুনা চীংমীশিংগী রাজনীতিগী হক হেন্নমুক পীরকখি। মরম অদুনা কংলৈপাক অসিদা চীংমী-তম্মী পূন্না লৈবাক শাসন

তৌমিন্নদুনা চাওখৎ-থৌরাং কয়া পায়খৎমিন্নরি। ঐখোয়গী কংলৈপাক অসি চীংমী-তম্মী অনীনা শেমখিবনি অমসুং শেম্লিবনি। কংলৈপাক অসিবু হিংহনগে অমসুং চাওখৎহনগে হায়রবদি চীংমী-তম্মী অনীমকসে থোং মান্ননা চাওখৎমিন্নবা তাবনি। ঐখোয়গী মায়োক্তা লাকপা মীতোপশিংবু পূন্না থিংনবা লাক্লরসি। মীতোপশিংনা লাকচপ্লবদি ঐখোয়সে মফম-মরাং খণ্ডদনা মাঙখিবা য়াবগী অকিবা লৈ।

## মীতৈ পাংঙল

**মীতৈ** পাংঙল অসি য়েলহৌঙৈদগী হৌনা কংলৈপাক অসিদা লৈমিন্নরকখিবা নত্তে। কংলৈপাক অসিদা মুসলমান হায়না খঙনবা কাঙলূপ অমা হান্না লিংখৎখি। মৈদিংঙু খাগেম্বা সনা হাক্তক্তা হায়বদি ইং শোক ১৬০৬ কী ইঙা থাগী ১৭ নি পানবা ইরাই নুমিৎতা ময়াং কছাড়ীগী লানফমদগী পাসা তরফ মুসলমান ১০০০ রোম ফারগা মীতৈ লৈবাক্তা খুন্দাহন্দুনা মুসলমানশিংগী লোয়শঙ লিংখি। মরম অদুনা মুসলমান সমাজ অসিবু ইং শোক ১৬০৬ তগী মীতৈ লৈবাক্কী নিংথৌশিংনা শকখঙখি।

তরফ হায়বা লৈবাক অদু সিলেটকী মনুংচনবা লম সেবাইল পাবগানাগী অৱাং-নোংপোক্লোমদা কিলোমিটির ৫৫ রোম চৎলগা লৈবা হবিগঞ্জগী খা-নোংপোক্লোমদা কিলোমিটর ১৬ লোম থাপ্লা লৈবা মফমনি। লৈবাক অদুদা কোনুং ওইদুনা পাসা মুসলমান নিংথৌমচাশিংনা পাল্লম্মী। লৈবাক অদুগী নিংথৌমচা মহম্মদ সানীনা তরফ লৈবাক্কী খা-থংবা কছাড়গা তাইনবা লমশিংগী লৈঙাকপা নবাপ ওইরম্মী।

মৈদিংঙু খাগেম্বগী (খৃঃ ১৫৯৭-১৬৫২) পোকমিন্নবা মনাও অনী লৈরম্মী। মনাও য়াইমনা খুরাইলাকপা মৈদিংঙুচা চীংসোম্বনি অদুগা মনাও অতোনবনা য়াইস্কুললাকপা মৈদিংঙুচা সানোংবনি। মখোয় অনীগী ৱাথোক্তগীনি মীতৈ পাংঙলগী ৱাফম লাকখিবসি। মীতৈগী চৎনবী হিয়াঙ্গৈ কুমজনবা নুমিৎতা হিয়াঙ-লমজেলগী থৌরম অমা হাপসি হায়দুনা ইং শোক ১৬০৩ দা খন্নখি।

খুরাইলাকপা চীংসোম্বগী মশক-মতৌ য়াম্না ফজবা মধু কৌবা মনাই অচানবা পাখঙ অমা লৈরম্মী; অদুগা য়াইস্কুললাকপা সানোংবগীসু লবঙ্গ হায়না কৌবা মশক ফজবা মনাই পাখঙ অমা লৈরম্মী। মতম অদুদা খুরাইলাকপগী লতাম্না কৌবী শকহেনবী মমোম অমা লৈরম্মী। মৈদিংঙুচা অনীমক্না লতাম্নাবু মনাই মনাইদা থাজনীংলম্মী। মমোম লৈজদবা মৈদিংঙুচা সানোংবনা ময়াম্বা মৈদিংঙুচা চীংসোম্বদা মনাই লবঙ্গগীদমক্তা লতাম্না

পীবিয়ু হায়জরুবদা মৈদিংঙু চীংসোম্বনা মানা পোকবা মমোম্লি মানা থাজনীংবা মীশক্তা থাজগনি হায়দুনা মনাও অতোনবদা ঈকাইবা পীরকখি। মদুদা মনাও অতোনবা সানোংবনা ময়াম্বুং য়াইমা চীংসোম্বদা অমুক্তং লমন খুমগে হায়না থরুম তৌদুনা লৈখি।

মৈদিংঙুচা চীংসোম্বনা হিয়াঙ্গে কুমজনবগী হিয়াঙ লমজেল অদুদা তোংনবা তান্নহি লৈজদবনা মপাবুং মুংয়াম্বগী খোঙনেৎহি কবোঙম্বা চৌকাংফাবা কৌবা হি অদু মনাও ইবুংঙো মৈদিংঙুচা সনাহোংবদা পীরমখিবনা মনাও ইবুংঙো সানোংবদা মনাই হিরোইহনবা থাদুনা তান্নহি অদু ৱাইহল্লম্মী। তান্নহি অদু ৱাইরগা ইং শোক ১৬০৩ গী হিয়াঙ্গে থাদা লংথবানগী লৈসাংখোং খোংলেন্দা হিয়াঙ তান্নখি। হিয়াঙ-তান্নবা অদুদা হিয়াঙ অনী থেঙ্গাইনবদগী কবোঙম্বা চৌকাংফাবা কৌবা হি অদুগী তোংজেং হিরুদা কায়খি। অকায়বা হি অদু ফোৎলগা পীগে হায়বদা মৈদিংঙুচা সানোংবনা য়াখিদে। মহাক্না থমখিবা মলোম অদু কাউখিদে। মান্নবা হি অমা সিংবীগে নৎত্রগা সনানা লুপানা হি অদুগী মতীকচাবা মমল হল্লগে হায়বদসু মমা ইবেম্মা চাংবোম্বীনা য়ারুনু হায়না ইনর্শিনবীখিবদগী মৈদিংঙুচা সানোংবনা হান্নগী হিদুমক পীদবা য়াদে হায়দুনা চক্রি তৌরকখি। করিগুম্বা হি অদুমক পীবিদ্রবদি হি অদুবু পুখিবা হিরোইহনবদু হাৎকনি হায়না মচেক্লা য়ৈদুনা মৈদিংঙুচা সানোংবনা হায়রম্মী। ফনা য়াম্না থেম্লবসু মহাক্না য়ামনখিদ্রবদা ৱাফম অদু নিংথৌ খাগেম্বদা য়ৌহল্লকখি। নিংথৌ খাগেম্বনা ময়াম্বা অমা ওইনা সনা লূপ্পা হি পীরগে হায়রফাওবদা য়াদদুনা শিখাঙ খাঙদুনা লৈখি। মৈদিংঙু খগেম্বনা লৈপাক্কী নিংথৌ অমা ওইনা অমুক ৱায়েনবদা ৱাতাইবা ঙমখিদ্রে। অদুদগীদি মবুক য়াম্না ফত্তবা সানোংববু ময়াম্বুং মৈদিংঙু খগেম্বনা নিংথেম কোনুংদা লৈরগনু হায়না তাম্হোকখি। মদুগীনি সানোংবা হিগায়ৱা হায়না হায়নরকখিবসি।

মমা ইবেম্মা চাংবোম্বী অমসুং মৈদিংঙুচা সানোংবনা মখোয়গী খৃৎ শেম্লগা কছাড়দা চত্তুনা ময়াং কছাড়ী নিংথৌ প্রথফিনানগী মফমদা চঙজখি অদুগা হায়জরম্মী, "হে কছাড় নিংথৌ ইবুংঙো! মীতৈ লৈবাক অদু খায়বুং-খায়বুং তানরে। প্রজাশিংনা ইবুংঙো নহাকপু মীতৈ লৈবাক্তা লান্দারকপা পাম্মি। ময়াং নিংথৌ ওইবা ইবুংঙো নহাক্না মীতৈ লৈবাকপু মায়থীবা পীরগা ঐগী ইচানুপা সানোংববু মীতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইহনবীয়ু।" কছাড় নিংথৌনা হান্নগী শগোল শিন্নবগী লৈনখিবা থরুমগা পূনশিন্দুনা মহাক্কী সেনাপতি ভীমবল অমসুং য়াখারেক থারক্তুনা মীতৈ লৈবাক্তা ইং শোক ১৬০৩ অমদুং ১৬০৪ দা লাল অনীরক তারকখি। অহানবা লানফম অদুদা মীতৈগী লাম্মীদু খরা নোপললমখি অদুগা লালগী লানফা ওইনা মীতৈশিং ফাখি। মদুগী পাউ অদু তাবদা

মৈদিংঙু খাগেম্বা নিংথৌনা মীতৈগী অথৌবশিংগা লোয়ননা চোংথোরক্লুনা লাংজিং চীংখোঙদা ময়াংশিংবু মায়থীবা পীখি, অদুগা ময়াং লাম্মী ময়াম অমা ফাখি।

কছাড় নিংথৌনা মহাক্কী লাম্মীশিংখক্তনদি মীতৈবু মায়থীবা পীবা ঙম্লরোই খঙদুনা য়ুমলোন্নবা তরফ লৈবাক্কী পাসা মুসলমান নিংথৌ মহম্মদ নাজিরীদা কছাড়ীশিংনা মীতৈ লৈবাক্তা লান্দাবদা মতেঙ পাঙবীয়ু হায়না হায়জরুখি। তরফ নিংথৌ মহম্মদ নাজিরীনা মহাক্কী লৈবাক্কী মখাথংবা শরূক কছাড় লৈবাক্কদি তাইনবা লমশিংগী নবাপ মহম্মদ সানীদা কছাড় নিংথৌনা মীতৈ লৈবাক্তা লান্দাবদা মতেঙ পাংউ হায়না য়াথং পীরকখি। মরম অদুনা মহম্মদ সানী মশামক্তা সেনাপতি ওইদুনা অথৌবা ১৬ য়াওবা পাসা মুসলমান সিপাই ১০০৭ না শাবা তেঙ্গোল অমা পুরগা ইং শোক ১৬০৫ গী মেরা থাগী থানিন নিংথৌকাবা নুমিৎতা তরফ লৈবাক থাদোক্লুনা কছাড় নিংথৌগী কোনুংদা মীতৈ লৈবাক্তা লান্দাবদা লাল পাংনবা লাকখি। মহাক্তা কছাড় নিংথৌগী কোনুংদা মনাওনুপা অতোনবা সাহকুসুম অমসুং মচানুপা নাজরা থম্লম্লগা মনাওনুপা সৈখ চুনেৎ অমসুং কৌরিপ সৈখ অনীগা লোয়নবা মহাক্কী লাম্মী তেঙ্গোল, কছাড়গী ভীমবল অমসুং য়াকারেক কৌবা সেনাপতি অনীনা লালজিংলেন ওইবা লম্মী তেঙ্গোল অমা অমসুং মৈদিংঙুচা সানোংবনা লালজিংলেন ওইবা অথৌবা লবঙ্গ, তাংখোম্বা, ওইনাম পুকচাউ, থোকচোম মুবনচিংবা মীতৈ লাম্মী খরগা তিনশিন্নদুনা মীতৈ লৈবাক্তা লান্দারকখি।

লাল অদুদা মখোয়না মায়থীবা ফংগনি হায়বগী খুদম্শিং থেংনখি। মখোয়গী শামু খাগোকপনা লাল চৎলমদাইদা কছাড় নিংথৌগী মমাঙমক্তদা মপি তাখি। মখোয়গী সেনাপতিগী ফিরাল চৈখোক্তা মকু তোংখি। নিংথৌগী দোলাইসু লেংবান্দগী নাম্বুরক্লুনা লৈবাক্তা তাখি। লালগীদমক লাকখিবা শামুশিংসু থ্বাই তুরেল লাল্লু হায়বা য়াখিদে।

কছাড়ী ময়াং, পাসা মুসলমান অমসুং মীতৈ লাম্মী খবগী অপূনবা লাম্মীশিং অদুনা থ্বাই তুরেল লাল্লগা লাইমতোন ফৌরুংবা কারক্লুনা খৌবুম তারক্লগা খৌবুমগী লম্বীদা লৈবা থোংজাউ য়ৌরকপদা মাঙথংনা চৎখিবা লাম্মী খরনা পুখিবা কছাড়গী নোংমৈতোপ যাত্রাবা কৌবদুবু উখোঙ অমদা ঙাদুনা থম্লম্লগা লাম্মীশিং অদুনা চীংগী লোক্তা ঈশিং থকপা চৎখিরম্মী। চৈরক্লুদা মীতৈ লৈবাক্তগী ক্ষা মরু-মনা লম্লোনবা চৎখিবা ওক্রম ক্যাম্বা অমসুং ব্রাইরোকপম খুঙম অনীনা থেংনদুনা নোংমৈতোপ যাত্রাবা অদু হুদুনা পুরক্লগা মৈদিংঙু খাগেম্বদা কৎলখি। অদুদগীদি মীতৈ লৈবাক্কী নোংমৈতোপ অমখক্তা ঙাইরম্বদগী অনী শুখি।

লালগী পাউ অদু মাঙজৌননা ফংখিবদগী মীতৈ নিংথৌনা লালগী থৌরাং নীংথিনা তৌখি। মহাক্না মীতৈগী অকন-অথৌশিং খোমদুনা অৱাং-ইহারাইদগী য়াঙ্গোইবুং ফাওবা লাংখোং তৌদুনা লৈপল ৱাংনা থোল্লগা মফম মরিদা তেঙ্গোল মরি থোক্লা লিংলগা ময়াং লান্মীশিং ঙাইদুনা লৈরম্মী। মৈদিংঙু খাগেম্বগী লান্মী তেঙ্গোলগী লালজিংলেনদি মৈদিংঙু খাগেম্বা মশামক্না ওইরম্মী। খুবাইলাকপা চীংসোম্বা, লাইরেন নোংসামৈ, কিয়াম লাইরেনমৈ, সেক্তা চাবুতাবা, মোংবিজাম্বা হাওমু য়ারাবা, সলামচা ক্যাম্বা, ওক্রমচা ক্যাম্বা, ৱাইরোকপমচা খুঙম, ঙাংবমচা কোইঙম্বা, হাওবমচা অরোইবা, য়েলাংবমচা খুঙম, সলামচা চেকসা, চিবোমচা লাইরেনমৈ, মাইবমচা কৈসানচিংবনা লালচিংবশিং ওইরম্মী। শগোলতোংবা লান্মী ১৮০ অমসুং নোংমৈতোপ অনীনি মৈদিংঙু খাগেম্বগী লান্মী তেঙ্গোলদা য়াওখিবসি।

অহিং হেক ওইরকপগা ইহারাইদগীনা য়াঙ্গোইবুং ফাওবগী পল মথক অদুদা লিক্লাং পরেংগুম উচান মৈরা পরেং থান্দুনা লান্দারকপা লান্মীশিং অদুগী মমিৎ থকহনখি অমসুং মীতৈগী লান্মী মশীং য়াম্বা মালহন্দুনা মখোয়বু অকিবা পোকহন্নবা থৌরাং তৌখি। নুংথিল্গী মতমদনা নোংমৈ তোপ অনী অদু শগোলশিংনা থুনা য়াংনা চিংহন্দুনা শারিবা তেঙ্গোল মফম মরি অদু থুংনা কোয়চেন-চেন্দুনা নোংমৈতোপ কাপ্লগা য়েক্লবশিংদা তোপ মশীং য়াম্না লৈবা মালহন্দুনা কছাড়ী ময়াংশিংবু অকিবা অমসুং অথুকপা পোকহনখি। মখোয়না অৱাংবদগী লালগী খুদোংচাবা য়েংলিঙৈদা মৈদিংঙুচা খুবাইলাকপা চীংসোম্বনা শগোল থৌজিল্লগা ময়াং লান্মীগী সর্দার অকনবা অমবু শগোল মথক্তগী ফারগা কোন্দুনা পুরকখি।

থৌদৌ অদু উরুবদগী ময়াং কছাড়ী লান্মীগী লালচিংলেন অনীনা তরফ লৈবাক্কী লাল নেক্লরিবা মুসলমান লান্মীশিংবু তাক্লমখিদনা অহিং অমদা চেল্লকখিবদা খৌবুমগী কবুইশিংনা মীতৈ লান্মীশিংদা পাউ পীবখিবদগী তৌবুল খোইজুমানগী লমদমদা লাল শোক্লখি। লানফম অদুদা মৈদিংঙু খাগেম্বনা শগোল তোংদুনা হঙ্গৎহন্দা চেন্দুনা লাল শোক্লবদগী মীতৈ লান্মীনা মখোয়গী লান্মী ময়াম অমা ফাখি অদুগা খরনা চেনখি। মখোয়গী সেনাপতিদি মহাক্কী খোঙলোয়শিং খরগা লৈহৌখি। লানফম অদুদা মৈদিংঙু খাগেম্বা নিংথৌগী খোঙনেৎ শগোল অদুনা মোম্বীগী লৈহোমপাত্তা থরক য়ৌনা পুখখিবদুবু শৎপা ঙমদদুনা লৈরিঙৈদা মীতৈ নিংথৌবু মখোয়না ফাগে তৌরম্মী। মদুদা সলামচা কিয়াম্বা অমসুং ঙাংবমচা কোইঙম্বা অনীনা ময়াং লান্মীশিংবু তানা থিন্দুনা হাৎলগা মীতৈ নিংথৌবু কনখি।

মতুংদা নাকল অনীমক্রা পৃং অমদগী হেন্না নোংমৈ কাপ্লখি। মদুদা মীতৈগী শগোল লান্মী তরামঙা নোংমৈনা পান্দুনা শগোল মথক্তগী তারকখিবা অদুবু উবদা মীতৈ শগোল লান্মীশিংনা লানফম অদুদা চঙবা ঙমখিদে। মীতৈ নিংথৌ মশামক্রা শগোল তোংলগা ফুজিন্দুনা ময়াং তেঙ্গোল ১৭ থুগায়খি। ময়াং লান্মী খরবু তানা থিন্দুনা হাংলম্লগা মহাক্কী থাঙশাংনা শগোল খুরৌনবদগী লৈপাক্তা তাথোকখি। খর অমনা হায় মদুদি চীংগী শীংজা মৈচাকখাক্তা শগোলনা খূদি থীজিনবদগী শগোল মথক্তগী মৈদিংঙু খাগেম্বা লৈপাক্তা তাখি। মদুগী খুদোংচাবা লৌরগা লাংজাউ ১১ থেংপা মুর্নোন খাঁন্না চেনশিল্লক্তুনা মীতৈ নিংথৌগী মখূৎ তুংবুন্ননা পুনখি, অদুগা মহাকপু তানা থিন্দুনা হাংলগে হেক তৌরকপদা অথৌবা নোংসামৈনা চেনশিল্লক্তুনা কছাড়ী লোন্দা হায়রকখি, "হে অপঙবা ! লৈবাক অমগী নিংথৌবু মথৱায় লৌহৈদে। নিংথৌ অসিবু হিংনা ফারগা ময়াং নিংথৌদা কৎসি, অদু ওইরবদি মীতৈ লৈবাক লৌরবনি।" মীতৈ নিংথৌবু তুংবুন্ননা পুরিঙৈদা অথৌবা নোংসামৈনা চঙশিন্দুনা মুর্নোন খাঁনগী মথবাক্তা তানা লেংদুনা হাংলগা মীতৈ নিংথৌবু কনখি। অতৈ লান্মী কয়া অমসু তানা থিন্দুনা হাংখি। মদুদগীদি কছাড়ী লান্মী পুম্নমক চেনখি।

মৈদিংঙু খাগেম্বনা ময়াং তানখায়রম্লগ' য়াঙ্গোইবুংদা শারিবা পাসা মুসলমানশিংগী তেঙ্গোলবু মায়কৈ মরি কোয়শিন্দুনা শগোলতোংবা লান্মীশিং অমসুং নোংমৈতোপ অনী য়াওনা লান্দাদুনা পৃং অহুম চুপ্পা লাম্বেংনখিবদা মুসলমান লান্মীশিংবু মীতৈনা লাকচবা ঙমখিদে। মীতৈ নিংথৌনা মীতৈগী অঙম-অথৌশিংনচিংবগা খন্নরবা মতুংদা মুসলমান তরফ লান্মীশিং অদুবু খূৎলায় পায়নদুনা পাঙ্গলনা থেংনবদি গুম্লরোই খূৎলায় য়াওদনা লৌশিংনা ফারসি হায়দুনা তখেল, পাসা কছাড়ী, তেখাও লোলশিং নীংথিনা খঙবা অথৌবা নোংসামৈবু সন্ধি তৌনসি হায়রুচো অদুগা মখোয়গী লুচিংবশিং মীতৈগী লাম্বন্দা কৌরকউ হায়না থারম্মী।

পাসা তরফ লালচিংলেন মহম্মদ সানীনা লুচিংদুনা লালচিংবা ১৫ গা লোয়ননা মীতৈ লাম্বন্দা থুংলখিবদা অথৌবা নোংসামৈনা হায়রকখি, " মীতৈ ঐখোয়সু খূৎলায় থাদোক্লগে, নখোয়সু খূৎলায় থারো, হে বড়-সেনাপতি। ঐখোয়দা লোই কারো।" অথৌবা নোংসামৈ মশামক্রা হান্না খূৎলায় লৌথোক্তুনা থম্লবদা মুসলমান লালচিংলেন অমসুং লালচিংবশিংসু ঈকাইখাঙদগী খূৎলায়শিং লৌথোক্তুনা থম্মখি। মখোয়না খূৎলায়শিং থম্লিঙৈদা মৈদিংঙুচা সানোংবগী ময়াম্বুং য়াইমা খুরাইলাকপা চীংসোম্বনা মহম্মদ সানীবু লম্বা তৌদুনা হকথেংননা কোন্দুনা ফারগা অতৈশিংসু মপা মপা ফানদুনা

মুসলমানশিংবু মীতৈগী লাম্বন্দা ফাদুনা থমখি। মদুদগীদি নবাপ মহম্মদ সানীনা মানা পুরকখিবা পোৎচৈ পূম্নমক পাসা মুসলমান তরফ লৈবাক্কী লাম্নীশিংগা লোয়ননা মৈদিংঙু খাগেম্বদা লোই হাদুনা থা ৮ চুপ্পা শোক্লরকখিবা লাল অদু ইং শোক ১৬০৬ কী ইংঙা থাগী ১৭ নি পানবা নুমিৎতা লোইশিনখি।

লাল লোইরবা মতুংদা মুসলমানশিংবু মানা মানা হৈজরকখিবা নৎত্রগা তৌজরকখিবা শিনফমশিংদা থাজিন্দুনা খুন্দা লৈতাহন্নবা মফম পীদুনা খুন্দাহনখি। মানা মানা তৌরকখিবা থবক্কী মতুংইন্না মীতৈ নিঙ্ঙোল অমমম পীদুনা চাদা-নাউদাহনখি। পাসা মুসলমানশিংবু মীতৈ পাংঙল ওল্লকখিবা অদুদা মহম্মদ সানীগী মমিংদি মীতৈনা প্রসেনা লাংচিংলেন নৎত্রগা মংগন নিংথৌ সায়ি হায়না কৌখি। মঙোন্দা মৈদিংঙু খাগেম্বনা নোংথোম্বম চনু লাইওইবী (কোনুং খঞ্জবী) মায়তেক (শকতেক) কৌবীগা চকপ্রম চনু মেল্লৈ কৌবীগা মখোয় অনীবু তালোইশিং ওইনা পীরমখি। মহাকপু মতম অদুদা পাকা লৈকাই কৌরমখিবা হৌজিক্কা য়াইস্কুল নৎত্রগা মোইরাংখোম কৌরিবা মফম অসিদা মহাক্কী খুন্দাফম ওইনা পীখি। মহাকপু মুসলমান কাঙলূপকী ফুরূপ খুদীংমক্কী লৈঙাক-লৈকন, মীহাৎ-মীপুন, খৎন-চৈনবনচিংবগা মরী লৈনবা থৌদোক-ব্রাথোক পূম্নমক্কী ব্রায়েল তৌদুনা পাংঙল নিংথৌ সাযি হায়দুনা মীতৈ মসলমানশিংগী নিংথৌ ওইখি। মহাক্কা মীতৈ মুসলমান শাগৈ পূম্নমক্কী খুল্লাকপা ওইখি। মরম অদুনা মহাক্কী ফুরূপ্পু খুল্লাকপা ময়ীম হায়দুনা মৈদিংঙু খাগেম্বনা থোনবীখি। মমৈথংদদি খুল্লাকপা ময়ীমদগী খুল্লাকপম ওনখি।

ইং শোক ১৬০৯ গী ফাইরেল থাগী ১৭ নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎতা শৈয়দ অম্বিয়া, শৈয়দ অব্দুলা অমসুং সৈয়দ কালকা হুসেন্না কংলৈপাক্তা লাকখি। সৈয়দ অহুম অদুনা চহী অদুগী লমতা থাদগী মীতৈ লৈবাক্তা লৈখিবদগীদি মুসলমান সমাজগী লাইনীং-লাইশোলনচিংবা তৌহনখি। মহম্মদ সানীনা সমাজ অদুগী ব্রায়েল-থৌদা চহী ২৫ রোম তৌরকখি, অদুগা ইং শোক ১৬৩০ অদুব্রাইদা ব্রায়েল থৌদাগী থবক পূম্নমক মনাও য়াইমা সেকচুনেৎপু কাজীগী ফম হাপ্পুনা পুহনখি, অদুগা মহাক্লা অতোন-অরেম ওইনা লৈখি। মতম অদুদা মীতৈ মুসলমানশিং অদুবু শিনফমগী মতুংইন্না খুঞ্জা অমসুং খুৎহৈবা হায়না কাঙলূপ অনী থোক্লা খায়দোক্লম্মী। খুঞ্জাশিংনা লৈবাক্কী লাম্মী ওইরম্মী অদুগা খুৎহৈবনা লৈবাক অমা পানবগী চঙদবা য়াদবা পোৎচঙ নৎত্রগা পোৎশকশিং পুথোক্লম্মী। হায়রিবা মতম অদুদদি মীতৈ মুসলমানশিংগী থাক ব্রাংলম্মী। লৈবাক নিংথৌনা মখোয়বু লৈবাক্কী ময়োল ওইরিবা খুরাই, ব্রাংখৈ, খ্বাই অমসুং য়াইস্কুলদা

নিংথৌনা মশক খঙলবা লৈবাকমচাশিং ওইনা ৱাংনা থল্লম্মী। মীতৈ সমাজদা মখোয়না পানা থোক্লুনা লৈবাক্কী ওইবা থৌদোক-ৱাথোক অমসুং হরাও-কুম্নৌনচিংবদা শরুক য়ারম্মী।

ইং শোক ১৬৭৯ গী ইঙা থাগী তরুকনি পানবা ইরাই নুমিৎতা মুগলশিংনা/মোগলশিংনা মককতগী মীতৈ লৈবাক্তা লাক্লুনা খুন্দাখি। অদুদগীদি মীতৈ লৈবাক্কী মুসলমান সমাজগী মীওইশিংবু মুগল/মোগল হায়না খঙনবা হৌরকখি। মুসলমান সমাজনা মোগল সমাজ কৌথ্রবা মতমদা সমাজ অদুগী কাঙলূপ অনী লৈরমখিবা অদু মচা অমমম পোক্লকখিদুনা কাঙলূপ মরি থোকখি। খুঞ্জা কাঙলূপ্পু লাম্মী অমসুং মৌলবী হায়না অনী থোকহনখি অদুগা খুৎহৈববুনা খুৎহৈতা হায়বা অমগা ইঙ্খোলশঙবা হায়বা অমগা অনী থোকহনখি। লাম্মীশিংনা মীতৈ সমাজগী অপূনবা শক্তম্মু কায়দনবা শাদা-লান্দা মানা মানা গুমজবা মপাঙ্গল পুথোক্লম্মী। মৌলবীশিংনা থাক ইৱাং-ৱাংনা ধর্মগী থবকশিং তৌরম্মী। মখোয়না মীতৈ অমসুং মোগল সমাজগী য়াইফনবগীদমক্তা তাইবঙ মপুদা থৌনিরম্মী। খুৎহৈতাশিংনা শা-লান্দা চঙলক্কদবা খুৎশু-খুৎলায়নচিংবা শেম-শারম্মী। মদুদসু নত্তনা সমাজ অমা পানবদা চঙদবা য়াদবা পোৎশিং নৎত্রগা মচাকশিং শেম-শাদুনা মুসলমান সমাজগীতা নত্তনা অপূনবা মীতৈ লৈবাক্কী সেবা তৌরম্মী। অদুগা ইঙ্খোলশঙবশিংনা মীতৈ অমসুং মোগলগী চাগদবা থক্কদবা পূম্নমক্কী মথক্তা শা-লালগী পুগদবা চেঙজেল লৈবাক্কী কৈশিংদা পৈশিন্নবা মচাক তাল্লম্মী। মদুগীসু মথক্তা মখোয়না লৈমা নিংথৌ, অঙম-অথৌশিং অমসুং লৈবাক্কী পুক্কৈশিংবু শেন্নরম্মী। লাম্মীনা মৌলবীগী মথংদা অনীশুবা ওইনা লৈরম্মী। খুৎহৈতাশিংনা অহুমশুবা ওইনা অদুগা ইঙ্খোলশঙবশিংনা খ্বাইদগী নেম্বা থাক্তা মরিশুবা ওইনা লৈরম্মী।

লানফা অহুম হায়বদি মহম্মদ খম্বা, মনাওনুপা কম্রাম অমসুং পুনোমবু খোম্বীদোক হৈনৌখোংনেম্বীদা ইঙ্খোল শেমহনখি। কম্রামদা থৌবাল নিঙ্ঙোল খম্বী কৌবী অমা পীদুনা য়ুম পালহনখি। অহম্মদ খম্বদা সলাম নিঙ্ঙোল নোয়বী পীখি। জামানখাঁদা থোকচোম নিঙ্ঙোল চাউবী পীখি। অসুম্না অহানবা লাকখিবা লানফাশিংদা কংলৈ চনুশিং পীখি অদুগা লৈবাক অসিদা খুন্দাহনখি।

মৈদিংগু খুঞ্জাওবগী মতমদসু তখেললোমদগী মুসলমান তরেৎ লাকখি। ইশাকলিমুলা অমসুং মহাক্কী নুপী ফতিমানা মখোয়বু লমজিংলকখি। মখোয়বু অপোং ইঙ্খোলদা মনা-মশিং থাহন্দুনা লৈহনখি। ইং শোক ১৬৬৬ কী ৱাকচিংগী মঙানি পানবা ইরাই নুমিৎতা মৈদিংগু পাইখোম্বনা নিংথৌ ওইখি। মহাক্কী সনা হাক্তক্তা হায়বদি ইং

শোক ১৬৭৯ গী ইঙাগী তরূককনি পানবা ইরাই নুমিৎতা মকক (সিলেটতা লৈবা লম) লৈবাক্কগী নিংথৌমচাশিংনা লমজিংদুনা মুসলমান ৩৭ কংলৈবাক অসিদা লাকখি। মখোয়দসু কংলৈ চনুরাশিং পীশিন্দুনা কংলৈপাক্তা লৈহনখি। মথং ব্রাকচিংগী হুমনি পানবদা গুজরাট লৈবাক্কগী মুসলমান মঙাগা বামোন অহুমগা লাকখি। মুসলমানশিং অদুদা কংলৈ নুপীশিং পীশিন্দুনা শঙলাংমৈদা লৈহনখি। মৈদিংঙু চরাইরোংবগী সনা হাক্তক্তা খোইজু অমসুং ওনবা কৌবা মুসলমান অনীবু লৈশাংখোংদা লৈহনখি। মুসলমান মঙা অমবুনা খোংজোম মায়কৈদা লৈহনখি। মহাক্কী মতমদা গুজরাটতগী ফাকির মঙাসু লাকখি। পামহৈবগী মতমদগী (১৭০৯-১৭৪৮) হৌদুনা মুসলমানগী রেকোর্ড ফংবা ঙমখিদে।

মীতৈনা পামহৈবগী মতমদা হিন্দু ধর্ম লৌখ্রবা মতুংদগীদি মীতৈ মোগলশিংগী থাক অদু হন্থরকখি। অদুবু মখোয়গী সমাজদা লৈবাক নিংথৌনা অয়াম্বা মতমদা খূৎ থিংজিল্লমখিদে। ইং শোক ১৭৭০ গী মতুংদা তেখাওদগী মুসলমানশিং কংলৈপাক অসিদা লাকখি অদুগা খুন্দাখি। ইং শোক ১৭৭৩ গী মতুংদগীদি তেখাওশিংনা মহম্মদন ধর্ম চৎপা মীতৈ মুসলমানশিংবু পংগাল হায়না কৌখি। পংগালদগী পাংগল হায়না লোল থৈথরকখি অদুগা মমৈথংদা পাংগলদগী মীতৈ মুসলমানশিংবু পাংঙল হায়না খঙনরকখি। অদুবু মীতৈ মায়চৌশিংনদি মোগল নৎত্রগা মংগন হায়নসু অদুম শীজিন্নে।

কংলৈপাক অসিদা মুসলমান লৈরকখিবা অসি য়াম্না কুইদ্রি, অদুবু মখোয়গী মীশীংদি য়াম্না য়ামখৎলক্কি। মখোয়গী মীশীং অসি মরম কয়াদগী হেনগৎখিবনি। চাংচত্তা মীতৈদগী মখোয়না হেল্লি। চাংচত্তা মখোয়গী মীশীং হেনগৎপগী সেন্সস রিপোর্ট মখাদা পীজরি ঃ-

| সেন্সস চহী | মীশিং |
|---|---|
| ১৮৮১ | ৪,৮৮১ |
| ১৯৩১ | ২২,৮৬৪ |
| ১৯৫১ | ৩৭,০০০ |
| ১৯৭১ | ৭০,৯৬৯ |
| ১৯৮১ | ৯৯,৩২৭ |
| ১৯৯১ | ১,৬০,০০০ |
| ২০০১ | ১,৬৭,২০৪ |

কংলৈপাক অসিদা পাংগুল তাবা খুল ৮০ রোম লৈ। মখোয় অদুদি ঃ-

(১) থৌবাল মোইজিং, (২) সঙ্গাই য়ুম্ফম, (৩) শমুরৌ, (৪) সোরা, (৫) ককচিং, (৬) ফুন্দ্রে, (৭) হৈয়েল লবুক, (৮) হিয়াংলম, (৯) লপুপোকপী তেরা, (১০) সেকমাইজিন, (১১) ইরোং, (১২) থৌবাল লৈশাংথেম, (১৩) ফৌদেল, (১৪) ৱাংখেম মুস্লীম, (১৫) সিঙ্গা (১৬) য়াইরিপোক, (১৭) য়াইরিপোক বামোন লৈকাই, (১৮) কেক্রু, (১৯) তোপ, (২০) চীংথা, (২১) কামু চীং, (২২) ঙারিয়ান, (২৩) চাঙমদবী, (২৪) য়াম্বেম উচিৱা, (২৫) উচিৱা সম্থেল, (২৬) সিখোং, (২৭) ফৌকাকচাউ, (২৮) ৱাজিং, (২৯) অৱাং পুরুম, (৩০) হাফিজ হাত্তা, (৩১) মেনুথোং, (৩২) পোরোমপাৎ, (৩৩) খেত্রিগাও, (৩৪) খেত্রি বেঙ্গন, (৩৫) খেরগাও, (৩৬) কৈখু, (৩৭) পাংগোং মখোঙ, (৩৮) ক্যামগৈ, (৩৯) কৈরাও, (৪০) উরুপ-আরাপটি, (৪১) লিলোং (৪২) হাওরৈবী, (৪৩) ৱাঙ্গোই, (৪৪) ওইনাম হুইদ্রোম, (৪৫) হিয়াঙথাং, (৪৬) ময়াং ইম্ফাল, (৪৭) ময়াং ইম্ফাল বেঙ্গুল, (৪৮) শামুশঙ, (৪৯) পাউপীতেক, (৫০) চীংখম, (৫১) তুরেল অহনবী, (৫২) কাইরং, (৫৩) কমেং, (৫৪) খাবৈসোই, (৫৫) মোরেহ, (৫৬) খোমিতোক, (৫৭) চান্দেল, (৫৮) বিসেনপুর, (৫৯) নম্বারুপ, (৬০) ক্কাকতা, (৬১) চুরাচান্দপুর, (৬২) কোনুমা, (৬৩) কবোৱাকচীং, (৬৪) কৈনৌ, (৬৫) মাকলং, (৬৬) গৌরনগর, (৬৭) তোপ ইরিল মপাল, (৬৮) ইরিলবুং (৬৯) য়াইরিপোক খোইরোম, (৭০) জিরি ইস্লামবাদ, (৭১) বাবুপার (জিরিবাম) (৭২) বাখাল (জিরি), (৭৩) পৌরায়াঙবী, (৭৪) নূংগৈ, (৭৫) ক্ষেত্রিগাল, (৭৬) ক্ষেত্রি বেঙ্গুন, (৭৭) খেরগাও, (৭৮) কৈখুনচিংবা।

মহারাজ চন্দ্রকৃতিগী মতম ফাওবদা পাংগুলগী য়ুম্লাক নীফু পীরম্লগা মতুংদা পীখিদে। ৱাফম অসি মহারাজ সুরচন্দ্রনা ইং শোক ১৯৩২ দা মুন্না থিগৎলবা মতুংদা লাউথোকখিবনি। হৌজিক্তি কংলৈপাক অসিদা পাংগুলশিংগী য়ুম্লাক ৮০ রোম লৈ। মখোয়গী য়ুম্লাক অয়াম্বা মীতৈলোন্দা মমিং থোল্লি। খুদম ওইনা হায়রবদা হান্না লৈবাক অসিদা খুন্দাখিবা কাঙবুবু অরিবম, মচিস্মনাও খৎনদুনা য়ুম খায়দোক্লগা লৈনখিবা কাঙবুবু য়ুমখায়বম, শঙ্গোমশুম্না কাঙবুবু শঙ্গোমশুম্বম, কোরিনা কোললীক শাবশিংবু কোরিময়ুম, মাইবা শাবশিংবু মাইবম, শা-কাপ্পা কাঙবুবু শাকাপ্পম, অসিনচিংবা। থৌবালময়ুম্না থৌবাল মোইজিংদা হান্না তাখিবা কাঙবুনি, কৈনৌময়ুমনা কৈনৌদা হান্না তাখিবা কাঙবুনি, অসিনচিংবা। ময়াং লৈবাক্তগী লাকখি হায়বগীদমক ময়াংময়ুম কৌখিবা

য়ুম্লাকসু লৈ। মখোয়গী য়ুম্লাক খরদং মখাদা পীজরি ঃ-

(১) খুল্লাকপম, (২) ফুসম, (৩) ফুন্দ্রেময়ুম, (৪) য়ুমখায়বম, (৫) লুপলাকপম, (৬) খূহৈবম, (৭) অয়েকপম, (৮) কোরিময়ুম, (৯) শঙ্গোমশুম্বম, (১০) মনসম, (১১) পুখ্রিময়ুম, (১২) দোলাইপাবম, (১৩) হৱাই ইখোল, (১৪) লৌপানময়ুম, (১৫) য়ুমখাম, ৯১৬) ভূঞামযুম, (১৭) অরিবম, (১৮) মেরাইময়ুম, (১৯) বগীময়ুম, (২০) চেসম, (২১) মককময়ুম,(অঙৌবা অমসুং অমুবা), (২২) মাইবম, (২৩) থোংকোঙময়ুম, (২৪) কমলময়ুম, (২৫) বাসৈময়ুম, (২৬) কোম্থ্রময়ুম, (২৭) সাজৌবম, (২৮) লৈসাংখোং, (২৯) ইফম, (৩০) লবুকতোংবম, (৩১) মোইজিংময়ুম, (৩২) কৈনৌময়ুম, (৩৩) উরুপময়ুম, (৩৪) থৌবালময়ুম, (৩৫) মোইনাম, (৩৬) সাইরেম, (৩৭) ৱাংময়ুম, (৩৮) ফিসবম, (৩৯) সিঙ্গাখোংমন, (৪০) নোংজাইময়ুম, (৪১) কৈখোঙতা, (৪২) হিদাকইংখোলময়ুম (৪৩) নোংসায়াইবম, (৪৪) মেঞ্জরময়ুম, (৪৫) পঞ্চায়ময়ুম, (৪৬) কাজীখূৎ, (৪৭) য়াংখুবম, (৪৮) ওইনামময়ুম, (৪৯) ময়াংময়ুম অরিবা, (৫০) ময়াংময়ুম অনৌবা, (৫১) ফিরিংজিময়ুম, (৫২) লাইরিক য়েংবম, (৫৩) হৈখাময়ুম, (৫৪) শাকাপপম (শাককপম), (৫৫) মালসম, (৫৬) থাঙজম, (৫৭) তম্পাকময়ুম, (৫৮) ক্ওথোংময়ুম, (৫৯) কৈথেল ইখোল, (৬০) হৈপোকময়ুম, (৬১) নোংজাময়ুম, (৬২) উরুপময়ুম (৬৩) লেপাময়ুম, (৬৪) লবুকতোংবম, (৬৫) সিঙ্গাখোংবম, (৬৬) লৈশাংখোংময়ুম, (৬৭) য়াংখুম, (৬৮) সাজবম,(৬৯) হৈপোকময়ুমনচিংবা।

কংলৈপাক্কী মনুংদদা নত্তনা মপান্দসু কংলৈলোল ঙাঙবা পাংঙলশিং খুন্দা-লৈতাদুনা লৈ। চহী তরেৎ খূন্তাকঙৈদা কংলৈপাক্তগী পাংঙল ময়াম অমা কছাড়, হোজাই, ত্রিপুরা, বঙ্গালাদেশনচিংবদা চেনখি। মখোয় অয়াম্বা হল্লকখিদে। মখোয়বু মফমশিং অদুদা মীতৈ পাংঙল হায়না অদুম খঙনৈ। মীতৈ লৈবাক্কী ৱাংমদা খুন্দাবিবা মীতৈ পাংঙলশিংগী লমশিংগী মমিংশিং মখাদা পীজরি ঃ

(১) কছাড় ঃ- (ক) বাসকান্দি (কৈনৌ,সাবল লৈকাই, ইফম, হৈনৌমখোঙ, লম্বাববস্তি অমসুং খোরগান্দি), (খ) মোইজিং গোবিন্দপুর, (গ) জয়নগব, (ঘ) হিলাঘাট, (ঙ) সিংগারবন্দ, (চ) লালপানী, (ছ) তারাপুর, (জ) সপর মইনা, (ঝ) দোলুগাম, (ঞ) মোরোগাং, (ট) তোলেল খুল, (ঠ) লালাং, (ড) বাইবর, (ঢ) চিরিপারা, (ণ) কনোকপুর, (ত) কপ্তানপুর অমসুং (থ) ব্রাদ্রিপারা।

(২) হোজাই সালবাগান।

(৩) ত্রিপুরা ঃ- (ক) লতাসোরা, (খ) মিথিরমা, (গ) আলালি, (ঘ) লাটিয়াবিল, (ঙ) কমলপুর, (চ) মনিক ভণ্ডার, (ছ) মোলৈয়া অমসুং (জ) বোরবারিক।

(৪) বঙ্গালাদেশ ঃ- (ক) শ্রীপুর, (খ) জলালপুর, (গ) মাধবপুর, (ঘ) মৌলবী বাজার, (ঙ) কুনাগাও, (চ) ফুলতোরি, (ছ) ঘুরামুরা, (জ) ধালুয়া, (ঝ) ভানুগাছ, (ঞ) মনখৈ মখোঙ, (ট) সমসেরনগর অমসুং (ঠ) ভনুবীল।

(৫) সাউদি আরাবিয়া ঃ- (ক) তয়েক অমসুং (খ) জিদ্দা।

(৬) বর্মা (ম্যানমার)।

(৭) মালায়াসিয়।

মীতৈ পাংঙলশিংনা মীতৈ লৈবাক্কী অপূনবা শক্তম্ব কায়দনবা অমসুং নীংতম্বা কন্নবা হোৎনবদা থৌনা যাম্না ফনা লানফম কয়াদা চোংথোকখি। ঙসি ওইরিবা কংলৈপাক অসি মীতৈ পাংঙলগসু য়াওরগা শেম্মিন্নখিবনি। মৈদিংঙু পামহৈবা হাক্তক্তা অরাগা রাংজিংদা শোক্লখিবা লানফমদা মককময়ুম খুঙম অমসুং মুবা, খুল্লাকপম ঙৌবা অমসুং মকোরোক, বাসৈময়ুম খুঙম অমসুং লময়েং, ফুন্দ্রেমচা মাপল, মংগনমচা তোনবা, পাঠানচা চাক্রুলানচিংবনা মথরায় কৎখি। মোরাম্বা মতমগী তমু কৈথেলদা শোক্লখিবা লানফমদা পাংঙল কলা, হৈমুতোন, খুল্লাকপম খোম্বা, খুৎহৈবম চাইবা, তেলেঙ্গাখনবা মাইমু, পূকচাউ, তোনবনচিংবসু মথরায় থাখি। ইং শোক ১৮৯১ গী নীংতম-লান্দসু মীতৈ পাংঙল ৩০ য়াওখি। মখোয় অদুগী মমিংশিং লৈফমগা লোয়ননা মখাদা পীজরিঃ-

1. Babu alias Sangrokpa, Sagei Ipham.
2. Singa Dawan, Keirang Khabeisoi,
3. Niyamattullah, Sagei Ipham.
4. Moni Amandar, Sagei Ipham.
5. Hamoon, younger brother of Moni Amandar.
6. Naokan Tomba, Sagei Ipham.
7. Ajijur Rahman alias Shamu, Sagei Ipham.
8. Khamba alias Irong Tomba, Sagei Ipham.
9. Khama F/O Ahmad Ali, Keirao.
10. Chaodonpa, Kiyamgei.
11. Sanaola Haji (Nongjaimayum), Keikhu.

12. Sher Shah alias Chibandokut (Makakmayum) S/o, Feigojin Fakir, Lilong Leihaokhong.
13. Koya Shah (Makakmayum), Lilong.
14. Yusuf Ali, a palace guard in the palace i.e. Kangla.
15. Khelakut (Makakmayum), Lilong.
16. Tonjao (Makakmayum), Lilong.
17. Lamboiba Habildar (Makakmayum), Lilong.
18. Talandon Subedar F/o Khamba Haji, Lilong.
19. Pheira Jamadar F/o Umo and Munshi, Lilong.
20. Sangai Subedar (Makakmayum Angouba) F/o Abdul Haji.
21. Jay Jatra (Makakmayum Angouba ) F/o Abdni, Lilong.
22. Angou, younger brother of Jay Jatra.
23. Malei Buglar F/o Abdul Gafur, Lilong.
24. Abdulkrrim Buglar F/o Amir Ali, Lilong.
25. Asghar Ali alias Rupo Ali Mia, Sangai Yumpham.
26. Rahamattullah alias Oraoba (Makakmayum), Yairipok Tulihal.
27. Umo Nongshaibam, Yairipok Tulihal.
28. Haji Abungton (Khulakpam), Yairipok Tulihal.
29. Sadhu (Makakmayum Angouba), Yairipok.
30. Yusub alias Kona (Makakmayum) F/o Tamiz Haji of Yairipok Ningthounai.

As reported by
Manipur Muslim (Pangal)
Historical Society.

হৌজিক্তি মীতৈ পাংঙল হায়বা কাঙলূপ অসি অহানবদা মপান্দগী লাকখিবা ওইজরগসু কংলৈপাক অসিদা কংলৈ চনুরাশিং লৌদুনা চারোল-শুরোল কয়া ফংলগা খুন্দা-লৈতাদুনা লৈরক্লে। মখোয়না কংলৈচাশিংগা অমতা ওইনা লৈমিন্নরগা

অন্না-নুংঙাই পূন্না শরূক য়ামিন্নরক্লি। খৎন-চৈনবা তৌনগুমসি, চক্ষু কায়রগা ক্লাক্লা হ্রাওখিনি। ঐখোয় পূন্নমক্কী থম্মোয়দা অমতা ওইবগী রাখল চেলহনসি। ধর্মগী অখূবা মীৎয়েং থাদোক্লসি। গীতা অমসুং কোরাণনা ঐখোয় মীওইবদা অমগা অমগা য়েংথীনৌ হায়দে। কাঙলূপ কাঙলূপকী ওইবা নুংঙাইবা নৎত্রগা ওইজবা থিবনা ঐখোয় পূন্নমক্কী য়াইফবা ওইরোই। হৌজিক্তি ঐখোয় অমতা ওইরে, ঐখোয়গী ফজরবা অপূনবা শক্তম অমা শাগৎনবা উপায় থিমিন্নরসি।

## মীতৈ লাইনীং

**হয়িচক** (সত্যযুগ) হৌরকপদা তেংপানবা মপুরেল শিদবনা মালেমবু লৈশেমগে হায়দুনা লাইবুংথৌ মাপল লাইনুরা তরেৎ পুথোকখি। লাইবুংথৌ মাপল অদুদি ঃ- (১) অতিংগোক, (২) অতিয়া, (৩) অশিবা (৪) কোনচিন তুথোকপা, (৫) হারাবা, (৬) কৌবরেন, (৭) ৱাংব্রেন, (৮) থংজীং অমসুং (৯) মার্জিং, অদুগা লাইনুরা তরেৎ অদুগী মমিংশিংনা (১) হিপোকপী, (২) য়াইপোকপী, (৩) হিরৈমা, (৪) য়াইরৈমা, (৫) হিকুপী, (৬) য়াইকুপী অমসুং (৭) য়াইসনানি। মখোয়না ঔগ্রী হঙ্গেল ঈশৈ শক্ল-শক্লগা মালেম লৈশেম্বা হৌখি। লৈশেম্বা লোইরবা মতুংদা তেংপানবা মপুরেল শিদবনা মালেমদা খুন্দা লৈতানা লৈবা য়াবা তাইবঙ মী, শা-ঙা, অতোপ্পা মথৱায়পানবা জীব পূম্নমক মথং মনাও নাইনা শেম্লগে খনখিদুনা মখোয়বু ঙাকশেন্নবা নুমিৎ তরেৎ শেম্লগা মায়কৈ নীপালবু ঙাকশেলহনখি।

নুমিৎ তরেৎ অদুবু মায়কৈ নীপাল শুংদাই তরূকপু নীংথিনা ঙাকহনখি। অদুদগীদি তেংপানবা মপুরেল শিদবনা ইবুংঙো মহাক্কী হকচাঙ অদু অনীথোক্লা খায়দোকখি। য়েৎথংবা হকচাঙগী শরূক্তগী নুপাগী মশক পুথোকখি অদুগা ওইথংবা হকচাঙগী শরূক্তগীনা নুপীগী মশক পুথোকখি। নুপাগী শক্তম অদুনা অতিয়া শিদবা হায়না কৌখি, অদুগা নুপীগী শক্তম অদুনা লৈমরেল শিদবী হায়না কৌখি। তেংপানবা মপুরেলনা মালেম অসিদা খুন্দা লৈতানবা মী, শা, ঙা, উচেক-ৱায়ানচিংবা জীব পূম্নমক মথং মনাও নাইনা শেম্নবা অতিয়া শিদবদা য়াথং পীরকখি। তেংপানবা মপুরেলগী য়াথং অদুগী মতুংইন্না অতিয়া শিদবনা ঙমু শেমখি অদুগা ঈশিংদা থাদদুনা লৈহনখি। মদুদগী ঙমুবু মিতম্বা হায়না খঙনখি। মথংদা মখোঙ পানবা হঙোই শেমখি, অদুগা ঈশিং-কংফাল অনীমক্তা লৈহনখি, অদুদগীদি হঙোইনা কুমদম্বা হায়না খঙনখি। মথংদা য়োং শেমখি, অদুবু মী মান্দে হায়দুনা উমংদা লৈহনখি। মমৈথংদদি তেংপানবা মপুরেলগী

মিতম লাক্তুনা মীশক শেমখি। মদুবু মী হায়না কৌখি।

লাইনিংথৌ অমসুং লৈমরেল অনীনা য়াহিপ-চাকচা তম্লগা হরাও নুংঙাইনা শান্নমিন্নবদগী সনামহী অমসুং কোনচিনতুথোকপা কৌবা মপারি অনী পোকখি। অতিয়া শিদবনা মপারি অনীদা কোরৌ নোংখোং মালেম লৈখোং তরেৎলক হন্না কোয়রুরগা ইবুংঙো মহাক্কী মনাক্তা হান্না থুংলখিবা মহাক অদুদা মপাগী ফম্বাল অদু শিন্নগনি অদুগা কংলৈ পূংময়োলগী নিংথৌ হাপকনি হায়না তাকপীরকখি। মপারি অহল সনামহীদি কৈরেল তোংদুনা কোরৌ নোংখোং মালেম লৈখোং কোয়বা হৌখি। মনাও অতোনবা কোনচিনতুথোকপদি ময়াম্বগুম্না পাঙ্গল-থৌনা ফনা কোয়বা ঙমখিদবনিনা মথব্রায় য়াম্না নুংঙাইখিরমদে। মদুদা মমা লৈমরেন্না তাকপীবগী মতুংইন্না মপাগী ফানখোং অদু য়েৎওইননা তরেৎলক হন্না কোয়রম্মী অদুগা মপাবুংবু খুরুমজখি। মচাগী মতৌ অদু উবদা পেনবীরদুনা মহাক্কী মপাবুং অতিয়া শিদবনা মহাকপু মহাক্কী ওইথংবদা ফমহনখি। মপা মশক খঙই হায়দুনা মহাক্কী মমিং পাখঙবা থোন্দুনা কংলা ফম্বাল লাংহনখি।

সনামহীনা কৌরৌ নোংখোং মালেম লৈখোং তরেৎলক হন্না কোয়রুরগা মপাবু খুরুমজগে হায়না লাকচখিবদা মনাওনুপানা কংলা ফম্বাল লাংদুনা লৈরম্বদু উবদা শাউবনা মৈ হৌখি অদুগা মালেমবু ঈশিংগী ঈরোন্নুংদা লূপহল্লগে খল্লদুনা খৌছারকখিবদা মালেম অসি খা-থংবা মায়কৈদা নমথকি হায়নৈ। ময়াম্বগী অশাউবা মতৌ অদু উবদা অতিয়া শিদবনা চোংথোরক্তুনা মহাকপু খান্নগা হায়রকখি, "ননাও পাখঙবদি মপাঙ্গল শোল্লি খন্দুনা নপানা কংলা ফম্বাল শিন্নখিবনি। পারি নহাক্কী মালেম পূম্বগী মপু ওইনা তাইবঙ মীগী য়ুম খুদীংদা নিংথৌ ওইনা পাল্লু। য়ুমজাউগী ময়ায় কাগী য়েৎথংবদা নহাক ফম্বাল লাংজরো অদুগা ওইথংবদনা লৈমরেলগী খুভম থম্লসি। ফুঙ্গা মৈফমসু লিংদুনা ফুঙ্গা মৈনীংফম্বী ইমোইনু অহোংবীবুসু নহাক্কী থৌগল তৌহনগে।" অতিয়া শিদবনা অদুম্না থেন্নগা মনা ১০৮ পানবা থম্বাল অমা মপারি অহল সনামহীদা পীবিখি। মপাবুংগী য়াথং মতুংইন্না সনামহী অমসুং পাখঙবা মচিম্মনাওনা কংলৈ পূংময়োন্দা পানখি। অদুদগীদি তাইবং মীয়াম্না ঈড়াৎ-থৌনিনবা লাই ময়াম অমা মীগী মশক ওইনা পোক্লক্লখি। মখোয় অদুদি লাইবুংথৌ ৯, শরোই ৬৯, হেলোই ৭, লমলৈমা ৯, তুরৈমা ৯, ফমদৌ ৬৪ নি।

কংলা য়াইকোন্নুংদা লাইনিংথৌগী থম্মোয়দগী তাদুনা পুথোকখিবী (১) নুজা ইবেম্মা লাইপোক হূইমুলৈ পূকসিখোমপী, (২) হূইমু লৈমা, (৩) লোইখুমলৈ মব্রাই থোংঙাইলেনপী, (৪) লাইয়েক পীথেৎ লৈমা, (৫) লৈমা উলুম খাউচাউ তোনপী,

(৬) লৈথমতালি লৈমা অমসুং (৭) নোংহাইনু লিলী লৈমা হায়বী লাইনুরা তরেৎপু পাখঙবনা পান্নরগা মপারি তরেৎখক পোকখি। মখোয় অদুদি ঃ- (১) মঙাং, (২) লুৱাং, (৩)খুমন, (৪) অঙোম, (৫) মোইরাং, (৬) খা-ঙানবা অমসুং (৭) সরাং লৈশাংথেম। মমা তরেৎ অদুনা ঈচেল তরেৎ ফাংনা চেন্থখিদুনা কংলৈচাশিংগী য়েক-সলাই তরেৎ লৈখি। মরম অদুদগীনি ঐখোয়না পাখঙববু ঈবুধৌ পাখঙবা হায়না কৌনরিবসে।

মপারি তরেৎ অদুনা সলাই তরেৎ ওইপ্লবা মতুংদা মখোয়বু কংলা মেন তোংহল্লগা মঙাংনা ঈম্ফাল কংলৈ কংলাদা, লুৱাংনা লুৱাংশঙফম মকুইবী চীং কংলাদা, খুমন্না ফেন্তা লৈকোইবুং থৌবাল কংলাদা, অঙোম্না নোংমাইচীং কংলাদা (কোংবা তুরেলগী ৱাংমদা), মোইরাংনা লৈকোইপুং কংলাদা, খা-ঙানবনা সঙ্গাই ইম্ফম (ৱাংজিং) কংলাদা, অদুগা সরাং লৈশাংথেমনা লৈশাংখোং (ৱাঙ্গোই) কংলাদা নিংথৌ ওইনা কংলৈ তরেৎ থোক্লা খায়দোক্লগা পালহনখি।

সলাই খুদীংগী অপোকপা লৈ। মরম অদুনা ঐখোয়না ঐখোয় ঐখোয়গী অপোকপা খুরুম্বগী নুমিৎ, লৈ, ঙা, শীং, শানচিংবা মখাদা পীজরি ঃ-

(১) মঙাংগী অপোকপদি ইঙা থাগী ১৫ নি পানবা শগোলশেল নুমিৎকী নুমিৎয়ুংবা মতমদা পোকখি। নুমিৎ অসিদা মঙাং সলাইগী অপোকপা খুরুমনৈ। সলাই অসিগী মচুদি অঙাঙবনি, লৈনা থম্বাল অঙাঙবনি, হৈনা হৈরী হৈজাউনি, ঙানা ঙাহৈ নৎত্রগা শরেং মথাঙাঙবনি। শীংনা শয়ী উয়ুংনি। শানা মোংবনি, মৈনা মৈয়েদগী লৌই।

(২) লুৱাংগী অপোকপদি ৱাকচিংগী ১৭ নি পানবা ইবাই নুমিৎকী চীংখৈ হুল্লকপা মতমদা পোকখি। নুমিৎ অসিদা লুৱাংগী অপোকপা খুরুমনৈ। লুৱাং সলাইগী মচুদি হিগোকনি, লাইনা কৌব্রুনি। লৈনা খোঙ্গুলমেলৈনি, হৈনা কিহোমনি, হৈবানি। ঙানা শরেং শংলৈনবনি, শীংনা হৈক্রুনি, লানা লায়াইনি অদুগা মৈনা খোইজুনি।

(৩) খুমনগী অপোকপদি শজিবু থাগী ১৫ নি পানবা লৈবাকপোকপা নুমিৎকী অহিং নোংয়াইদা পোকখি। নুমিৎসিদা খুমন অপোকপা খুরুমনৈ। খুমন সলাইগী মচুদি অমুবনি। লৈদি ক্লাকলৈনি, হৈনা হৈবোংনি, ঙানা শরেং মুলৈনবনি, শীংনা চাউখোংনি। লাইদি ৱাংব্রেলনি, লানা চংবী লানি, শানা উথুমনি, অদুগা মৈনা মৈথাং তরেৎতগী লৌই।

(৪) অঙোমগী অপোকপদি ইঙেল থাগী ১২ নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎকী অযুক্তা পোকখি। নুমিৎ অসিদা অঙোমগী অপোকপা খুরুমনৈ। অঙোম সলাইগী মচুদি

অঙৌবনি, লৈদি থরো অঙৌবনি। শীংনা উপলনি, শানা (উচেক্লা) নোঙ্গৌবীনি। মৈদি মৈবা চিংলগা লৌই।

(৫) মোইরাংগী অপোকপদি লমতা থাগী ১৮ নি পানবা থাংজ নুমিৎকী নুমিদাংদা পোকখি। নুমিৎ অসিদা মোইরাং সলাইগী অপোকপা খুরুমনৈ। সলাই অসিগী মচুদি নাপুনি, লৈনা য়েরুম লৈনি, হৈনা কাংগ্রৌনি, ঙানা মথা নাপু ওইবা শরেংনি, শীংনা কুহীনি, মৈনা মৈথাং অহুমরক্তগী লৌই।

(৬) খা-ঙানবগী অপোকপদি কালেন থাগী ১০ নি পানবা নোংমাইজিং নুমিৎকী অয়ুক্তা পোকখি। নুমিৎ অসিদা খা-ঙানবা সলাইগী অপোকপা খুরুমনৈ। সলাই অসিগী মচুদি শংনা-লাংবনি। লৈনা লৈশং, হৈনা হৈবুং,ঙানা শংনা লাংবা শরেং, লানা লৈহৌলানি, শানা ওকনি, অদুগা মৈনা লৈখাম কনবী মৈব্রায়দগী লৌই।

(৭) শরাং-লৈশাংথেমগী অপোকপদি ফাইরেন থাগী ১৭ নি পানবা য়ুমশকৈশ নুমিৎকী অয়ুক্তা পোকখি। নুমিৎ অসিদা সলাই অসিগী অপোকপা খুরুমনৈ। সলাই অসিগী মচুদি শংবান্ননা লাংবনি। লৈনা লৈশংনি, হৈনা হৈতূপনি, ঙানা শংবান্ননা লাংবা শরেংনি, শীংনা নোংলৈশংনি, লানা চংবী লায়াইনি, অদুগা মৈনা মৈথাং মঙারক্তগী লৌই।

অপোকপা খুরুম্বগী মখল অহুম লৈ। অহানবা মখল অদুদি মপুরেল শিদববু খুরুম্বনি, অনীশুবদনা লাইনিংথৌ অতিয়া শিদববু খুরুম্বনি, অদুগা অহুমশুবা মখলগীনা ঈবুধৌ পাখঙববু খুরুম্বনি। শাগৈগী পীবাশিংনতা লাইগী থৌরমশিং পাঙথোক্লে। লাইদা কৎকদবা অথেনপোৎনচিংবা অদু তাইরেল/পুংফাইনা শেংদোক্কনি। শাগৈগী অখন্নবা মীওইনা লাইগী লুক হৌগনি। শাগৈগী অহল-লমন্না লাইগী হৈকৎ-লৈকৎনচিংবা তৌনৈ, মীতোপ্পা তৌরবদি শাগৈ ময়েং তাই।

হয়িচকতগী হৌনা মীতৈনা নুমিৎ কৌবা লাইবু ঈকৌদুনা ঈড়াৎ-থৌনিজরম্মী। চক অসিদা কাংবনা মীতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইনা পানখি। মহাক্না উহৈ-ব্রাহৈ মহয়-মরোংনা নুমিৎ কৌবা লাইবু ঈকৌদুনা ঈড়াৎখি। মতম অদুদদি শা-ঙা চানরমখিদে। মতম অদুদা জীব পূম্নমকপু নুংশিবগা লোয়ননা লুনা-চান্না তৌনরম্মী। নুমিৎতা কৎলুবা উহৈ-ব্রাহৈ, মহয়-মরোংনচিংবদু মখোয়দসু পীজরম্মী। থিংনাওতাওবী, লাংমৈরেম্বা, অঙাংঙানচিংবনা অনৌ- অপেৎ কয়া খরাইথক্তা হাপ্পুনা নুমিৎ কৌবা লাইবু খুরুম্লম্মী। লুব্রাং নিংথৌ পূঙ্গিবনা লাঙ্গোল চীংগী অব্রাংথংবা নাপোম লুব্রাংচীংদা চেঙঙৌ চাকলুক অমা অমুবা চাকহৌ চাকলুক অমা তোপ্পা তোপ্পা থারগা য়েনশাং, মনা-মশিং মথেল

শুনা অমদি মমৈ অশাংবা তোকপা ফারগা চংনা নুমিৎ কৌবা লাইদা কচ্চরগা ঈড়াংখি। চহী খুদীংগী থাবান কায়দনা নুমিৎতা অথেনপোৎ কত্তুনা খুরুম্নবা মতুংদা মীয়ামদা য়েম্থোক্তুনা পীজখি। মদুনা মরম ওইরগা লুব্রাং পূক্নিববু চারোল মঙা ফংনা শুরোল তরূক য়ৌনা তালোয় তরানীপাল পান্নদুনা নুংঙাইনা পানখি। চহী মশীং য়াম্না পূক্নিখিবদগী মহাকপু লুব্রাং নিংথৌ পূক্নিবা হায়না মিংথোনখি।

হয়াচকতা (ত্রেতাযুগতা) লৈশাংহনবনা পোইরৈ মীতৈ লৈবাক্তা নিংথৌ ওইখি। মহাক্না শা-ঙা অহিংবা ফারগা চংনা নুমিৎ কৌবা লাইদা কচ্চরগা ঈড়াংখি। চক অদুদা লৈশাংহনবনা অব্রাৎ-অপা করিমতা লৈতনা পাল্লিঙৈদা ঈখঙ-খঙহৌদনা অচৌবা য়ুহারাবা অমা থোকখি। মদুদা চীং কীম্থবা, লৈমায় চাউনা চেৎখায়বা অমদি নমথবা, তুরেল ফুনবা, লৈখুম্দগী লৈকূপ, ঈনাং য়াওনা ঈশিং ফাওগৎলকপনচিংবা তৌদুনা মী, শা-ঙা পূম্নমক লৈবা য়ারকখিদে। লমলক্কী লমশাশিংনা উমং-ব্রামংদা লৈবা ঙম্লকখিদদুনা খুল্লক্তা চেনশিল্লকপদা মী পূম্নমক খুল লিংবা ঙম্লকখিদে। ব্রানরবা মতম অদুদা লাই মৈকক, লাই মৈশাংনচিংবনা মনীং-মখাতম্না পোক্লকখি। লাই মৈথানবী অমসুং লাই মৈথাম্দবীনা অয়ুক-নুংথিল, নুংদাং খাক্তনা কোয়না চৎলকখিবদা মী পূম্নমক অকি-অখং য়াম্না নংনখি। নিংথৌ লৈশাংহনবনা নিংথৌ পোংবা তরাগা ব্রাতান্নদুনা তিম্থোং-লাইথোং অমসুং ঈবুধৌ মপালগী খুভম থিদুনা শারেল চল্লগা ঈড়াং থৌনিখি। লাইবুংথৌ মাপলনা উমংলাই মাপলদা শিন্নখি। উমংলাই মাপলনা লৈবা মফম মফমদা চত্তুনা কুরাক লমদাইখি। নোংথক্কী লাই কসা নিংথৌ কসারেন নামুংবা, লাইনিংথৌ সনামহী অমসুং নুমিৎ কৌবা লাইবু য়ুকৌখি। লাইনুরা তরেৎ, লমলৈমা তরেৎ, সরোই হূমফুমাথোইসু ঈকৌখি। অসুম্না লাই ময়াম্মু ঈকৌ-য়ুকৌবদগী লাই ফত্তবা পূম্নমকপু মাঙহল্লগা লৈবাক মরা তপ্না পানখি। অদুদগীদি সনামহী, লৈমরেল অমসুং পাখঙবা লাংপদা নত্তনা লাইয়াম্মুসু ঈকৌরগা ঈড়াং-থৌনিদুনা থৌরম কয়া পাঙথোক্লখি।

লাই লাংপদা অমাইবা, অশৈবা অমসুং য়োইরেন হায়বা অহুম অদুনা লাইগী থৌগল তৌনরম্মী। য়োইরেন্না লাইগী লৈতেং, লাথা-হৈথা, লাথূপ-লৈহুন, লাইদা কৎনবা পোৎলম শেম-শাবা, শিল্লাংবনচিংবা তৌগনি। অমাইবনা লাইমিং-তিলমিং শোনগনি। অশৈবনা শকশোনবনচিংবা তৌগনি। মী অমনা হেক্তা লাইগী থৌগল চঙবা য়ানরমখিদে, লাইপু লাইশক খঙবা মীনা সলাই মশক খঙনা থৌগল তৌনরম্মী।

নুমিৎনা পোকখিবা মালেম অসিনা অহানবদা মৈ মতূম অমগুম ওইরম্মী; মদুদগী অসুম অসুম ঈংথরক্তুনা মালেমসিদা থব্রায় পানবা পূম্নমক লৈখিবনি হায়বদু

খঙননবা মালেম ঈমা অসিবু মৈবী হানতোংনবী মৈরেল তোমশাংনবী হায়না শৈথানরি। অকনবা নূং অনীনা তক্লবদগী থোরকপা মৈরীক অদুনা অকংবা উনাশিংগী মথক্তা তারগা খঙহৌদনা মৈ হৌরকখি। মৈবু মশক খঙলকপদগী মৈ শীজিন্নবগী ৱাফম থোক্লকখি। মদুগী ৱারীবু মীতৈনা মৈহৌরোল হায়না খঙনৈ। মৈ অদু মুত্তনবা নোংমাইচীং চীংখোংদা তাবা অন্দ্রো খুন্দা ঙসি ফাওবা শীং য়াংদুনা লৈরি। নুমিৎপু লাইনি খন্দুনা ঈড়াৎ-থৌনিনখিবগী মতুংদা খাম্বী মৈবু ঈড়াৎনখি। য়ুমগী য়ুময়ায়দা মৈফম শেমদুনা ফুঙ্গা থমনৈ। ফুঙ্গাদা লৈবা লাইনা মরুরে হায়বগী ফুঙ্গা লাইরু হায়না কৌনরি। ইমোইনু অহোংবীগী খুভম য়ানরি। নুমিৎনা ঙঙ্গাননা থোরকপা মতমবু মঙাংগুরু, নুমিৎয়ুংবা মতমবু লুৱাংগুরু, মমশিল্লকপা নুমিদাংগী মতমবুনা খুমনগুরু হায়না কৌনরি। গুরু অহুমগী শক্তম লাক্লুনা মখোঙ অহুম পানবা য়োৎশবী থমদুনা শেম্বা ফুঙ্গাদা মৈ হৌরগা চেঙ-থোইদিং হৈ-লৈ কত্তুনা খাম্বী মৈবু ঈড়াৎনৈ।

ইমোইনু অহোংবীনা য়ুমথোং খুদীংগী ফুঙ্গা লাইরুদা লৈদুনা মীওইবগী অৱাৎ-অপা য়েংশিনবী। অদুগী মথক্তসু অৱা-অনা নংদনবা, চারোল-শুরোল শোয়দনবা, নুংঙাই-য়াইফনবা অমদি পূল্সি তোলোইনবা মীশিংদা ইমোইনুনা অফবা লীচৎ-শাজৎ তাকপী-তম্বী। তাইবঙ য়ুম্বানবদা য়ুম্লুবী নুপীনা মপুরোইবা অমদি মচা মশু পূম্নমকপু অৱা-অনা নংহল্লোই, থবক-ইশ্যাং তৌবদা মায়পাকহনগে হায়বরবদি অফবা লীচৎ-শাজৎ চৎকনি, ৱাঙাঙ-ৱাতা ফজগনি, মীকৌ-মীরম ফবী, মীনুংশি খঙবী, পূকচেল চাউবী, মপুরোইবা অমদি অহল-লমনগী য়াথং ঙাক্লা চৎপী ওইগনি। নোং হেক ঙানবগা লম-তু শেংদোক্লুনা লূ-নান্না থল্লগা ঈরু-মায়থজদুনা অশেঙবা ফি শেৎলগা নুমিৎ, সনামহী, লৈমরেল অমদি ফুঙ্গা লাইরুনচিংবা খুরুমগনি। অদুগুম্বী নুপীনা য়ুম্বানবা ইমুংদা ইমোইনুনা হরাও-হরাওনা লৈবীদুনা লাই ফত্তবা ফত্তবী অমতা লৈহল্লোই। অদুগুম্বা ইমুং অদুদা লৈবা মীশিংনা অৱাৎ-অপা লৈতনা নুংঙাইনা পূল্সি শাংনা লৈবা ঙমগনি।

য়ুম্লুবী নুপীনা চীম্থীবী, ঈশৌ-লাংবী, চৎপদা খোঙথাং মখোল হৌবী, মীৱা ঙাঙগনবী, লমকেৎ লমহাইবী, মীনুংশি খঙদবী, মীগী মপোৎ মিহৌগনবী, মপুরোইববু থওই-ৱাওইদবী, মচা-মশুবু নীংদবী ওইদুনা লৈবা ইমুংদা ইমোইনুনা মীৎকূপ অমফাওবা লৈনীংদে। মহাক্লা লৈনীংদবা ইমুং অদুদি মতম পূম্নমক্তা ৱাগনি অমসুং নীংবা থুংদনা পূল্সি লেনগনি। ইমোইনু ইমানা পামজবা লমচৎ-শাজৎ চত্তুনা পূকচেল শেংনা চহী খুদীংগী ৱাকচীং থাগী তরানীথোইনি পানবা নুমিৎতা ইমা ইমোইনুবু ঈড়াৎ থৌনিজরবদি

অৱাং-অপা লৈতনা য়াইফনা পানগনি।

লমতা থাগী অহানবা থাংজ নুমিৎকী অয়ুক্তা য়ুমথোং খুদীংগী চেঙ, অনৌ-অপেৎনচিংবা খায়রগা লম্বী-লমলোং অহুম ফাংবদা লাইয়ামগী মচীঙ্গাক পীদুনা তিনকোক-লাইকোকপীয়ু হায়না নিজবা অদুবু ঐখোয়না সরোইখাঙবা হায়না কৌনৈ। তুরৈমা মাপল, লমলৈমা তরেৎ, উমংলাই মাপল, সরোই হুমফুমাথোইনা খুন্দিন্নরকপদা মপুরোই তাবুরোই ময়াম্না মখৃত্তা চৈকক পায়দুনা শীংথারক্লবদা তাইবঙ মীওইবনা মচীঙ্গাক থাদুনা চহীগী চাকথাক পীরগা তিলমু-লাইমু ঙাকথোকপীয়ু, অশি-থোঙ থিংবীয়ু হায়না খুরুমজনৈ।

চৈরাওবা হায়বা অসিনা নোংদা লাইরেন পাখঙবনা পানবা মতমদা হৌদোকখিবনি। ঈবুধৌ পাখঙবগী মতুংদা মচা-মশুশিংনা মথং মথং নিংথৌওইবা মতমদসু কায়দনা চৎনরক্লবা মীতৈগী মরুওইবা থৌরম অমনি। চৈরাওবা নুমিৎকী মাঙওইননা পানা মরিগী লৈকাইলাকপশিংনা মাগী মাগী পানাগী ফিজেৎ মচু শেত্তুনা খোকৱা অশাংবা অমগী মতোন্দা শরীক থাংলগা মদু পায়দুনা শগোল তোংলগা শরীক্কী শ্রীং শ্রীং লাউবা খোঞ্জেলগা লোয়ননা লৈরক-খুল্লক্তা কোয়না চত্তুনা ' ঙসিদি চহী লোইবা নুমিৎনি হয়েংনা চহী অনৌবা হৌরগনি ' হায়না লাউই হায়দুনা চৈরাওবা কৌখি। চহী খুদীংগী পানা মরিগী অখন্নবা নুপা মরিদা চহীগী মশিল ওইনা লৈবাক্কী অৱা-অনানচিংবা ফত্তবা পুন্নমক পুহল্লম্মী, অদুবু ইং শোক ১৪৮৫ দা মৈদিংঙু ক্যাম্বনা নুপা অমখক্তদা পুন্না পুহনগে খনখিদুনা হিয়াংলোইবু চৈথাবা হাপখি। চহী চহীগী খল্লকখিবা চৈথাবা মীওই অদুনা লৈবাক্কী অনা-অয়েক, অৱা-অনা, ফত্তবা লাংফমনচিংবা পুগনি হায়না ফোঙদোক্লখি। চৈরাওবা নুমিৎতা সনামহী অমসুং লৈমরেলগী অনৌবা ফিজোল হোংগনি। লৈমরেলগী ঈশায়ফুসু শেংদোক্লগা অনৌবা ঈশিং হাপচিনগনি।

চৈরাওবা নুমিৎকী অয়ুক্তা চেঙ, অনৌ-অপেৎ, উহৈ-ৱাহৈ, লফোই লতং, থুম, কবোক, অথুম-অহাওনচিংবা হাপ্তুনা ধুপ-থাউমৈগা লোয়ননা লাইনিংথৌ সনামহী অমসুং লৈমরেন্দা অথেনপোৎ কৎকনি। কনাগুম্বনা মীতৈ ঙমু য়াওনা কৎনবসু য়াওই। মথেল-লুকোই থোক্লা থোংলগা লাদা চাকলুক শেমদুনা কোম্থোংদা থাদোকনৈ। মদুদি লম্যাবা তুম্যাবা, লমশেম্বা তুশেমবা, লমঙাকপা তুঙাকপা অমসুং কোকচাই হনু লৈখমদা তিনকোকপীয়ু লাইকোকপীয়ু হায়দুনা কৎকনি। থোং-থাক্লবা মথেল-লুকোইদু লা মচেৎশিংদা খর খর হাপ্লগা যত্রাপাবা, ফুঙ্গা লাইরু, য়োৎশবী মখোঙ অহুম, চাকখুম

লৈরং, চেঙফু, হৌদোক চাকচাফম, চেঙহীচফু, কোৎ, শীংগৈ, ফৌগুখোং, শঙ্গোন, চুরিতাফমনচিংবা কৎপা য়াবা তিনখুল-লাইখুলনচিংবা মফমশিংদা কৎকনি।

ৱাকচীং থাগী অহানবা চৈচত্তা চহী হৌবগী থৌরম অসি চীং অমসুং তম অনীমক্তা পাঙথোক্লরম্মী। মতমগী অওনবা অমা লাকখিবদগী হায়বদি তম্পাক্কী মীতৈনা হিন্দু ধর্ম লৌখিবদগী বেঙ্গলগী বৈসাখ (শজিবু) থাদা চৈরাওবা থা হোংদোকখি, অদুগা চীংমীশিংনা খৃষ্টিয়ান ধর্ম লৌখিবদগী জানুৱারিগী অহানবা নুমিৎতা চহী হৌবগী থৌরম হোংদোকখি। চীংমী-তম্মীগী ওইবা চহীগী মশীং থীবা হৌবসু ৱাকচিং থাদগী হৌরম্বনি। মীতৈ চৈরাওবদা থোংলিবা য়েনশাং-নাপী, কৎলিবা অথেনপোৎ, নীংলিবা লাই অমসুং ৱাখললোলগা চড়ক পূজাদা মহাদেবদা কৎকদবা পোৎলম-চৈরমশিং অদুগা য়েংনবদা য়াম্না খেন্নৈ, ওন্ন-তৈনৈ। মরম অদুনা চেরাওববু চড়ক পূজাগুম্না শজিবুদা তাহনখিবসি হৌনদবনি।

ঈপা-ঈপুগী লাইনীং-লাইশোলবু চাওখৎনবা অদুগা মখোয়না নীংনরমখিবা ঈপালাই ঈপুলাইবু মশক খঙনবা হোৎনবনা ঈপা-ঈপুগী সেবা তৌবনি হায়না লৌনরম্মী। অদুবু লাইবকথীবনি। লম্বোইবা শাদুনা নোংচুপলোমদগী শনি তরেৎখক লাকখি। চরাইরোংবা নিংথৌনা পানবা মতমদগী শনিশিং লাকপা হৌরকখি। শনিশিং অদুগী মরক্তুগী শনি অহুম্না মীতৈ লাইনীং অমসুং চৎনবী কয়াবু মাঙহল্লগা থাংজ (শনি) লোলচৎ শন্দোক্লবা হোৎনরকখি, অদুবু মায়পাকপদি ঙমখিদে। শান্তিদাসকা লোয়নরকখিবা লম্বোইবা শাবশিং অদুনা কংলৈপাকপু থক-খা ওম্থোক্লবা লাক্লখি। চরাইরোংবা মহারাজগী হাক্তক্তা লাকখিবা বিষ্ণু গোস্বামীদি শনি অকনবা ওইখিদে।

শনি অকনবদি শান্তিদাসনা ওইখি। মীতৈগী লাইনীংগী শক্তম শিথরকখিবগী অহানবা মতমর্দি শান্তিদাসকী মতমদনি। পামহৈবনা মীতৈ লৈবাক্তা নিংথৌ ওইনা পানবা মতমদা সিলেটতগী লম্বোইবা শাদুনা শান্তিদাস গোসাই লাকখি। মহাক্না লম অসিগী চৎনরোল নীংথিনা খঙলম্মী। মরম অদুনা মহাক্না মফম অসিদা ময়াং লাইনীং চৎনহন্নবা হোৎনবদা খুদোংচাবা লৌখি। পামহৈবনা রামান্দী ধর্ম হেক লৌখিবগা মীয়ান মচা শান্তিদাসনা হায়বা খুদীংমক ইন্দুনা মীতৈবু ময়াংগী ধর্ম, চৎনবী অমসুং লাইনীংদা পুশিন্নবা কন্না হোৎনরকখি। ময়াংগী ধর্ম লৌ য়াদবা মীশিংবু হাৎপা-তূপ্পা, থৌরী য়ানবা, ঈশিংদা লূপশিনবীবা, ইম্থোকপীবনচিংবা তৌখি।

শান্তিদাসনা নিংথৌ পামহৈববু মীতৈগী লাইনীং-লাইশোল থাদোকহল্লগা হিন্দু ধর্ম চৎহল্লক্লবদা মীতৈগী য়েক-সলাই তরেৎপু গোত্রগী মিংদা হোংদোকখি। মঙাং

সলাইবু সাণ্ডিল্য গোত্রদা, অঙোম সলাইবু কৌসিক গোত্রদা, লুৱাং সলাইবু কাস্যপ গোত্রদা, খুমন সলাইবু মধুগল্য গোত্রদা, মোইরাং সলাইবু অত্রেয় গোত্রদা, খা-ঙানবা সলাইবু নৈমিস গোত্রদা অদুগা সরাং-লৈশাংথেম সলাইবু ভরদ্বাজ গোত্রদা হোংদোকখি।

মীতৈদি থৌনা ফবনি, শিবা কিদবনি, নীংহন্নদবনি, হায়দোকখিবা ৱা ঙাকপনি অমসুং মীখা পোন্না হিংবা হৈরমখিদবনি। মীখাপোন্না হিংগদবগী শরূক শিখিবনা ফৈ হায়দুনা শিবা ঙমনখিবনি। শা-লান্দা থৌনা ফবনি, থাঙ-তা হৈবনি, তেন হৈবনি অমসুং শালিৎ-শালাক হৈবনি। অদুবু থাংজ (শনি) অকনবা শান্তিদাসনা য়েংখিবদগী মীতৈগী লাইনীং শিথরকখি। লম্বোইবা শাবা মহাক্কী থৌইনশিন্দগী ময়াং লাইনীংগী চৎনবী অদু হৌদোকখি, অদুগা মীতৈগী সনামহী, পাখঙবা, অপোকপনচিংবা নীংবগী অরুবা লাইনীংবু মাঙহন্নবা হোৎনখি। রাম নীংবগী চৎনবী হৌদোক্লুনা চৎনহনখি। অদুবু শান্তিদাসকী লঙজখিবা পাপকী ফল ওইনা মীশি চাদনা শিখিবগা লোয়ননা মহাক্কা হৌদোক্লমখিবা রামান্দী ধর্মদুসু মৃৎখি, অদুবু হিন্দুগী চৎনবীদি নিংথৌনা পামজবনিনা লৈহৌখি।

ভাগ্যচন্দ্র মহাৰাজগী হাক্তক্তগী হৌদুনা কৃষ্ণ নীংবগী চৎনবী লৈরকখি। কৃষ্ণগী কুম্মৈগা মরী লৈনবা সোনচৎ কয়া হৌদোকখিদুনা মীতৈগী অপোকপা লাইনীংগী চৎনলোনবু নীংশিংহনখিদে। জগোই রাস হৌদোকখি। লমদম অসিগী নত্তবা মপানগী ধর্মগা মরী লৈনবা অতোপ-অতোপ্পা কুম্মৈশিং পুথোকখিদুনা নিংথৌগী অকনবা চৈরাক্কা লোয়ননা লমদম অসিগী চৎনবী অমসুং লাইনীংবু মাঙহন্নবা লাক্লখি। নমদুনা লাইমিং লৌবগী চৎনবীসু হৌদোকখি। পামহৈববুসু গোপালদাসনা লাইমিং লৌবিদুনা হিন্দু ধর্ম চৎহনখি। গোপালদাসনা লাইমিং লৌবিখি হায়দুনা পামহৈববু গোপালসিংহ হায়না কৌখি। মীতৈগী অহল-লমন, নহা খক্তনা নমদুনা অফং-অফংবা মীশিংবু হিন্দুগী লাইনীংদা পুবকখি। মীতৈগী মাইচৌশিংদি ঈপানাৎ-ঈপুনাৎকী লাইনীং থাদোক্তনা থূপখি।

মীতৈবু নমদুনা মীখা থাহনখিবগী অরায়বা পাম্বৈ অমনা ময়াংগী খোঙজুম পীথকখিবদুনি। অপোকপী পলেম অমসুং অপোকপা পম্বৌগী খোঙজুম থকপদি পোকপগী মহয় য়ানগনি, অদুগা মীতৈনা ময়াংগী খোঙজুম থকপদি মীতৈবু অনম-অহা চুহনবনি। গুরু নীংবগী চৎনবীনা ময়াংগীনি, অদুগা অপোকপা নীংবগী চৎনবীনা মীতৈগীনি। হিন্দু ধর্ম শন্দোক্লকখিবা অদুদা অমনা অমবু ইন্থোক্লখিবগী চৎনবী অমা লৈখি। অশেং-অমাং অমসুং অনেম-অৱাং খায়বগী চৎনবী অমা মীতৈ লৈবাক্তা

পুশিল্লকখিদুনা ৱাংনা লৈরমখিবা মালেমগী মচিস্নিনাও ওইবগী অমসুং চীং-তম অপূনবগী ওইবা নুংশিনবগী চৎনলোল অদুবু থুগায়খি। মীতৈগী অপোকপা লাইনীং মৃৎখিবগা লোয়ননা পাখঙবা, সনামহী, লৈমরেলনচিংবগী মিংথৈশিংদা পোৎয়ান হাপচিন্দুনা ওম্বোকপা মতৌ অমা ওইহনখি, অদুগা অনেম-অৱাংগী থাক পুশিল্লকখি।

রামগী, রাধাগী, কৃষ্ণগী, মহাদেবগী, লক্ষ্মীগী, দুর্গাগী মিং কয়াবু শোলহন্দুনা লাইনিংথৌ, লৈমরেল, পাখঙবা, শিদবা মপু, অপোকপা, অপোকপী, কৌওইবী লাইরেম্বী, ঈবুধৌ-ঈবেনথৌনচিংবা নীংবগা মরী লৈনবা মিংথৈ লাইশোল কাউহন্নবা শীনখি। মাইচৌ খোনাংথাবনা অসুম্না তাকপীরমখি, "ইলম লাইদি মীরায়রগনি, মীলম লাইবু নীংগনি। য়েকপু গোত্রদা ওনশিনখিবনা অপোকপী পলেম অমসুং অপোকপা পম্বৌবু কাউথোকখিবদগী মীগী মপাবু মপা ওইরবোই খল্লক্কনি। অঙ্গা হায়বদি মনাইনা নৎত্রগা মখা থাবনা মপুদা নৎত্রগা থক্তা লৈবদা কৌবা থৌগল্লোলগী মিংগৌনি। থৌরানী হায়না কৌনবনা মালেম লৈমা ঈমা হায়বনি।" 'মীগী মমাদা ইমা কৌরনি, মীগী মপাদা ইপা কৌরনি' হায়বদি ইমালোল নত্তবনা ইমালোল ঈপায়েক নত্তবনা ঈয়েক শারনি হায়বনি। হৌজিক্তি ঐখোয় মীতোপশিংগী চৎনবীদা লূপখিদুনা মীগী ময়েক অমসুং মরোলদা তাংজরে।

মীতৈনা শিরগা মথৌ-মঙম পাঙথোকপদা নৎত্রগা অতোপ্পা ধর্মগা মরী লৈনবা থৌরমশিং পাঙথোকপদা ময়াংলোল শীজিন্নৈ অদুগা মদুগী ৱাহম্বোক্তী খঙদনা ঐখোয় মীয়াম্না পাঙতাদা মতানৈ। শিবগা মরী লৈনদবা, ৱাহম্বোকসু খঙদবা ময়াম অমা তারগা নোংগা লম্বী ওইবা য়াগদ্রা? মদুনা নুংঙাই-য়াইফবা নৎত্রগা চাওখৎপা হায়বদু ওইগদৌরিব্রা?

লাইরিক তম্মুরগা লাইশু খঙদবা কয়ানসু অশিংবা শারগা লৈনরি। হৌজিক মীতৈদি শোন্দম-নাদম্না লৈরে। মীতৈগী চৎনলোলচৎ মাঙথরক্লে। মপানগী ফিজেৎ-চাকচা তন্নুবদগী ঐখোয়গী নাৎকী ওইবা শক্তম কায়রক্লে। মরুওইনা নুপীশিংনা ফিজেৎ-ফিকায় শেংলকপদগী নুপী ওইবীগী ঈকাই-হঙ্গোইবা লৈরকখিদ্রে। মদুনা ফত্ত-নুংদা কয়া থোকহল্লক্কি। মদুদি অফবগী খুদম নত্তে। লৈবাক মাঙ-তাক্লে হায়বগী খুদমনি। চৎনা চৎনা, ফম্না ফম্না, হীপ্না হীপ্না অদুম শিগনি, লমশি কয়াসু শিরক্কনি অদুগা লায়না মশক খঙদবা কয়াসু নানরক্কনি। লায়নাশিংবু করম্না চঙহল্লোইদবগে হায়বা হীদাক্কা লোয়ননা ঙাকথোক্লবা লাইরোল কয়াসু ৱাত্তনা থম্বীরম্মী। হৌজিক্কী মতমগী অৱা-অনা ময়াম অসিগী পোখা-লম্বীদি ঈপা-ঈপুগী অরিবা লাইনীংনা শোয়দনা

ওইগদবনি। কারল অমা চৎলবদি কারল চৎপগী ফত্ত-মহয় ফংগনি।

চন্দণ থিনবগী পথাপ অসিসু অখঙবা মীশিংনা তৌবদি কায়দে। চন্দন্না লাইবক, নাতোন, খৌরী, লেংবাননচিংবদা খূদম য়াওনা নৎত্রগা য়াওদনা তৈশিন্নে। মসিদি ব্রাহ্মণ নৎত্রগা বামোনগী মনাৎনি। অদুবু করিসু খঙদবা হনু-নহা, নুপী-অঙাং অয়াম্বনা মীনা তৌনৈ হায়দুনা পঙতৌ-তৌনৈ। মসিগী চৎনবী অসিনা করি ব্রাহ্মোক পুরিবা? করিগীদমক্তা চন্দণ থিল্লিবনো হংবদা অয়াম্বনা অচুম্বা পাউখুম পীবা ঙল্লোই। ঐখোয়গী অহলশিংনা হায়বীরম্বদি মীনা তৌরিবমখৈ তৌববু 'মীতাম্বাল' কৌই।

অতোপ্পা লমগী লাইনীং লোলচৎপু য়াম্না পাম্না লৌরুববদি মশাগী নাৎকী ওইবা লাইনীং অদু কায়রকপা নৎত্রগা শিথরকপা তাবনি। অদুদগীদি লৈবাক অদু মরা তপ্লোই, ঈরাং হৌরক্কনি। ঈপা-ঈপুগী চৎন-লোলচৎ থুগায়ববু চূক-ফানখোঙ কায়হনবনি হায়না লৌনৈ। মদুগী মরাল য়াম্না চাউই, ঙাকপীফম থোক্রুবা মরালনি। চূক-ফানখোঙ কায়রবা মফমদা লৈবাক ব্রাযেনবা তারবদি মৈথক্তা ফম্বগা মান্নগনি, শান্তি লৈরোই, তোকঙানা পীক থনগনি, অমগা অমগা খৎন-চৈনগনি নৎত্রগা হাৎনগনি, মমা-মপা খঙলক্লোই, মচিম্মনাও নুংশিনরক্লোই, থকশি-খাশি নাইরক্লোই, হৈতনা অহৈবা শারক্কনি, নাপলদা তোংদুনা চৎনরক্কনি, অসিনচিংবা। মতম অদুদদি অচুম্বা ধর্ম লৈররোই, থাজরমদবা থৌদোক কয়া অমা থোক্লক্কনি অদুগা লৈবাক মথক-মখা ওল্লক্কনি।

মীতৈ লাইনীং অসি চহী লিশিং কয়া কংলৈপাক অসিদা হিংলক্লিবনি। কংলৈপাক্কী ব্রাংমদসু মীতৈ লাইনীং চৎনবা য়াওবনি। মীওইবদা চহী কয়া মঙাল পীদুনা, পূক্নিরোল পীদুনা লাক্লিবা মীতৈ লাইনীং অসি থায়নদি সনা কোনুংগী লোয়শঙশিংনা ঙাক্লুনা লাকখি। লাইনীং চৎন-কাঙলোল পূম্নমক লীচৎকা লোয়ননা সনা কোনুংনা ময়ায় শঙলেন ওইদুনা ঙাক্লকখি। হৌজিকসু সনা কোনুং লৈরি। গোবীন্দ টেম্পল বোর্দ হায়বা অমসু মাইবা মাইবী কয়া অমা কনশিন্দুনা লিংলগা লৈ অদুগা সনামহী টেম্পল বোর্দ হায়বা অমসু লৈ। সনামহী টেম্পল বোর্দনা মীতৈ লাইনীংবু চাওখৎহনবা য়াবনি। অদুবু মীতৈগী উমংলাই হরাওবগী থৌরম ফাওবদা গোবীন্দ টেম্পল বোর্দকী মাইবা-মাইবীশিংনা পুদুনা লৈরে। সনামহী লাইনীংবু নীংথিনা খঙবা মাইচৌ অমতসু সনাকোনুংদা লৈতে। বোর্দ অসিবু নৌনা শেমগৎনবা হোৎনবসু তৌদে। গোবীন্দ টেম্পল বোর্দকী পণ্ডিতশিং বৈষ্ণব ওইবা ঙাক্তনি। মখোয়না মীতৈ লাইনীং শেংনা চত্তবনিনা মীগী শুমাঙ কয়াম ফজনা শীৎপীগনি? শম্না হায়রবদা সনামহী লাইনীংগী খোঙজঙদা

অকায়বা পীনখা খওইনা লৈরবা গোবীন্দ টেম্পলগী মাইবা মাইবী ওইনা লৈবাক মীয়ামদা উহল্লে। মখোয়না কংলৈচাশিংগী চৎনবী ঙাক্না লৈবা উদে। গোবীন্দ হায়বা ব্রাহ্ অসিমক ময়াং লাইগী মমিংনি। ময়াং লাইনীংবু চেৎনা কোন্দুনা থম্বনা মপূং ওইবা মাইবা মাইবীশিং অদুনা মীতৈ লাইনীংগী লাই হরাওবগী থৌরম অয়াম্বা পাঙথোকপা অসিবু মীতৈ লাইনীং য়োকখৎনব্রা? নত্তে। সনামহী লাইনীং শেংনা চত্তবা মীওই কয়ানা মীতৈ লাইনীংগী মিংদা শেল তান্নবগী লম্বী থিবনি অদুগা মীতৈ লাইনীংতবু চেম্থহনবনি।

হৌজিক্তি 'য়ুমতাঙবনা কৈনাবা' হায়বদু থোক্লে। লৈফম চাফম খঙদনা তাংদুনা হিংবা মীয়ান-মীতোপ্পা মপুগী লন-থুম মুনখিগনি অদুগা মপুদুনা অমুক লম্বীগী চাক্লিবা ওইহৌগনি হায়না ঈপা-ঈপুশিংনা তাকপীরম্বা অদু চুমদবা নত্তে। মপুনা মীতোপ ওইবা অদুগা মীতোপ্পা মপু ওইবা ওইখ্রে। ঐখোয়গী ইনাৎ-লাইনীংসু শিথরকখ্রে। ঐখোয়মুক লায়রবা কনা লৈরিবগে?

হৌজিক ঐখোয়গী খুন্নাইদা মাইচৌ খোংনাংথাবগী মফমদা হঞ্জিন হঞ্জিন মায়থীবা ফংখ্রবা শান্তিদাসকী খুদুং ইনবা কয়াসু লৈরে। সনামহীবু করিসু লৈতবা লাইনি, পাখঙববু মপ লাই মপুলাই নত্তে, ইশাইফুবু লৈমরেল নত্তে হায়না কবেম্নবা মীওই কয়া ঐখোয়গী ইনাৎ যাওরে। ফুরা-লাইক নাইরগা মীতৈগী লাইশিং অমসুং খুফমশিংবু ঈড়াৎ-থৌনিবগী মহুত্তা মপালাই মপুলাই নত্তবা লাই কয়াদা মহে মহে ঈড়াৎ-পূজা তৌনখ্রে। মদুনা অফবা পুরক্লিব্রা?

মীতৈগী লাইনীং শিথরকখিবদা চীংমী-তম্মী মচিম্মনাও ওইবগী নুংশিবা মরী অদুসু তৎনবা হৌরকখি। মতুংদদি চীংমী-তম্মী মচিম্মনাওনি হায়বা কাউথোক্লরক্লুনা মপা মপু মশক খঙদবা শা-ষণগুম ওইরক্কদৌরে। লৈবাক অসিদা মীতৈ লাইনীংবু নমথরগা হিন্দু ধর্ম পুশিন্নবা হোৎনখিবদা ধর্মনা য়াদবা মীওৎ-মীনৈ কয়া তৌখি অদুগা কাহেন্না অশেং-অমাং খায়দুনা ঈগী মরীদা চীংমী-তম্মী নুংশিনদনবা হূ কামশিনখি। কংলৈপাক অসিগী চীংমী-তম্মী অনীমক মতম অমদা অমতা ওইনা নুংশিননা লৈমিন্নরম্মী। চীংদসু সনামহী অমসুং পাখঙবা লাৎনরম্মী; হৌজিকসু চীংগী মফম খরদা লাৎনরি। তম্মীশিংনা মশাগী লাইনীং থাদোক্লুনা হিন্দু ধর্ম লৌখিবদগী হিন্দু ধর্ম লৌখিদবা চীংমী-তম্মীশিংবু মাংই হায়না লৌখিবদু ঐখোয়গী লাইবক য়াম্না থীবনি, মদুনা ঐখোয়গী অপূনবা শক্তমদা অকনবা চৈথেং অমা পীখিবনি। পূম্নমক অসি মীতৈগী লাইনীং শিথরকখিবা ওইরমদ্রবদি থোক্লম্লোই।

হৌজিক্তি ঐখোয়গী লৈবাক কংলৈপাক্কী চূম-শো অমসুং লৈঙাক্লোলগী চূপ্পীসু

মীতোপ-মীয়াম্না পায়খ্রে। চীংমী-তম্মীসু অমনা অমবু মীতোপ্পী হায়না খন্নরক্লে। ইশানা ইশাবু খঙবা ঙমদনা লৈজরিবা অমদি ঙাকচবা ঙমজদ্রবা কংলৈপাক অসিদি মীতোপ্পা পানখিবা মশানা তাবনি, অদুগা কংলৈচাশিংসু মরীল চুম্লক্তবা তাবনি। অদুদগীদি ঐখোয় ব্লারকপা তাবনি। অৱাবা অদুবু কোকহনবা তারবদি অতৈ অমনা কোকহনবা ঙম্লোই, মীতৈ লাইনীংতনা কোকহনবা ঙমগনি হায়না থায়নগী মাইচৌশিংনা তাকপীরম্মি।

# Bibliography


1. Manipursu Nagasu Khanguthakta Thonkhibani, by Luwang Athouba, Puthiba Press, Khurai Lamlong Bazar, Imphal (2001)
2. Ching-Tam Tinna Wari by Thoma R.M.D. Brothers' Publishing Printing. Kakching (1981)
3. Ching Amashung Tamgi Maree by the Manipur Cultural Integration Conference. Oriental Printing Home. Imphal (1976)
4. Imphal, by Mutuwa Tombi (1975)
5. The Naga Tribes of Manipur. by Hudson, T.C., B.R. Publishing Corporation, Delhi (1974)
6. Naga Hills and Manipur, by Allen, B.C. Gian Publications (1980)
7. Meitei Pangal Hourakpham, by Kullachandra and Badaruddin, Ching-Tam Press, Uripok Naoremthong Bazar (1991)
8. A Short History of the Indigenous Communities of Kangleipak, Vol.-I, by the League of the Fourth World People, Kangleipak, Unique Printers, B.T. Road, Imphal (October, 2000)
9. A Short History of the Indigenous Communities of

Kangleipak, Vol.-II, by the League of Fourth World People, Kangleipak, Lamyanba (Offset) Priters, Konung Lampak, Imphal (2002)

10. A Short History of the Indigenous Communities of Kangleipak, Vol.-III, by the League of the Fourth World People, Kangleipak, Photo & Computer Printer, Gibson Cyber Cafe, Keishamthong Keithel, Imphal (2003)
11. Tribals and their Culture in Manipur and Nagaland, Vol.-III, by Ghosh G.K., Ashish Publishing House, New Delhi (1992)
12. History of the People of Manipur, by Hareshwar Goshwami, Kangla Publications, Imphal (2004)
13. Mapugi Mateek Mayai, by Thane Oinam, Sun Press, Paona Bazar, Imphal (1989)
14. Meeteigee Shaktam, by Dr. Haobam Nonglelkhomba (Indrakumar), Techno Press, Kongba, Imphal (1992)
15. Meiteigee Laining Laishol, by Sharangthem Bormani Singh, Imphal, Sol Press, Singjamei Okram Leikai, Imphal (1993)
16. Mitei Ningthourolshing Amashung Cheithaba, by Kartik Maiba, Padma Printers (Computerised), Paona Bazar, Imphal (1996)
17. Adungeigee Kangleipak Manipur Natte, by Kangjeeya, Geeta Printers, Keishampat, Imphal (1971)
18. Meitei Leimagee Maram (Meitei Dharma) Meitei Laining Lichat, by Thiplen Nainungchang, Manipur Stationary & Printing Industry, Naga Mapal, Imphal (1981)
19. Manipurgee Chingmee-Tammee, by I.S. Akoijam, published by Manipur Sahitya Samiti, Thoubal, printed at Siroi Offset Printers, Thoubal Keithel, Manipur (2004)

